# [illegible] সঙ্গীত কলাব্
# [illegible]ংমাবা ওঝাশিং



প্রোঃ ময়নম, ধনেশ্বর সিংহ।

## —কচ্চবা—

শ্রীশ্রী গোবিন্দগী খুয়া থাদা শক্লাইরবা ওঝা গুরুশিংগী পুন্সি রাগ্নীদ য়ুম্ফম্ ওইরবা "মনিপুরী সঙ্গীত কলাবু খুংমাবা ওঝাশিং" হায়বা লাইরিক্ অসি কৎচরি।

কচ্চরিবা —

প্রোঃ সনসম্ ধনেশ্বর সিংহ



প্রোঃ সনসম, ধনেশ্বর সিংহ, নৃত্যাচার্য্য

# হিরম-লামায়

বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং মনিপুরী সঙ্গীত কলাবু সন্দোকপিরম্বা

<u>হুহাড়ণী গুরুশিং</u>

## বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং মনিপুরী সঙ্গীত
## কলাবু সন্দোক্‌পীরবা

# রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ

মনিপুর সনা লৈবাক্কী নিংথৌরেল্ শ্রীযুৎ গরীবনিরাজকী মস্থ ইবুংঙো কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র খৃ: ১৭৩৯ ইংদা মোইরাংখোম্দা পোক্খি। অপোক্পা মপাবুংগী মিংনা শ্যাম্শাই খুরাইলাক্পা কৌই। পোক্মিন্নবা ময়াম্বুং গৌরশ্যাম্না নিংথৌ ওইবা মতম লোইরবুনা মনাও যুবরাজ কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রদা খৃষ্টগী ১৮ শুবগী ময়াই চন্সিনখ্রবা মতম্ হায়বদি ইং কুমজা ১৭৫৯ দা মনিপুরগী নিংথৌ খুতম্ শিন্নে; অমম্বুং মতম্ অসিদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মনিপুরবু লৈঙাকুনা লৈপাক্ শাসন তৌবা হৌই। শকাব্দ ১৬৮৩ দা মহারাজনা ফম্বাল্দগী কুমলগা ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা অমুক্ নিংথৌ ওইরম্মী। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজকী মতমদা থোক্খিবা থৌদোক্তা মাম্ ইবংঙো মোইরাং নিংথৌ খেলৈ খুংনাং তেলহৈবনা চিংঙা ফাওবা মোইরাংগী লম পীবু হায়না নিরবদা কর্ত্তা মহারাজনা মমাংঙৈদগী হৌন তৌবক্তে হায়না লম পীবা য়াখিদে। অতুগী মতুং থরা লৈরগা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ খুংনাং তেলহৈবনা ঔরা নিংথৌগী মতেং লৌদুনা ভাগ্যচন্দ্রগী মথক্তা লান্দাখি। লানদা কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মাইথিবা ফংদুনা খৃ: ১৭৬৫ ইংদা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহগী মফম্দা লানজেনদুনা লৈখি। মনিপুরসোমদা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ খুংনাং তেলহৈবনা থাংজিং লাই ফাবদা নত্তবু হাৎকদবা মীদি কর্ত্তা হায়বা নমাক্ অমিনি হায়না ফাওরে। রাক্তম্ অসিদগী কিবনা

অহিং-নুংথিল্ তুম্বা-ছিপ্পা অমম্পুং চাবা-থক্পা য়াদ্রবুনা হেথাও নিংথৌ স্বর্গদেবকী মফমদা কর্ত্তাবু হাংলু হায়না চিঠি অমা পিখ্রে। মারোনদি —'মহারাজকী নাক্তা লৈরিবা কর্ত্তা হায়বছু নিংথৌ মচা নত্তে; মহাক্না হায়শিন্নন্দনি। মরম অসিনা চিঠি অসিনা হেক্ ফংলগা মাবু থুনা হাংলু।'

চিঠি অদুগী মরোল্ তাবদা স্বগদেবস্ম মথম্মোইদা চিংনবদুনা মাগী লৈবাক্কী অঙম্ অথৌ পুম্নমক্ কৌখৎতুনা রা তান্নবে। মথোয মযাম খন্নবদা কর্ত্তাবু হাৎপা তারবদা ভোগিন্দ্র কৌবা মন্ত্রী অচৌবা অদুদি দরবার য়াওরমদে। মতুং স্বর্গদেবনা কৌখৎতুনা রা তানবদা মহাক্না হায়বক্ই— "কর্ত্তাবু হাংযম থোক্তে। মহাক্না মতম্ অস্মুক্ কুইনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লৈরকপা অসিদা মহাক্কী মরমচৎ ফত্তবা অমত্তা ঐখোয়না উবা ফংদ্রি। মখোয়না কর্ত্তাবু য়েংথিদুনা পংহায় হায়জিল্লকপস্মু য়াই। মাখোয়না হায়বকই হায়দুনা ঐখোয়না ইথন্ খন্দনা নীপা অসিবু হাৎলনদি ঐখোয়বু তুংদা মীনা থীনা ঙাঙ্নহৌরনি। নীপা'সিবু মনিপুরগী কর্ত্তা হায়বদু অশেংবনি-শেংদবনি য়েংসি হাযবা লৈরগা মহাবাজকী শামু য়াইশা অঙাওবা অদু পুথোকলগা কুম্মৈ ওইনা মহাক্পু হেক্ মফাহনসি। করিগুম্বা নীপা অসিনা কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র হাযবা নিংথৌ মচা অদু থাঙ্গৈশেংবা ওইরম্লগা শামু অসি ফাগনি, অদুপা করিগুম্বা শাত্তিন্নবা ওইরম্লগদি শামুনা হাৎতুনা মাগী মথম্লাই মাঙজগনি। ঐখোয়না মাবু করিগী অমুক্ হাংকনি! মনিপুবগী নিংথৌ মচা হায়বসিদি লাইগী ধাবানি। মানা অশেংবা ওইবন্নবদি লাইনা মাবু বনডগনি।' মন্ত্রীগী রাফম অদু ময়াম্না য়ানবদুনা কর্ত্তাবু দরবারদা কৌখৎলে। স্বর্গদেবনা কর্ত্তাবু শামু য়াইশা অঙাওবা অদুবু ফাননবা যাথং পীবিরে। যাথং অদু ফংবদা কর্ত্তা মথম্লাই যাম্না রানা মযুমদা হল্লকখি।

অহিং য়ৌবক্লবদা কর্ত্তানা শ্রী গোবিন্দবু কৌহনা কপ্পকলে। মনাইগী অরান অদু উরদুনা শ্রী গোবিন্দনা কর্ত্তাগী মমঙদা লাকুনা হায়রকই - "কর্ত্তা নঙ্ কবিমত্ত রাগন্নু, শামু য়াইশা অঙাওবদু হয়েং নিনা

ফাবিগনি। হয়েং নঙনা মনিপুরদা হন্দুনা নিংথৌ ওইরগা ঐগী মুক্তি অসি লিংখৎলু।" নোংঙাল্লক্লবদা স্বর্গদেব অমসুং মতাককী প্রজা পুম্নমক্ কর্ত্তানা শামু ফাবা য়েংগদবগী তিল্লরে। কর্তানা মখুত্তা লৈ-পরেং মালা পায়হনা য়োংকী শাবংনা থাজিল্লবা উচেক্ পাইবা য়াত্রবা শামু অচুগী মনাক্ তান্না চংশিল্লকলে। শামু অচুনা কর্তাবু হেক্ উবদা ইতে তেথরহনা কুপ্পখরে। কর্তানা শামু অচুগী ময়া পায়খি। তৌরিবা মতৌ অচু উবদা তেখাও প্রজা পুম্নমক্না ইঙক্ ওক্লহনা কর্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা জয় ওইরে হায়না জয়ধ্বনি লাওখি। স্বর্গদেবনা কর্তাদা হায়রকই— "নহাক্ অসি থাঙ্গেশেংবা লাইগী মচা-মগুনি হায়বসি খঙলে। হৌজিক্ দরবারদা চঙলসি" হায়হনা কর্তা মহারাজপু খুজেং পায়হনা পুশিননিখি। দরবারদা স্বর্গদেবনা কর্তা মহারাজপু গুসিদগী হৌনা জয়সিংহ হায়বা মীংথোল্ অসি থোনজরে হায়না খঙহনখি। মনিপুরদা লান তাননবা লাগী অমসুং খুংগু-খুংলাই ঐনা পীগনি মহারাজ কৈদৌউঙ লেংগে হায়বগে মরোল অমগুং তাকপীয়ু হায়না হায়খি। স্বর্গদেব মহারাজকী রাঙাং অচু তাবদা কর্তানা হায়রকই— 'মহারাজ মতম থরদ ঙাইবিখে। ঐহাক্ মনিপুরদা অমুক্কং চংতুনা মনিপুরগী প্রজাশিংনা ঐবু কয়ামুক্ মুংশিনবিগে হায়না য়েংজক্লখিগে।'

অচুগী মতুংদ, কর্তানা খোংজাই হাওগী ফীজেং শেতুনা নম্দা শম পোতুনা অমসুং খুত্তা তা পায়হনা মনিপুর মায়কৈ তমনা খোঙ্ শাল্লক্রে। কর্তানা খোংজাই শাতুনা তেখাও কোমুংদগী চৌজিকী নগাঁও জিলাবোমদা লাক্লুনা হাফলোং শাবে। অচুদগী তমেংলোং হাওখুন তাহনা খেবচিং যৌরে। কর্তানা খেবচিংদোল কাহনা মখাদা হায়বিবা রাইহেশিং অসি হায়তুনা তা পৌ-শাবন্মী। "ঐনা মনিপুরদা নিংথৌ ওইনা পানগদনা লৈরবদি ঙসিগী মুংপাক্ অসিদা তা-খৌশাবদা তাদন ওইসনু" অসি হায়তুনা কর্তানা তা-খৌশান্দা মুংপাক্ মথক্ অচুদগী তাখিদে। অচুদগী কর্তানা লৈমতাক্ তুরেলগী মপান্দা লাক্লুনা লমাংদোং (বিষ্ণুপুর,দা মুংখিল পুং ৭ রোম্ তাবদা থুংলরে। কর্তানা লমাংদোং কৈথেলদা

খুংপাক অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈরিঙৈদা অঙাংশিংনা চংলক্তুনা হাও অসি ফজেদা হায়দুনা য়েংনরে। মতম অদুদা হন্নুবী অমা চংলক্তুনা হায়রে। মদুদি "চীংলেন নোংদ্রেন্" কৌবা মৈতৈ নিংথৌ অমা চীংদা মাঙখি, নহাক্কী শক্ অসিগা য়াম্না মান্নে। অদুনা নঙগী মীংদি 'লোইনাই চীংথংখোম্বা' কৌ" হায়রম্লগা হন্নুবী অদু চংখি। অদুদগী কর্ত্তানা ইস্ফালদা কারক্তুনা থুমিদাং পুং ১০ রোম্ তাব মতম্দা অঙোম্ কবিচন্দ্র পণ্ডিতকী ময়ুমদা চঙদুনা ৱারী পুন্নমক্ শানখি। প্রজাশিংনা মহাকপু য়াম্না চানবিরি হায়বসি খঙলদুনা নোংঙাল্লমদাই মী উত্রিঙৈদা তেখাও তান্না অমুক্ হনখি। মতম্ অসিদা মহারাজকী ময়াম্বুং মহারাজ গৌরশ্যামম্বু সনা হকচাং ইরিদুনা নোংগাঙ্গে। গৌরশ্যাম মহারাজনা নোংগাঙ্গবদা অমম্বুং কর্ত্তানম্বু তেখাওদা লৈরিঙৈ মতমদা তেলহৈবনা কবো নিংথৌদা মচান্নুপা পীদুনা মনিপুর সনা লৈবাক্ লৈঙাক্তুনা পাল্লি।

কর্ত্তা মহারাজনা তেখাওদা হল্লক্তুনা মক্তপ নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহদা লান্ পাংবিবো হায়রবে। তেখাও নিংথৌগী মতেঙনা কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ অমুক্ হন্না মনিপুর খুদুম্ চল্লে। অসুম্না কর্ত্তা মহারাজকী রাষ্ট্র বিপ্লবতা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবনা মতেঙ্ পাংখি। মোইরাং নিংথৌ খেলৈম্বংনাং তেলহৈবগী মতেঙ্ পাংলম্বা কবোশিংম্বু লোইনা চেনখ্রে। হন্দক্কী লান্ অসিদা মোইবাং নিংথৌ তেলহৈবা মাযখিবা ফংদুনা মথরাই থাখি। অহান্বগী লানফমদা কাযনখিবা মচা ইবুংঙো অনি-লাবন্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র অনিমক্ কবোদগী লৌকই। তেখাও নিংথৌনা হন্দক মতেঙ্ পাংলকপা অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাওবা লৈখিদে। মপুক্লিং পেল্লদুনা তুংফাউবা চেংন-চান্নবা মক্তপ শান্নবা হায়দুনা ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা পোক্পা মচা ইবেম্মা 'কুরঙ্গনয়নী' বু তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহদা থাজখি।

কর্ত্তা মহারাজকী সনা হাক্তক অসিদা শ্রী নবোত্তম্ ঠাকুরগী শিষ্য মঙাথক্ মনিপুরদা গৌর ধর্ম্ম শন্দোক্পা লাক্খি। গোস্বামীশিং অদুগী মমিংশিংদি-গঙ্গানারায়ন চক্রবর্ত্তি, কৃষ্ণচরন চক্রবর্ত্তি, শ্রী কুঞ্জবিহারী

নিখিরাম্ আচার্য্য ঠাকুর অমসুং রামগোপাল বৈরাইগী, মণ্ডা অদিনি। মণিপুরদা হায়া "লৈরবা শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা রামগোপাল বৈরাইগীনা মাম্ লৌগনবদি ইরুকবা চৎশিনৈদো। তাংথম্ শেলুংবনা লাকুনা মাম্ হায়া লৌখিরম্মী। শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা ইরুকবা কানরুগা গোস্বামীদা নাম পীরো হায়রুবদা পাওচুনা হায়রকই—" মণ্ডমা হৌজিক্কা নাম্ লৌখিনহু অমমুক মরা। নাম পীরো হায়রুনা লাকখিনু। ঙু " মহু তারবদা শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা হায়রকই—" 'ঐহাক্ নক্তদে' ঐখাকা মায়বা তাংথম্ শেলুংবা ওইরগনি। " মহু তাবদা রামগোপাল বৈরাইগীনা তাংবম্ শেলুংববু কৌচুনা কংবদা চুম্লমজে। মরম্ অদিনা মণিপুর সনা লৈবাক্তা নাম কংবা তাংথম্ শেলুংবনা হৌহান্ হানখি। তাংথম্ শেলুংবা কৃষ্ণদাস ঠাকুর অধিকারী, রামদেব ব্রজবাসী অমসুং শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর-মখোয় অদিনা মণিপুর সনা লৈবাক্ অদিদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখি। শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা কর্ত্তা মহারাজকী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী দীক্ষা গুরু ওইখি। শ্রীযুৎ কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গৌর ধর্ম্মগী অনৌবা নাম লৌকম্ শং অদুবু 'গুরু শংশাং' হায়না হৌজিক ফাওবা মিংথোম্লরি। কর্ত্তা মহারাজনা কাখিপুর (লাংথবান)দ। কোম্ম অমা শেমহুনা মকম অদুদা মহুম থন্নদং লৈরিঙৈদা নোংমা মহারাজকী মমাংদা শ্রী গোবিন্দ লেংঙকুনা অদুগৈ তেথাও শামু য়াকৈনা ফাওদা হায়নখিবা রাকম অদু মমাইদা অমুক হন্না নিংশিংবিরকখি। গোবিন্দনা তাকপীরম্মী "ঐহাক 'তাসমুক গিরি' চীদা থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌজুনা লৈরে।" নোংমেক তানবগা কর্ত্তা মহারাজনা লাইরিক য়েংবা পাণ্ডি থাম্নিংহ কৌখৎলে। মহারাজনা পাঙ্গিদা সনা য়াথং তাকপীখি " তাসমুক গিরি ' হায়বা চীং অসি কদায়দা লৈবগে হায়না হংবদা " কাস্থা ' চীনি হায়না হংগংলি। মতুংগী মতুংদা কর্ত্তা মহারাজনা অতম্ অথো পুরুমক্ পুহুনা "তাসমুক গিরি ' তারা লেংঙকুনা অংথা শুলদা থুংঙরে। মসাই ময়াম পুরুমক্তা "কাস্থা " চীংদা কাখংতুনা খিবদা পোক্তিংগী হুমনি পাথা চৎলাই হুমিংতা থৈবোং পাম্বী অত্র কংলহুনা রাজ্যদা থৈবোং পাম্বী অদুগী

ঈ থোক্লে। মতুংদ মহারাজগী সুম কোক্খোম্না ঈ অদু তৈথোক্লগা পূজা তৌদুনা থৈবোং পাম্বী অদু অমাগা লোয়ননা ফুকুল্লে। থৈবোং পাম্বী ফংবা মী অদুদা মহারাজনা পেম্লদুনা অংথা শুন্দলৈবা পাওখুম য়ুম্নাক অমা নিংথৌগী থৌ কোক্পীরম্মী।

অদুদগী মহারাজনা বেঙ্গুন মেজাইগা লোয়ননা থৈবোং পাম্বী অদু সনা কোম্নুং তাম্না পুরক্লুনা অমসুং মহারাজনা উ শুবনী মররমদা মখুৎ মশা হৈরবা মী শাপম্ শ্রী লক্ষন সিংহবু কৌথংকুনা মঙ্গদা উবা মূর্ত্তি অদু তাক্পিদুনা শিংখংলি। শ্রীগোবিন্দগী বিগ্রহ অসি খৃঃ ১৭৭৬ ইংদা কৈস্নাম থোঙমনা চৈথাবা কুমগী হিয়াঙ্গৈ থাগী শুক্লা দ্বাদশী ইরাই মুমিংতা শ্রীগোবিন্দবু মহারাজগী মঙ্গদা উবা ফিজেৎ অদু থোল্লগা জীবন্যাস 'অভিষেক' তৌদুনা মন্দিরদা লেংশিল্লে।

শ্রী গোবিন্দগী কৃপা ফংই হায়দুনা অমসুং য়াইফে হায়দুনা প্রজা পূম্নমক্না কর্ত্তা মহারাজপু "ভাগ্যচন্দ্র" হায়না মীংথোল্লি। অদুগী মতুং খরা লৈরগা শ্রীগোবিন্দনা মহারাজগী মমঙ্গদা লেংঙকুনা মহারাস কংলু, গোপীগী ফিজেংতি অসিনি হায়দুনা উৎপিরম্মী। মহারাজনা চহী অসিগী হিয়াঙ্গৈ তরানিথোইনি পান্দা মহারাস কংলি। রাধিকাদি মচা ইশেম্মা শিজনা শাই। জগোই রাসকী ভঙ্গি পবেং অসি কর্ত্তা মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাকথক্না পুথোক্লম্বনি। ওাংবম্ ওঝা শ্রীরূপানন্দনা ভক্তি পবেং অসি তম্বীদুনা শক্তিবু পূর্নিমাদা বসন্তরাস শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা পৌপল্ কংলি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজপু নিংশিংনবগী মশক্ ওইনা ঙসি ফাওবদা জগোই রাস্ খুদিংমক্ত ভাগ চন্দ্র মহারাজগী প্রার্থনা অমমম্ তৎ তনা যাওই।

শ্রী শ্রী গোবিন্দ শিংখংপা থৈবোং পাম্বী অদুদগী গোপীনাথ, মোদনমোহন অমসুং বিজয় গোবিন্দ-লাই অহুম্ অনি শিংখংতুনা গোপীনাথপুনা নি থোথোংদা মফম্ অদুগী শ্রী কীর্ত্তিধ্বজ "কালারজা" দা পীদুনা লংখি। মোদন মোহননা হংঙোইবম্ চুড়া সিং শর্ম্মানা; নিজবদগী মঙোন্দা পীবিখি। বিজয় গোবিন্দনা অনন্তশাই মন্ত্রী পুর্নসিংনা লাংখি। কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মচাইবেম্মা শিজ ৮ সিম্বাবত্তী মঞ্জরীবু অওং-অউন

তমত্থনা শ্রীগোবিন্দদা কখোকই। মরম্ অত্থদগী মচাইবেম্মা অসিবু শিজ লাইরোইবী হায়না মমিং চংখি। শিজ লাইবোইবী অসি মতম্ থরা লৈরগা মপা ইবুংঙো কর্ত্তাদা শ্রী ধাম্ নবদ্বীপ্তা চংলগে হায়না হঙ্গংলি। মহু তাবদা মপাবুংনা—"নঙগী মবুংঙোনা য়ারবরা ?" হায়না হংলক্পদা য়ারে হায়না পাউথুম্খি। মচা ইবেম্মানা মপাবুং কর্ত্তাদা হায়জখি— ঐ ইবুংঙোগী রাসেশ্বরীদি ঐ রাসকী ফীজেৎ শেত্থনা লেপ্কে; ফীজেৎ অসি য়েংহুনা নিকপন্ তৌবিয়ু। মহুদগী কর্ত্তা মহারাজনা রাজেশ্বরী লিংখৎখি। মনিপুরবা লোইরম্লগা মচা ইবেম্মা শিজ লাইরোইবী নবদ্বীপতা চংখি। শ্রী ধাম নবদ্বীপস্থ শিজ লাইরোইবীগী মমঙদা শ্রী গোবিন্দনা অনুপ্রভু লিংখৎলু হায়না তাক্পীরমত্থনা অনুপ্রভু লিংখৎত্থনা হৌজিক্ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ মচা মশুশিংনা মথং মথং সেবা তৌবি।

কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ য়েক্ল-তিংখং লৈতনা চহী ৩৯ লোম্ লৈবাক্ শাসন্ তৌত্থনা পাল্লিউৈ মতম্দা শামুবাইলাৎপম্ কোক্পৈ শর্ম্মা হায়বা ব্রাহ্মন মচা অমা রাজদণ্ডি পিবদগী মাঙ্খি। মহু তাবদগী মহারাজ অসি মথরাই শোক্খি। মহাক্না পাল্লিউৈদা ব্রাহ্মন হাৎলবনিনা মশামকস্থ ব্রাহ্মন হাৎপগী পাপ পুবে হায়ত্থনা খৃ. ১৭৯৮ ইংগী জানুরারী থাদা মচাইবুংঙো লাবণ্যচন্দ্রদা নিংথৌ খুভম্ শিন্নবয়্লগা তীর্থদা লেঙ্খি। তীর্থ লেঙবদা বিষ্ণুপুরদা অহিং অমা য়াবেক্খি। অহিং অত্থদা মহারাজকী মমঙদা ফাওবক্খি— "মহারাজ নঙগী রাসমণ্ডলদা তাত্থনা লৈবিবা থৈবোং মক অত্থনা আদ্বৈত্য কৌত্থনা ঐগী মূর্ত্তি অসি লিংখৎলম্মু।" নোং হেক্ ঙাম্বগা মহারাজনা মনাইশিং থাত্থনা থৈবোং মক অহু লৌহল্লুবগা বিষ্ণুপুরদা মমঙদা উবা মূর্ত্তি অত্থমক শ্রী সাপম্ লক্ষন সিংহদা তাক্থনা শাহল্লে। কর্ত্তা মহারাজনা বিষ্ণুপুরদা মূর্ত্তি অহু লিংখৎলম্লগা শ্রী আদ্বৈত্য প্রভুগী সেবা তৌননবা লালুপ্ কাবনচিংবা থারম্লগা তীর্থ তান্না লেঙ্খি।

কর্ত্তা মহারাজ মতম থরা নবদ্বীপ্তা লৈরম্লগা মশাগী চহী ৬০ দা খৃঃ ১৭৯৯ ইংগী ওক্টোবর থাদা বাংলাদেশ কী মমুঙ চন্না লৈবা ভগবান

গোলাদা থুপখি। সংস্কার তৌরম্লাইদা থোকখিবা থৌসোক অছু উগ্না মহাকুপু নরোত্তম্ ঠাকুরগী লাংওন্নি হায়না বৈষ্ণব সম্প্রদায়না লোমখি। হৌজিক্ কাওবা চীয়া তময়াদা থোইদোক্-হেন্নোক্না হিন্দু মনিপুরী বৈষ্ণবশিংনা মহারাজ অসিগী মণ্ডপ কীর্ত্তনচিংবদা শক্ত শোম্নরি। অপুন্বা পুম্নমক্না মহারাজপু অঙাং ওইনা সনা কন্তাল কারকপীদমক্ 'নাওজিংংেন্ নোংপ্রেন খোম্বা" কৌই। অদুগা শ্রী গোবিন্দজী কৃপা লৈ হাঞ্জনা "ভাগ্যচন্দ্র" কৌই। "লোইনাই চীংথংখোম্বা" হায়বা অমি সিনা বিষ্ণুপুরদা হল্লবী অমনা থোল্লখী। তেখাও লৈবাক্না "জয়সিংহ" হায়বা মিংথোল্ অসি থোন্নখী। মপোক্নীদি "কর্ত্তা" হায়না কৌই। মহারাজ অসিগী মপোক্নী মিং "কর্ত্তা" কৌখিবনী মহারাজ অসিগী থাক্না মখৈ "কর্ত্তা" হায়না খঙ্ন রক্খি।

# 'পদ্মশ্রী গুরু' মৈস্নাম্ ৺অমুবী সিংহ

'মনিপুরী জগোইদা ভারত পুম্বনা শক্ খঙ্নরবা 'পদ্মশ্রী গুরু' মৈস্নাম্ অমুবী সিংহ ইংলোক্ ১৮৮১ গী নভেম্বর, শকাব্দ ১৮০৩ অগ্রহায়নগী অমাবস্যা নিংথৌকাবা মুমিংকী অযুক্তা তাইবং ফাওখি। ইম্ফাল শহরগী মঙ্গুঙ্ চন্না লৈরিবা মিউনিসিপালিটি ওফিস ওইরিবা অমদি মতম অমগী অন্নাম্বম লৈকাই হায়না খঙনবা মফম্ অসিদা গুরু অমুবী পোক্খি। গুরুগী পোক্পা শ্রী মৈস্নাম্ শামু সিংহ মেজর মশক্ নাইবা মিপা অমনি। অহাঙবদা, অইহল্প পানাগী লেপ্লুংবা ওইতুনা স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনাহাক্তক্তা কর্নেল মেজর অমদি পুং পালাগী তঙ্গবা ওইতুনা লৈরম্লু। শক্খঙবা গুরুগী অমা ওইখি। অদুগা গুরুবু পোক্পী সেনাপতি শাজৌবা (সৌরেন্দ্রজিং) কী মচা নুপী সনাচৌবী (যাকেন্দ্রানী) দেবী অসিসু নহা ওইনিঙৈদগী হৌনা জগোই ঈশৈগী থৌদল ভৌবা য়াওরকুনা মহৈদা রাসকী সুত্রধারী ফাওবা ওইখি। অকনবা লৌকন্দা হৌবা মহৈ-মরোংগুম্ নহা ওইরিঙৈদা গুরু অমুবী জগোই ঈশৈদা পামজরবা অহল্-লমনগী নাউয়োম্ মখাদা চাউরকই। চহী মঙা গুরকপদা রাস্কী কৃষ্ণ শাবা হৌই। মথং মথং ওইনা গৌর লীলাগী নিপামচা পালা য়াউবা নুপী মচাগী খুদাক্ ঈশৈদা পুং-ঙৈরবা গোষ্ঠ লীলাগী মকোক্ চিংবা মহাপ্রভু শাবা অসিনচিংবা কলাগী মচাক্ ওইরবা থৌদাং কয়া য়াম্লুনা তুংদা মতীক্ চাবা গুরু অমা ওইনবগী মুক্ষম্ লেমশংখি। অসিগীসু মথক্তা মৈতৈ ঐথোয়গী থাদোক্পা য়াদ্রবা থাং-তা, মুক্তা, কাংজেনচিংবা শা-লানগী বিদ্যা কয়াসু পুরেল্ মেজরদগী তমহৌই। অসুম্না পীক্লিঙৈদা মহৈ তমজকৌনা

ওঝা কয়ানি। মখোয়গী ময়ুড়দা সর্ব্বশ্রী কোনসম্ ওঝা চুড়া সিংহ, ক্ষুরাইলাংপম্ ওঝা চাওবু শর্ম্মা, নিংজৌজম্ ওঝা চাওমচা সিংহ, মাইবম্ ওঝা কৈফা সিংহ, লাইশ্রম ওঝা মঙ্গোল্জাও, গুরু ময়ুম ওঝা অমু শর্ম্মা, মৈস্নাম্ অমুবোপ্যা সিংহ। অসুমগা কোনসম্ মণিমুহো অসি নচিংবা মীং পম্বা য়াই।

মথংদি গুরু অমুবীগী অরাবা পুন্সিগী তাংকক্ ওইবকুখি। গুরুবু পোক্পা কর্নেল মেজর ইংরেজ সরকারনা অন্দামান নিকোবরদা থাদ্রে। চহী ১১/১২ গুরকপদা অপোক্পীগা কাইনখি। পংকুই কুইদনা ময়াম্বুং ইবুংঙোহলম্ তাইবংপালু থাদোকুখি। অসুম্না অরাবা কয়া হক্থেংনরবা মতুংদা অপোক্পনা অন্দামান থাদোক্লুনা বৃন্দাবন্ থাম্দা লৈরবা মতুংদা মপাবুং লেবং তৌবা ওইনা চহী ৭ মপাবুংনা সংসার থাদোক্পা মতম্তু মাঙবা বৃন্দাবন্দা লৈখি। মসিগী মতুংদা মনিপুরদা থোরক্লুনা অওকপা ফংনা চাব-থকপা খঙদবা মথৈ, জগোই ঈশৈগী মরমদা তম্বা অমদি থিজিন্না হৈখি। অহানবদা ওঝা ঝুম্নোন্ মচাগী মকমদা চংজুনা মহৈ তম্জখি। অসুম্না ওঝা কয়াগী মতেঙ্দগী অমদি মশা মতোমজগী হোং-নজমনগী মপান্দগী লোংপা য়াদনা লৈবাক মীয়াম্না শকখঙ্নরবা ওঝা অমা ওইরক্খি। মতম অসি গুরু অমুবীগী মতীক্ মগুণ শন্দোক্ক্পা তাঙ্গানি। খঙহৌদনা সনা কোন্থুংদা শান্নবা গোষ্ঠ অষ্টমীগী লীলা অমদা পুং য়েনবা কৌথংকক্লুনা সনা কোন্থুং কাবা হৌখি। গুরুগী ওঝা ঝুম্নোন মচানা লৈখিদ্রবদা মাগী ওঝাগী মহুৎ শিন্দুনা পুং য়েবা ওইনা থোগল্ ফংজখি। মথংদা বসন্ত রাস, নিত্যরাসনচিংবা কয়া কৃংপগী থৌজ্জল্ ফংখি। হৌজিক গুরু অমুবী লোংপা য়াদ্রে। মশাকী অচৌবা থৌদাং লাকুলে। স্যার চুড়াচান্দ মহারাজনা ইংশোক্ ১৯২৪ দা মনিপুরী জগোই শন্দোক্লবা হায়রুনা থাবা জগোই কাওবুঙ্গী নুপিংবা ওইনা গুরু অমুবীবু খল্লে। অসুম্না মনিপুরী জগোইবু তাবক্কী অচৌবা শঙ্কর কয়াদা শন্দোক্পা চংপদা পৃথিবী শিন্নপুনা মমিং চংলবা 'কলাকার' 'নটরাজ' শ্রী উদয় শঙ্করগা থোক্নদা লোনখি। মহাক্না

হায়জবদগী গুরু অমুবীবু মহাক্না উত্তর প্রদেশ 'আলমোরা' দা লিংখৎপা জগোইগী স্কুলদা চহী ৭ চুপ্পা মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইখি। অনিগুবা লাঙ্গাওগী মতুংদা অমুক্ নিউ দিল্লীদা লৈবা 'সঙ্গীত ভারতী' দা চহী অমরোম্ থবক্ তৌবা হৌখি। অতুবু মনিপুরদা নৌনা লিংখৎপা Dance College (হৌজিক্কী জৱাহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাদেমী) গী ওঝা অহল্ ওইনা থবক্ পুবা তাখি। মরৈবাক্কীদমক্তা অনৌবা কলেজ অসি শেমগৎপদা ঙমজবা শরুক্ খরা য়াগে হায়বসি গুরুগী অচেৎপা থাজবনি। ডান্স একাদেমী অসিগী সুপরভাইজর ওইতুনা শিংথানবা য়ারবা জগোই কয়া পুথোকতুনা মনিপুরী জগোইবু মপুঙ্ ফাবা মশক্ অমা পৃথিবীগী মফম্ কয়াদা উৎনবগীদমক্ অকন্বা থৌদাং য়াখি। মনিপুরী জগোইগী লেঙ্দ্রবা লন্ ওইনা— (১) চালি; (২) ভঙ্গী পরেং অচৌবা; (৩) ভঙ্গী পরেং (৪) মনিপুরী জগোই (রাস মণ্ডল মরিগী ঈশৈ) নচিংবা লাইরিক্ কয়া ইবিতুনা অরাৎপা মাইকৈ অসিবু মেন্সিনবদা অকন্বা থৌদাং য়ারিখি। ডান্স একাদেমী অসিদা চহী ১৫ রোমগী মমল্ য়াম্লবা দান তৌবিরম্লগা ইং ১৯৬৯ দা থবক্তগী পোথাখি। অতুবু গুরুগী আশীর্বাদ অমদি মীৎয়েংদি হন্বা লৈতে। থবক্তগী পোথারবা ফাওবদা মতম্ কুইনা 'ভিজিটিং গুরু' অমা ওইনা থা অমগী মনুঙ্দা মরিরক্ কাতুনা একাদেমী অসিসু মীৎয়েং তানিখি।

অসিগুম্বা গুরুগী মমল্ য়াম্লবা দান অসিবু খঙ্বিতুনা ইহান হান্না মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা 'নৃত্য গুরু' উপাধি পীখি। মথংদা ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা তাং ২১-৪-৫৬ ইংদা "সঙ্গীত নাটক্ একাদেমী এৱার্দ" পীবিতুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। অমুকসু এপ্রিলগী তাং ২১,১৯৭০ ইংদা ভারত সরকারনা মনিপুরী জগোইগী থোইদোক্ হেন্দোক্পা গুরু অমনি হায়না শক্ খঙ্বিতুনা 'পদ্মশ্রী' উপাধি পীতুনা ইকাই খুম্নব উৎপীখি। 'পদ্মশ্রী গুরু' অমুবী সিংহ জুন থাগী তাং ২৬, ১৯৭২ ইং মশাগী চহী ৯১ শুবদা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। ●

# গুরু রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহ ( অঙৌম্বা )

বিশ্বকবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী শান্তিনিকেতনদা মনিপুরী সংস্কৃতি জগোই হৌগৎপিখিবা গুরু রাজকুমার বুদ্ধিমন্তগী অচৌবা মংঙ্ অমনি। ইংশোক ১৯১৬ তা মনিপুরীশিংগী মবক্তুগী মনিপুরী জগোইবু মপান্দা পুথোকপগী অহাম্বা খুৎমাবনি হায়বা য়াই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা পামজন্তুনা ত্রিপুরা মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরদা হংগংপদা মহারাজনা গুরু রাজকুমার বুদ্ধিমন্তবু শান্তিনিকেতনদা থাখি। জগোই খুথেক্, পুংলোনগী মথক্তা রাজকুমার বুদ্ধিমন্তগী অথোয়বা শিল্প প্রতিভাবু কবিনা শিজিন্নগে তৌবদা মহারাজনা ছুটিদা লাকপা রাজকুমার বুদ্ধিমন্তবু শান্তিনিকেতনদা অমুক্ হন্না থাখিদ্রে। উডবান আর্টিজন স্কুলগী মিং ওন্থোক্তুনা "শিল্পাশ্রম" মিংথোন্দুনা সিনিয়র সুপারিটেণ্ডেণ্ট ওইনা মহারাজনা শিল্প সাধনাগী ফম্ পীবিখি। মৈতৈ নিংথৌমচাগী ঈ মশক্ খঙবগী মথক্তা অঙৌম্বাগী অথোয় অহেন প্রতিভাবু মন্না ইবুংঙো শিল্পী সাহিত্যিক্ ওইরবা মহারাজ বীরচন্দ্র মানিক্যনা য়াম্না নিংথিনা মশক খংবিখি। মৈতৈনা অঙৌম্বা হায়বসি পামদবদগী বুদ্ধি লৌশিং লৈববু বুদ্ধিমন্ত "রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত" মীথোল্ পীখিবনি; তৌইগুম্বসুং মৈতৈশিংনা অঙৌম্বা হায়রগা খঙনৈ। রাজনিতিগী অকন্বা শাফুদগী মনিপুর থাদোক্তুনা সিলেটতা লৈবা খুংগা হৈরবা নিংথেম্ শাগৈগী স্নাখ্যা চন্দ্রানন্দগী ধারা স্নাখ্যা অঙৌম্বার

য়াম্না নহা ওইমা মহারাজ বীরচন্দ্রনা মশেন্ নিপা ওইনবা বৃন্দাবনদগী পুরকৃখি। মতমদু ইংশোক্ ১৮৭৫-৭৬ অতুরাইদনি। খুমন লৈমা মহারানীগী মচন ইবেমা শিজ শাবীনা স্নাখ্যা অঙৌস্নাবু বনমালীপুরগী য়ুমফম্সিদা মনাউ ইবুংঙো রাজকুমার গোবিন্দজীৎকা লৈহনখিবনি। ওলাং থাগী চাকলবা মৈশাদগী মতম্ খজিক্তং ওইরবসু শান্তি পীরিবা কোণা হুম্নায়সি স্নাখ্যা বৃদ্ধিমন্তগী অবদান অমনি। ত্রিপুরা কোনুংদা ঘড়ি পুরকখিবসি স্নাখ্যাগী থৌশিননি। আগরতলাদা ঘড়ি হায়রকপদা রাজকুমার বৃদ্ধিমন্তগী পরিবার অমসুং থার। নালাবু থিরকই। হৌজিকসু থিরক্পা তোকৃত্রি। B.M Singh & Watch Maker, Agartala-গী সাইন বোর্ডনা রাজধানী মবুক্তা মনিপুরী উবা ফংবসি চাংথোকচনিঙাই ওইরম্মী। পুলিশনা ফাবা হাজাতি ভারতীয়শিং ইংরেজনা শাবা হাতকড়া থুদেকই। থুদেক্পা অমদি হাংদোক্পা ওয়দদা শো (চাবি) শাবগীদমক ইংরেজনা স্নাখ্যাবু রেংগুনদা বাঙোল তৌহনা পুথি। স্নাখ্যাগী মনাও ইবুংঙো খৃষ্টান নিংঙোল লৌবগী মমিং ওয়্রেকতুনা H. L. Leonard না রেংগুনদা ময়াম্বুংগী মতেঙ্ পাংবিখি। ভারততা ফোটোগ্রাফী শিল্প আসি অনৌবা ওইরম্মী। শিল্পী সাধক মহারাজ বীরচন্দ্র ক্যামেরাগী ইংরেজ ফোটোগ্রাফার পুরতুনা কোনুংদা ফোটো ম্যানুফেক্চার তৌবদা স্নাখ্যা বৃদ্ধিমন্তগী অচৌবা মতেঙ্ পাংখি। শিল্পপ্রেমদা শিল্প সাধনাগী মশক্ — Talkie Clock (Speaks out every hour) পুংজা পুংজা খুদিং লাওথোকই। Alarm Gramphone এলার্ম ঘড়িগী ক্রিং ক্রিং ক্রিংগী মহুৎ নোংঙাললদাদা "নোংপোক্ চিথৈ ওয়াংকলে" মত্রগা রাম্ভ জাগো জাগো শ্যামেরগী রেকর্ডকী ঈশৈ তাবা ফংবা শিল্পীগী উদ্ভাবন (পুথোকপা) অঙকপনি। রাজ্যগী চিংচক্ মাল্লকৃতা লৈরিবা উ-রানা শাপা কলম হেন্দল্, কালী মুকফু, রটার পেন্, নাইফ, পেপার ওয়েট, রাগী ফোটো ফ্রেম নচিংবা পোৎ চৈশিংতুগা চাওথংলবা ইংরেজকী ইন্দস্ট্রিদা কম্পিটিসন তৌনবা মতমদুদা স্বদেশী কাংবুশিংনা সম্মানগা পৌয়নবা শোৎপীখি।

ওসি লৈরিবা ত্রিপুরাশিংগী বেমদো এগু কেন্ ইন্দাস্ট্রিগী মশক্নি স্লাখ্যাগী অবদান (মতেঙ্) য়াওদে য়াদে। কংগ্রেস্ একজিবিসন্ থুদ্রিংগী ত্রিপুরাগী ওইনা স্লাখ্যাগী পোৎ-চৈ য়াওদবা য়াদে হায়গুমই। মহারাজ বীর বিক্রম্ সাম্রাজ্যবাদী নিংথৌ ওইরবসু স্বদেশীকৃতা লৈবনা স্বদেশী শিল্পী মথৌ তাবা মতম্দা তুংহনখিদে। মপানগী মশক্ নাইবা মীওয়শিং ওক্পদা মনিপুরী সংস্কৃতিগী কীর্ত্তন, রাস, নিপা পালা তঙাইফদবা ওইবনা রাজকুমার বুদ্ধিমন্তগী অথোয়বা থৌরম ওইরম্মী। মতম্ মতম্দা মওং মওংগী নিপা পালা, নুপীগী খুবাক্ ঈশৈ উবা ফংই। নুপী মসুম্দা লৈবগুম্না ত্রিপুরাদা লৈজরবসু মপাম্ লম্দম্ ইম্মা লৈবাক্, মনিপুরদা শ্রী শ্রী গোবিন্দগী দর্শন লেঙ্বগা লোয়ননা এপাবুং-মতোন্ন-চিংবা শাগৈ নাইতগী থোংগুম্সু লিরমী। নোংগাথরা চুড়াচাঁদ মহারাজকী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা রাজ প্রতিনিধি ওইনা ইং ১৯৪১ দা মনিপুরদা লেঙ্বিরুই। ত্রিপুরাগী মনিপুরী সমাজ অনুশাসনগী, লৈবাক্ কেন্দ্রীয় সভাগী সভাপতিসু ওইবিরম্মী। ইং ১৯৪১ দা শিল্পাশ্রমগী সুপারিন্টেণ্ডেণ্ট ফম্ থাদোকুনা পোথাখিবা মতম্ থরনি মচা ইবুংঙো রাজকুমার কমলজীৎনা মপাবুংগী খুত্তম্ ঙাকপা ওইনা শিলপাশ্রমদা শিল্প সাধনা তৌখি। শিল্প সাধনাদগী জনতা সেবা সাধনানা অহেম্বা ওইনা থনখিনদগী মচা ইবুংঙো কমলজীৎনা শিলপাশ্রম থাদোক্খিবা মতমদগী ' শিলপা শ্রম " অসি ঙসিদি অমম্বগী সংসারদা লৈখ্রে। আগষ্টগী তাং ১৫ ভারতকী নিংতম নুমিৎ ঙাইহুনা লৈরম্বগুম্ ভারতকী নিংতম ফীবালগী দর্শন ফংলবা থা মরিগী মতুং ইং ১৯৪৭ কী নভেম্বর তাং ২০ দা মশাগী চহী ৬৫ গুরক্পদা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত মচানিপা ৩ মচানুপী ২ অমদি মগু কয়াগা লোয়ননা শাগৈ নাইতৈ খুদিংমক থাদোক্লগা কৃষ্ণগী খুয়া তানখি।

মচা ইবুংঙোহন রাজকুমার ধুমজীৎ আধ্যাত্মীক জগৎনা অহেম্বা ওইনা লৌখিবনা মচা মগু থাদোকতুনা বৈষ্ণব সন্যাস ওয়খি। মচা ইবুংঙো রাজকুমার কমলজীৎ মীয়ামগী সেবাদা এম, এস, এ ফাওবা ওইরিবমী। হৌজিকসু মীয়াম্গী সেবাগীদমক্ মহাকী থৌনা হুম্বা লৈরি।

# ওঝা তোনজম কুমুদ ঠাকুর

ত্রিপুরাগী মনিপুরী সংস্কৃতিগী রাফম লাকপদা তোনজম ওঝা কুমুদ ঠাকুরগী রাং য়াওদনা মপুং ওইবা য়াদে হায়বা ওঝা অমনি। ত্রিপুরা কোন্নুংগী মচা মশুগুম্না মহারাজ চূড়াচাঁন্দগী মশাইগোন্দা লৈহুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী জগোই তম্বা হৌখি। চূড়াচাঁন্দ মহারাজনা পাম-জবদগী ওঝা য়ুমশংবীদা গুরু বরন তৌহুনা জগোই তম্বা মতমদা মনিপুরগী ওঝা হাওবম তোম্বীসু তমখি হায়নৈ। চহি ১৫ রোম হেন্না মনিপুরদা ওঝা ওইরম্মী। আগরতলাগী মনিপুরী সংস্কৃতি ধারাদা কোন্নুংগী ওইবা তোপ্‌ তোপ্পা মঙাল্‌ অমা মনিপুরী জগোইদা লাকপা মতম্নি। মনিপুরগী স্নাথ্যা নিতাইপাদম্মা মতম্‌সিদা (১৯২৪ইং) ত্রিপুরাদা লেংঙকৃখি। আগরতলা ধলেশ্বরগী তোনজম্‌ প্রেম্‌ সিংহ ঠাকুরগী সঙ্গায়সী মহারাজ বীরচন্দ্রগী মহারানী রাজেশ্বরীগী মপাম্‌ ওইবা ঢাকা লৈমা মহারানী রত্নমঞ্জুরীগী মচন ইবেম্মা থাবনস্নাবু প্রেম সিংহ ঠাকুরগী মচা ইবুংঙো রসমোহন ঠাকুরদা থাজখিবনা আগরতলাদা অনিশুবা কোন্নুংগুম ওইখি।

মতমসিদা রসমোহন ঠাকুরগী মচাইবুংঙো কুমুদনা মনিপুরগী ওঝাশিংগী কৃপা ফংহুনা লেংঙকপদা "তোনজমগী মণ্ডপ" মনিপুরী সংস্কৃতিগী অচৌবা কেন্দ্র অমা ওইখিরম্মী। ইংশোক ১৯২৮ অহুরাইদগী

বোম্বাই, আহমেদবাদ তা পাঙনবম্ গুরু নবকুমার, তোনজম্ ওঝা কুমুদ ঠাকুরনা লুচিংদুনা আগরতলাগী জগোই-ইশৈ, মনিপুরী সংস্কৃতি সেবী অয়াম্বা পাঙনবম্ বৈকুণ্ঠ, পাঙনবম্ নরেন্দ্র, পাঙনবম খোগেন্দ্র, রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎ, রাজকুমার চন্দ্রজীৎ, অভয়নগরগী ওঝা বসন্ত, ওঝা জয়, রাধানগরগী ওঝা শরদ ভট্টাচার্য্য নারানগী ওঝা শিশকনচিংবা অয়াম্বা মথং মথং ওইনা চৎপা মতমনি। ওঝা কুমুদ ঠাকুর রাজকার্য্য অমসুং মনিপুরী সমাজ থোগল তৌববু গুরুত্ব মপান্দা কুইনা লৈখিদে; আগরতলাদা অমুক হন্না কখি। আগরতলাগী সংস্কৃতি নৃত্য নাট্যদা মনিপুরী সংস্কৃতিগী মফম্ ওঝা কুমুদ ঠাকুরগী অবদান অচৌবা অমনি। মনিপুরী কেন্দ্রীয় সভাগী লুচিংবা অমসু ওইবিরম্মী। ইংশৌক্ ১৯৪২ দা সৈবক ক্রয়া অমদি মচা-মত্ত ময়ামবু থাদোকপীরম্লগা ওঝা কুমুদ ঠাকুর কুক খুন্না ভানখি।

# "নৃত্যাচার্য্য গুরু" ৺নবকুমার সিংহ 'ঠাকুর'

তখেন লৈপাক (ত্রিপুরা) গী মৈতৈ পুং, ঈশৈ জগোইদা ফাওবকখিবা "গুরু নবকুমার সিংহ ঠাকুর' তখেন কোন্নুং 'আগরতলা' গী মনাক্তা লৈবা চন্দ্রপুর চায়বা খুন অছুদা য়াম্না চাওরবা শাগৈগী মুংঙাই য়াইকবা ইমুং অমদা পোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী গুরু অসিদা মশাগী পিথোরক্লবা "কলাকার" অমা ওইবগী গুন অসিসু লৈরকখি। মহাক্কী অসিগুম্বা মপোক্কী ওইবা গুন কয়ামুক্ ংবরপা অসিনা জগোই ঈশৈদা থোইদোক্লা কলা বিদ্যাগী মাইকৈ অসোমদসু থুনমক মী অমা ওইবা ওমখিরম্মী।

(ত্রিপুরাধিপতি) তখেন্ নিংথৌ ৺মহারাজ রাধাকিশর মনিক্য বহাদুরনা পোক্লম্বা মচা ইবুংঙো মহারাজ কুমার ব্রজেন্দ্রকিশরনা মহাক্কী অসিগুম্বা গুন কয়ামুক্ লৈবা অসি উবিহুনা কলাবিদ্যা গী মাইকৈদা সমাজনা মহাকপু শকখং মাইখংবিনবা লমজিং কয়াসু তাকপিখি। অতুগা তখেন্ লৈপাক্কী পুং, ঈশৈ, জগোই গী থোইদোক্লা শনা কোন্নুংগী ওঝা গুরু কয়াগী মফমদা চংজহুনা মৈতৈগী ওইবা জগোই ঈশৈগী অরিবা পথাপ কয়াসু তমশিনখি। মহারাজ কুমার ব্রজেন্দ্রকিশর নসু গুরু নবকুমারবু তখেন্ লৈবাক্কী পুং, ঈশৈ, জগোইদা পোইদোক্ হেনদোকপা কলাকারনী হায়না খংবিহুনা মনা মথুম "মানপত্র" নচিংবা পিনবিহুনা গুরু নবকুমার সিংহবু ইকায খুম্নবসু উংপিখিরম্মী।

বিশ্বকবি গুরু রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর তখেন্ নিংথৌগী রাজ পরিবারগা য়াম্না মরি লৈননা শকখং মাইথংনবা অমা ওইরম্মী অমসুং (ত্রিপুরা) তখেন্ লৈপাক্কী মনিপুরী জগোই, ঈশৈদসু মহাক্না য়াম্না পামজবা অমা ওইখি। মরম অদুনা কবি গুরুনা তখেনগী মহারাজ কুমার ব্রজেন্দ্রকিশরদা হায়জদুনা সন ১৯২৫ ইংদা গুরু নবকুমার সিংহ 'ঠাকুর' বু মহাক্কী বিশ্ব-ভারতী শান্তিনিকেতনদা মনিপুরী জগোইগী প্রোফেসার হাপ্লিদুনা মনিপুরী জগোইবু ছাত্র ছাত্রীশিংদা শিক্ষা পিদুনা মপান্দা শন্দোক্নবা থৌরম চংথরকখি। গুরু নবকুমার ঠাকুরগী পুন্সিদা ভারততা মনিপুরী জগোই, ঈশৈ শন্দোকপগী ইহান হান্বা খোংফমনি।

গুরু নবকুমার না কবি গুরুগী "নটির পুজা" হায়বা রারি অসিগী মরমদা (নৃত্যনাটিকা) রচনা তৌদুনা পুথোকই। "নটির পুজা (নৃত্যনাটিকা) অসি ইহান হানবদা কলিকাতাগী 'রঙমহল' থিয়েটরদা উৎলি। জগোই অসি উৎপদগী গুরু নবকুমার সিংহগী মিং অসি য়াম্না থাপ্লা থাপ্লগা লৈপাক্ য়ৌনা শন্দোকখিরম্মী। আহমদাবাদ কী মীশিংনা কলিকাতাদা 'নটির পুজা' উৎখিবগী পাউ অসি তাবদা সন ১৯২৭ ইংদা শ্রীঅম্বালাল সারভাই না গুরু নবকুমার সিংহ 'ঠাকুর'বু আহমদাবাদ তা চৎপগীদমক নিমন্ত্রন (বাত্তন কৎলকখি।

শ্রী অম্বালাল্ না ইহান হান্বদা কুমারী মৃদুলা, অমসুং কুমারী লীলাবু মনিপুরী জগোই তম্বীনবা হায়দুনা গুরু নবকুমার সিংহদা গুৰু বরিবিখি অমসু কুমারী অনিমকপু মনিপুরী জগোই তমহনখিরম্মী। অসিগী মতুং সন ১৯৩৪ ইংদা কবিগুরুগা লোয়ননা গুরু নবকুমারবু 'শ্রীলঙ্কা' 'টোর তৌবা চংলি। গুরদেবগী "সাপমোচন" অসি গুরু নবকুমারনা নৃত্যনাটিকা রচনা তৌদুন শ্রীলঙ্কাগী রঙ্গ মঞ্চ মফম কয়াদা উৎপদা শ্রীলঙ্কাগী প্রজা পুম্বনা গুঙ্ক অনি অসিবু ভমথৈ লৈতন থাগৎনখি। লঙ্কাগী প্রজা পুম্বন মনিপুরী জগোইদুবু মশকখংলিখি। শ্রীলঙ্কা কোইরুবগীতুংদা পোম্বদা অমূক লৈলিদুনা পোম্বগী স্কুল, কলেজ সংস্থা কয়ামুত্তা জগোইগী ওঝা ওইবিদুনা থবক তৌথখি। মহাক্না মৈতৈগী ওইবা খুৎথেক্ শাথেক্ ভাব ভঙ্গী কয়ামুক্না মপু ওইরবা

নৃত্যনাটিকা কয়াম্ রচনা তৌত্নবা পুথোকই। মহাক্কী মফুংদা "গীত-গোবিন্দ", "রাসলীলা", "নরসিং ভক্ত হিরন্য", অসিনচিংবা অসি শম্বা য়াই। মতম অদুগী বোম্বে হাই কোর্ট কী মমিং চৎলবা এড-ভোকেট অমসুং সাহিত্য সংসদ কী সভাপতি শ্রীকান্হাইলাল্ মুন্সি, ভারতকী ফাওরবী সমাজ সেবীকা শ্রীমতী লীলাবতি মুন্সি অনিগী মচা মুপীশিংবু গুরু অসিগী মকমদা মনিপুরী জগোই তমহনখি।

চহি ১৪ চুপ্পা শ্রীরেবতী তৌবিত্না কলাবিদ্যাগী অসিগী সাধানা তৌবিত্না শন্দোকপিরক্পা অসিগী মহৈনা শ্রীমতী লীলাবতী মুন্সিগী নিমন্ত্রন্ মতুং ইন্না দিল্লীগী 'ত্রিবেনী কলা সঙ্গম' দা অমুক মনিপুরী জগোইগী ওজা ওইখিবি। 'ত্রিবেনী কলা সঙ্গম' দা গুরু অসি মতম শাংনা থবক তৌরম্মী। সন ১৯৫৪ ইংদা অমুক হন্না শান্তিনিকেতনদা মনাংঙৈগী মরূপ মপাং পুম্নগা তিন্না থবক্ তৌরকখিগে হায়বা রাথন্দগী মশাগী চহি ৭১ গী মথক্ ওইরবা মতমদা দিল্লী থাদোকখিরম্মী। সন ১৯৫৫ ইংদা গুরু নবকুমার ঠাকুর অমুক হন্না বিশ্বভারতীগী "সঙ্গীত ভবন" দা মনিপুরী জগোইগী প্রোফেসর ওইবিত্না থবক তৌখখি। অদুবু অহল মতম ওইরকপদগী অমসুং মশামক্ থোইনা ফংচিল্লকবা মরম কয়ামুক্না গুরু অসি সন ১৯৫৬ ইংদা বিশ্বভারতীগী থবকতগী পোথাখিরম্মী। মহাকী পোকফম লমদম 'চন্দ্রপুর' অখেন (ত্রিপুরা) দা চৎখি। গুরু নবকুমার সিংহ মশামক্ চহি ৮১ এপ্রিল তাং ২১, ১৯৬৪ ইংগী নৈথাকপোকপা হুমিত্তুদা তাইবং থাদোকতুনা স্বর্গধামদা য়াত্পি তানখি।

# "গুরু হাওবম" অতোম্বা সিংহ

৫ "গুরু" হাওবম অতোম্বা সিংহ ১৮৮৯ ইংগী ডিসেম্বর তাং ১০ দা পোকখিবা মহাক্ ওইরিবদি, মনিপুরগী ইহান হাইবা হাই ইংলিস স্কুল জোনথোন্ ক্লাস "থ্রি" ফাওবদগী ল্যাইরিক তমখি। মাগী নংবা ... পোকপা মরম্মা নত্তা ওইনা উৎবা (মিস্ত্রি) গী শিনফমদা চংখিনি, গুরু অসিবু জগোইগী সংসারদা পুশিনখিরা অসি পুং গী অফাওবা ওবানি।

গুরু অসিগী পুন্সিগী মতুংদা চহি ১৭ তি মৈতৈ জগোই তম্বা চংখি। মহাক্ অসি অক্নবা অমসুং মকোশগী পন্থাপা কাইখ্রিবা মনিপুরী জগোইবু শেংলকহনবা মীথক্ অমনি। নহা ওইরিঙৈগী পুন্সিদা গুরু অসি আসাম অমসুং বেঙ্গল অসিগুম্বা মফম যাম্না চৎলকখি। কবি গুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা "শান্তিনিকেতন"দা মনিপুরী জগোইগী প্রোফেসর হায়না থম্বিখি অমসুং গুরুদেবনা মমাংদা "থ্রিনি গোল্ড" মেডেল পিবিদুনা গুরু অতোম্বা সিংহবু ইকায় খুম্নবা উৎপিখি।

মহাক্না আসাম অমসুং বেঙ্গলদা চহি ১৬ লৈরক্পা মরম্মা ভারত শিনবা থুংনা মহাকী ছাত্রশিং লৈরকপা হৌখি। শ্রী মতী রিতা মুখার্জি, ঝাবেরী মচিন্-মনাওশিং, "নৃত্য গুরু" রাজকুমার সেনারিকসিংহ (কাছাড়)-গী গুরু বিপিন সিংহ "নৃত্যাচার্য্য" (কাছাড়গী) অসিনচিংবা অসি গুরু অতোম্বগী সেবক্ ওইরকনি। মহাক্না জওহরলাল নেহরু মনিপুর ড্যান্স

একাদেমীদা প্রোফেসর ওইখি অমুগা ভারত সরকারনা হাপ্পা মনিপুরী জগোইগী অমসুং অইহৈগী পেনেল্‌দা মেম্বর অমসু ওইখি। সন ১৯৫৭ ইংদা সঙ্গীত নাটক একাদেমী "এৱার্ড"সু ভারতকী প্রেসিডেন্টনা পীবিরুনা গুরু অসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। অমুগা সন ১৯৭৩ ইংদা লুপা ১০০০ গা লোয়ননা ফেলোসিপকী টাইটলসু ফংখি।

গুরু হাওবম অতোম্বা সিংহ মশাগী চহী ৯০ ফেব্রুয়ারীগী তাং ২১,১৯৭৫ ইংদা মাগী মযুম 'উরিপোকৃতা' লোজাখি। গুরু অসি লৈখিদবগী অরাবা ফোংদোক্পা সভা অমা তাং ২২।২।৭৫ ইংদা অয়ুক পুং ৮-৩০ তাবদা স্বর্গীয়গী পরিবারগা লোয়ননা "গুরু" অমুবী নৃত-বিদ্যালয়, মনিপুরী জগোই মরূপ, সিমান্ত পত্রিকা অমসুং লো কলেজগী ছাত্রশিংগী প্রতিনিধি গা লোয়ননা স্বর্গীয়গী শরাইদা ফমখি। সভানা লৈখিত্রবা গুরুজিগী আত্মানা ঈশ্বরগী খুয়া খাদা শান্তি ওইনা লৈহনবিনবা মিনিট ২ (অনি) রা ভাংদনা প্রার্থনা তৌখি।

## "পদ্মশ্রী গুরু" অমুদোন শর্ম্মা (নৃত্যাচার্য্য শিরমোনি)

"পদ্মশ্রী গুরু" অমুদোন শর্ম্মা ইম্ফাল "সহরগী মখুং খোংমন্ মংজিন (ব্রহ্মপুর) দা পোকই। গুরু অসি স্যাব চুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তুগী গুরু খোমদোন শর্ম্মানা থুপত্রবদা শ্রীগোবীন্দগী জগোই ওঝা পুবেন ওইনা থৌগল তৌরকই। গুরু অসিগা লোয়ননা শ্রী ৺গোবীন্দগী ওঝা ওইবকপা অসি মীবোন (৪) মরি গুরকএ। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তুক্তা বসানন্দ ঠাকুব, স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজ হাক্তুক্তা বামোন থৌবানী শাবী, চুবাচান্দ মহাবাজকী মতমদা কাহ্নাই শর্ম্মা অমসুং খোমদোন শর্ম্মা তাবক্তুনা বোধচন্দ্র মহাবাজগী মতমদা গুরু অসি তারকপনি। থংনবা মথক্কী গুরু খোমদোন শর্ম্মা অসি নৃত্যাচার্য্য শিবমোনিবু পোকপনি। অসুম্না পবম্পরা মথং মথং কায়রক্তুবনা গুরু অসিগী জগোইবু খ্বাইদগী হেন্না থাজনফম ওই। মথক্কী গুরুশিংগী অবিবা মওং নিংথিনা ঙাক্তুনা লৈরকখিবা মবম্না গুরু অসিগী পুং ঈশৈ জগোইতদা শ্রী ৺গোবীন্দগী অবিবা অশেংবা বাসকী জগোই অতু উবা ফংনবি।

গুরু অমুদোন শর্ম্মা, মহারাজ বোধচন্দ্রনা পাল্লিবা মতমদা সনা কোনুংদা লিংখৎখিবা শ্রীশ্রী গোবীন্দজীউ নর্ত্তনালয়দা জগোইগী ওঝাসু ওইবিখি। সংস্থা অসি হেক হৌগৎপদগী ছাত্র ছাত্রীশিংদগী (ফীস) মমল লৌবিদনা লেম্না বিদ্যা তম্বীবকখি। খোম্মেগী মৈতৈ জগোইদা মমিং চংলবী কুমাবী সবিতা মেহতা হাযবী অসি মহাক্কী ছাত্রীনি।

গুরু অসি জবাহরলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাদেমী ইম্ফালদা জগোইগী ওঝারেনম্ন ওইবিছুনা থবক তৌরম্মী। সন ১৯৬০ ইংদা মনিপুরী জগোইগী মরমদা ভারত সরকারনা "সঙ্গীত নাটক একাদেমী এৱার্ড" পীবিছুনা গুরু অসিবু ইকাই খুম্নবিখি, অমসুং সন ১৯৭২ ইংদা অমুক্তা গুরু অসিবু মহাক্কী পুং, ঢোল, জগোই থোইদোক্না সঙ্গীত কলাগী মাইকৈদা মমল য়াম্নবা সেবা তৌবিরকপা অসি উবিরকুনা ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা "পদ্মশ্রী" হায়বা উপাধিনা লৈতেংবীছুনা গুরু অসিবু ইকায় খুম্নবা উৎপিখি।

গুরু অমুদোন শর্মা মশাগী চহি ৮৫, মার্চকী তাং ১১।৩।১৯৭৪ ইংদা মহাক্কী শঙ্গায় খোংমন মংজিন (ব্রহ্মপুর) দা স্বর্গতি ওইখি

# "নৃত্য গুরু" রাজকুমার সেনারিক সিংহ

ভারত শিনবা থুনা মমিং চংখিবা নৃত্য গুরু রাজকুমার সেনারিক সিংহ আসাম কাছাড় জিলগী শিলচর সবডিবিসন গী কালানজোব হায়বা খুন অত্থদা য়াম্না চাওবা কালাবাজা বংশ নিংথেম শাগৈ অমদা পোকই। নৃ• গুরু রাজকুমার অসিনা ইগান হান্না তমশিনখিবা বিত্যাদি মৈতৈ সংকীর্ত্তনগী পুং য়েবনি। মসিগী মতুংদা মনিপুরগী ওঝা ৺রাজকুমার প্রসাদ স্নাগী মফমদা চংজত্নুনা নুপী জগোই, হায়বদি - জগোই রাসকী মখল শুনা গোপী গোপাল, রাখাল রাস, খুবাক ঈশৈ অসিনচিংবা মরম শুনা ওঝা অসিদগী তমশিনখি।

৺গুরু হাওবম অতোম্বগী মফমদসু চ জত্নুনা ভঙ্গী মখলশিং অমসু, জগোইগী অরিবা পথাপ নাইবা পোৎসক কয়াসু তমশিনখি। মতৈ তম্বা লোইরবা মতুংদা গুরু অসি রাসধারি ওইত্নুনা কাছাড় অমসুং আসামগী মনিপুরীনা তার খুন্ কয়াদা চত্নুনা জগোই রাস ইম্নীবম্মী। মতুং ভারতপদা কবিগুরু ররিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা গুরু অসিবু শান্তিনিকেতনদা কৌশিন্‌বিখি। সঙ্গীত ভবনদা মনিপুরী জগোইগী প্রোফেসর হাম্নিত্নুনা থবক তৌখি।

গুরু অসিনা শান্তিনিকেতনদা লৈবা মতমদা ভারত কী মফম অযাম্বদগী ছাত্র-ছাত্রী কয়া লাত্নুনা মনিপুরী জগোই তমখিবম্মী। চীন, জাপান, শ্রীলঙ্কানচিংবা লৈপাক কয়াদগীসু বিদ্যার্থী কয়া লাক্লুনা

গুরু অসিগী মরুমদা মনিপুরী জগোই তম্থি। অতুগী মতুংদা নিলোনগী মিস্ঃ এম, জয়ন্তী স্বামী অমসুং জাপানগী মিঃ কাইটসু সাকাকী-বারা (কোলম্বিয়া আর্টিষ)' ডাইরেক্টর ওফ টোকিও ডান্স স্কুল, টোকিও জাপান অসিনচিংবগী মমিং পম্বা য়াই। মহাক্না শান্তিনিকেতনদা ওঝা ওইদুনা লৈবা মতমদা ছাত্র ছাত্রী অমসুং শান্তিনিকেতনদা থবক তৌরিবা মীপুম খুদিংমক্না "গুরুজী" হায়বা মিঙৌ অঁসি কৌনখি। মতুদগী মহাকপু 'গুরু' বাজকুমার সেনারিক সিংহ হায়না মপান্ লম্দা খংনপি। শান্তিনিকেতনদা চহি ৭ ওঝা ওইদুনা লৈরবগী মতুংদা অমুক কলিকাতাদা লাক্কুনা কলিকাতাগী মমিং চৎলবা সঙ্গীত সংস্থা "গীতবিতান" কলেজদা জগোইগী ওঝা ওইরিখি।

গুরু রাজকুমারনা কলিকাতাদা লৈবা মতমদা মতমতুগী কলিকাতা-গী ফাওরবী নায়িকা অমসুং নৃত্যশিল্পী শ্রীমতী সাধনা বোসনসু গুরু অসিবু মযুমদা থমদুনা চহি ৩ লোম মনিপুরী জগোই তমজখি। হৌজিক্কী মতমদা গুরু রাজকুমাবগী ছাত্র ভারতকী অচৌ অচৌবা সহরশিংদা লৈবিদুনা মনিপুবী জগোইবু বিশ্বদা শন্দোকপদা অয়াম্বা শরুক য়ানিবি। মখোয়দুগী মনুংদা গুরু বিপিন সিংহ 'নৃত্যাচার্য্য' (কলিকাতা) নৃত্যশিল্পী শ্রীসুধীর সিংহ (কলিকাতা) শ্রীবঙ্কীম সিংহ (বোম্বে) গুরু চন্দ্রকান্ত সিংহ (নিউ দিল্লী) শ্রীবনমালি সিংহ (লক্ষ্ণৌ) লাইরিক্ অসিগী লেখক্ (লুধিযানা-পঞ্জাব) অসিনচিংবা শিং পম্বা য়াই।

গুরু রাজকুমার সেনাবিক সিংহ কলিকাতাদা চহি মতম কুইনা লৈরবগী মতুংদা পৃথিবীগী অনিসুবা লাঞ্জাওগী মতমদা কলিকাতাগী আর্টিষ কয়ামুক্কা লোয়নননা জগোই পার্টি শেমদুনা ভারত শিনথুনা আসাম, বেঙ্গল, বিহার, উত্তর প্রদেশ, পঞ্জাব, খা ভারতনচিংবগী অচৌ অচৌবা সহরশিং অমসুং সমুদ্র (সাগর) রাংম লান্দুনা শ্রীলঙ্কা-গী কোম্নুং কোলম্বো য়ৌনা চত্তুনা মনিপুরী জগোইবু শন্দোকপিরুই। ভারত ভ্রমন লোইরবা মতুংদা লাহোর (পঞ্জাব) তা চহি ৩ লোম

অমুক ওঝা ওইদুনা লৈখিরম্মী। অসিগী মতুং তারকপদা মরৈপাক্তা নৌনা লিংখৎলিবা রাজ্য সরকারনসু শকখংবিরবা অমসুং ভাতখণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপীঠ (লক্ষ্ণৌ) আসাম্ সঙ্গীত নাটক একাদেমীনসু শকখং মাইখংবিরবা "শিলচর সঙ্গীত বিদ্যালয়" কাছাড় (আসাম) দা মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইবিনবগীদমক বিদ্যালয় অসিগী কর্তৃপক্ষ-শিংনা গুরু রাজকুমারবু কৌশিনবিখি। সঙ্গীত বিদ্যালয় অসিদা চহি মতম শাংনা ওঝা ওইদুনা থবক তৌখিরম্মী। গুরু অসি লৈখিদ্রবসু গুরু অসিগী গুন্ মহিমাদি ভারতকী সঙ্গীত জগৎতা ময়েক্ লানা লৈহৌরি। ●

# নৃত্যগুরু ৺রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

তখেল লৈবাক্কী মনিপুরীশিংগী মহুংদা ঈশৈ জগোইগী মরমদা মিং থিগৎপা য়াম্নবা কলাকার অমা ওইনা লৈরম্বা গুরু রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎ সিংহনি। গুরু অসি মৈতৈ নিংথেম মচা সনা চহি অহুম্ (নরেন্দ্রজীৎ) গী মশু ছত্রজীৎকী অনিশুবা মচা ইবুংঙোনি। ইং ১৯০৮ গী য়াকচীংদা আগরতলা থলেশ্বরগী শঙ্গায়দা পোক্পনি। গুরু রাজকুমার চহি য়াম্না নৌবিদৈদগী পুং তম্বা হৌখি। অহান্নদা মনিপুরদগী লেংলক্পা ওঝা ইবেম তোম্বীদা পুং তমখি। মথংদা মপাবুং য়াইমা রাজকুমার লোকেন্দ্রজীৎতা অমুক্ তম্মী। মাখ্যা লোকেন্দ্রজীৎ তখেল নিংথৌগী নিংথেম্ পালাগী পুং যৈবা 'হনজবা' নি। সংকীর্ত্তনগী পুং য়ৈবদগী মনিপুরী জগোইদা পূক্নি চংশিবদগী 'নৃত্যগুরু' ওইরবা মিং ফাওরবা তোনজম্ কুমুদ ঠাকুরদা পুং অমসুং জগোই তম্বা হৌরে। ওঝা কুমুদ ঠাকুরগী মরমদা খরদং পন্দনা য়াদে। ঢাকা তাবা মহারাজ দেবেন্দ্রগী মচাইবেম্মা নিংথেম্ চনু মহারানী রত্নমঞ্জুরী (ঢাকা লৈমা) গী মনাওগী মচা ইবুংঙো কুমুদ ঠাকুরনি। তখেল মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরনা মনিপুরদা লেংবা মতমদা কুমুদ ঠাকুরসু মহারাজকী থৌগন তৌবা চংলি। মনিপুর কোনুংগী রাসমণ্ডলদা রাস দর্শন ফংখি। য়াম্না নুংশাইরহনা কুমুদ ঠাকুরবু মনিপুর মহারাজ চূড়াচাঁন্দগী মখুত্তা

জগোই তম্ববা শিনরম্মী। চহি থরনি মতুংদা ওঝা কুমুদ ঠাকুর ত্রিপুরাদা হল্লকখি। ওঝা কুমুদ ঠাকুরদা জগোই তম্মা তম্মা রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎ তথেল্ নিংথৌ কোম্নুংগী অতৈ মফম্ কয়াদা শিম্বা জগোইগী থৌরম্‌দা শরুক্ য়াবা হৌখি। খৃঃ ১৯৪১ ইং অহুরাইদা ত্রিপুরাগী অহাম্বা ইংলেণ্ড ( হাভার্ড ) দগী পাশ তৌরকপা এম, এ শ্রী সোমেন্দ্র দেব বর্ম্মা ( রেন্নু সাহেব ) গী মুপী শ্রী মতি পদ্মাবু মনিপুরী জগোই তম্বিখি। জগোই তম্বা অমস্তুং তম্বিবগী থৌরম্‌দা মসিনা ত্রিপুরাদা অহাম্বনি।

মতম্ অহুদা বোম্বাইরোমদা মনিপুরী জগোয়গী য়াম্না সমাদর ওইবা হৌরকলে। ১৯৪২ ইংদা নৃত্যচার্য্য গুরু নবকুমার ঠাকুরগী মচানুপা অনি নরেন্দ্রকুমার অমসুং খগেন্দ্রগা লোয়নদুনা বোম্বাইদা জগোই তম্বিদুনা লৈরম্মী অমসুং গুরু রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎপু কৌদুনা পুখি। নরেন্দ্র, খগেন্দ্র, অমসুং রাজকুমার অহুম্না বোম্বাইগী কোরালিয়র, উমাক শিকানগর, মর্ডান স্কুল, ভেলে পারসী পার্শী স্কুল নচিংবা মফম্ কয়াদা নৃত্য শিক্ষক ওইনা জগোই তম্বিখি। ১৯৪৫ ইংদা " বিক্রমাদিত্য " উৎসব কমিতিনা থৌশিন্দুনা বোম্বাইদা অখিল ভারতীয় নৃত্যৎসব অমা পাংথোকখি। ভারতা মিং ফাওরবা নৃত্যশিল্পি, বাদক্, উস্তাদ শরুকপা-শিং কয়া শরুক্ য়াখিরম্মী। ভারত নাট্যম্ জগোইদা বালসরস্বতী, রুক্মিনি দেবী, রামগোপাল, মৃনালিনী সারাভাই, কথক্ জগোইদা অচ্চন মহারাজ, শম্ভু মহারাজ, কথাকলি জগোইদা "গুরু" গোপীনাথ, মনিপুরী জগোইদা নৃত্যচার্য্য গুরু নবকুমার ঠাকুর (ত্রিপুরা), গুরু ব্রজবাসী সিংহ (কাছাড়), গুরু বিপিন্ সিংহ (কাছাড়), সেতারদা উস্তাদ বিলায়েৎখাঁ, সরোদ্ দা উস্তাদ্ আলী আক্‌বরখাঁ, তবলাদা কণ্ঠে মহারাজ, ওঝাশিং অসিনা শরুক্ য়াখিখি। গুরু রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎ না সোলো অমসুং দুয়েৎ জগোই উখি।

১৯৪৫ ইংগী লোইরমদাইদা নরেন্দ্রগী মকুথোক্ অমচনা রানরস্

(কাশী) দা কৌহুনা স্কুল থরদা জগোই তম্বিনবা শিনখি। গুরু রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎ থিউসোফিকেল সোসাইতি স্কুল, অ্যামি বেসান্ত কলেজ, রাজঘাট মন্টেস্বরী স্কুল, কপিচেরা মোহাম্মেদান গোভঃ গার্লস স্কুলনচিংবা মফমশিংদা জগোই তম্বিরম্মী। কাশীদা মচানুপা অহল শ্রীধর য়াম্না নহা ওইনা নোঙ্গাখিবনা পুক্লিং নুংঙাইতবগা লোয়ননা মফম অদু থাদোক্লনা আগরতলাদা হল্লকখি।

১৯৫১ ইংদা স্বর্গীয় পুলিন বিহারী দেববর্ম্মানা লুচিংহুনা আগরতলাদা মিউজিক্ কলেজ হিংখৎপদা গুরু রাজকুমারনা জগোই বিভাগকী থবক্ পাইখৎখি। য়ৈথায়বা থিনগায়বগী মরক্তা য়াম্না রানা কলেজকী থবক চখবগী মতুংদা ১৯৬৪ ইংদা সরকারনা কলেজ অদু লৌশিন-লিখি। সরকারনা শিনবা কলেজতা ১৯৭৪ ইংগী ওক্টোবর থা ফাওবা থবক ত্তৌরমলগা থবক্তগী পোথাখি। ১৯৭৫ ইংগী শিক্ষক্ দিবস দা ত্রিপুরা সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা অহান্বগী ওইনা ওঝা নিপানবু সম্বর্দ্ধনা ত্তৌখিখি। নৃত্যগুরু রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎ মখোযগী মমুংদা অমনি। নৃত্যগুরু অসি ১৯৭৫ ইংগী ডিসেম্বরগী তা. ১৬ ইরাই নুমিৎতা মশাগী চহী ৬৮ দা কৃষ্ণ খুয়া তানখি। ●

# নৃত্যগুরু ৺রাজকুমার চন্দ্রজীৎ সিংহ

ত্রিপুরা (ত্খেল্ লৈবাক্কী) শিংথানরবা মনিপুরী জগোইগী গুরু রাজকুমার চন্দ্রজীৎসিংহ শান্তিনিকেতনদা চংলুত্তুনা মনিপুরী জগোই তম্বীকবা মতাঙ্গা ত্রিপুরাগী অরোয়বা গুরু অমনি। মশাগী চহি ৭৭ শুরবা গুরু চন্দ্রজীৎসিংহ মনিপুর নিংথৌ নরসিংহ মহারাজগী মনাও ইবুংঙো ঢাকা তাবা মহারাজ দেবেন্দ্রজীৎকী মশুনি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লৈরিবৈদা শান্তিনিকেতনদা চহি অমা মখায়রোম্ মনিপুরী জগোই তম্বিহ্নুনা লৈরুই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ত্রিপুরাদা লেঙকপা মতমদা গুরু চন্দ্রজীৎসিংহনা আবীর খেল্গী জগোই অমা উৎখিবদগী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা য়াম্না থাগৎখি। মহুদগী লালুকর্ত্তা অমসুং ব্রজেন্দ্রকিশোর কর্ত্তা না শিনবিহ্নুনা গুরু চন্দ্রজীৎপু শান্তিনিকেতনদা মনিপুরী জগোইগী ওঝা অমা ওইনা থাখি। রবীন্দ্রনাথকী ঈশৈগী মথক্তা কম্পোজ শৌহ্নুনা মনিপুরী জগোইগী খুৎথেক্, শাথেক্, শাওন্নচিংবা হকচাং কায়াৎ পুম্বগী শক্তম্ মখল্ মওং কয়া ওন্না তম্বিবা হৌখিরম্মী। মতুং তাবক্পদা আমেদাবাদ্তা আম্বালাল্ সারাভাইগী মচানুপী লীলা সারাভাইগী নিমন্ত্রন্ ফংহ্নুনা মতম খরনি আমেদাবাদ্তা লৈহ্নুনা মনিপুরী জগোই তম্বিখি। মথংদা আগরতলাদা হল্লক্তুনা অনিল্ সঙ্গীত বিদ্যালয়, বিজয় কুমারী গার্লস স্কুল অমসুং অকোন্বদা তুল্সীবতি বালিকা বিদ্যালয়দা মনিপুরী

জগোইগী ওঝা ওইদুনা ইং ১৯৫৯ দা সরকারগী চাকুরী ফংখি। চহি ১৯ মতুংদা হায়রিবা তুলসীবতি বিদ্যালয়দগী ১৯৭৮ ইংদা রিটায়র্ড ওই-দুনা অমুক্ মিউজিক্ কলেজদা জগোইগী ওঝা ওইনা চহি ৩ থবক তৌরম্মী। গুরুগী অপোকপগী মিংনা রাজকুমার চিত্রগুপ্ত কৌই। পোক্ফম্দি আগরতলাগী ধলেশ্বরদনী। পোক্মিন্নবা মচেম্ রাজকুমারী প্রিয়মঞ্জুরী দেবী হৌজিকস্থ লৈরি। গুরু চন্দ্রজীৎ মতম কুইনা প্যারালাইস্ লায়না পাযবদগী মযুমদগী মপান্দা থোরকপা ঙমখিদে। মহাক নিখিল ত্রিপুরা মনিপুরী সংস্কৃতিক্ সংস্থাগী অহান্বা সভাপতি ওইরম্মী। ত্রিপুরা রবীন্দ্র পরিষৎ অমসুং ত্রিপুরা সরকারনা মহাক্পু মতিক চাবা সম্মান্-পা কোয়নননা ইকায় খুম্নখি। অদুবু নিংঙম্দবদি মনিপুরী সমাজনা 'গুরু' অসিবু ওসি ফাওবা মতিক চাবা ইকায় খুম্নবা পিদ্রি। মপূক্কিগী অরোয়বা মতমদা মহাক্ রাম্মা রানা লৈদুনা ওক্টোবর তাং ২১।১০।৯০ দা মীরমলেন্ থাদোক্তুনা। কুক্কগী খুয়া তামখি।

# নৃত্য গুরু শ্রীমতি লৌরেম্বম্ তোম্বী দেবী, নৃত্য চার্য্য

মনিপুরী সংস্কৃতি জগৎতা অঙাং ওইরিবৈদগী ফাওরকলবী 'নৃত্য গুরু' শ্রী মতি লৌরেম্বম্ তোম্বী দেবী শকাব্দ ১৮২৩ গী থরান থাগী তাং ২৩ নোংমাইজিং মুমিৎতা তাইবং ফাওখি। অপোকপগী মীংনা লৌরেম্বম ৺চাওবা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মীংনা নহাক্পম্ নিঙোল্ ৺নেনে দেবী কৌই। নৃত্য গুরুগী পোক্নফম্ লমদম্না শগোলবন্দ নেপ্রা মেঙ্গর লৈকাই, ইম্ফালদনি। য়াম্না অঙাং ওইরিবৈ, মশাগী চহী তরেৎ শুবদগী মনিপুরী জগোই, রাস অমদি শ্রী গোবিন্দজীগী থৌগল্ অহল লমনগী তুং ইন্দুনা রাস য়াওরকখি। গুরু অসিনা ইহান হান্না জগোই তম্বদি ওঝা থোকচোম ৺মুক্তা সিংহগী মফম্দনি। হায়রিবা ওঝা অসি মতম্ অত্তুদা মনিপুরদা য়াম্না মমিং লৈরবা ওঝা অমনি। ৺স্যার চুড়াচাঁন্দ মহারাজকী সনা হাক্তক্তা শ্রী গোবিন্দ অমসুং শ্রী বিজয় গোবিন্দগী জগোই রাসতা থৌগল তৌজরকখি।

মনিপুরী নৃত্য কলাগী মাইকৈদা য়াম্না খঙ্‌হৈবগীদমক্ 'মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ' ইম্ফালনা 'নৃত্য গুরু' উপাধি অসি ইংশোক্ ১৯৬৮ গী মার্চকী তাং ১০দা পীবিখি। মসিগী মমাং ইংশোক্ ১৯৩৫ দা নিখিল মনিপুরী হিন্দু মহাসভানা নোট ঈশৈ শকপগীদমক্তা গুরু তোম্বীদা সনাগী মেডেল অমসু পীবিগ্নবনি। মসিগী মতুং, ইংশোক্ ১৯৪৭ তা ত্রিপুরা ষ্টেটকী মহারানী শ্রীমতিনা 'নৃত্য চার্য্য' উপাধিনা লৈতেংং বিখিরম্মী। নৃত্যগুরু অসিনা কলা বিদ্যাগী লমদা মতম্ শাংনা সেবা

তৌরকপা অসি উরতুনা ইংশোক ১৯৭৩ দা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী 'এৱার্ড মনিপুরগী মতম অতুগী গভর্নর শ্রী এল, পি, সিংহনা থিনদোকপীখি।

গুরু অসিনা নহা ওইরিঙৈদা চৈশে অমসুং জগোই রাস তম্বীরকখিবা ওঝাশিংগী মমুংদা পনবা য়াবদি— (১) ওঝা খাড়েম্বম ৺চাওবা সিংহ; (২) ৺ৱাইখোম ওঝা; (৩) ওঝা শিংথাম ৺তোমপোক সিংহ; (৪) ওঝা লিকমাবম ৺পিশুম সিংহ; (৫) "পদ্মশ্রী গুরু" তখেনচংবম ৺অমুদোন শর্মা; ৬) ওঝা ৺ঝুলোন মুচা সিংহ; (৭) ওঝা ৺নেত্রজীৎ সিংহ; (৮) ওঝা শেনজম ৺অতোম্বান সিংহ; (৯) ওঝা লৌইতোংবম ৺গুলাপ সিংহ, (১০) ওঝা ফুরাইলাংপম ৺গোবচন্দ্র শর্মা; (১১) ওঝা রাজকুমাব স্বর্গীয় অমুদীম্না, (১২) ওঝা স্বর্গীয় রোমোন শর্মা; (১৩) ওঝা রাজকুমাব স্বর্গীয় ক্ষেত্রাম্না সিংহ; (১৪) 'পদ্মশ্রী গুরু" মৈস্নাম স্বর্গীয় অমুবী সিংহ; (১৫) গুরু হাওবম অতোম্বা সিংহ। মথক্কী ওঝা গুরু মহাক্কশিং অসিগী মতমদগী নৃত্য কলা অমদি সঙ্গীত কলাগী মরমদা মপুঙ ফানা শিক্ষা লৌখিবনি। বাক্কককী শৈশক্তা নৃত্য গুরু তোম্বী দেবীবু ইহান হান্না তম্বিখিবা ওঝাদি ওঝা ল্যোংমাইথেম স্বর্গীয় চাইগোই সিংহনি।

অসিগী মতুংদা মৈতৈ লোনগী চৈশে ইহান হান্না তম্বীখিবা ওঝাদি স্বর্গীয় ওঝা কোঙ্গেবম অতোয়াইমা সিংহ 'সঙ্গীতচার্য্য' নি। মৈতৈ লোন্না মনিপুরদা ইহান হান্না চৈশে শকপসু নুপীশিংগী মরক্তা মহাক্না অহান্বনি। স্বর্গীয় পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্মা গেবেষণা শিবোমনিগী মাঙ্গপতা ইংশোক ১৯৩২ দা শান্নখিবা মৈতৈলোনগী ইহান হান্বা জগোই রাসতসু গুরু তোম্বী দেবীনা মবোক চিখি অমসুং মহাক্না মকোক ওইতুনা লিংখৎখি। হায়রিবা রাস অসিবু তম্বীখিবা ওঝাশিংদি স্বর্গীয় ওঝা কোঙ্গেংবম অতোয়াইমা সিংহ অমসুং ওঝা রাজকুমাব স্বর্গীয় সূর্য্যবড় সিংহনি। হায়রিবা জগোই রাস অসিগীদমক্তা "নৃত্য গুরু' তোম্বী দেবীবু নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভানা সনাগী মেডেল মনা পীবিখি।

মনিপুরী নৃত্য কলাগী জগৎতা নুপীশিংগী মরক্তা য়াম্না খড়ৈবগী দমক ভারতকী সঙ্গীত নাটক একাদেমীনা "এৱার্ড' পীনবিতুনা ইকায় খুম্নবসু উৎপিখি।

## "নৃত্য গুরু" ৺শোরোকখাইবম্ পাকা সিংহ

মনিপুর ১স্নুং মনিপুরগী মপান — আসাম্, বেঙ্গল, বোম্বে নচিংবা মফম অয়াম্বদা মিং শন্দোক্লুরবা মীরৈপাক্কী মীনম্ব মনিপুরী জগোই গী অখং অহৈ গুরু অমনি হায়না শক্ খংবিরবা "গুরু" ৺শোরোকখাইবম্ পাকাসিংহ সন ১৯০৩ গী মার্চ্চ থাদা তাইবং কাওখি। চহি ৫ তা ভায়রিভৈ মতমদা অপোক্পগা কায়নখি। মরম অদুনা অপোকপী শ্রীমতি অঙাং মচা দেবীনা নাউকোন্নিরকখি।

লৈকাইগী পাঠশালা স্কুল অমদা লাইরিক্ তম্নকপা নত্তনা মখা তানা তম্নকপা ঙম্খিদে। মরম অসিনা লায়রব্বী অপোকপীগী মতেং পাংবগী লম্দা অঙাং ওইনা খোঙদাবা হৌরকখি। অম্মুম্ তৌনা তৌনা কলাগী য়ুম্ফমদা পুক্নিং খোয়দারক্খিবনা নহা ওইনা পুং ঈশৈ অমস্নুং জগোই দা থরায় লুপখি। গুরু অসিগী ময়াম্বম্ পুং য়ৈবা লৈপাক্কী সেবা তৌবা পাম্নকপা ওইবনা মাগী মতুং ইম্বনা থৌরম অসিদা থোইনা হেন্না পামশিন্খি। অম্মুনা গুরুগী থরাই য়াওজবা মতৌ উবদা ময়াম্বনা লমজিংবিদুনা লৈপাক্না শক্থংবিরবা ওঝা লোইতোংবম্ গোকুলসিংহ, ওঝা সলাম্ বকুল্ সিংহ অমস্নুং ওঝা রাজকুমার স্নাজাওবাসিংহ অসি নচিংবা গুরুশিংদগী নট পালা ১স্নুং মৈতৈজগোই অমদি ঈশৈনচিংবা তমশিনখি।

অসুম্না মথং মথং কলাগী ক্ষেত্রদা খোঙ দারক্পনা মমৈদদি রাজকুমার ফৈরাম্না, অঙোম্ তোম্পোক্সিংহ, ফুরাইলাৎপম্ গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, ৺গুরু হাওবম্ অতোম্বা সিংহ নচিংবা ওঝা গুরুশিংগী মফমদা ভঙ্গী পরেং, মহারাজ, কুঞ্জরাস, বসন্তরাস, নিত্যরাস, অসিনচিংবা সমুদ্র গী মশক্ ওইরবা কলাশিং অসিগা লোয়ন লোয়ননা গৌরলীলা, বাসক, নুপী পালা, " Naga Dance " নচিংবা মখল কয়া তম্শিনখিরম্মী।

গুরু পাকাসিংহ চহি ২৫ শুরকপদা মুম্বাল্ থৌদা খোঙদাখি। অদুম্ ওইনমক্ গুরু হাওবম ৺অতোম্বা সিংহ গী মন্থৎশিন্বা ওইনা অসুম্ লৈরক্পনা গুরুগী কৃপাদগী Manipuri Dance কী মুক্ষম্দা Ins-truction অমা ওইবা ঙমজবগী থৌদাং ফংলকখি। মতৌ অসিদা গুরু অতোম্বা না গুরু পাকা সিংহবু মশাগী চহি ২৯ শুরক্পদা কাছাড়গী শিলচর, লক্ষীপুর, বোনতারাপুর নচিংবা মৈতৈনা তাবা লমদম্শিংদা জগোইগী ওঝা গুরু অমা ওইনা থাখি; ১সুং চহি থরগী দমক্ জগোইগী গুরু ওইখিরম্মী।

গুরু অসি মনিপুর সরকারগী লৈখিদ্রবা ৺শ্রীনীলকমল সিংহ, সেক্রেটারি, জওরাহরলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাডেমীনা বিশ্বভারতী শান্তিনিকেতনদা গুরু ৺অতোম্বা সিংহ অমসুং গুরু ৺অমুদী সিংহগী পাউগাক মতু ইন্না থা ৯ থবক পুখি। মতুংদা থা ৬ অমুকসু শাংথখি। মমৈথংদা বোম্বেগী সবিতা মেহতা, নির্ম্মালাবু থা ৩ জগোই তম্বিনবা হায়রক্পদগী চৎলুই। মতুদগী হল্লক্লগা শান্তিনিকেতনদা প্রোফেসর ওইতুনা চহি ১ (অমা) থবক তৌরম্মী। মমৈথংদা হকচাং ফৎলক্তবনা মরম ওইতুনা থবক থাদোকখি। নাক্ থরবা মতুংদা J. N. M .D Academy ইম্ফালদা থা ২ থবক পুখি। অসুম্না কলা ক্ষেত্রদিদা খোঙদাজবসিদা লৈখিদ্রবা ৺পণ্ডিত রাজ ৺অতোম্বাপু শর্ম্মা " বিদ্যারত্ন " গবেষনা শিরোমনি অমসুং গুরু হাওবম ৺অতোম্বা সিংহনা মমল য়াম্লবা সার্টিফিকেট পিনবিখি।

সন ১৯৬৫ দগী " ভারতীয় নৃত্য কলা মন্দির " পাটনাদা

চহি ৩ (অহুম) লেক্‌চরার ওইখি। J. N. M. D. Academy, Imphal অসিদা ভিজিটিং গুরু ওইনম্লু থবক পুরম্মী।

শোক ১৯৭৩ ইং এপ্রিল তাং ২১ দা মনিপুর ষ্টেট কলা একা-ডেমীনা "এৱার্ড" থিনদোকপিদুনা গুরু অসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। গুরু অসিগী মশাগী চহি ৭৫ রোম্ শুরক্পদা স্বর্গবাস্ ওইখি। ●

## ওঝা শ্রীমতি ৺ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী 'নৃত্যাচার্য্য'

মনিপুরগী সঙ্গীত কলা জগৎতা মমিং লৈরবী ওঝা শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী পীক্লিঙৈদগী হৌনা অতুমক্ ফাওরক্লবী মৈতৈগী জগোই ঈশৈগী মপা লৈরক্লবী কলাকার অমনি। ওঝা অসি ইম্ফালগী শগোলবন্দ মৈল্যা লৈরক্ মৈস্নামঃ লৈকাইদা পোক্খি। হৌজিক্তা নেপ্রা মেঙ্গর লৈকাইদা লৈ। মখাগী চহী ৮ শুরকপদা মক কোক্পী লুতুং খাকপী লুপী মচা অমা ওইরিঙৈদগী ঈশৈতা ত্রৌদুনা লাক্খিবিনি। মহাক্পু শেম্বিবক্পা ওঝাশিংদি চাউরাক্লা ওঝা ৺ব্রজেন্ মচা, ওঝা ৺গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, শ্রীশ্রী গোবিন্দগী ওঝা (মতমদুদা লুপা ১ পীদুনা নেকখি), ওঝা অঙৌশোন সিংহ ' লুপা ২দা নেকখি ; ওঝা নিঙোম্বম চাউবা, ওঝা নাত্র সিংহ, নাম্বম্ ওঝা খোংলেন, তৌরাংবম্ ওঝা অঙৌবা ( ওঝা অসিনা এসরাজ খোংলগা মহাক্লা ঈশৈ খুম্বা ) বোনসম্ ওঝা অঙাংহল, ওঝা সনায়াইমা, চবুংবম্ ওবা লৈরেন, ওঝা ফৈজাউ সিংহ অসিনচিংবা।

য়াম্না অঙাং ওইনা সনা কোম্লুংগী জগোই ঈশৈদা যাওরক্ই। নোংমাইথেম্ ওঝা চাইগোয় অমসুং চোংথাম্ ওঝাদগী লুপী পালা, খুবাক ঈশৈনচিংবা তমশিনখি। মচা ইবেম্মাশিংনা তোক্লথবদা মহাক্লা সনা পালাগী ঈশৈ হুম্বী ওইখি। লৌবেম্বম্ তোম্বীনা দুহাড চংলি। প্রিন্স অফ ওয়েলস এডরার্ড এল্‌রার্ডনা বিলাতকী যুবরাজ ওইরিঙৈদা

ভারত যেংবা লাকখিবদা স্যাব চুড়াচাঁন্দ মহারাজকী পার্টি ওইনা কলিকাতাদা মৈতৈ জগোই বাস উৎখিবদা মহাক্না মবোক্ চিংখি অমসুং অথোইবা মিংচৎ ফংখি। জগোইগী শাথেক্তা থুথেক্না থায়নগী ওঝাশিংগী মোত্ চপ চানা ফজনা খঙই। অদিবা অমসুং অনৌবা ঈশৈ মখল্ পুন্নমক্ শুনা নিংথিজনা খঙই। ঈশৈ শকপদা মপুন্সি চুপ্পা খোঙ্গেল মাঙ দবী মযেক্ শেংবীদি মহাক্তনি। বোম্বাইদা মাগী ঈশৈ তাবদা চীনাগী প্রধান মন্ত্রীনা অঙক্পা ফংনা থাগৎখি। ঐঝা ক্ষেত্রি ছোম্বী দেবী মনিপুর সনা কোন্নুংগী শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউ নঙ নালমদা ঈশৈগী ওঝা ওইদুনা থবক্ তৌখিরম্মী। ওঝা অসি আঙ্গা পণ্ডিত বন্নগী মহাবিদ্যালয়দগী "নৃত্যাচার্য্য" উপাধিসু ফংখি। মথংদা মনিপুরগী এবিয়ান থিয়েটরগী কর্ত্তৃপক্ষ শিংনসু ওঝা অসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা "নৃত্যাচার্য্য" উপাধিগা লোয়ননা সনা মেডেল সু পীবিখি। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনসু মৈতৈ চন্নগী মরক্তা জগোই ঈশৈগী মাইকৈদা অথোইবা কলাকার অমনি হায়না শক খঙবিদুনা "নৃত্যাচার্য্য" উপাধিনা লৈতেংবিখি। মথংদা অমুক্তা দিল্লী সঙ্গীত নাটক্ একাদেমীগী এৱার্ড পিনবিদুনা ওঝা অসিবু ভারত সরকারনা ইকাই খুম্নবিখি। একদেমী এৱার্ড ফংলবা মতুংদা অমুক্ মানপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমসুং মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল অনিমক্না পুন্না গান্ধি মেমোরিয়েল্ হোল্দা থাগৎ ৱাহৈ কযাগী "মান পত্র" সু মিনিষ্টর ওফ আর্টস এণ্ড কলচরনা পীবিখি।

অহল মতম ওইরক্ফাওবদা জ্ঞান লৈবী ওঝা অসিগী মফমদগী মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী ফেলোসিপ ফংলবা ছাত্র-ছাত্রী কযাসু ট্রেনিং ফংখি। ছাত্র-ছাত্রশিং তম্বিবগী অরামন ওইনা থা থাদা লুপা ২৫০ একাদেমী অসিনা পীশিখি। খবনি মমাদা ওঝা অসি ইম্ফালদা লৈখিদ্রে। ●

# "নৃত্য গুরু" শ্রীমতি রজনী দেবী "মাইবী শংলাকপী"

নৃত্যগুরু শ্রীমতি রজনী দেবী "মাইবী শংলাকপী" ইংশোক ১৯০৭ কী আগষ্ট থাদা ইম্ফাল মমুং খুড়াই নান্দৈবম লৈকাইদা পোকই। মহাক অসি লৈখিদ্রবা ৺শ্রীনাওরোইবম অমুসিংহ অমদি নাওবোইবম শংবী ৺শ্রীমতি কবোক্লৈ দেবীগী অমত্তা পোকচবী মচান্নুপীনি। য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা অপোকপা, অপোকপী অনিমক্ লৈখিদ্রে। মশাগী চহি ৩০ শুবা মতমদা মাইবী চংই অমসুং লৈখিদ্রবা খুমন মাইবী অশুপ্পীনা হায়রিবা বিদ্যা মাইবীগী শিনফম অসি তম্বীরমই।

মাইবী অমা ওইনা (কাংলুপ) ইজাতিগী সেবা তৌবতা নত্তনা মহাক্না মাইবীগী শিনফম্ (Traditi⊃n) গা মরি লৈনবা জগোই অমদি চৎনরোল মক ওইনা "লাইহরাওবা" অমসুং "লাইরোল" তম্বীদুনা হৌজিক ফাওবা লাক্রি। শিনফম অসিগী থোইদোক্ হেন্দোক্পা পাংথোকপদা পুথোকপগীদমক্তা মহাকপু মথল্ মখাগী উপাধি শিংনা ইকাই খুম্নখি। মহাকপু "মাইবী শংলাকপী" ফম লানথোক্পিখি। মতুংদা শোক্ ১৯৭২ ইংদা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নৃত্য গুরু' হায়বা উপাধি পিনবিখি। মহাকপু মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী এবার্ড শোক ১৯৭৪ ইংদা অমসুং শোক ১৯৭৫ ইংদা দিল্লী সঙ্গীত নাটক একাডেমী এবার্ড, মনিপুরী ডান্স (মক ওইনা লাইহরাওবা জগোই) গী দমক্তা থিনদোকপিখি। হৌজিক হৌজিকমক 'নৃত্যগুরু' অসি জওহরলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফালদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট্ ডিপ্লোমা কোর্সকী ভিজিটিং গুরু অমা ওইনা 'লাইহরাওবা জগোই তম্বীরি।



## গুরু থাইদেম ৺লুকেশ্বর সিংহ "রাস নৃত্য বিশারদ" "নৃত্য রত্ন"

গুরু থাইদেম লুকেশ্বরসিংহ ইংশোক ১৯০১ দা পিশুম্ ওইনাম লৈকাই ইম্ফাল দা পোকই। গুরুবু পোক্পা ৺চাওবা খোইদোং মৈতৈ পুং য়েবা অফাওবা ওঝা অমনি। অপোক্পীগী মিংনা মুখি দেবী কৌই। চহি ৭ শুরকপদা ওঝা শ্রী চবুংবম্ চাওবা সিংহ (জয়পত্র) দগী পুং তম্বা হৌই। ওঝা অসিগী মপান্না অমস্তুং মপাবুংনা থম্বিরম্বা কোর্কেক্ কয়াদগী মনিপুরী সংকীর্ত্তনগী মশক্ খঙলক্তুনা শ্রী গোবিন্দজী গী থৌগল্ তৌবা হৌখি। শ্রীগোবিন্দজীগী গোষ্ঠ লীলা, রাসলীলা কয়া য়াংরকপতা নত্তনা ওঝা কয়ানা পুবিতুনা মনিপুরী জগোইগী মাইকৈদস্তু খোঙদাবা হৌখি। শ্রীযুৎ চুড়াচাঁন্দ মহারাজকী স্না হাক্তক্তা শ্রীগোবিন্দজীগী স্না পালাদা য়াওবা হৌই। মতমনিদা চুংখাম্ ওঝা থম্বাল অঙৌবী সিংহগী মফম্দা সংকীর্ত্তনগী অচেংপা কোরতাল চোলোম্ অমদি পুংগা কোন্নবা শাথেক্ কয়া তমশিনখী। শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা স্না পালাগী পুলোন, হিদং অমস্তুং হঞ্জনা মথংশিংনা ওইখি। গুরু লুকেশ্বর সিংহ হৌজিকস্তু স্না পালাগী হঞ্জনা ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন তৌরি। ওঝা শ্রীখোইদুম শর্ম্মা, অমস্তুং মচেম ইবেম্মা থরোঙৌবী (সুত্রধারি) অনিদগী রাসলিলাগী

ক্রম পরমপরাগী মরমদা তম্লবা অমদি নৈনববা মতুংদা মনিপুর অমসুং কাছাড়গী মফম কয়াদা রাস লীলা তম্বীবা ওঝা অমা ওইনা কোইনা চৎপা তৌখি। "নৃত্য আশ্রম", মনিপুর, "ত্রিবেনি কালা সঙ্গম" দিল্লি অমসুং পাবিমাল একাদেমী বোম্বে অসিনচিংবা মফম কযাদা মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইদুনা মনিপুরী নৃত্য কালা অসি শন্দোক- পদা থোৗদাং যাকই। অখিল গৌড়িয়া বৈষ্ণব সাহিত্য সম্মেলন (নওদ্বিপকী) অনিশুবা চহিগী অধিবেশন্দা "বাসনৃত্য বিশাবদ" হায়বা উপাধি অসি পিখিনী। ই ১৯৭৯ দা 'মনিপুরী বাস কৌবা লাইবিক অমা গুরু অসিনা ইদুনা ফোঙই। ই ১৯৭৫ দা মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা জগোইগী এরাড় পিদুনা ইকাই খুম্নে। ইং ১৯৭৬ তা "মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ"না মনিপুরী গোষ্ঠ লিলা, জগোই, রাস- নচিংবা নৃত্য কালাগী লমদা গুরু অসিনা তৌরিবা দানবু শিংথানবা ওইনা 'নৃত্যরত্ন" হায়বা উপাধি অসি পিদুনা গুরু অসিবু ইকাই খুম্নে। গুরু খাইদেম লোকেশ্বর সিংহ জওরাহারলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাদেমিদা সেনিয়ার গুরু (রাস) কী ওইনা থবক তৌবিরম্মী। ●

# ওঝা ৺শান্তি কেশ্বর শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর বাচস্পতি লৈকায় ইম্ফালদা ওঝা শান্তিকেশ্বর শর্ম্মা ইং ১৯১২ দা পোক্ই। অপোক্পগী মিং খ্বাইন। তবোবপী শর্ম্মা হায়রগা খঙনবা শ্রী তর্ত্তবীর শর্ম্মা অমস্তুং অপোক্পীগি মিং শ্রীমতি মোহিনী দেবী কৌই। অপোকপনা মহারাজ চুরাচাঁন্দ সিংহগী মতমদা জগোই ১স্তুং পুং য়ৈবগী ওঝা অমা ওইনা মীয়াম্না শক্ খঙনখি। ওঝা শান্তিকেশ্বর অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা জগোই অমস্তুং পুংয়ৈবগী শিন ফম্দা খোঙ দাবা হৌরক্খি। শ্রী ৺অরিবম গোপাল শর্ম্মা বামন্ পালাগী হিদং ওইরম্বা ওঝাদা পুং তমহৌই অমস্তুং পদ্মশ্রী গুরু অমুদোন্ শর্ম্মা দা জগোই তম্খি। লোয়ননা হাওবম্ সুবেদার মেঙ্গোর ওঝাদা সাহিক্ বিকারনচিংবা অভিনয় তমখিরম্মী। মতম খরগী মতুংদা সর্কাস পার্টিদা য়াওদুনা ভারতকী ষ্টেট অতৈদা লম কোইখি। অস্তুম্না চহি খর হৌগ্রবদা মহৌশাগী ওইনা পামজবকপা জগোইদা পুক্নিং অমুক্ থিংজিন্লক্খি। লোয়ননা মনিপুরগী মফম্ অয়াম্বদা জগোই উৎখি ১স্তুং লৈবাক্না মশক্ খঙবা আর্টিষ্ট অমা ওইখি। ১৯৩৬ ইংগী মমাং অমস্তুং মতুং অহুরাই ফাওবা অতৈ ষ্টেট্ শিংদা মনিপুরী জগোই মখল্ অযাম্বগা লোয়ননা শো উৎপা চংলি। মতুংদা কলিকাতাদা চংখি। এফম অদুদা লীলা দেশাইগা থেংনদুনা পুন্না জগোই উৎমিন্নখি অমস্তুং লীলা দেশাইগা লোয়ননা বোম্বে, মাদ্রাজ বেঙ্গালোর, মহিপুর,

পঞ্জাব, বেনারস, অমসুং বেঙ্গল নচিংবা মফমশিংদা জগোই মখল কয়ামরুম্ উৎমিন্নখি। মতুদগী হল্লক্লবা মতুং ইম্ফালদা থোরক্লুনা "ঙসি" চেফোংগী ইডিটর ওইরম্বা শ্রী কৈশাম্ কুঞ্জবিহারি সিংহ গা তান্নদুনা কলাগী সংস্থা মহাবলিদা লিংখৎখি। শ্রীযুক্ত বোধচন্দ্র মহারাজগী মতম্দা আসামগী গভর্নর হায়দর আলিগী মনাক্তা মাউনবেতেন্ না লাক্পদা মহারাজকা লোয়ননা মনিপুরী জগোই কাংলুপ অমা চংখি। হায়রিবা জগোই কাংলুপ্ অসিগী লুচিংবা ওঝা শান্তিকেশ্বরনা ওইখি। মসিগী মতুংদা অমুক্ মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না জগোই উৎপা চংখি। ১৯৫১ ইংদা শ্রী হিমৎ সিংহনা মনিপুরগী চীফ কমিশনার ওইবা মতমদা অচৌবা মেলা অমা তৌখি। হায়রিবা মেলা অসিদা জগোইগী থোরম পাংথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখি। ওঝা অসি চহি তরেৎ রোমগী মতুংদা তাইবংপান্ থাদোক্খি।

# গুরু ৺নরেন্দ্র কুমার সিংহ

মনিপুরী জগোইদা ফাওরবা গুরু নরেন্দ্রকুমার সিংহ তখেল লৈপাকী কোন্নুং আগরতলাগী মনাক্তা লৈবা চন্দ্রপুর হায়বা খুন অতুদা পোকখিনি গুরু অসিবু পোকপা পন্থৌমা ভারত্‌তা ফাওখিবা ৺নৃত্য-গুরু নবকুমার ঠাকুরনি। গুরু নবকুমার ঠাকুরনা পোকচবা মচা নিপা-শিংগী মন্নুংদা নরেন্দ্রকুমার সিংহনা মচা নিপা অহন্নি। নহা অণাং ওইরিঙৈদগী অপোকপা পন্থৌগা লোইনতুনা তখেল লৈপাককী মপান দতা অয়াম্বা মতম লেনখিরম্মী। জগোই (নৃত্যকলা) গী মাইকৈদসু অপোকপা গুরুগী মফমদগী মরম শুনা মমুদ তানা তম্‌শিনখি। পন্থৌগী থৌগল্‌ তৌবা ওইনা বিশ্বভারতী শান্তিনিকেতন্‌দসু চহি মতম খরা লৈরম্মী। মতুংদা গুজরাট, মহারাষ্ট্র গী মফম অয়াম্বদা পন্থৌগা লোয়নতুনা মনিপুরী সংস্কৃতিবু শন্দোক্‌পদা অয়াম্বা শরুক্‌ য়াখিবা কলাকার অমনি।

গুরু নরেন্দ্রকুমার বোম্বেগী ফিলম ইনডস্ট্রিদসু Dance Director ওইদুনা মতম কুইনা থবক তৌখিরম্মী মতুংদা বোম্বে শহরদা লৈদুনা মনিপুরী জগোইবু মীরৈপাককী সমাজ্‌দা শন্দোকপদা অয়াম্বা শরুক য়াখি। অপোকপা নৃত্যাচার্য গুরু নবকুমার ঠাকুরনা দিল্লী গী "ত্রিবেনী কলা সঙ্গম" দগী থবক থাদোক্তুনা বিশ্বভারতী শান্তিনিকেতন্‌দা চংশ্রবা মতুংদা মচা ইবুংঙো গুরু নরেন্দ্রকুমার সিংহবু 'কলা সঙ্গম' গী কর্তৃপক্ষ

শিংনা মনিপুরী জগোইগী গুরু ওইননবা থোক্লদনী কৌশিন্বিখি। 'ত্রিবেনী কলা সঙ্গম' দা থবক তৌরিঙৈ মতম সন্ ১৯৫৩—৫৪ ইংদা মচাক্পা কলা সঙ্গমগী আর্টিষ ময়ামগা লোয়ননা পঞ্জাব টুর তৌবা লাকখি। পঞ্জাবকী শহর অয়াম্বদা থোক্লদোক্পা লুধিয়ানাগী Govt. girls' College, Govt Boys' College অমসুং Kundan Vidya Mandir দা মনিপুরী জগোইগী থৌরম কয়া উৎপদা পঞ্জাব্কী সমাজ পুম্বনা গুরু নরেন্দ্রকুমারবু ভমথৈ লৈতনা থাগৎনখি। Kundan Vidya Mandir গী সংস্থাপক্ "রাইসাহেব" শ্রী কুন্দলাল (I.C.S) অমসুং Professer L. C. Gupta গী সঙ্গাইদসু মতম্ খরনি লৈরম্মী।

অসুম্না গুরু নরেন্দ্রকুমারগী পুন্সি অসি মনিপুরী জগোইগী প্রচারক্ অমা ওইনা দিল্লীদা মতোন্ লোম্না লেনখিরম্মী। হৌজিক্ গুরু অসি অহল মতম ওইশিল্লকপনা থবক্কী (রিটায়ার্ড) তৌখ্রে অমসুং সরকারনা গুরু অসিগী তৌবিমল্ খংবিদুনা থাগী ওইনা লুপা ১৭৫ পেন্সন্ পিবিদুনা থান্ সিংহ নগর, আনন্দ পর্ব্বত-নিউদিল্লীদা রানা পুন্সি লেনদুনা লৈখি। মনিপুরী জগোইগী ক্ষেত্রদা গুরু নরেন্দ্র কুমার সিংহগী যোগদান্ য়াম্না চাওনা ময়েক্ লানা লৈহৌরি। ●

## গুরু, শ্রী রাজকুমার প্রিয়গোপাল সিংহ "নটরাজ"

শ্রী রাজকুমার প্রিযগোপাল সিংহ "নটরাজ" সন ১৯১২ ইংদা ইম্ফালগী থাংমৈবন্দদা পোকখি। মহাক্ অসি পৃথিবী শিনথুংনা কোইকবা নোংপোক ভারতকী ইহান হান্বা মীশক্ অমনি। অঙাং ওইরিঙৈ মশাগী চহি ৭ শুরক্পদা মপা মপুগী মনাৎ ওইবা জগোই অমসুং থাং, তাগী বিদ্যা তম্বা হৌই। অপোকপা মপাবুং ওঝা শ্রীযুৎ রাজকুমার স্বর্ণাবর সিংহদা জগোই তম্মী। থাং, তা তম্বীখিবা ওঝা না শ্রী সগোলশেম্ ইবোচৌবা সিংহনি। ঈশৈগী মাইকৈদসু মনিপুরগী ফাওরবা ওঝাশিং কয়াদগী তমশিনখি।

মশাগী চহি ৭ মপুং ফারক্লবা মতুংদা শ্রীরাজকুমারবু থাংমৈবন্দগী এম,পি, স্কুলদা মমিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌই। স্কুলগী মপান্দসু পণ্ডিত কয়াগী মফমদা চংজত্নুনা সংস্কৃত তম্লম্মী। মনিপুরগী অহানবা স্কুল জোন্সষ্টোন হাইস্কুলদগী মেট্রিক পাশ তৌখিবম্মী। মতুংদা অরাংবা থাক্কী লাইরিক তম্মুনবা (আসাম) গৌহাটিগী কটন কলেজ দা অমুক মিং চনখিরম্মী। কলেজ অসিদগী আই, এ, পরিক্ষা পাশ তৌখি। আর্ল লো কলেজ গৌহাটিনা শিন্লাংতুনা 'ফাইন আর্টস' গী অচৌবা ' প্রতিযোগীতা " অমা তৌখি। হায়রিবা প্রতিযোগীতা অসিদা শ্রীরাজকুমারজীনা মৈতৈ জগোই উৎপদা মহাককী জগোইগী

থৌরম ফজবা কয়া অহু উবদা আর্ল লো কলেজ গৌহাটি, কটন কলেজ গৌহাটি, না শ্রীরাজকুমার প্রিয়গোপাল সিংহবু "নটবাজ" গী উপাধি পিনবিহুনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখিরম্মী। অসিগী মতুংদগী জগোইগী থৌরমদা মহাককী পুন্সিগী লম্বী ওইখি। রাজকুমার প্রিয়গোপাল সিংহ "নটরাজ' গী মিং অসি মনিপুর অমসুং আসামগী রাংম লানখিহুনা ভারত শিনথুংনা শন্দোকখি। সন ১৯৫০-৫১ ইংদা মনিপুরী জগোইবু বিশ্বদা শন্দোক্লুগে হায়বগী রাখন কয়াগা লোয়ননা মহাক্ মপান্দা থোকপা হৌখি। মহাক্না পৃথিবী কোইহুনা অমসুং মনিপুরী জগোইবু শন্দোকপা চংলুবা লমদমশিংগী মনুংদা অষ্ট্রেলিয়া নিউজিল্যাণ্ড, হোংকোং, জাপান, কেনেডা, আমেরিকা, ব্রাজিল, জর্মানি, ইংলণ্ড, ফ্রান্স অমসুং খা আমেরিকা অসিনচিংবা লমদমশিংদা চত্তুনা মনিপুরী জগোই শন্দোকপিরুই। অষ্ট্রেলিয়া অমসুং নিউজিলেণ্ড কোইবগী থৌরম অসি "Adult education board of London' না শিললাংহুনা কোইরুবনি। সন ১৯৫৮ ইংদা রাজকুমার 'নটবাজ' ভারততা হল্লকখি। সন ১৯৬৮-৬৯ ইংদা মহাক্না মনিপুরী সংস্কৃতিগী মরমদা গভেষনাগী থৌরম কয়াসু পাইখৎখি। অহুগা কলাবিদ্যা অসিবু চাওখৎনবা হোৎনবদা শেমগৎ শাগৎপদা থৌরম্ কয়াদসু শরুক য়ানিখি। 'নটরাজ' জওরাহরলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফালদা প্রিন্সিপলগী ফমদা লৈবিহুনা চাই মতম খরা থবক্ তৌবিরম্মী। মতম খরা দিল্লী সঙ্গীত নটিক একাদেমীগী মেম্বরসু ওই-বিরম্মী। "নটবাজ হৌজিক মশাগী চহি ৭৯ শুরে। ●

# "নৃত্য শিল্পী" ওঝা থিয়াম্ তরুন কুমার সিংহ

ওঝা তরুন কুমারসিংহ য়াম্না মরাইবক থিনা ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপা মপাবুং উবা ফজহৌদে অদুগী মথক্তা লাইরবা হায়বা অদুগী মপোক্ ওইখিদুনা লাইরিকস্সু তমহৌদ্রে মতৌ অসুম্না লাক-পনা মশাগী চহি ১২/১৩ শুরকপদা মহাককী মপামক্কি নিংজরবা ওঝা ইবুংঙো শ্রীযুক্ত য়াম্বেম অঙৌসিংহ দা মৈতৈ পুং তম্বা হৌহ্রে। অদুবু মহাককী লাইবক্তা মপা লৈয়ু তম্লক্তবা মপোক ওইখিবনা মতম চাদনা ওঝা অদুস্সু নোংগাখিরম্মী।

অসিগী মতুংদা ওঝা তরুনকুমার সিংহ মনিপুরগী ওঝা গুরু কয়াগী মফম্দা চংজদুনা তৈমৈ পুং, ইশৈ, জগোইগী মবমদা অঙকপা ফংনা তমশিনখি। ওঝা অসিবু মী ওইনবা শেম্বীখিবা গুরুশিংগী মনুংদা পুং তম্বীখিবা ওঝা ৺য়াম্বেম্ অঙৌসিংহ, ওঝা ৺হাওবম্ চাওবী সিংহ, ওঝা ৺রাধেশ্যা রাজকুমারনি। খোল য়ৈবা তম্বীখিবা ওঝা হোদাম্ অমুয়াইমা সিংহ, ওঝা ৺হাওবম্ সুবিদার মেজর, ওঝা হাওবম গোপালমচা সিংহনি। জগোই তম্বীখিবা ওঝানা নৃত্যগুরু মাইস্নাম অমুদীসিংহ, লাইহরাওবা জগোই তম্বীবা ওঝা ৺চুংখাম মনিকসিংহ, ওঝা ৺কৈসামথোং নোংবান শাবা, হাওজগোই তম্বীবা শ্রীযুক্ত কবুষ্ট ৺অবুংনি। ভাব একটিং তম্বীবা শ্রীযুক্ত সোরোকখাইবম্ ৺ললিত সিংহ,

পোৎলোই শুগা তম্বীবা শ্রীযুক্ত অরিবম্ বড় ঠাকুর শর্ম্মা, মেরুপ তম্বীবা শ্রীযুক্ত ভাংবম্ উদ্ধোপ সিংহ, মাইবী জগোই তম্বীখিবা ওঝা ৺ইবোহল সিংহ (মাইবী লোইশং), থাং অমসুং তা তম্বীবা ওঝা ৺ফেজাওম্বা রাজকুমার, ওঝা সোরকখাইবম্ গোপাল সিংহ অসিনচিংবা ওঝা। গুরু ময়াম্ অসিগী মফমদগী কল। বিদ্যা অসিগী মরমদা মপুং ফানা মহৈ তমশিনখি।

অসিগী মতুংদা মণাগী চহি ১৫/১৬ শুরকপা মতমদা ওঝাশিংনা চানশিন্নুনা মরক মরক্তা পুং তংইনবা অমা ওইনা পুশিন্নুনা পুং য়েহন-দিবা হৌখি। অদুবু ওঝা অসিগী মপোক্কুদি লাইরবা হায়নহুগী লুচিংবা অমা ওইনা। লাইরবগী নুংশিংনা ভুমদোক্নুনা হৌফম খংলাক ত্রবদা লরাইদা লৈন্নুনা লৌ উবা চাংদা চৎতুনা ই ফাপা, শিঙচনবা অশিনচিংবা থবকশিংসি তৌবগা ফংজরকপা শরুক্ খবা। অদুবু পুররুগা অমুক মৈতৈ পু অমসুং খোল ভমহুনা মংম ৎর। লেনবদগী মহুনস্থ ওইবসি য়াররুত্রবদা চহি অমা চোক শারগা নুমিদাংদা। চৎলহুনা মহাক্কী ইষ্টদেবকী মশাক ওইরবা ওঝা ইবুঙো (নৃত্যগুরু) মাইস্নাম্ অমুবী সিংহদা চজহুনা জগোই অনি তম্বা হৌই। শোল্লবা মহাককী অরাব অনি উবিন্নুনা মতম চাই চাদে হাবনা গিবিদনা অমসুং পুক্রিংদা ত্রমকপা লৈরুনা মচাগা পান্দমগুম্ন। লৈরক্পদগী ইথং খংগৌদনা (মনিপুরেশ্বর মহারাজ ভক্ত চূড়ামনি কে. সি. এস. আই: সি: বি: ই:; গৌর ভক্তি ববানব শ্রী কুণ্ড সেবা বিনোদ স্যাব ৺চুড়াচান্দ সিংহ, বহাদুবগী স্না য়াথংনা কলিকাতাদা মনিপুরী জগোই উৎপিগনি হায়হুন। তাকপিবক্তুন গুরু অমুবী সিংহন কলিকাতা লেঙবা তারদা ওঝা তরুন কুমার তসিস্ত মচা মনাইনি থনশিন্নুনা। গুরু অসিগী খৌগনজো হায়না তাকপিংদগী কলিকাতাদা মনিপুরী জগোই অহু উৎপা য়াওরুই।

জগোই অহু লোইরবগী মতুংদা (ইম্প্রেশ্বার) শ্রীযুক্ত ৺হরেন ঘোষ কা উনহুনা অতোপ অতোপ্পা মফম্ খরদা শারম্লগা মনিপুরদা হল্লকলবদা গুরু অমুবীগী য়াথং মতুং ইন্না ওঝা কেলকুমার অসি

অমুক লাইহবাগী জগোই, হাওজগোই, মাইবী জগোই নচিংবা তমগা পার্টি অমা পুন্থনা ৺হরেনঘোষ গী মতেং লৌথুনা শুরুগা লোইননা সন ১৯৩ ইংদা ওল ইণ্ডিয়া টুর তৌই।

মতম অদুদা জগোই অসিনাদি অনৌবা চাংহৎকপগী মতম্ ওইখিবনা পার্টিগী তলব পিবগা চাবগী খরচ কা পুরদা অমাংবা ওই-থুনা অমুক হেন্না অরাবা তাবরদা মনিপুরদগী মতোমতা বোম্বেদা চেন্দুনা বোম্বে টকিজ কম্পেনিদা দেবীকা রানীগী মতেংদগী Dance Director ওইবগা লোযননা ফিলমদা কুমথুনা চহি খর লেনবদগী মথুনদী মহাককী তৌজবিবা কলাবিদ্যা দদি চাওখৎপগী মওং লৈতবনা খরকতু থাদোক্লগা লাহোর (পাঞ্জাব) দা চৎথুনা (Tarun Kumar Academy) হায়বা জগোইগী School অমা তৌবথুনা যাম্না তোংনথুনা School অদু নোংমা নোংমগী ফগৎলক্পা মতমদা লাইবক থীনা পোক্পা মপোক্লীনা অনি শুবা লানজাওদা School অদু সিপাই থমননবা লৈতে হায়থুনা লৌথবদা অনোপ্পা মফম্ অমা ফংদবদগী থাদোক্তুনা চৎকখি। মতুং তারক্পদা ওঝা তরুন কুমার সিংহ কলিকাতাদা লাক্তুনা ৺হরেনঘোষকী মতেংদগী অমুক হন্দুনা সন ১৯৪৫ -১৯৪৬ ইংদা ইণ্ডিয়া টুর লৌবগা লোইননা কংস্বো (সিহোল) কেণ্ডি অসিনচিংবা টুর তৌবগা অদুগী মতুং খর লৈবগা শ্রীযুক্ত হরেনঘোষমু মতম চাদনা নোংগাখরে। মতুদগী মতম খরা শ্রীধাম্ নবদ্বীপ্তা লৈবদগী ইণ্ডিয়া গোভর্নমেণ্টকী ওইনা সন ১৯৫১ ১৯৫২ ইংদা অবাং আফ্রিকা, রোম্, এডেন, ইজিপ্ত, আনেকজেণ্ডরিয়া, লেকট অসিনচিংবা চৎলুই।

মতুদগী আসাম দা মতম খরা লৈবিউদা বাসিযা চৎপগী দমক্তা মনিপুরদা কৌব্দগী চৎমিন্নগদবা আর্টিষ হন্দু ইকাইবা পিবগা মহাকপু চৎলু হায়বদা মখোযবু ইকাইবা পিসদি নহাকপুস্থ ইকাইবা পিননি হায়না লৌথুনা চৎখিদে।

মতুগী মতু দা ইণ্ডিয়া গভর্নমেণ্টগী ওইনা অমুক সন ১৯৬৩ ইংদা

আর্টিষ্ট ২৫ গা লোয়ননা বেরুট, কাবুলি, প্রাগ, বুলঘেরিয়া, রাইলেস্তিনা, সীঙ্কলরা, প্রোগদ্বীপ, অস্তিপগাবে্া, স্তারাশাগরা, কজেলীরালা, স্লেভেল কিল্লোরাস্কা বিলনশা কিউপ বাকু অসিনচিংবসি থা ৬/৭ চংনা কোইথিরম্মী। ওঝা অসিনা চাহি মতম চংনা "মনিপুরী নৃত্য প্রবেশিকা" হায়বা জগোইগী লাইরিক অমশু ইবিহ্নুনা ফোংদোকপিথি।

হৌজিক ওঝা অসি অহন্ মতম ওইরক্পনা মনিপুরদা লেংদনা লৈবিহ্নুনা জওরাহরলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফালদা ওঝা ওইহ্নুনা কলা বিদ্যা অসিগী শিক্ষা পীবদা অয়াম্বা শক্ক য়াবিথি। ওঝা অসিনা মশাগী ওইনা লিংখৎচবা "মনিপুরেশ্বর ভাগ্যচন্দ্র নৃত্য কলা মন্দির" হায়বা সংস্থা অসিগীসু প্রিন্সিপাল ওইহ্নুনা কলা মন্দির অসি চাওখৎনবা থৌরম কয়াসু হোৎনবিরম্মী। ●

---

# গুরু ⁰বীহারী সিংহ 'নৃত্য সাগর'

ভারতকী অরাং নোংপোক্ অমসুং আসাম রাজ্যগী মসুং চম্বা বরাক্ ভেলীনা কোন্বা লম্‌দম্ শিলচর সহরগী নোংচুপতা লৈবা মহেরপুর এরিয়াগী মনুং নোংপোক্ সিঙ্গারী হায়বা খুন অতুদা খৃঃ ১৯০৪ ইং জান্নুয়ারী তাং ১০ দা গুরু বিহারী সিংহ পোকখি। অপোকপগী মীংনা শ্রী বাবু সিংহ অমসুং অপোক্‌পীগি মীংনা শ্রী মতি মিক্ষু দেবী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক লাইগুদা থোইনা থরায় য়াওবগী মন্থৎতা সঙ্গীত কলানা মহাক্কী পামজবা অমা ওইনা হৌবকখি। (মৃদঙ্গবাদন) পুং যৈবগী বিদ্যাদা মহাক্কী থোইদোক্ তেন্দোক্‌পা গুন চেন্নলকপা অসি অপোক্‌পা পম্বৈনা উবীত্তনা মহাকপু ওস্তাদ শ্রী রাধামোহন সিংহ গী মফমদা পুং যৈবা তম্‌হন্বা তৌখি।

গুরুবিহারী গী খুৎলোন্ অমসুং টুকা চাবর শেংনা য়ৈবা ওন্বা মহাক্কী "প্রতিভা" কয়া লৈবা অসি উবিরক্তুনা ওস্তাদ্ রাধামোহন্ নমু মখাক্ লৈতনা পুংগী বিদ্যা অসি মনাইদা তম্বিখিরম্মী অমসুং য়াম্না অঙাং ওইনা পুং য়ৈবগী কলা অসিদা সমাজনা শকখংনবা কলাকার অমা ওইনা হৌরকখি। অপোক্‌পি পলেম শ্রী মতী মিক্ষু দেবীগী মফমদগী 'রাস লীলা', 'গোষ্ঠ লীলা' নচিংবসু তামশিনখিরম্মী অমসুং মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন দা ফাওরবা মহাক্কী মাম্ ওস্তাদ্ বলানন্দসিংহগী

মফমদগি সুর, ছন্দ, তাল, মখল মখা কয়া নচিংবসু তমশিনখী। মখাগী চহি ১৬ সুরকপা মতমদা মনিপুরগী ফাওরবা ওঝা অমুরে (বেকা) ১সুং ওঝা পদ্মসিংহগী মফমদগি মনিপুরী রাস জগোইগী মরমদা "রাসাঙ্গ সঙ্গীত" জগোইগী খোংচৎ, শাজৎ, নচিংবা কয়া অমসু তম্‌শিন্‌খী। মতুং তারকপদা মনিপুরী জগোইগী য়াম্না মাধুর্য্য পূর্ণ ভাব ওইরবা "অচৌবা ভঙ্গী পরেং" অসি তম্লনবগি তমক্ ভারত্ত মমিং চংপ্রবা নৃত্যগুরু রাজকুমার সেনারিক্‌সিংহ গী মফমদা চংজ-রক্‌খি গুরুগী মফমদা আশ্রয় লৌতুনা হায়রিবা ভঙ্গী পরে অসি মপুং ফানা শিক্ষা ফংখিরম্মী। কাছাড় গী ঋাওরবা ওঝা মদনমোহনসিংহগী মফমদগিসু অরাং অপা লৈতনা 'কলা কৌশল'গী মরমদা তমশিনখি।

মতম অমদা কলিকাতা "হিজ মাষ্টার ভোইজ" কোম্পেনি গী মমিং ফাওরবা (Artist) গায়ক্ ওইরম্বা অমসুং বর্ত্তমান শিলচর সঙ্গীত বিদ্যালয়গী Principal ওঝা মতিলাল্সিংহ গী ময়াম্বা অহন শ্রী কুঞ্জলাল্ সিংহনা গুরু বিহারীসিংহগী পুং, ঈশৈ, জগোইদা মহাক্কী হেনদোক্ থোইদোকপা গুন লৈবা অসি উবিরকুনা মহাকপু কলিকাতা দা পুখিরম্মী। অমসুং মফম্ অতুদা মনিপুরী জগোইগী ওঝা অমা ওইনা থবক্ তৌননবা থৌরম শিনবিখী। মতুংগী খোংথাঙ্দা বিশ্ব-কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগা মরি লৈনবা তৌখি। কবিনা গুরু বিহারী গী সঙ্গীত কলাদা লৈবা গুন্ অসি খংবিরকুনা মহাকপু শান্তিনিকেতন দা মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইনা পুশিন্‌বিখী। কবি গুরুগী নৃত্যনাট্য অয়াম্বা ১। চিত্রাঙ্গদা, ২। শ্যামা, ৩। কালমৃগয়া, ৪। নটীর পূজা ৫। বাল্মীকি প্রতিভা অসিনা চিংবদা মনিপুরী জগোইগী শাথেক্ শাওনগি মতু চন্না মহাক্না পরিচালনা তৌতুনা উংপদা গুরুদেবনা য়াম্না অপেম্বা অমসু ওইখি। শ্রী বিহারী সিংহবু "গুরু" উপাধি খিন্দোক্‌পিতুনা ইকায় খুম্নবিখী। শান্তিনিকেতনদা লৈরিঙৈ মতমদা মহাক্না পরিচালনা তৌতুনা উংখিবা 'নৃত্যনাটিকা' ময়াম অসি দিল্লী, বোম্বে, কর্ণাতক্, গুজরাট, লক্ষ্ণৌ নচিংবা মফমশিংদা উংতুনা গুরু বিহারীসিংহগী 'কীর্ত্তিমান' মীশংৎ য়াম্না ফংখিরম্মী। মশাগী চহি

# গুরু ন্যোংমাইথেম ৺সুধীর সিংহ

গুরু সুধীর সিংহ মনিপুরী জগোইগী শিংথানরবা কলাকার ময়ামগী মরুংদা মশক্ নাইবা কালাকার অমনি। মহাক সন ১৯১৭ ইংদা ইম্ফাল সহরদা পোকই। অত্তাং ওইরিঙৈদগী জগোই, ঈশৈগী মাইকৈদা অপোকপা অহল লমন্না থরায় য়াওবিদুনা তম্বা হৌখি। অহান্বদা মহাক্না গুরু ৺লাইশ্রম কুলবিধু সিংহগী মফমদা চংজদুনা জগোই তম্বা হৌই। মৈতৈ জগোইগী যোইদোক তেনদোকপা ওঝা ৺পদ্মশ্রী গুরু অমুবী সিংহ, ৺পদ্মশ্রী গুরু অমুদান শর্মা অমসুং গুরু গৌরচন্দ্র শর্মাগী মফমদা চংডদুনা জগোইগী বিদ্যাদা মবম শুনা শাস্ত্রগী মত ওইনা রারী কযাগা লোয়ননা তমশিনখি। মাইহরাওনা জগোইগী মরমদসু ৺গুরু রাকেংবম তোন্সৌ সিংহ অমসুং গুরু চুংথাম্ মানিক সিংহগী মফমদগী তমশিনখিরম্মী। ৺ওস্তাদ লাইশ্রম গৌরহরি সিংহগী মফমদগী ঈশৈ তম্মী। সাহিত্য একাডেমী অমসুং সঙ্গীত নাটক একাডেমীগী 'এরার্ড' মনা ফংলবা ৺পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্মাদা সংস্কৃত বিদ্যা তমশিনখি।

মৈতৈগী পুং, ঈশৈ, জগোই হায়বসি লাইগুরু হাক্তকতগী হরি মন্দির অমসুং মাণ্ডবদত্তা শরুক শোম্নবা ওইদুনা লাক্লিবা, য়াম্না অশেংবা

অক অহেন ওইরবা কলা অমনি। মসিবু ভারতকী রঙ্গ মঞ্চ (Stage) দা পুখৎতুনা উৎনবা হোৎনবদা গুরু সুধীর সিংহগী য়াম্না চাওরবা থৌদাং য়াওখি। মহাক্না য়াম্না রানা হোৎনতুনা জগোই ঈশৈগী ওইবা সংস্থা "কলাভবন" হায়বা অমসু লিংখৎখিরম্মী।

সন ১৯৫১ ইংদা গুরু সুধীর সিংহনা মণিপুরগী মশক্ নাইবা কলাকারশিং অমসুং গুরশিংগা লোয়ননা পার্টি অমা শেমদুনা ভারত শিনথুংনা কোইদুনা মণিপুরী জগোইগী অশেংবা মশক্ অদু মপানগী সমাজদা খংলুই। মহাক্না দিল্লীদা ওইখিবা অচৌ অচৌবা festivel বয়াদসু মণিপুরী জগোইগী মখল মখা কয়াসু উৎলুই লোয়ননা মশক্ খংহনখি। অদুম্না গুরু সুধীর সিংহগী মিং অসি মপানগী সঙ্গীত জগৎতা মপান লমগী কলাকার পুম্নমা খংনরকখি। মহাক্না মশাগী পার্টি অমসুং কলাকার ময়ামগা লোয়ননা দেশকী নেতাশিং অমসুং লৈপাক ডাক্পা অওম অথৌশিংগী মমাংদসু মহাক্কী জগোইগী থৌরম বয়া উৎখি। ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ৺পণ্ডিত জওয়াহরলাল নেহরু, ব্রহ্মাদেশকী প্রধান মন্ত্রি শ্রী য়ু নু, ভারতকী লোকসভাগী স্পিকর ৺মাবলঙ্কার, রাষ্ট্রপতি ৺ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদ, ভারতকী মতম অদুগী গৃহ মন্ত্রি ৺ডাঃ কৈলাশ নাথ কাটজু অসিনচিংবা অচৌ অচৌবা ফমথোন ওইখিবা মীওই কয়াগী মমাংদসু মনিপুরী জগোইগী মখল মথেন কয়া উৎখি। গুরু সুধীর সিংহবু ওমখৈ লৈতনা থাগৎনখি।

গুরু অসিনা মনিপুরী জগোইবু শিক্ষাপিবা অমসুং সমাজদা শন্দোক্লবা হোৎনবদা মশাগী পুন্সি থাইবোক অমা থেম্না লেনখিবম্মী। মহাক অসি কলা বিদ্যাগী মরমদা য়াম্না অথং অহৈ ওইবা অমসুং মতিক চাবা কলাকার অমনি। মহাক্না নহারোল্ কলা প্রেমী কয়ামুক্তা কলা বিদ্যা অসি তম্বীদুনা সমাজদা শন্দোক্পদা অয়াম্বা শরুক য়াহনখিরম্মী। লেখক মশামক্সু গুরু অসিগী মফমদা চংজদুন লাইহরাওবা জগোইগী মখল মখা কয়া, হাও জগোইগী মখল, তা, থৌসারন, জগোই হায়রিবা জগোইশিং অসিগী অরিবা রাগিনচিংবা লোইনা তমশিনজখি।

গুরু সুধীর সিংহ জগোইগী মাইকৈদতা নত্তনা লীলা 'নাট্য' কলাগী মাইকৈদসু য়াম্না থরায় য়াওবা কলাকার অমনি। মহাক্না লীলা ওইবা রাসীমচা কয়াগী লাইরিক ইহুনা মনিপুরগী 'নাট্যকলা'গী মাইকৈদা চাওথং থৌরম কয়াদসু শরুক য়াবিখি। মনিপুরী জগোইবু ব্রজ মফমদা পুখৎলকপা অমসুং মনিপুরী জগোইবু ফজবা নিংথিবা মওংদা মপুং ফানা পুথোক্তুনা উৎননবা হোৎনবিবগীদমক গুরু সুধীরসিংহবু মনিপুরগী কলা প্রেমী পুম্নমক্না পুন্সি চুপ্পা কাউবিরোইদবনি। গুরু অসি "ওল ইণ্ডিয়া রেডিও" ইম্ফালদা "ড্রামা প্রোডিউসার"গী থবক তৌদুনা তৌনা মশাগী চহি ৫৭ শুবা মতমদা আগষ্টকী তাং ১।৮।৭৪ ইংদা স্বর্গবাস ওইখি। ●

# গুরু পুম্রম্বম বিপিন সিংহ 'নৃত্যাচার্য্য'

আসামগী কাছাড় জীলাগী শিলচর মহকুমাগী সিংগারী খুন্দা পুম্রম্বম শাগৈদা পোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী পুং, ঈশৈ, জগোইদা থরায় য়াওরকই। মনিপুর অমসুং কাছাড়গী ওঝা গুরু পুম্নমক শুনা চঙজহনা মৈতৈগী ওইনা লৈবা পুং, ঈশৈ, জগোই মখল শুনা তম্বগা লোয়ননা মমল য়াম্লব তাল পুম্নমক পুনশিল্লগা অপুন্ব মৈতৈ তালগী লাইরিক অমা থোকহন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা মীরৈপাক্কী মীনা মনিপুরী জগোইবু হন্থনা য়েংবা ঙমদনবা ঐখোয়গী জগোইবু অন্নাংবা থাক্তা পুখৎনবা মীরৈপাক্কী জগোই মখল অহুম হায়বদি ভারত ন্যাতম, কথকলি, কথক, কী চাওরাকপা জ্ঞান সুনা তানশিল্লগা শ্রী ৺গোবিন্দজীদা থরায় হকচাং কৎথোক্তুনা ভারতকী মখুং অমসুং মপান্দা কন্না শন্দোকলিবা গুরু অমনি। মীরৈবাক্তুনা হান্না ফাওবক্কবা অমসুং মৈতৈ লৈবাক্কী মীনা হান্ননা গুরু মিংগৌনরক্কবা অফাওবা কলা প্রেমী অমনি। মনিপুরী জগোইদা মমিং চৎলবী বোম্বেগী ঝাবেরী মচিন মনাও পুম্নমকসু মনিপুরী জগোইদা মহাককুম ঙাওহল্লি। পৃথিবীগী মফম অম্বাম্বদা মাগী ছাত্রশিংবু চাইথোকহন্দুনা মৈতৈ জগোইবু প্রজারন শক্তি হেনগৎহল্লি। গুরু বিপিন সিংহ মশামকসু কা্ল্লা,

# নৃত্য গুরু তৌরাংবম্ নদিয়া সিংহ

মনিপুরী জগোইগী ক্বাওরবা নৃত্যশিল্পী টি, নদিয়া সিংহ, খৃঃ কুম ১৯২০ দা উরিপোক্ (ইম্ফাল) দা পোকই। গুরু অসিবু পোকপা অহন অসিশু জগোই ইশৈদা য়াম্না থরায় য়াওজবা সঙ্গীত সাধক অমনি। মরম অদুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী গুরু নদিয়া সিংহ পুং ঈশৈ জগোইদা য়াওননদুনা অতুম হৌরকই। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা খণশেন্থ, গৌরলীলামচিংবদা প্রভু সাবা, কৃষ্ণ শাবা, অসিনচিংবা য়াউরকুনা কলা বিদ্যা অসিদা মহাককী গুন লৈরকপা অদু মমাজগী মীৎয়েংসু চীংশিনখিরম্মী।

মনিপুরগী পুং য়ৈবদা ক্বাওরবা ওঝা, গুরু হাওবম ৺চাওবী সিংহগী মফমদা চংজদুনা মৈতৈ পুং য়ৈবা অমসুং খোল য়ৈবনচিংবা তমসিনখি। মহাক অসি আসাম্ অমসুং বেঙ্গল অন্নাম্ব মফমশিংদা কোইদুনা মিং শন্দোকলুই। পদ্ম শ্রী গুরু ৺অমুবী সিংহগী মফমদসু চংজদুনা মহাক্না জগোই বিদ্যাগী মরমদা অখাকপা লৈতনা তমজখি। খৃঃ কুম ১৯৪৩ ইংদা মনিপুরদা ইহান হান্না হাংখিবা জগোই তম্ফম শঙ 'নৃত্যাশ্রম' হায়রবা অসিগীসু গুরু অসি মেম্বর অমা ওইবীদুনা 'নৃত্যাশ্রম' অসিগী চাওখৎনবা হোৎনবদা অরাবা শরুক কয়াসু য়াবিরকখি।

খৃঃ কুম ১৯৫১ দা মহাক্না মশাগী জগোই পাটিপা লোইননা দিল্লীদা উংখিবা 'অখিল ভারতীয় মিউজীক কনফারেন্স' দসু মনিপুরী

জগোই উৎপিখি। মতম অতুদগী গুরু নদিয়া সিংহবু মপাল লমগী সমাজনা শকথবিখি। খৃঃ কুম ১৯৫৪ দা ভারত সরকারনা সংস্কৃতি দল অমা রাশিয়াদা থাখি। হায়রিবা সংস্কৃতি দল অসিগা গুরু নদিয়া সিংহসু মনিপুরী জগোইগী 'প্রতিনিধি' অমা ওইনা য়াওদুনা রাশিয়াদা চৎলুই। রাসিয়াদা মনিপুরী জগোইগী মখল কয়া, পুং চোলোম, জগোই রাস, ঢুলপ চোলোম, হাও জগোই, থোইদোক্লা মৈতৈগী ওইবা জগোই কৈশে মখল মখা কয়া উৎতুনা রাসিয়াপুম্নবু অঙকপা ফংহনখি অমসুং রাশিয়াপুম্বনা গুরু নদিয়াবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎনখি। খৃঃ কুম ১৯৫৫ দসু অমুক ভারত সরকারনা চীন মসুং খা নোংপোক এশিয়াদা মনিপুরী জগোইবু শন্দোকউননা থাখিরমী। অদুমা গুরু নদিয়া সিংহগী মিং অসি এসিয়াদা শন্দোকখি। খৃঃ কুম ১৯৫৬ কী মযৈরাইদা শ্রী উদয় শঙ্করগী নিমন্ত্রন মতুং ইন্না গুরু অসি কলিকত্তাদা লাকখি। কবিগুরু রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী পোক্নফম্ মযুম জোড়াগাঁকো, দ্বারিকানাথ ঠাকুরলেন কলিকাতাদা লিংখৎখিবা 'রবিন্দ্র ভারতী ইউনিভারসিটি' দা মনিপুরী জগোইগী রিডার ওইবিদুনা থবক তৌখি। মফম অসিদা গুরু অসি নৃত্য কলাগী ক্ষেত্রদা শিক্ষা পিদুনা লৈবন্দগী চহী যামশিল্লকতুনা হায়বদি ইশাগী চহী ৭৯ সুবল্লদুনা থবকুগী পোথাবিদুনা পোক্নফম লমদম মনিপুরদা লৈখিবমী।

# ওঝা চন্দ্রকান্ত সিনহা

মনিপুরী জগোইদা মমিং চংলবা কাছাড়গী ওইনা শিংথানরবা নৃত্য শিল্পী ওঝা প্রোঃ চন্দ্রকান্ত সিনহা, আসামগী কাছাড় জিলাগী বাড়মনি (নরসিংপুর) হায়ব খুন অদুদা পোকখিবনি। ওঝা অসিবু পোকপা পম্বোগী মিংনা ৺ শ্রী গোলুকচাঁন্দ সিনহা কৌই। মহাক অসি পন্দিত নেহরু মহমগী শকনাইবা কংগ্রেস কর্ম্মী অমসুং সমাজ সেবক অমনি। ওঝা চন্দ্রকান্ত মহা ওইরিঙৈদা কাছাড়গী ফাওরবা নৃত্য গুরু রাজকুমার সেনারিক সিংহ, মথংদা মনিপুরগী গুরু হৈস্নাম অমুদী সিংহদগী মনিপুরী জগোইগী মরমদা শকনাইরবা ওঝা অমা ওইনা মীয়াম্না খংনৈ। মথংদা মহাক্ কাছাড়দগী দিল্লীদা খোংদাদুনা মনিপুরী জগোই অসি শন্দোকপদা চাওরবা থৌদাং য়াবিবম্মী। মরু ওইনা মনিপুরী ক্লাসিকেল জগোইদা মহাকপু মীথাম্না খংনৈ। দিল্লি পাব্লিক্ স্কুলদা চহী মতম শাংনা জগোইগী ওঝা ওইনা থবক তৌবিরম্মী অমসুং স্কুল্ অসিদগী (Retired) রিটায়ার ওইদুনা থবক্রুগী পোখাখি। মহাক্রু হোৎনবদগী হৌখিবা চহী খরগী মমাং মার্চ থাদা নয়াদিল্লীগী সঙ্গম রোড মনাক্তা 'মনিপুরী ফাইন আর্টস সেণ্টার' হায়বা মনিপুরী সংস্কৃতি সংস্থগী অমা দিল্লী কোর্পরেসন সরকারদগী লম লৌদুনা শিংথৎপিরম্মী অমসুং সেণ্টার অদু লৈখিদ্রবা প্রধান মন্ত্রি শ্রী রাজীব গান্ধীনা ফাউন্দেশন ষ্টোন তৌবীরম্মী। ওঝা অসিনা মতম চাদনা লৈখিদবসিদা মকম কয়াদগী সংস্কৃতি শিল্পি শিংথারবা মীওই কয়ানা অরাবা ফোঙদোকখি। ওঝা অসি মচা মরি অমসুং মাগী তালোয় থনম্মী।

# ওঝানি শ্রীমতি নয়না ঝাবেরী

মনিপুরী জগোইদা যাওল্লবী মরাঠী চনু ওঝানি শ্রীমতি নয়না ঝাবেরী মরাঠী শাগৈগী যাম্না চাওরবা অমসুং মুংঙাই যাইফবা ইমুং অমদা শান্তিকুটির ম্যাবিন ড্রাইভ বোম্বেদা পোকপনি। মহাক অসি জগোইতনা মপুন্সিগী অথোইবী ওইরবী মুপী অমনি। সাহিত্যদা বি এ ফাওব। তম্লকুবা ছাত্রীগী পুন্সিদা ভারতকী জগোইদসু থোইদোক্ক পুক্নীং লুপ্লবপী অমনি। অসিগুম্ব জগোইগী নিংথিবা যজনা মসুং থুপ্পুনা লৈবা শক্তি বযামুক থেংনবকপসিগী মক ওইবা মবম অমদি অপোকপা পম্বৌনা মচাশিং পুম্নমকপু 'ললিত কলা' মশক খঙগদবনী হায়না মমল যাম্লব উৎসাহ পীবিগিননি। অসিগুম্বা উদ্দেশ্য অসিগা লোয়নন মপানা মহাক্কী থুপ্পুনা লৈবল্লনা কলা বিদ্যাগী শক্তি পুম্নমক যেংদোকবক্লবগী তাঙলনা থুদোং চানা কয়ামুক ফংনবা শীনলিবম্মী। মহাক্ক নৌবিংঙোদা জগোই মথৌ খুদিংগী মচং ওইবা শকক খঙনবা ভারত অসু শ্রী লঙ্কাগী মপুঙ ওইনা জগোই পুম্নমক তম্লম্মী। মমৈ থংদা মহাক্না থাজখি। মতুংদি জগোই মথৌ অমদগী হেন্না মপুঙ ফানা খঙবা হায়বসি যাম্না লুবদসু নত্তুনা ওইথোকতবনি মবমদি জগোই হায়বসি শিজিন্নবদা য়াবনা অমসুং পাক হেক হোংবসু যাম্রবা মীওইবনা হকচাংগী পাম্বৈনা ফজনা অমদি ফিদম লৌনকম ওইরবা জগোই শাথেক কয়াবু ফোংদোক্লবা য়াম্না লুবা থুংলাই

অমনি। মনিপুরী জগোইগী থোংপা নৌবা অমদি লেম্নবা থুংথেক শাথেক-শিংনা শুন্দ্বংখ্রদুনা মহাক্ন মমৈথংদদি অসিগুম্বা জগোই অসিদা মথরায বথোরগে হায়না লেপখি। জগোই হায়বসি মাঙোন্দদি ভাইহাক্কী মুভাই নবা ঈথক-ঈবাংগী পোং নত্তে, চংনবীগী মওংসু নত্তে, সমাজদা মিংচং ফংননি হায়নসু লৌদে মাগী মফমদদি মসি েৌদবা য়াদবা মীওইব মপোক্কী লোইনদবা য়াদ্রবা পোংচঙ অমনি মশাগী অত্মান্ ফোঙদোকচনবা অধ্যাত্তিকী থাদোকফদ্রবা মশক অমনি। মশাবু মশানা খঙজনবা অমসুং ফোংদোক্চনবা পান্থে অমদি হিংদুনা লৈনবগী মক ওইবা মরম অমনি।

খৃঃ কুম ১৯৪৫ দগী হৌনা গুরু বিপিন সিংহনা মহাকপু শিষ্য অমা ওইনা লৌশিনবিখিবা মশাগী মবাইবক ফংনি খল্লে। মশাগী থুংম্ব শক্তিবু শাংকাযহম্বদ তশেংনমক্ অথোইব মংং ওইগ্রবা গুরুগী পন্দিত্য বৈজ্ঞানিক ওইবা মনৌ অমসু সৃজনশীল শক্তি পুম্নমক অদু মহাক্ন থাগৎচবগী লোইবা নাইদে। মহাক্কী গুরুগী উৎসাহ অমদি কমজিংগা লোইননা মহাক মনিপুরদা মনিপুরী জগোইগী অশেংবা আত্মা অদু মশক খঙনবা অনিবক থোবকখি। অকোম্ব থোবকপদা মনিপুরগী জগোইগী ওঝা গুরু পুম্নমক্ন মত অমত্না ওইনা মহাকপু অমদি মনাও মুপীশিংবু থাগৎপিখী। শ্রীশ্রী ৺গোবিন্দগী মন্দিরদা লৈরিবিবা গুরু অমুদোন শর্ম্মা 'নৃত্যাচার্য্য শিরোমনি' ভারতকী জগোইদা একাদেমী মনা ১স্বৃ. পদ্মশ্রী এৱার্ড যংগ্রবা গুরু অমুবী সিংহ, ডান্স কলেজগী গুরু হাওবম অতোম্ব সিংহ, শ্রী ৺বিজয় গোবিন্দগী গুরু রাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ, কাছাড়গী 'নৃত্য গুরু' রাজকুমার সেনারিক সিংহ, অমসু পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন গবেষনা শিরোমনি অনিনচিংব মমিং চংলব, গুরু ১স্বৃ. পণ্ডিত শিংদগী আশীর্ব্বাদসু ফংজগ্রবানি। অদুবু পুম্নমক অসিবু পাঙথোক-হল্লীখিবা মীশক্তি মহাক্কী গুরু বিপিন সিংহনি।

ওঝানি নয়না ঝাবেরীদি কলাকার অমা ওইনা লৈজবা মঙলগী মথঙা মনিপুরী জগোইগী অশেংবা মশক অমসুং আত্মা অদু পুথোক্নবা

হোৎনবন্দা চঙবা হৌনবা ফিদা অমদি নিরমগী মথা পোত্থনচিংবশু নিঙথিনা ঙাক্তনা মপুঙ ফাহনবা হোৎনরকপদা। মহাকপা গুরুগা ঙসি ফাওনদা। শগাক য়াম্নিরক্লিবীনি। বোম্বেদা জগোইগী স্কুল কয়া চালাইবদা মহাক্না গুরুগী অথোইবা তেংবাংবী ওইথিরম্মী। হৌখিবা চহি কয়ামুক অসিগী মনুংদা গুরু বিপিন সিংহনা পরিচালনা তৌরকপা 'নৃত্যনাটিকা' পুন্নমককী অথোইবী কলাকার অমসু ওইরক্থিরম্মী। গুরুগী মতেংনা মহাক্না তৌখিবা খৃঃ কুম ১৯৫১ অমসুং খৃঃ কুম ১৯৫৪ দা 'অশোক মনিপুরী খুংথেক শাথেক, শাওনদা মশামক্না উবা ১মুং রাজমংডল' কৌবা 'নৃত্যনাটিকা' অনিথক পুথোকখি। নৃত্যনাটিকা অসিদা য়াওনবা মনিপুরগী কলাকার কয়াবুসু বাঙোন তৌহনা কৌখি। অসিগুম্ব 'নৃত্য নাটিকা' শিং অসি মনিপুরী জগোইগী মনুংদা থুপ্পুনা লৈরিবা অমসুং মহুনা ওইবা য়াবা নাটকীয় শক্তিশিং অদুবু প্রমান তৌননবা হোৎনরকপগী থোনা ফরবা চাংয়েং অমমমনি। মহাক্না উৎলকলিবশিং অসিনা প্রমান তৌরিবদি মহাক অসি জগোই শাবদা মপুং ফাবরী কলাকার অমা হায়বতুসু নত্তে মতমগী ওইরক্লিবী রঙ্গ মঙ্গনা পামলিবা জগোইগী মশক অমসুং মথম্রায় মাঙহন্দনা অনৌবা সৃজনশীল ওইবা মগুংদা চঙলিবা জগোইগী কাডলম, ভাব, রসকি মশক, চরিত্রগী শক্তম অসিনচিংনা পুন্নমক অদিগা চান্নমা অনৌবা জগোই খুংশেমসু থোকহনগদবনি হায়ব মহাককী বিশ্বাস অসিমসু প্রমান তৌনবা হোৎনরিবী অমনি। মহাক্না অসিমসু হায়রি মক্ষুদি থায়নগী অরিব চৎনবীনা 'ভাক্লিবদি মতম পুন্নমক্তা হঙ্গিন্দুনতা লৈয়ু হায়বা নত্তে ওন্নক্লিনা মতমগী থোঙথাং মতুং ইন্না অর্থ লৈবা অনৌবা খুংশেম কয়াবুসু পুথোকলকউ হায়বনি। কলা বিদ্যাগী নিক্কাশক্তি থায়নদগী চৎনরক্লিব পথাপ মুক্ষম ওইগদবনি থাদোকরুদে। কলা-কারশিংনসু মশা মশাগী লৈজরিবা প্রতিভা অদু ফুদোকচনবগী দমক অনৌব খুংশেম অমদি চাংয়েং কয়ামুক ফিভম অসিদা পুথোকুব হোৎনগদবনি।

মাগী অসিগুম্ব পোথোক লৈত্রবা হোৎনবশিং অসিনা মনিপুরী জগোই-গী শাস্ত্রীয় অমদি বৈজ্ঞানিক ওইবা মশুং থায়নগী চংনবীসু কায়হন্দবা হায়ব হীরমশিং অসিদা শেন্নান্নন লৌনরম্ব ভাবসিং অতু মন। য়াম্না শেংদোকহল্লক্লি। মানা চাং নাইনা বক্তাগা লোযননা মনিপুরী জগোই উৎলি, নৃত্য নাটিকা, পুথোকই, খবরগী চেশিংদা মেগাজিনদা আরটিকল কযাসু হাপ্পী অমসুং জগোই অসিগী মরমদা রেদিওদসু রা কযা ডাঙই। মওং অসুম্না মহাক্ন মনিপুরী জগোইবু ভারতকী অথোইব জগোই মপুং ৬ কী অমনি হায়না য়াম্ন ফজনা প্রমান তৌখি। মপুরোয়বা শ্রী সুসীল ঝাবেরীনসু মাগী অসিগুম্বা মথরাই য়াওবা মতৌ অসিদা অতৎপা লৈতনা মতেং অমদি উৎসাহ পীবিবগা লোয়ননা অথোইবা লমজিং পীবিখিরম্মী। মপুরোইবনা অসিগুম্ব কলাদা পুক্নিং লুপ্পা অমসুং শেংলবা পুন্সিদা কলাবিদ্যানা য়ারিবা মপুং ওইবা ভাব অসি খঙলম্বা মীশক অমা মংলমদ্রবদি মহাক্না অসি যৌনা মহৈ য়ানবা ওইথোক্লমলোইদবনি।

ঝাবেরী অসিগী মনাওন্নপী অহুম শ্রী মতী রঞ্জনা ঝাবেরী, সুর্বনা ঝাবেরী অমসুং দর্শনা, কৌবীসু কলাবিদ্যাদা মচেগা হাইকেৎ খোংমান্ন বীনি। ঝাবেরী নয়নাগী জগোই উৎখিবা থুদিংদ মনাওন্নপী অহুম্ন যাওখিদবা লৈতে।

খৃঃ কুম. ১৯৭১ গী ওক্টোবরগী তাং ২৯ দগীনা ৩০ ফাওবা জাওহরলাল নেহরু ড্যান্স একাদেমীনা মনিপুরগী শিক্ষা বিভাগ, শ্রী গোবিন্দগী পালা লোইশঙগী তেংবাংগা লোয়ননা কুমিং ৭নি চুপ্প মনিপুরী জগোইগী সেমিনার ইম্ফালদা ফমখি। হায়রিবা সেমিনার অসিদসু ঝাবেরী নয়না ঝাবেরী বোম্বে মপাল লমগী প্রতিনিধি অমা ওইনা লাকপীদুনা সেমীনার অসিদা শরুক য়াবা য়াউখি অমসুং সেমিনারগী রিপোর্টনচিংবদা মনিপুরী জগোইগী মরমদা নৈনবা রাফম কয়াগী আর্টিকলনচিংব ইদুনা কোংদোকখি।

মহাককী অসিগুম্বা অতৎপা লৈতনা মনিপুরী জগোইগী মাইকৈদা খোস অমসুং গাংথনাগা লোয়ননা থিজিন খোৎচিন্ তৌদুনা মনিপুরী

জগোইবু মালেমদা শন্দোকপদা অয়াম্ব শরুক য়াবিরিব অসি উবিরম্বুনা ভারত সরকারনা খৃঃ কুম ১৯৭৭ তা ওঝানি অসিবু সঙ্গিত নাটক একাদেমী এৱার্ড পীবিছুনা ইকায় খুম্নবা উৎপিখি।

ওঝানি শ্রীমতি নয়না ঝাবেরী মচিন মনাও মাস্থি অসিবু ভারতীয় সঙ্গীত কলাগী জগৎতা 'ঝাবেরী সিস্টর' গুথনা মীয়ামনা হেন্দোক থোইদোক্লা শকখঙনরি।

# ওঝা কুমারী সবিতা বেন্ মেহতা
# 'জগোই হঞ্জেবী' নৃত্য[illegible]

নোংপোক ভারতকী মনিপুর সনা লৈবাক্তা লৈরিবা অথোয়বা ভাবভক্তি রসকী কলাবু নোংচুপ ভারতকী খম থেংলবা বোম্বাই, আহমেদাবাদতা মঙান য়োরকপা শতাব্দী ফাত্রি হায়বা য়াই। শ্রী কে এম মুন্সী, আম্বালাল সারাভাই, নানাজী, কালীদাস মেহতা, গুন লৈরবা স্বদেশ প্রেমিক্‌শিংগী লৈপাক অমস্তুং রাষ্ট্র পিতা মহাত্মা গান্ধীগী পোককম লমদম সৌরাষ্ট্র (পোরবন্দর) দা পোকতুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী ওঝানী কুমারী সবিতা বেন্ মেহতা কলাদা পুক্নীং লুপথি হায়বসি মহাক্কী মথংগী পুন্সিদা কলাবিদ্যা থোয়দোক্ক মনিপুরী জগোইদা মথরায় কথোকপসিনা তাকলি।

ওঝানি অসি খৃঃ কুম ১৯৫১-৫২, অহুরাইদা মনিপুরদা থোরক্তুনা মতম অতুগী 'পদ্মশ্রী' নৃত্যগুরু ৺অমুদোন শর্ম্মা, নৃত্যাচার্য্য শিরোমনি, নটগুরু চুংখাম ৺থম্বাল অঙৌবী সিংহ, 'নটগুরু' থাংজম ৺চাওবা সিংহ অমস্তুং ৺অতোম্বাপু শর্ম্মা, 'বিদ্যারত্ন' গভেষনা শিরোমনি গুরুশিং অসিগী মকমদগী কলাগী মচাক্ পুম্বা মুনা তম্বশিনবিগ্রব অমস্তুং মনিপুরী জগোইগী উপপতিক (থিওরি) গী মতাংদস্তু পন্ডিতরাজগী মকমদগী অরাং অপা লৈতনা জ্ঞানগী মঙান ফংজগ্রবী ওঝানী অমনি।

ভারতকী কলা মথামদগী ভক্তিরাসতা য়াওল্লবা মনিপুরী জগোইনা অথোয় অহেম্বীনি হায়বসি ওঝানি কুমারী মেহতাগী থাজবা ওয়্রবনা

মনিপুরী কলাপ্রেমী ওয়রগী মথক্তা সাধনাদা পুক্নীং লুপচবা ওইথি। ওঝানিগী সাধনাদা মতেং পীবা অমসুং কলাবিদ কলা সাধকশিংগী ইথৌলাংব কোক্লবগীদমক্ খৃ, কুম ১৯৬৬ তা নোংচুপ ভারত মহারাষ্ট্রগী কোনুং লেম্বেদা 'পরিমল একাদেমী' লিংখংপিহুনা নৃত্য কলা সাধনাগী য়ুম্ফম শেম্বীখি। ভাব, ভক্তি, রসনবী মশক সাহিত্য, সঙ্গীতকালানা ফোংদোকলি। বেদ, উপনিষদ, সাহিত্য, রামায়ণ, মহাভারতশিংগী ধর্ম গ্রন্থশিং, প্রেম ভক্তি, রস জ্ঞান তাহম্বা ভগবতকী 'রাস পঞ্চধ্যায়' নচিংল লাইরিকশিংনা ভক্ত সাহিত্যিকনা য়েকপত্থবু সুর হাপতুনা সঙ্গীত ওইনা মীওইবগী থম্মোয় যৌনা তাহনবসী মনিপুরী নট সংকীর্তনসু অমনি। মদুগী মওংগী তাল, লয়, পুংলোন, করতাল মরোলনা লৈথেক্ লৈশিন হাপচিনহুম্না নট সংকীর্তনদা ভাব, রস, অদুসু মচু তাহল্লী। মনিপুরী নট সংকীর্তনগী মক্লুংদা 'দশকুশ তাল' অচৌবা মফম অমা লৌরিবনী।

মীবোলগী ভক্তকবি, সাহিত্যিক শিংগী সংস্কৃত, বাংলা, মৈথলীনা য়েকপ ভক্তি রস, কাব্যশিংবু মনিপুরী লোনদা হন্দোক্লুনা মমাংঙৈগী মনিপুরীগী পরম্পরা চৎনরকলিবা তাল, লয়, খোনথোকপু য়েং ওইনা হায়দোকখিদনবা উচুকতা ফোংনিরিনা 'দশকুশ তাল' গী লাইরিকশি মনিপুরী সঙ্গীত কলাগী মাংমদা অহান্ব নভঙ্গা অনিশুবনি হায়বা য়াদে। কলাগী সাধনাদা থোযদোক হেন্দোক্ল মনিপুরির জগোইগী সাধনা লোইশঙ 'পরিমল একাদেমী'না ফোংলিবা 'দশকুশ তাল' গী লাইবিকশিংনা কলা সাধনাগী লোয়শঙ্কী হাযবতু তাকলি। মনিপুরী কলা পুং, ইশৈ, জগোই প্রেমী সাধকশিংগী অথোযবা মরন অমা পিনিরে হায়বা য়ায। মনিপুরী সংস্কৃতি জগৎতা ওঝানি অসিগী দান অসিবু মশক খংবিরতুনা কোক্লুংগী শ্রী গোবিন্দগী জগোয় লোয়শঙ্গনা 'জগোই হঞ্জবী' কম অমসুং মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নৃত্যরত্ন' উপাধী থিনদোকপিহুনা ওঝানি অসিবু ইকায খুম্নব উংপিখ্রী।

## প্রো: এস; খগেশ্বর সিংহ, নৃত্যাচাৰ্য্য

মনিপুরী নৃত্য শিল্পী প্রোফেসার সনলম্ খগেশ্বর সিংহ, বি:, মিউজ: (ডবল), খৃ: কুম ১৯৩৩ গী দিসেম্বর তাং ২০, লৈপাকপোকপা মুম্বিংতা আসামগী কাছাড জিলাগী লক্ষীপুর থানাগী মনুং চন্দ্র লৈরিক বড়বিক্র হায়রখুংদা সনলম্ শাঙৌমা পোকই। অপোকপগী মীংনা শ্রী সনলম্ ৺তোমেন সিংহ অমসুং অপোকপীগী মীংনা মৈত্তানসম্বম্ চনু শ্রীমতী ৺বানী দেবী কৌই। মহাক অসি মচিল মনাও, অহুমগী মনুংদ অহল্লী অমসুং ভালোইগী মীংনা শিবচিলা (শ্রীবার) গী থোকচোম নিঙোল শ্রীমতী তোম্বী দেবীনি। শ্রী সিংহগী মচা মরিগী মনুংদ নুপী অমি, নিপা অনি অমসুং নুপীমা অহুম্নী।

শ্রী সিংহ অঙাং ওইরিঙেদ বড়রিকগী (বেঙ্গোলি মেদিয়ম) নিম্ন প্রাইমারী স্কুল, মথংদা লক্ষীপুরগী আর্দ হায়ার সেকেন্দারী স্কুলদা লাইরিক তমলকখি। লৌউ-শিংউবনা শিনকম ওইরক ইমুংদ পোকপ মরম মহাকনা অপোকপা মপাগা লোয়নন্না দৌ-শিং সুংকগী থাকতা মাইপুংথি অহুম ওইনমক অপোকপা মপা ইকুংগো তোমেন সিংহ গৌরধর্মদা যাম্না পুক্লিং লুপ অমসুং হরিধ্বনি হরি সংকীর্তনগী মরমদা য়াম থমোয় শেংদা থাজক মীশক অমা ওইবনা, মচম মনিপুরী নট সংকীর্তনগী হুহার চোলোম তম্নবা মথুনগী ওঝা থাইদেম গঙ্কার সংহগী মফমদা বরিহনা; মথংদা কাছাডগী মমিং চংলব ওঝা ওইনাম ৺খনৌবসিংহ,

লক্ষীপুরগী মফমদগী নট ঈশৈ, হুগার চোলোম তাল মথা, কয়াং ময়াঙ লৈবাক্তী মমিং চৎলব ওঝা পাওনম ৺চুড়া সিংহ, ওঝা পাওনম রাধামোহন সিংহ 'সঙ্গীত রত্ন' শ্রী মফমদগীসু নীত্রী লীলা, রাসকলচাংবগী ঈশৈসু তমশিনজখি। গুরু করবম্ কামিনী সিংহগী মফমদগীসু হুগার চোলোম্ মপা খুবাক ঈশৈ চোলোম্, সংকীর্তনগী তান মখল তমনা তমজে লোইননা গুরুসিনা জগোই কাংলুপ পুহনা ওল আয়ুম তোর চৎপা মতমদসু শ্রী সিংহনা অখোইবু কলাকার অমা ওইনা শরুক য়াখিরম্মী। মশাগী চহী ১৬ সুরকপদা মনিপুরী নট সংকীর্তন সমাজদা শ্রাদ্ধ কর্ম কীর্তনচিংবদা ওঝা গুরুশিংনা চাখিব অমসুং হুংশিবিহনা হুগার চোলোম মতেক ওইনা শিন অমসুং ঈশৈ কাংনবদা হুগার চৎপা অদিনচিংবা হৌরকখি মতুংদ খৃঃ কুম ১৯৫২ দা ময়ুমদগী অহন লমন পুম অমতা তাকননবনা মনিপুরদা লোৎনা চেনখিহনা মতম অদুগী মনিপুর মহারাজগী কোকথোন থৌগল তৌরিব অমসুং মনিপুরদা কোয়েং য়েংপদা ফাওরিবা ওঝা কোজেংবম ধন সিংহ, হুগারগী মফমদা চহী অমা লৈজহনা ওঝা অসিদা কোয়েং য়েংপা অমসুং হুগার চোলোমগী মরমদা গ্রাজমেন চোলোম, তানচপ চোলোম, মেনকুপ চোলোমনচাংব মরমসুনা তমখিনজখি। মথংদ খৃঃ কুম ১৯৫৩ দগী ১৯৫৫ ফাওব মনিপুরগী লাই ওইরিব, ফাওরিব নটগুরু থাংজম চাউবা সিংহ অমসুং নটগুরু চুংখাম ৺থম্বাল অঙোবী সিংহ ওঝা অনি অসিগী মফমদা চংজহনা নট চোলোম অসিগী ভাব বিকার পুম অসি মুম তমখি। মতম অদুগী দেন্স কলেজতসু মীং চনজহনা 'নট গুরু' চুংখাম ৺থম্বাল অঙোবী সিংহ ওঝা অসিগী মফমদগী দশ অবতার জগোই, তান্দুম চোলোমগী জগোই, অতৈ অতোম করতাল ময়োনশিংগী চোলোম নচাংব তমজে। মতম অদুগী মনিপুরগী জগোই শাবদা ফাওরবা গুরু নোংমাইথেম ৺সুধীর সিংহদগী লাইহরাওব জগোইগী মখল কয়া খম্ব থোইবী জগোই, হাও জগোই, তা খৌলায়োন্ জগোই অমসুং জগোইগী ব্যারী রাখোং

অরিব কয়াশু তমজরকখি।

অহুবু মরু ওইনা শ্রী সিংহবু সঙ্গীত কলা নৃত্য কলা অসিগী মাইকৈদা জ্ঞান ফংহনবিবিব মীশক্তি নটগুরু, থাংজম চাওবা সিংহনী। গুরু অসিগী মফমদগী হকচাংগী অঙ্গিকাভিনয় শাথেক, 'শাওন খুলা তমজরকই মহুদি চিনগী শাজং, শামুগী শাজং, ঈশিংদ তীকাম্না ইরোইবগী শাংং, ঈশিংদ ইরুম্নদগী ফাওগৎলকপগী শকওং, খম্বাংচাক উচেক চেম্বগী শাজং, ফাইথেকপগী মওং, রাজমেন চোলোম অচুম্ব, রাজমেন চোলোম অয়োইবী, রাজমেন অমসুং মেনকুপ্ত উমাইবী মশা খপ্প ওইব খুনীং পাম্বোমগী শানোম্, ভানু কাংভাগী শাজং অসিনচিংব গতি অমসুং অভিনয় ময়াম অমি তমজরকখি। কাছাভদা নহারোল তুহার ময়ামগী মনুংদ মচিম তুমখৎলকপ, ফাওগৎলকপ অমা ওইনা মনিপুরি নট সংকীর্ত্তনদ তুহার চৎলকখিরম্মী।

অহুবু জগোই হায়ব কলাবিদ্যা অসিনা ভারতা অোংম নোংমগী অস্তুম চাওথৎলকপগী খোংথাং মতুং ইন্ন শ্রী খগেশ্বর সিংহগী রাখাল অসিন্থু নৃত্য কলাগী মাইকৈ অসোমদ মাই ওনসিনলকখি। খুদকুম ১৯৫৭ তা ভারত শিনথুংনা কোইরুববা মনিপুরী জগোইগী ফাওরবা কলাকার 'নৃত্য গুরু' রাজকুমার সেনাজিক সিংহগা 'শিলচর সঙ্গীত বিদ্যালয়'দা উনজখি। গুরু অসিনা চাম্বীবদগী গুরুগী সম্প্রদায়দা চংবী অমা লৈরম্লুনা নুপী জগোই হায়বদি মনিপুরী জগোই রাসকী ক্রম্ পুম্ব, ভঙ্গী মখলশিং খুরুম্ব পারেং বৃন্দাবন ভঙ্গী পারেং, অচৌব ভঙ্গী পারেং, গোষ্ঠ ভঙ্গী পারেং চালী, অমা মখল কয়াদা শারা জগোইশিং কৃষ্ণ অভিসার, রাধা অভিসার, বন্দ্রতাল, চারতাল, চৌতাল, বসন্ত রাস অসিনচিংব লোইনা তমজরুনা গুরু অসিগী পাঞ্জাক মতুং ইন্ন 'শিলচর সঙ্গীত বিদ্যালয়'গী ছাত্র অমা ওইবা দিপ্লোমা পরিক্ষাশু বিদ্যালয় অসিদগী পাশ তৌজখি।

খুদকুম ১৯৫৮ দা 'কলা কেন্দ্র' ভাগলপুর (বিহার)দা জগোই ওজা ওইনা থবক তৌনা হৌজকই। পাটমাসদা ইবা বিহারগী মফম জরুবদদু

মনিপুরী জগোইবু তমজরকখি । অদুগা জগোইগী পুংলোন, ইশৈশিং চিংবা লৌইনা টেপ রেকোর্ড তৌদুনা আমেরিকাদা পুখি ।

"খৃঃ কুমঃ" ১৯৬৬ কী জুলাইদা পঞ্জাব 'এডুকেশন' ডিপার্টমেন্ট-লুধিয়ানাগী কুন্দন বিদ্যা মন্দির হায়রিবা 'সেকেণ্ডারী' স্কুল, সেন্ট্রেল বোর্ড অফ সেকেণ্ডারী ইডুকেশন নিউ দিল্লীগী মখাদা মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইদুনা পঞ্জাব রাজ্যগী মফমদা অয়ান্বদা মনিপুরী জগোইবু শন্দোক-চরি । মনিপুরী জগোই, ভারত নাট্যম, কথক জগোই মখল ও (অহুম) অসিগী খুৎথেক শাথেক শাওন কয়ানা তিনথা নৃত্য নাটিকা বেলে কয়া রচনা তৌদুনা পুখোকখি । মতুগী মনুংদা কৃষ্ণ, অর্জুনগী গীতা উপদেশ, ভস্মাসুর বোধ, তিলওমা, বিশ্বামিত্রগী মেনকা জগোই, অভিমান্যুবোধ অমসুং জয়দ্রথবোধ অসিনচিংবনি । অসি নত্তনা মৈতৈগী ওইবা নট কোর্তন চোলোম, খুবাক ঈশৈ চোলোম, রাসকী জগোইশিং, কৃষ্ণ অভিসার, বসন্তরাস, মন্দিলা পালা অমসুং ভারত নাট্যমনচিংবসু উৎলি । অসিগুম্বা কলা মথৌ মথেল কয়া পুখোকতুনা উৎপা অসিনা কর্তৃপক্ষশিংনা পেনবিদুনা খৃঃ কুম ১৯৭৫ দা 'এবার্ড' অমসুং 'মানপত্র' মচিংবা শিনবিদুনা ইকাই খুম্নবা উৎলিখি । কুন্দন বিদ্যা মন্দির অসিদা ওঝা ওইনা 'প্রয়াগ সঙ্গীত সমিতি ('মিউজিক ইউনি-ভারসিটি') এলাহাবাদতগী খৃঃ কুম ১৯৬৮ দা মনিপুরী জগোইদা 'সঙ্গীত প্রভাকার' (বি, মিউজ) ডিগ্রী পরিক্ষাদা সেকেণ্ড ডিবিজনদা পাশ তৌখি । মতুংদা অমুক খৃ. কুম ১৯৭৪ দা ইউনিভারসিটি অসিদগী ভারত নাট্যম জগোইদসু সঙ্গীত প্রভাকার (বি মিউজ) পরিক্ষাদা সেকেণ্ড ডিবিজনদা পাশ তৌজখি । খৃঃ কুম ১৯৭৩ দগী পঞ্জাব কৃষি বিশ্ববিদ্যালয়গী গৃহবিজ্ঞান কলেজদসু জগোইগী ওঝা ওই-বিদুনা ক্লাশ লৌরি । খৃঃ কুম ১৯৭৭ তগী পঞ্জাব স্কুল 'এডুকেশন বোর্ড চন্দিগড়গী মেট্রিকুলেসন পরিক্ষাদা জগোইগী প্রেকটিকেল একজা-মিনার অমা ওইনা 'খনবিরকতুনা বোর্ডকী একজামিনারসু ওইবিরি । শ্রী 'সিংহ হৌখিবা চহী '৩৩ মুক রোমদগী মপাল লমদা 'লৈরদুনা

কলা বিদ্যা অসিবু শন্দোকপদা অয়াম্ব শকক যাজবকইবা কলাকার ওমনি। মহাক্না মপাল অসে মণী সঙ্গীত জগৎতা চেল্লিবা ইচেল কয়ামুক অসি যেজবগা রাষ্ট্র ভাষা, হিন্দি লোন্দা মনিপুরী নৃত্য হায়ব লাইরিক অমা ইজখি। অনিস্থুবদা অমুক 'মনিপুরী সঙ্গীত কলাবু খুংগাংকা ওঝাশিং' হায়রিবা লাইরিক অসিসু অমুক ইজখ্রি। অসি লাইরিক মশাগী চহী ৫০ শুবক্লে।

কলাগী শেত্রদা মহাক্কী যোগদান অমস্থং গোভেষনা গা লোইননা পৌবম কয়ামুক অসি উৎবিত্তুনা খৃঃ কুম ১৯৭৯ দা মণিপুরী নর্তন কেন্দ্র লক্ষৌনা "নৃত্যাচার্য্য" (ডোক্টোরেট)' গী উপাধী পীবিছুনা ইকাই খুম্নর উৎশিখি।

# ওঝা মোইরাংথেম্ নব ঘনশ্যাম সিংহ নর্ত্তনাচার্য্য

ওঝা অসি কাছাড় জিলাগী শিলচর টাউনগী খা পাংনা লৈবা, কৃষ্ণপুর হায়ব খুন অমুদা খৃঃ কুমঃ ১৯[illegible] দ. পোকই। মোইরাংথেম ৺গৌরমোহন সিংহগী অনিস্সুবা মচানিপা। ওঝা নব ঘনশ্যাম মশাগী চহী ২৫ সুরকপ মতমদা মনিপুরগী 'শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউ নর্ত্তনালয়দগী মনিপুরী জগোইদা দিপ্লোমা পরিক্ষা পাশ তৌই। মনিপুরগী অফাওবা গুরু মৈতৈ তোম্বা সনা পালা হঞ্জবা মহাক্কী পুংগী ওঝানি। ইশৈদা ফাওরবী ওঝা শ্রী মতী ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী, মাইবী জগোইদা মীংচৎ লৈরবী ওঝা কুমারী অমম্বুং গুরু বিপিন সিংহদগী মখল মখা নাইনা কলাবিদ্যা অসিগী মরমদা তমশিনখি। খৃঃ কুম ১৯৫৯ দা কলিকাতাদা লাকুনা 'গীতবিধি' হায়ব স্কুল অসিদা মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইনা থবক তৌব হৌখিবম্মী। মথদা 'নৃত্যভারতী' বিড়লা একাদেমী অব আর্টস এন্দ কলচারনচীংবদ জগোইগী ওঝা ওইনা থবক তৌখি। মতুংদা দিল্লিগী মডেল স্কুলদসু ওঝা ওইরম্মী। মতম অমদা মহাক সিঙ্গাপুর, থাইলেন্দ, হোংকোং, ইন্দোনেশিয়ানচীংব মফমশিংদ মনিপুরী জগোই উৎতুনা মালেম ফাওনা মীংচৎ শন্দোক্লম্ব কলাকার অমনি।

খৃঃ কুম ১৯৮৩ দা মহাক অমসুং মাগী তালোয় আমেরিকান চনু শ্রী মতী ক্রীষ্টেল ষ্টিভেন্সগা লোয়ননা আমেরিকাদা খোংশানখি। আমেরিকাগী ৱাশিংটোন হায়ব শহর অমুদা 'নৃত্যরঙ্গম, হায়ব স্কুল অমা হাংদুনা মহাক্কী তালোয়গা লোয়ননা মনিপুরী জগোইবু শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরিরি। ওঝা অসিগী থৌদাং অসি উবিরকুনা খৃঃ কুম ১৯৯১ দা কলিকাতাগী 'মনিপুরী নর্ত্তনালয়' না ওঝা অসিবু 'নর্ত্তনাচার্য্য' হায়বা উপাধি অসি পীরিদুনা ইকায় খুম্নব উৎপিরে। ●

# ওঝা অরাম্বম তোম্বীনৌ দেবী

মনিপুরী জগোইগী মাইকৈদা মীয়াম্ন শকখংনরবী ওঝা অরাম্বম তোম্বীনৌ দেবী খু কুম ১৯৫২ গী মার্চ্চ তাং ১৭ তা খুরাই নান্দেবম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মীংনা শ্রী অরাম্বম বীরচন্দ্র সিংহ অমসুং অপোকপীগী মীংনা শ্রীমতী ইবেতোন দেবী কৌই। মচীন মনাও মচাগী মসুদা ওঝা অসি অহুমশুবা নিঙোলনি। ওঝা অসিগী মপাবুং বীরচন্দ্র কলা বিদ্যাগী মরমদা যাম্ন থরাই যাওজবা অমসুং পুং য়ৈবা ওঝা অমনি। তোম্বীনৌ দেবী মশাগী চহী ৭ শুরকপা মতমদা ওঝা নিঙোম্বম্ পার্থ সিংহ লিলান্দো লমপাকতা লৈবা ওঝা অসিদা আদি গুরু ওইনা ঈশৈ তম্ব হৌই। চহী অসিদা খোমদোন লাংহুনা থুবাইদা জগোই বাস য়াওব হৌই। মথংদা 'নটগুরু' থাংজম চাওবনা কংপা ষণ শেয় জগোইদসু শরুক যাজখি। অসুম্ন মমৈথংদ অভিরাম শাবা, সুবল শাবা, শ্রীবাস অমসুং তাবা শাবনচিংব শরুক য়াহুনা কলাগী মাইকৈদা খোংদাবা হৌই। ওঝাগী ইশাগী চহী ১৫ শুবদগী ওঝা ঙাংবম মনি খুবাই কোংপালদা নিতি লীলা পরেং, ভাবি পরেং নচিংবা তম্ব হৌই। ওঝা থাঙেম্বম গুলাপী সিংহদা রেডিওগী অনৌ অনৌবা তমশিনখি। কাংলী খুবাক ঈশৈ পরেংনচিংবসু কয়া অমা তমশিনখি। মথংদা শগোলশেম কালিদমন দশী 'নিমাই

সন্ন্যাস ' নচিংবা তমশিনখী। মতুং তারবপদা খুন্নাই ' কলা ভবন ' দা জগোই ক্লাশ নাইনা তম্ব হৌখি। খৃঃ কুম ১৯৭১ দা জবাহরলাল নেহরু মনিপুরী দেন্স একাদেমী দা থ্রি ইয়ার দিপ্লোমা কোস তা স্কোলারসিপ লুপা ১০০ থা খুদিংগী ফংতুনা দিপ্লোমা কোর্স তমথখি। খৃ: কুম ১৯৭৪ দা দিপ্লোমা পাশ তৌতুনা অমুক পোষ্ট গ্রেজুয়েট ( ব্লাস ) তমথখি, খৃঃ কুম ১৯৭৮ দা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ( ব্লাস ) পাস তৌবগা লোইননা ভারতকী মফম [illegible] টোর চংপা ফংজখি। খৃঃ কুম ১৯৭৩ দা ইউরোপতা চৎলি ১স্থং খৃঃ কুম ১৯৭৫ দা আমেরিকা, কানাদা, মেক্সীসকো, রাশিংতোন্ জার্মানি নচিংব লৈবাক কয়াদা মনিপুরি জগোইগী মীহুৎ ওয়না ভারতকী মীহুৎ ওইনা চৎতুনা মালেম থুংনা মনিপুরী কালাগী মাইকৈদা মীংচৎ লৈরবা কলাকার অমনি। ●

## ওঝা স্নাখ্যা নিতাইপদম্না
## (রাজকুমার জীতেন্দ্রজীৎ সিংহ)

কুনশুবা শতাব্দীগী অনিশুবা দশকতা মৈতৈদা থোয়দোক্লা মণিপুরদা স্নাখ্যা নিতাইপদ স্নাগী মিং তাদে থংদে হায়রম মীওই ।ওদে হায়বা য়াম। মনিপুরগী নিংথৌ কনানে। হংনরকপদা মতম অত্তুদা মনিপুরগী চুড়াচান্দ মহারাজবু থংবত্তু স্নাখ্যা নিতাইপদ স্নাবুদি হংনদ্রগম্মু থংনরবা মনিপুরী সংস্কৃতি ঈশৈগী শিল্পী অমনি। স্বদেশে পূজংতে রাজা, বিদ্বান, সর্বত্র পূজংতে হায়রসি স্নাখ্যানা খুদম ওইহল্লি। নোংচুপ বাংলা নদিয়া জিলাগী নদীয়ারাজ নিংথৌগী প্রজা নবদ্বীপ মনিপুর রাজবাড়ীগী মহারাজ জীতেন্দ্রজিং সিংহ মপাইসংঙো মহারাজ হেমেন্দ্রজিং সিংহদুগী ৬৩৯ বিঘা লমগী খাজনা চহীদা লুপা ৭ টাকা ৭ আনা ১১ পাই পীবিবসি নিংথৌনা প্রজা অমা ওইবগী খুদমনি। নদিয়া রাজ প্রজা জীতেন্দ্রজিংগী হায়রিব লম তেথরি পাড়াদা শ্রীশ্রী অনুমহাপ্রভু পুতিষ্ঠিং ওইহুনা সেবা চংথরি। মহারাজ জীতেন্দ্রজিং সিংহবু রাজকুমার জীতেন্দ্রজিং সিংহ হায়না থংনরিবসি মৈতৈদি থংদবনা অয়াম্ব ওইখি। নিংথেম মচা ওইরবস্মু মনিপুর লৈপাক্তা ফম্বান তোংহুনা মিংথৌদি ওইখিদে। অত্তুদি ওইরগা মনিপুরী সংস্কৃতিগী রাজপ্যাট শ্রীহট্ট জিলাগী ধামাই বড়ইতলীদা স্থাপন তৌবিহুনা চহী ১৫ রোম সংস্কৃতি ইশৈ সেন পান্নন তৌবিরম্মী। মীওইবনা শেম্ব রাজ

নিত্তি অমসুং ভৌগোলিক সীমানা মতুংদতা সংস্কৃতিবু পঙ্খা ওমদবচুনা স্নাখ্যাগী সংস্কৃতি ঈশৈশেনা চিংলোন মাপন্না কোয়শিন্দুনা লৈরিব মনিপুরগী মপান অরাং ডিব্রুগড়, শিবসাগর, জোরহাট, নোংচুপতা শ্রীহট্ট, ঢাকা খাগ্রোমদা তখেন লৈপাক অমসুং কাছাড় জিলাগী খুঙ্গং খুঙ্গংদা লৈরিবা মৈতৈ লিশিং নিশিং সংস্কৃতিগী প্রজ্ঞা ময়ামগী স্নাখ্যা ওইখি। সংস্কৃতিগী জীবন ধারাগী মথকতা পরুরা প্রজ্ঞা ময়াম মখোয়গী আরা আনা, অফ মুংঙাই, মচা মশু, থাজবা, লৌউ-শিংউবগী ফৌথোক ঈশিং ইচাও, ইকওগী পাও ময়াম স্নাখ্যাদা হৃংগৎচবগী দমক রাজপাট ওইরিবা ধামাই বড়ইতলীদা লাকপা তঙাই ফদবা ওইথিরম্মী। তখেন কোনুং আগরতলাগী অঙৌস্না (রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত) গী সংগায়দা স্নাখোং-থারিদনা তখেনদা অহান্বা ওইখি। মতমতুদগী ত্রিপুরা নিংথৌ মহারাজ বীরেন্দ্রো কিশোরগী রাজসভাদা অথোয়বা শিল্পী অমা ওইনা সম্বর্ধনা ফংখি।

তখেন নিংথৌ মচা জ্ঞানী, গুণী ওইরবা মৈতৈ চনুনা পোকপা রাজমন্ত্রী মহারাজকুমার নবদ্বীপ চন্দ্রনা পিবিবা অভিজ্ঞান পত্রদগী স্নাখ্যাগী রা অতৈসু থংবা ওম্মী। শ্রী যুক্ত স্না জীতেন্দ্রজিৎ সিংহ, মমাং-ঙৈদা পানখিবা মনিপুরগী নিংথৌরোন অমগী বংশধরনি। মতম থরা ওইরে মহাক্না ত্রিপুরাগী রাজধানী আগরতলাদা লৈরিবা অসি, মহাক মনিপুরদা পোকই। মহাকী মপুথৌ ইবুংঙো ৺স্না নদিয়াচান্দ সিংহ রাজকুমার নবদ্বীপতা লৈরিরম্মী, মরম অসিনা মহাকসু মতম কুইনা নবদ্বীপতা লৈখি। মনিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী হাত্তিকতগী রাজ্য অসিদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম চংখি। বৈষ্ণব কবিশিংগী শৈরেং ঈশৈ কয়া কয়া শিজিন্নরি। শ্রী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা অবির্ভাব ওইরকপদা রাধামাধবকী অতুগুম্ব থকপা নাইদ্রবা প্রেমগী ঈচাওদা গৌরদেশতা লুপখিবা নত্তে। মাধবকী মুরলী বাঁশী মখোন তাবদা মতম অমদা যমুনা হনগৎনা চেনখি। ঈচেল হায়বা অসি মখা পাংনা চেনথগদবনি অতুবু রাধা মাধবগী পন থিংবা য়াদ্রব অতুগুম্ব প্রেমগী ধারা অতুসু ওসি মখা পাংনা চেনদ্রহুমা

মথক পাংনা হুঙ্গংনা চেনখৎতুনা মথাদা লৈবা গৌরদেশ থাদোকতুনা চিংদোনদা লৈরিবা দেশ মনিপুরদা চেনখংলি।

শিংথানবা য়াবা মওং অমনা, দেশ অসিদা অঙাংমুবী খাইদনা নিংথৌ প্রজা নাইদনা ধর্ম অমবু লৌতুনা চাংবরবা পরিবার অমা ওইবগুম্ব অসি থোকত্রব থোদোক অমনি। মসিনা প্রমান তৌরি অদুদি গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্মগী মরু অসি মফম অফবদা তাখরে। মথক্তা পনখিবা ফাওরবা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী ঠাকুরনা খৌরহুনা অদি ফাওরবা বঙ্গদেশকী গোস্বামী মহাশয়শিং কয়ানা বৈষ্ণব পদ কীর্ত্তন সমপ্রদায় পুতুনা মনিপুরদা লেংথোরকখি। মখোয়দগী ঈশৈশিং অদু তমলগা অমসুং বৈষ্ণব রস শাস্ত্রগী জ্ঞান অভিজ্ঞতা লৌরহুনা মফম অদুগী মনিপুরগী শৈশকপশিংনা মফম অদুগী কীর্ত্তন শৈশক অমা শেমখরে। শৈশক অদু বঙ্গদেশ অমসুং মনিপুরগী শৈশক্কা তিন্নশিন্দুনা থোকখিবা নিংথিভরবা মওং অমনি। ঐহাক অসিগুম্ব শৈশক অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী তাজরিবনি। স্নাথ্যা মিতাই-পদম্নাগী অসিগুম্ব শৈশক অসিদা য়াম্না কাওরবাম্মীওং অমনি। মহাক্কী অসিগুম্ব অহৈব অদুগী প্রমান অমসুং পুরস্কার ওইনা ত্রিপুরাগী মহারাজ বীরেন্দ্রকিশোর মানিক্য বাহাদুরনা স্নাথ্যা মিতাইপদম্না (জীতেন্দ্রজিৎ) বু সনাগী মেডেল অমা মমা ওইনা পিবিখী। মহাক্কা নবদ্বীপতা লৈবা মতমদা বঙ্গদেশতা চৎমরিবা মনোহর সাই কীর্ত্তনসু তমশিনখি। মহাক্কী তৌবিরিবা সঙ্গীত অনুশীলন অসি থাগৎপা য়াই। মহাক অসি সমাজগী শক্তম ওইবা য়াবা তমজনিংঙায় ওইবা য়াবা মীশক অমনি। মহাক্কী মঙনেদা পেনজুনা ঐহাক্কা ঐহাক্কী মোৎত অসি ফোংদোকচবনি। রাহৈশিং অসি নবদ্বীপচন্দ্র দেবশর্ম্মানা মহাক্কী অভিজ্ঞান পত্রদা ফোংদোকখিরম্মী।

## ওঝা য়ুম্নাম "নাতুম সিংহ ' সেলুংব

ওঝা য়ুম্নাম নাতুম সিংহ ইম্ফাল শহরগী য়ুম্নাম লৈকাই লাইরেম্বী মনিংদা পোকই। ওঝা অসি নহা ওইরিঙৈদা সরস্বতী ব্যাকরন তর্কশাস্ত্র নচিংব তম্লগা মতুংদা কলা বৃত্তিগী ওঝা কয়াদা তমজহুনা নাতুম হায়না ময়াম্ব শক খরা খরা খংবিবা হৌরকখি। মতম খরা লৈরগা নট সংকীর্ত্তনদা ফাওরবা শ্রী কোম্ব্রোজম ওঝা অঙাংমচানা লাক্কুনা ওঝা নাতুমবু পোকপী ইমা ইবেম্ম অসিদা নট সংকীর্ত্তন গী ইশৈ তমহনদবা য়াদে হায়না খুরুমলবদা কাইনথংদা কোম্ব্রোজম ওঝাদা গুরু বরিহুনা বিদ্যারম্ভ ঈশৈ তমখি। সাঁার চুড়াচান্দ মহারাজগী থোগন শেলুংব ফমদা লৈবিবগা লোইনা লোইননা মমৈদা মহারাজমক্কী ঈশৈগী ওঝাস্থ ওইবিখি অমস্থং স্না পালাস্থ য়াওখি।

শ্রী যুং বোধচন্দ্রনা যুবরাজ ওইরিঙৈদা ওঝা অসিদা বরিহুনা বোধচন্দ্র যুবরাজমস্থ ঈশৈ তমখিরম্মী। শ্রী যুং বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরক্রসদা স্না পালা অথবগী ঈশৈ হম্ব ওইখি অমস্থং জলকেলি স্নপী পালাগী ওঝাস্থ ওইখিরম্মী মতুংদা পালা অহনগী ঈশৈ হম্ব ওইহুনা ফম্বৈ ফমখি।

মমাংঙৈদ মনিপুরদা রেদিও ষ্টেসন লৈরমদে মরম অতুনা কলিকাতাদা কৌশিন্দুনা কলিকাতাগী রেদিও ষ্টেসনদা মৈতৈ ঈশৈ শকখিবা ইহান

হায় মনিপুরগী হৌদোক্লম্ব ওঝা অমসু ওইখি ওঝা নাট্টম অসি মযাঙ লৈপাক লোমদসু যাম্ন মমি চংখিবশী। ওঝা অসিদা তমজহৌব মচা মনাই কযা হৌজিক মযাঙ লৈপাকতা মমিং চংতুনা ঈশৈ শকপা যাওবি। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল নসু ওঝা অসিবু মতিক চাব উপাধী পিনবিত্নুনা ইকাই থুম্নবিগ্রবনী। মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী জগৎতা ওঝা অসি কবি অমা ওইবিবশী। ওঝা যুম্নাম নাট্টম সিংহ, সগোলবন্দ তেরা অথাম লৈকাইদা লোঙ্গাকখি। ●

## ওঝা গুরুময়ুম অমু শর্ম্মা

ওঝা গুরুময়ুম ৺অমু শর্ম্মা গী পোক্লফম লমদমদি মনিপুর, বামোন লৈকাইদনি। ওঝা অসি মশাগী চহী ১৭ সুবকপদা কাছাড বোমদা লাক্লুনা পালারবোন্দা খুন্দাখিবনী। ওঝা অসিনা অহান্ব ঈশৈ তন্ব অহান্ব গুরুদি পালাবৰোন্দ অরাং লৈকাইদা লৈরম্ব ওঝা ইরুংবম চাওবা সিংহ। ওঝা অসি কাছাড় দা নট সংকীর্ত্তন গী শৈশকতা মশক নাইবা অফাওবা। ওঝা অমা ওইখিরম্মী অমস্মুং মশাগী চহী ৮০ দা কুম্ভ থ্যা তানখি।

# ওঝা পোংশংবম্ ংবোকুল সিংহ

মৈতৈ লৈপাক পুম্বনা শকখংনববা ইম্ফাল, ব্বাক কৈথেলগী ওঝা পোংশংবম বোকুল সিংহনি। ওঝা অসি অঙাং ওইবিউদা ব্যাকবন অমস্তুং ছন্দমঞ্জবিনচিংব ধর্ম্ম লাইরিক কযা অখং অহৈ পণ্ডিত কয়াগী মফমদগী তমখি। মতুংদা ওঝা লোইতোংবম সঙ্গোই সিংহদা ঈশৈ মশ্ব হৌই। মথদা ওঝা নোংথোম্বম বুলো সিংহদা অমূক তম্মী। অসিগী মতু ংাবকপদা লৈপাক থোক্তুনা ঈশৈ শবপা হৌবকখী অমস্তুং শ্রী বৃন্দাবন চন্দ্রগী থৌগন যজন্না খোনবাংলম্মা মতুং ংাবকপদা পাংাহনগীস্তু খোনবাংলম্মী।

স্নাথা মচাগী শ্রাদ্ধ (কর্ম্ম) দা ওঝা বোকুলনা ঈশৈ থৌগনখি। মথংদা পাংাহনগী ঈশৈ হন্নস্তু ওইখি। স্যাব চুডাচান্দ মহাবাজবু পোকপী মমা সিজাগী কর্ম্মদা ওঝা অসিনা ঈশৈ থৌগন যজখি। চুডাচাঁন্দ মহাবাজনা পেন্নীতুনা ওঝা বোকুলবু সনা খুজি ংালনচিংব মনা মথুম পীবিত্তুনা ঈকায খুম্নবস্তু উৎপিখী। ওঝা অসি মশাগী চহী ৮৬ তা পুন্সিগী অবোইবা যাহিপ তানখি।

# গুরু ৺গৌরী সিংহ

মনিপুরগী খোংমন মথা লৈকাইদ লৈবম্বা ঈশৈ হন্ন গুরু নিঙোম্বম গৌরী সিংহ, গৌবল্লীলা, নিপামচা পালা, য়াওবদগী হৌনা মনিপুরদা মমিং চৎলক্লব অমসুং পালা লোযশংদা পালাহনগী ঈশৈ হন্ন ওইবিখিবা হোৎনবা কয় ওঝা অমনি। অঙাং ওইরিঙৈদা উফুলদা খোজৈনা যেকুনা মথং মথং সংস্কৃত ব্যাকরন নচিংব তম্ন তম্ন ঈশৈ তমখি। মথাগী ওঝাশিং অসিদগী তোঙান তোঙান্ন ঈশৈ তমখিবম্মী। নিংঙোম্বম ওঝা তম্নু সিংহ, পালাহন্ লালুপনচিংবদা নিতি অষ্টকাল, গৌবপদ, চোলোম, থোকচোম ওঝা অঙাংহলদা অষ্টকাল নিতি অচৌবা, বাসক অচৌবা, ওঝা থাংজম সনাদা বাল্য লিলা, কঙ্কন চোংথাম ওঝা চাউবদা অষ্টকাল, তজনগী পবেং অমসুং ধপ নোংমাইথেম ওঝা চাইগোযদা পূর্ব্ব বাগ, ওঝা খোংলেনদা ধপ অসিনচিংব অসি তমশিনখি। ওঝা নাতুম্ শেলুংবা অমসুং যুমশংবীম্নাদসু চংজত্নুনা অরাৎপা অতৈ তমসিনখি।

নিংথৌজম ওঝা চাউবদগী উপবস কোম্ননা চৌযট্টী বস তমশিনখি। অসিতসু নত্তুনা চিত্রপট, মধ্যা, মুগ্ধা, লালসা, বাসক অচৌবা, বাগ বাগিনী, বাব মাস থৌগল অসি নিংথিনা খঙই, হৈ। পীকল্লিঙৈদা মনিপুর সনা কোম্নুংগী জগোই শাবী লোইশঙ কারকই। এক গোপী একশ্যাম, দা গোপী শাত্নুনা ফাওবা জগোই য়াওরকই। 'জয়পত্র দা নৎতনা হৌনবী নিংথৌগী মনা মথুম পুম্নমক ফংগ্রব অমসুং শ্রী গোবিন্দগী থৌগলসু ফংখিবা মশক নাইবা ওঝা অমনি। গুরু অসি শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউ নর্ত্তনালয়দা ঈশৈগী ওঝাবেন ওইবিত্নুনা থনক শৌখিবম্মী।

# ওঝা ওইনাম ৺কোইরেং সিংহ

মনিপুরী নট সংকীর্তনগী লমদা ঈশৈ শকপদা মনিপুর, আসাম, ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশ ফাওবদা মমিং চংলম্ব ওঝা ৺কোইরেং সিংহ কাছাড জিলাদা কোম্ব লক্ষীপুর থানাগী মক্মুংচম্ব পৃথিখাল হাযনা কৌব খুন অত্থুদা খৃঃ কুম ১৮৮৫ দা পোকখি। অপোকপগী মিংনা ওইনাম ৺পঙ্গই সিংহ অমসুং অপোকপিগী মিংনা ৺দযাবতী দেবী কৌই। ওঝা অসি পালেম পাম্থোনা পিক্কা চহী নিপান্দা লন্দোকলমই অত্থুনা লাইবিকস্থু বাঙ্গলা লোনগী মবি শুব ক্লাশ ফাওবতা তমহৌই।

অঙাং ওইবিবৈঙেদগী মপী মপানা কোন্দ্রবনিনা মীগী মযুমদতা লৈত্থুনা নতা ওইবিবৈঙেগী পুন্সিদা চহি কযামকম লেনখিবম্মী। মতম অত্থুদদি জোরাব শান্নব, গঙ্গা থকপ, অসিনচিংব কযা হৈনত্থুনা ওক্তব মতৌ অমা ওইবক্লম্মী। মতম অত্থুদা ওঝা কোইরেং সিংহনা খুলক অমা যৈত্থুনা তিনাথ খুকম্বদা ত্রিনাথকী ঈশৈ শকপদা অফাওবা অমা ওইত্থুনা খুন খুন খুদিংদা মহাকপু কৌত্থুনা ঈশৈ শকপা হৌরকখি।

ওঝা অসিগী সঙ্গীত বিদ্যাগী মাইকৈদা মপোক্কী পিথোবকপা গুন কয়ামুক লৈবা অসি উবিত্থুনা মপাগা পোকমিন্নব মখুডানা কাছাড়গী বিন্নাকান্দি খুনগী রাংখেম লৈকাইদা লৈব ওঝা মেলৈ সিংহগী মফমদা পুত্থুনা ওঝা অসিদা বরিত্থুনা ঈশৈ তমহনখি। ওঝা মেলৈ সিংহগী য়ুমগী

মাথৌ সুবিতুনা অমসুং ওঝা অসিগী মখোং মখুৎ নোযতুনা তমজবকপনা, ওঝানা পেম্বীতুনা অমসুং ওঝাগী রূপা ফংজতুনা মনিপুর, আসাম, ত্রিপুরা বাংলাদেশ ফাওবদা সংকীর্তনগী ঈশৈ শকপদা ওঝা গুরু অমা ওইনা চংলম্মী। ওঝা কোইরেং সিংহ, মশাগী চহী ৭৮ শুবকপদা মহারাজ স্যাঁর চুড়াচাঁন্দ সিংহনা কাছাড়গী লালাং হায়বা খুন অদুদা অপোকপা মপাবুংগী কীর্তন কংখিবদা ঝো অসিনা ঈশৈ শকখি। হায়বিরা কীর্তন অসিবু হৌজিক ফাওবা মনিপুরী খুনাইনা লাংলাং কীর্তন হায়না খনরি। কীর্তনগী থৌগনদা শ্রী খুংনা পেনবিতুনা সনা খুৎমরু সনা যিগৈ, সনা খুজি, নমথা নচিংব মনা মথুম পীবিখি। ওঝা কোইরে সিংহ মশাগী চহী ৮৪ দা খৃঃ কুম ১:৬০ দা নোঙ্গাকখি অদুবু ওঝা অসিগী কোলোই মীংলেন্দি মনিপুরী নট স কীর্তন জগৎতা মুংপা যাদন লৈহৌবগনি। ●

# উস্তাদ মাইস্নাম থম্বৌ সিংহ

উস্তাদ মাইস্নাম থম্বৌ সিংহ ইম্ফাল সহরদা খৃঃ কুঃ ১৮৮৯ দা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈ মশাগী চহি ৮ সুরকপা মতমদা ওঝা হাওবম ৺থুমজাও পুরেন (স্যাঁর চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমাক ইবুঙো) দা ইহান হান্বদা পবিতুনা ঈশৈ তম্ব হৌই। মথংদা মনিপুরগী মৈতৈ ওঝাশিংদা মথং মথং তমই, থোইদোক্লমক পোরোম পাং মনাক্তা লৈব ওঝা ৺ঝুলন মচাদা তমই। অদুগী মতুংদা থাংমৈবন্দা লৈরম্ব ৺গোপীমোহন ঠাকুরদা তমই। মদুদগী মহাক্কী সঙ্গীত বিদ্যাদা মীৎ পাংব হৌখি।

মদুগী মথংদা মনিংলোমদা চহী ১২ বোম হেন্না সঙ্গীত বিদ্যা চর্চ্চা তৌকই মদুদগী মহাক্কী মশক অসি থোকখিবনি। উস্তাদ থম্বৌ সিংহ দান্স কলেজ ইম্ফালদসু মিউজীকগী প্রোফেসার ওইবিদুনা চহী মতম খরা থবক তৌখিবনী।

'পদ্মশ্রী গুরু' অমুবী সিংহনা জগোই শারগা মহাক্ন তুলনামুলক আলোচনা তৌগদবগীদমক, নষ্ট, উদিষ্ট, মেকনচিংব সঙ্গীতগী মতাং খিবিকনা বিশ্লেষন তৌদুনা তাকপা মদুদা মহাক্না মাত্রা খুদিং খাই-দোক্লুনা জগোইবু বাখ্যা তৌবা অমুক হন্না মপান তাইবংদা উররোই মনিপুরী কলাকার পুম্বনা মহাক্কী মুখ্তিবু মবুধো নৃত্য কলাগা লোইননা

সভ্যজগৎকী থম্মোইগী লকান্নুংদা হক্কুনা থমগনি। মচুনা মুমিংনা থানা মুৎত্তবিবমথৈ লৈছুনা মহাককী পবলৌকিক ওইসমু হাইনা কলাকাব পুম্বনা তাইবং পাম্বগী মপুদা নিজবি।

খু কুমঃ ১৯৫৪ গী লাংবন পুর্নিমা নোংমাইজিং মুমিংকী অমুক্তা মশাগী চহী ৬৫ মুবদা রক্তকণ্ঠ উস্তাদ থম্বো সিংহ মহাককী অবেম্বদা মাংখিদবা হকচাং থাদোক্লমচুনা মমা সঙ্গীত কলা লৈমগী মতম্বাক্তা চংছুনা দিব্যধামদা নোঙ্গাখি।

অরাবগী অমম্বদা হুন্দোক্লমলবা মনিপুবী কলাকাব পুম্বনা মাবু করি হায়না তেংথারগা মাগী লম্মন মতেক অমতং খুমগদগে খল্লুবদা লাম্বা ফংনখিদে।

# ওঝা পাওনম্ চুড়া সিংহ

মযাঙ লৈপাক্কী ফাওবা ওঝা পাওনম চুড়াসিংহ খ্রীঃ কুম ১৮৮৭ দা আসাম কাছাড় জিলাগী মকু চম্ব লক্ষ্মীপুর সহরগী লেন লৈকায়দা পোকখি। অপোকপগী মিংগী পাওনম চাউবা। সিংহ অমসুং অপোক পিগী মিংনা চপেম দেবী কৌই। অপোকপ অমসুং অপোকপী অনিগী মুক্তান কৈংগা হায়ো চৎনবা, যাম্ন নাইরবা। মরমদগী ওঝা অনিগী অশোং এইখোইগী পুন্সিদা লাইরিক লাইশুসু নিংথিনা তম্ব ফংজখিদে। চুম্ন অহক্কী ইনা পাবা ওম্বনক তমহোই। মতম অহুদদি ইংরাজী তম্বা অসি সংেত সরেন্নি হাইনগিদমক্তা লাইরিক বোমদা কয়া থরায় হাপ্লেনরদে। মতুগী মতম্তা পুঙ, ইশৈ, পালা চুংগাবরোমদা য়াম্ন থৱাই হাপ্লেনরম্মী।

ওঝা চুড়াসিংহ অসিসু চৎনবি অহুগী মতুং ইন্না ইশৈগী লিদা রোমদা নেশিনখিবম্মী ইশৈ তম্ব থরা থরা। লৌগৎলকপা মতমদা মশাগী চহী ১৪ শুবকপদা অপোকপনা সংসারগী অরাবা পোৎলুম্ন মকোক্তা থোংকংপিবয়্গা শ্রী চাউবা সিংহ লোম্বাখিরম্মী। অঙম্বা থুপওন্না মতুংদা মনাও অপিশাক অনিগা মচন হুপী অমগা চাওনবা। অমসুং মী ওইনবা য়োকপদা ওঝা অসি কয়ামকম রারকখি। অম্ন্ম থুদোং থিববা অতনম্ব ওঝা অসিগী অইন কম্ব, মতম অহুদা

মহাককী ঈশৈ ওস্ব অতুদি থক লোকখিদে । ওঝাগী থরাই যাওবা অইন কম্ব অসিগুম্ব অসি উনিবদগী লৈকাইগী ওঝা গুরু পুম্বনা নুংশিবী চানবী অমসু মমাক মহাক্ক হংব হৈবা ঈশৈ মথৈসু তম্বীখি। চক খোক্ক কুপ্পা যুম মথক অতুদা খোংনাং পাম্বীনা পাম্বোমমুক চাওনা হৈববা ফাওবদা যুম অতু হন্ন যেংদতুনা মহাককী সঙ্গীত বিদ্যা অতুতা হোংনতুনা লৈথোকপা ওস্ব মীশক অমা ওইখিবম্মী । ওঝা অসি ঈশৈদতা নক্তনা শিনফম অনৈদসু অঙকপা ফঙনা হৈবম্মী । যুমদা অসুম লৈতুনা মহৈ ওস্ব হোংনবা অসিনদি মহাককী পেল্লক্কবা অমা ওইবকপনা মচা অহন শ্রী রাধামোহন সিংহ অসি পোক্কবা মতুংদা মনিপুরদা ঈশৈ ওস্ব থোকখিবম্মী । মংম অতুগী মনিপুর সনা লৈবাক্তা ফাওববা ওঝা নোংমাইথেম চাইগোইগী মফমদা চংজতুনা ঈশৈ (সঙ্গীত) বিদ্যা তমজখি । লৈত লাইবকগী মবম্ন মনিপুরদসু মতম কুইনা মপুক্লিং পেল্লা লৈতুনা এহৈ তম্বা ঙমখিদে । অতুবু ওঝা চূড়া সিংহগী হৈনিংবা খঙনিবা থরাই যাওবা অতু উবিতুনা ওঝা চাইগোইনা পেনবিতুনা ওঝা অসিনা মযাং লৈপাক্তা লাকপা থুদিংগী ওঝা চূড়া সিংহগীদা যুমথু ফম ওইতুনা ঈশৈ তম্বীখি। ওঝা নোমাই-থেম চাইগোই অমদি মনিপুরগী অফাওবা ওঝা মথৈসু যুমথু ফম ওইখিবম্মী । অসুম্না ওঝা গুরু কথাদগী বিদ্যা মপুং ফানা তমশিনখিবা অমসুং ওঝাশিংগী কুপা লৈবদপদগী ওঝা চূড়া সিংহ লোংপা যাদনা মনিপুরী সঙ্গীত কালাগী ক্ষেত্রদা সমাজগী থৌগল ফংবা তৌজরকই । লৈবাককী থৌগল থবা থবা ফলক্লবা মতম অতুদা কল্লক মিহৌ চাওববা কাঙবু অমনা অমূক গেংবা ঙমদতুনা কয়ামুক ওৎ নেখিবম্মী । চুম্নগী লৈপাক মচা ওানা কাংলুপ ফাবা যাদবা অতুদগী হেন্দুনা ইমুং মস্থং ফাওবা রাহন্নবগী থৌবাং লৌখি । মতুগী মতুংদা শিংথানবা যাবা থবক মীনা তৌনদ্রনা লৌলিংবা ফাওবদা থুল, যাওহন্দবা, যণ, ইরোই শেনবদা যাওহন্দনা কযা অসিনি । অসিগুম্ব কযা অসি ওঝা চূড়া সিংহগী পুন্সিদা থেংনবকখি, অসি পুম্নমক অসি ওঝাম্না

কৈদৌঙৈদস্ত লৈন খুম্বগী রাখন থক তৌবমদে। অতুম্মক নোক্লুনা লেথোকখি। অতুগা ঝোব নমথনবা তোৎনবিবা থোদোক কয়া ওঝাশিংস্ত্ ওঝা অসিগী পুন্সিদা কবিমতা অপনবা পীবা ঙমখিদে। অহোইনতুম মচিন তুমখৎপা হেনগৎপা ওইরবখি। কাছাড়গী খুল লাইরেন্দা সান্নব চুড়া াদ মহারাজনা মপাইবুড়ো শ্রীযুৎ চাওবী যাইমা সিংহগী ঝীরেন বৎপদা ওঝা চুড়া সিংহ অসি মহাককী মীচং লৈতবা মবমদগী কীর্তন অসিদা ঈশৈ শকপা যংখিদে। অতুবু শ্রীযুৎ মহারাজনা থৌদোক অতু উদা মমোন্দা যাম্ন হুংঙাইতবা অমা ওইখি ১স্তুং ওঝা অসিগী মীচং চবা যাদবা। মবননা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মমাশিংজগী কাংলন কৎপা। মতমদা ওঝা চুড়াসিংহবু নদ্বীপ্তা কৌথতুনা কীর্তন অতুদা ঈশৈ থোগান যংহনবিখি। কীর্তন অতুদা শ্রীযুৎনা পেনবিতুনা সনা খুজি লাম্না চিবা মনা ম্না থৎমক্লা পিবিতুনা ওঝা অসিব ইকাই খুম্নবা উংপিখি। মথদা অখেন্ ধর্মনগরগী কীর্তনদা তখেন (ত্রিপুরা) গী নিংথৌ শ্রীযুৎ বীরবিক্রম মানিকৎ বহাতুরনা পেনবিতুনা লুপা ১০০ শুইনা মনা ওঝা অসিদা পীবিবকই অতুগা মথগী ন্থমিৎনা অমুক্কা হন্না শক্লনবা যাথং তৌবিববদা কাছাড়গী ভাগ্রি খুনদা 'অস্তি সঞ্চয়ন' অমগী বার্তোন লৌশিনজবক্তে হাযতুনা হঙ্গৎচন্দা নিংথৌনা হবাও হবাওনা থাদোকপিবকখি অতুগা ওঝা অসিগী পুকচে। ভাতু উাদা কযামকম থাগৎপিখি। তখেন লৈপাক্কী মীপুম খুদিংনা ওঝা অসিগী পুকচেলতু উবদা থাগৎতনা ঙম্নখিদে।

ওঝা অসিগী মচা মনাই কাছাড়, আসাম, তখেন লৈপাক বাংলাদেশ ফাওবা শিনথুংন লৈখি। থোইদোক্লা মযাঙ লৈপাক্তা ফাওগৎলম্বা ভগাসস্তী সিং, কৌজিক্ক মতমদা মনিপুরগী রাজমদা আসাম, তখেন লৈপাক বাংলাদেশ ফাওবদা মনিপুরী নট সংকীর্তনগী ঈশৈ শকপদা মমিং চৎলিবা মচা ইবুঙোহল শ্রী বাবামোহন সিংহগী মীং সমাজনা শিংথানবি।

ওঝা অসিগী পুন্সিদা মরম্নাইগী ওইবা ঈশৈ কযাম্নকস্ত্ লেথোক্লম্মী। হৌজাক ফাওবা ওবা অসিগী ঈশৈশিং হাযতুনা মফম মফম খুদিংদা শক্লা শোন্নবি। অস্তুম্না চহী মতম শা না লৈপাককী সেবা তৌবিবম্নগা মশাগী চহী ৬৭ শুবদা খৃ. কুম ১৯৫৪ দা এপ্রিলগী তাং ২৮ দা ওঝা অসি সংসাবদগী অবোইবা বিদায় লৌখি।

# ওঝা কোঙেংবম অতোয়াইমা সিংহ 'সঙ্গীত চার্য্য'

ওঝা অতোয়াইমা সিংহ, মামহি লৈকায় হৌজিক্ (১বা মনিপুর রাইফল, ক্বাটর গার্দ) ইম্ফালদা কোঙেংবম শাগৈদা খৃঃ কুমঃ ১৮৮৩ সেপটেম্বর তাং ৬. ইরাই নুমিৎতা পোক্কই। অপোকপগী মীংনা কোঙেংবম বমন সিংহ (কোঙেংবম্ব মেঙ্গব) অপোকপাগী মীনা মাইস্নাম নিঙোল থম্বাল মবিক কৌই। পোক্ককপদগী হৌনা ফম্নাইবগী কোন্দা মনিং মখা তম্না চাওরকই অমস্তুং অপোকপা পন্থৌনস্তু বিদ্যাবন্ত হৌত্তুনা লাইহিক লাইশু তম্বা হৌই। সংস্কৃত শিক্ষানা মক ওইনা মধ্যম্ শ্রেণী ফাওবা তমখি অমস্তু ব্যাকরণ, পানিনী, স্বরস্তী, কৌস্তুভ, অলংকার নচিবস্তু মমুৎ তানা হৈবা লোযরগা মথোং কারকপা মতমদা কন্থৌজম অঙাং মচা সিংহ, ওঝাদা সঙ্গীত বিদ্যা তম্লকই মখন মথেলগী শকক নাইনা তমখিবনি। ওঝানা লৈখিদ্রবা মতু দস্তু অতোপ্পা লৈবাক্কী ওঝা শিং নাম্বম ৺লৈশং মনাও, ৺খোংলেন সিংহ, নোংমাইথেম ওঝা ৺চাইগোই সিংহ অমস্তু লোইতাম ওঝানচিংবদা তম্মী। নটকী শৈশক্রা তম্বতা নংতনা মনোহরশাই অমস্তুং পদাবলীনচীংবা শৈশকস্তু মমুৎ তানা তমখি। মীযাই চনশিনলকপা মতমদা লৈপাক্কী শৈশকপা, শকখংবা অমা ওইখি। মনিপুরগী হরি মন্দির অযাম্বদা হৌমিল্লকপা ওঝাশিংগা লোযননা হরি সংকীর্তন মরাং কাযনা থোগল তৌজবা ফজখি। মতম অহুগী নট

পান্নাগী শৈশক অসি মনিপুরগী রাংম কাছাড়, ত্রিপুরা লৈপাকনচিংবদস্যু হরি সংকীর্তনগী প্রচারোক অমগী শরক য়াথিবন্মী।

মফম অতুগী শিষ্য সেবক (নুপা ১সুং নুপী) য়াম্না শন্দোকলমই। মনিপুরগী নটকী শৈশকী ফজবা রস, শব্দ, অলংকারনচীংবা থিবিকপু উৎথোক্তুনা মীপুম খুদিং পেনহল্লী। সঙ্গীতকী মরমদা গবেষনা ওইবা থৌদাং কযাবু মরী লৈনবা শিষ্য সেবক্তা তাকপী তম্বীরম্মী।

মনিপুরগী গৌড়িয়া বৈষ্ণব সম্প্রদায় মবক্তা চৎনরিবা রস, ভাব অলংকারনচিব মখল মথেল নাইনা পুথোক্কুনা মী চৎকী উরোং খিল্লমই। মনিপুরেশ্বর স্যার চুড়াচান্দ মহারাজ স্না হাক্কতা স্না পালা অখন্ন য়াওদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী থোংগনস্যু ফংজখি। মতম অতুগী নিজাগী মচাশিংনা নোক্কবা অমদি হন্থনা যেংবা মীৎযেং উবদগী 'ইমালোন' না ঈশৈ শককদবনি হায়না ভাব পাতুনা নটকী শৈশকতা হৌদোকপা ওইনা পাসক, উপরস হৌদোকতুনা উবিপোককী শ্রী লাইমযুম পরিক্ষিৎ শন্মাগী মান্দোপ্পা শকখি। লৈপাককী অফাওবা পুং ঈশৈগী ওঝাশিং পালা লোইশং অমস্যু বৃন্দ সভানা মাংলে করিনো মওং অমা পোবে ইমালোননা শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দগী প্রেম রসপু শকপদি মাওই অমস্যু, যাদে হাযবা শিংনব কযা অসিনা রাথোককী ইহৌ অমা ওইখি।

তৌইগুম্বস্যু নোল্লকপা রাতৈ কযা শাস্ত্রিয ওইবা লেংফদ্রবা যুক্তি প্রমান কযা পিতুনা নৈনরগা লৈপাককী পুং ঈশৈ ওঝাশিংবু অমস্যু ইনি থৌস্যু য়াওদুনা মৈতৈলোনদা ঈশৈ শকপা অসে নুপা অমস্যুং নুপীনা চৎনবা হৌখি। নট সংকীর্তন কলাগী পুক্কৈদা হাংনা লৈরম্লবা ইমালোনগী ঈশৈবু সংস্কৃত, বাঙ্গলা অমস্যুং শৌর শ্রেনী ভাষাশিংগা মান্নবা নটকী শৈশক ওইবা মওং থোকহন্ব অহান্ব খুৎমাবনি। পোকপদগী লোইনরকপ কবিহ শক্তিগী গুনস্যু লৈজবা মীওই অমনি। বাঙ্গলা অমদি মৈতৈলোনগী ঈশৈ খুদিংদা রসকী পঞ্চপ্রান রাক্তে, ময়েককী বিভক্তী কায়দনা লয়, তাল, মাত্রানচিংবস্যু শোইদনবা কন্ন হোৎনজ্জরম্মী।

সংকীর্ত্তনগী শৈশকতা মাইকৈ অহুমগুনা ব্যাকরন, অলংকার অমদি অধ্যাত্মা ধারা অহুম অসিনা গঙ্গা যমূনা সরস্বতীনা চেস্থরকতুনা ত্রিবেনী দা তিন্নগুম মৈতৈলোনগী নট কীর্ত্তনসু গৌড়িয়া বৈষ্ণব সমম্প্রদায়দা ফজরবা ইহৌ ইপোম অমা পুরকখি। হিংলিঙৈগী মতমদসু ইমালোনগী লেংলম্ব ঈশৈশিং মখাদা উৎলি —

১) রস ৬৪ না মপুং ওইবা শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দগী প্রেম লীলা।

২) রাসলীলা ( মখন, অহুম ) ঈশৈ।

(৩) নিত্যলীলা মখল ৮ (অহিং অমসুং নুংথিলগী শৈশক)

(৪) বাসক উপরস নায়িকা ৯ গী লক্ষন (নিপা, নুপী)

(৫) ঝুলন যাত্রা নৈমিত্যক্ লীলা (নুমীৎ মঙানীগী পালা ১০না শরুবা)

(৬) থুবাক ঈশৈ (শ্রী জগবন্ধু মেলা নুপী অমসুং নুপা)

(৭) নিমাই সন্ন্যাস।

(৮) প্রভাস খণ্ড।

(৯) শয়ন (শ্রী গোবিন্দগী মেরা থাগী থৌগল ঈশৈ)

(১০) লীলা রস মচা মচা

(১১) লালসা অমসুং মন শিক্ষা

(১২) দশ অবতার গীত গোবিন্দ মতমুদ্রা, অভিনয় কোন্নবা অসিনা চিংবা ময়াম।

বাঙ্গালা লোনগী ঈশৈ খরদসু ছন্দ পাল্লম্মী লৈপাক্কী নট শৈশকপা, শৈশকপীনা শিজিন্নরি। মখাদা ঈশৈগী মমিং খরা উৎলি।

(১) অদর - এস রাধে প্রান্ পিয়্যারি এস .....।

(২) শৈয্য মেল - মেজ বিশা ও নিরে ধনী বীনোদিনি ....।

(৩) ছায়া নিন্দা - ছায়া হেরিভুলে নিজ প্রান নাথ মনি ....।

(৪) যুগলরূপ হেম মড়কত......।

(৫) কিমু চন্দ্রনির নাগ ভীলা ... ।

(৬) গায়াস্তিত্রা - না হৌবা ঈশৈবু রাজমেল ওইনা ছন্দগুর পান্দুনা শরুখি।

লৈখিদ্রবা ওঝানা তি ৫ ৬ৈ৬ৌদা চা৫বাক্তা মথল মথেল ওইনা ঈশৈ ৪০০০ (নিশি, মরি) বোম থম্নীবম্মী। থোয়দোক্তা অরাপদি ছাপা নমদবা চুম্নগী থুংই কোবেক্তা ওইনা থম্নীবম্মী। মবি লৈনা ওঝাগী সেলকশিং (নিপা, নুপী) গী থুংতা তাদুনা লৈখি। মচা ওইহৌবিবা এখোয়না সঙ্গীত কলা বিদ্যাব হৈহৌদদুনা মতিক চাদবা ওইবনা খুভম যাবা ৬মহৌদবা অসি লাইলক যাম্না থিবনি।

মনিপুরী নটপালা' 'বক্ষিংনী সভা' গী জেনবেল সেক্রেটারীমু ওইবিখি 'ললিত কলা' গী সম্পাদকমু ওইখি। নিখিল মনিপুরী হিন্দু মহাসভা ভাগ্যবতিগী সদস্য অমমু ওইখি। পুন্সিগী অবোইব শক্তা মনিপুব দাস কলেজগী প্রোফেসারমু ওইখি, লোইননা নট-পালাগী ঈশৈ অবি অনৌগী যাওল খুদি দা খুংনা ইবা মওংদা ৬াক্তা শেমদুনা লমডিংনিবগী অতুব লাইবক থিবদি মশাগী চহী ৭৭ শুবকপদা হবচা ৬মলতুন্দগী নমদা থাগী কৃষ্ণ অষ্টমী চনি পাম্ব থাংজ মুমিং মাচ তা, ২০, খু, বুম ১:৬০ গী নুংখিল পু ২ মথায় লাবদা বৈবাগ্য ধম্ম কৌদুনা গুরুগী কৃপাদগা বেষ ওল্লগা নিঙ্কনাম শ্রীচৈতন্য কৃষ্ণদাশ হায়না মিংথোন ওন্দুনা তাইবংপানসি থাদোকখি।

সহথম্মীনি ওইবগী লৈন্নীক দেবী লুখ্রাবীশদা চল্লি লোয়ননা মচান্নুপী গুনবতি, মচান্নুপা বাবুধন সিংহ অমমু, তোম্নিবৈ থম্নম্মী। ওঝা অসিনা মৈতৈলোনগী শৈশক হৌদোক্তুনা লৈবাক মীযামদা চংনরকপা বাঙ্গলা কোনগুম্ন ফজবগী থাক লৈবম্ম অসিগীদমক মনিপুব নিখিল হিন্দু মহাসভানা 'মেদল' অমমু পিবিখি। মতুংদা ওঝা অসিনা লৈখিদবা অসিদা লৈবাকর্কী পাওজেল চে খুদি দা অরাবা ফোংদোকপগী পাওজেল পীক্লিরকখি। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শিন লাংদুনা অরাবা ফোংদোকপগী থৌরম পাংথোকপিখি। থিন্দনা তাং ২১/৩/১৯৬০ ইংদা সঙ্গীগচার্য্য হায়বা উপাধি পিদুনা সম্মান তৌবিখি অদুগা কাছাড় লমদগীমু সংস্কৃত পণ্ডিত. পু. ইশৈ ওঝাশিংনা অভিনন্দন পত্র পিবিবকখি।

# ওঝা নোংথোম্বম ৺তোনজো সিংহ

ময়াঙ লৈপাককী মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন জগৎতা শিদ মীংচং থনম্ব ওঝা নোংথোম্বম ৺তোনজো সিংহ খৃঃ কুম: ১৮৯৮ দা কাছাড় জিলাগী রানীপুরদা পোকখি। ওঝা অসি মশাগী চহী ১৫ সুরকপদগী সঙ্গীত কালাগী সংসারদা খোংদাবা হৌখি। অহান্ব তমখিবা আদী গুরুদি পালেরবন্দগী ওঝা অমু শর্ম্মানি। মথংদা মনিপুরদা চংতুনা য়ুম্নাম ওঝা নাতুম অমসুং শিংজমৈগী স্নাখ্যা য়ুমশঙবী স্নাদা সঙ্গীত কালাগী মৎং স্নুনা তমখিরম্মী। ওঝা অসি মনিপুর, আসাম, ত্রিপুরা, বাংলাদেশ য়ৌনা সঙ্গীত জগৎতা ফাওখিবা ওঝা অমনি। স্যার চুড়াচাঁন্দ মহারাজনা লালাং কীর্ত্তন কৎৰৈদা ওঝা অসিবু কীর্ত্তনগী থৌগন ফংহনখি। ইনিংথৌনা পেনবিহুনা খামেনচৎপা, ফৈজোম, সনাথুজী তালনচিংব নিংথৌগী মনা মথুমসু পিবিখী। ওঝা তোনজো সিংহ মনিপুরগী মপানদা ফাওখিবা ওঝাশিংগী মরক্তা মশক নাইবা ওঝা অমনি। ওঝা অসিগী কোলোই মীংলেন ঙসি ফাওরদা সঙ্গীত প্রেমীশিংনা সোন্নবা তোকত্রি।

# ওঝা ঙাঙোম্ যোগেন্দ্র সিংহ

মনিপুরি সনা লৈপাক অমসুং আগাম লৈপাক ফাওবদা মনোহরশাই শকপদা মমি চংখিবা ওঝা ঙাঙোম যোগেন্দ্র সিংহ খৃঃ কুমঃ ১৮৮৭ ইংগী মার্চ্চকী তাং ১৭ তা নাগা মপান্ ইম্ফাল শহরদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা অমু সিংহ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা লমাবম নিংথোল ইবেমহন দেবী কৌই।

ইমুং মন্থ অনিরানা ননা হৌবকপনা মহাক অসি অরাবা কযাম্থু লান্থে নরকখি পিরিদৈদগী হৌনা ঈশৈ নো নাই অমসুং লিলানচীংব অসি যাম্ম পামজবরক্ষী, অসিগুম্ব উৎসাহ কযামুক অসিগা লোইননা মহাক অঙাং ওইনা কথা কীংনে খবা খব। শকপদা যাওবকই। পুন্সিগী চহী ২০ মুক স্থবকপা অহুরাইদা নো চুপ লমদমগী মনিপুরদা গ্নাস গোস্বামী কৌবা বাঙ্গালী ঈশৈ শকপা গুপা অমা থোরক্লক্ষী। গোস্বামী অতুনা ঈশৈ শকপা উকবদগী ঈশৈ পাম্বগী রাখল অতু তশেংনা চো থোবতুনা ওঝা নাইনা ঈশৈ তমদুনা শকপা হৌখি।

পম্ব য়াবা থোদোক অমনা মনিপুরদা পাসখেলা অসি মহাক্না ইহান হাম্ম হৌদোকখি। জগনাথ বিবাহ' শিব পার্ব্বতী অসিনা ইহান হাম্ম পাশখেলানি। লিলা অসি কম্ম শাম্নবা হৌরকপদা কোম্নুংদা কা' চীংবদা কাংনা অঙাং অম্না তক্তুনা শিরক্ষী। ওঝা যোগেন্দ্র সিংহনা জগনাথ লিলা অসি হৌদোকপদগী ঈশ্বরনা শাওহুনা থোক্লীবা

খুদোংথিবনী হায়রুন। মতম অদুগী ইনিংথৌ স্যার চুড়াচান্দ মহারাজনা কোম্মুংদা কৌখৎলম্মী অদুবু লিলা অসি পুথোকপগী অইব লাইব্রীক কয়ানচিংব পুথোক্লদুনা য়েংনরবা মতুংদা ইনিংথৌনা যাদুনা কোম্মুংগী লিলা ওইনা লৌশিনখি।

অসিগুম্ব অফা অপুনসি ওঝা অসিগী পুন্সিদা কয়ামুক থোকখি। মনিপুরদা হৌজিক চৎনরীবা গৌরলিলা, গোষ্ঠলিলা, কংসবধ, রাসলীলা অমস্তুং সমক্রু পটন অসিনচিংব কয়া অসি ওঝাশিংনা চৎনরম্বদগী অমুক হন্না শেমদোক শাদোকপা। ১স্তুং কয়া অমা হাপচিন্দুনা হৌদোকখিবনি। ওঝা অসি কাছাড়, লক্ষীপুর অমস্তু আসামগী মৈতৈ তাবা মফম পুন্নমক্তা মশাগী পার্টিগা লোয়ননা লাকুনা নাম শোনখি, সমাজনা য়ান্না থাগৎনখি। মনিপুরী সঙ্গীত কলাগী জগৎতা মনোহরশাইগী শৈশকতা ওঝা অসিগুম্বদি অতাংবনি।

# ওঝা থিংবাইজম কালা সিংহ

ওঝা থিংবাইজম কালা সিংহ খৃঃ কুমঃ ১৯০১ দা কাছাড় জিলাগী মঙ্গুং রাণীপুর হাযবা খুন অতুদা পোকই। মশাগী চহী ১২ সুবকপদা পালোববন্দগী ওঝা তমু শর্মাদা বরিত্তুনা মৈতৈ ঈশৈ তম্ব হৌই অমসুং চহী ২৫ সুবকপদা মনিপুরদা থোক্তুনা শগোলবন্দ তেরা কৈথেল যেংখোম নৈবকনা নৈবা ওঝা তোম্বোই সিংহদা চহী ৫ রোম নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তমখি। কাছাড়দা থোবক্রগা লৈপাক কোইনা ঈশৈ শকপা হৌবকখি। মতুংদা বাসকান্দি তোরাং লৈকাইদা লৈব কতো পণ্ডিতা চহী, মখম চংনা অষ্টকাল কমখিরম্মী অমসুং ব্যাকবননা সৌগাইজম ব্রজমোহন পণ্ডিতনা চহী ৩ রোম তমই। ওঝা অসি ঈশৈগী ভাব অর্থ যাম্ন খংহৈরবা মীশক অমনি। নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা মপা মপু কৈবাকথাবা ১। ওঝা চন্দ্রকুমার সিংহ ২। ওঝা চনিংথৌ সিংহ ৩। ওঝা কালা সিংহ অমসুং ওঝা খেলেন্দ্র সিংহ অসিনী অসিগী মঙ্গুংদা অহুম সুবা ওঝা কালা সিংহনা লৈপাক্কী ওঝা ওইখি। লৈবিবা ওঝা খেলেন্দ্র সিংহ মশাগী চহী ৬৩ সুখরে।

# লাইশ্রম ওঝা তোলপিশক্ সিংহ

লৈপাক্লা ওঝা অমা ওইনা খংনববা লাইশ্রম তোলপিশক্ সিংহ খৃ. ১৮৫৮ গী রাকচিং থাগী মবিনী পাম্বা থা জন্মুমিংনা ফুবালা লাইশ্রম লেকাইদা পোকখি। অপোক্পা গুরুগী মীনা লাইশ্রম তাম্রসিংহ কৌই, গুরু অসিস্থ সুরচন্দ্র মহারাজনা পাল্লিরেদা লোযশগী পূজারী ওইত্তুনা নিংথৌগী মথো মঙম পুবক্খি। অত্তুদগী মতমগী মতু ইন্না যুমগী ফীভম্না থবা মৎং চাবক্তবা রাবরবা মতমদা ফুবালা কৌবা খুনদা লৌতাংদুনা মতম খবা লেনখি। মতাং অসিদা তোলপিশক্ হাযবা ওঝা অসিস্থ অঙাং ওইনা অহনগী তুং ইন্দুনা লৈখি। মতম অত্তুদা মশাগী চহী ১৩ বোম শুবে ১স্থং লাউনী খোনীবা মতম ওইদুনা অকাবা ঈশৈ শক্তনা লৈবা মতমদা অংাবা মীশিংনা নুংশিশিন্তুনা লম অত্তুগী মণশেম্বা লীলা শানবা অমদা নাবদ শাহনখি। অত্তুগী তুংদা মতম খবা লৈবগা অপোকপা গুরুদেবস্থ স্বর্গী ওইখ্রে। অসিগী মতুং তাবক্পদা মতম খবা লৈবগা মযাম্বা। হিবেনসিংহনা শাং পোবা- কৈথেন্দা লৈবা ওঝা যুম্নাম নাতুম সিংহ শেলুংবদা পুবক্তুনা ওঝাগী মচা মনাই ওইবিযু হাযনা কংলখি। ওঝা অসিগী সেনা তৌজত্তুনা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তম্‌শিনখী অমসুং গোবলীলাদা মধু শাবা নাপেং শাবনাচিংব কযাস্থ যাওজবকখি। মশাগী চহী ২২ শুবকপদগী লৈপাক্লী মী অমা ওইনা সংকীর্ত্তনদা ঈশৈগী থোগন ফজনা হৌবক্খি। অস্থুম্না

মশাগী চহী ৪০ দগী খরা হেনলকপা মতমদা স্যার চুড়াচাঁন্দ মহারাজগী মচা হাক্তত্তা অথবা মচা পালা থৌগন য়াওজখি অমসুং মচা ইবুংঙো বোধচন্দ্র মহারাজ মচা হাক্তত্তসু অতুমক্ মচা পালা থৌগন য়াওজখি। মতম অসিদা অখেন নিংথৌগী কীর্ত্তনদা মহারাজগী কৃপাদগী শৈশক্ পালা নাম্ ফংজনুনা থৌগন য়াওজখি। মতম অসিগী মমাংদা ওঝা অসিগী মীংবু "শ্যামের বামে" হায়রগা খংনখী ১সুং খরগী তুংদা "এ না" হায়রগা খংনখী। মশাগী চহী মতাং অশোরাইদা বাশক্কী (এ না বন্ধু শ্যাম চাঁন্দ) (হাইরে বিধি) অভিসার (ভানুর নন্দিনী) (রাজ নন্দিনী) (বৃন্দাবন সভা হেরী) গৌরাঙ্গগী (রূপ মনোহর) (গৌর-নয়ন কমলে) অহিং নিতিগী (নিশান্ত শায়নে) (গুরুজন শৈশক্কী) মেনকুপ অসিনচিংবা ঈশৈ কয়া অসি শেমজনুনা ওঝা অসিনা নট সংকীর্ত্তন ১সুং শ্রীগোবিন্দজীগী চরনদা কৎচরম্মী। লৌকিক মনিপুরদা য়ৈনরিবা 'একতাল মচা" হায়বা তাল অসিসু খরা শেম্ শাবদা ওঝা অসিসু য়াওখি। মথক্তা হায়রিবা ঈশৈশিং অসি লৌকিক হৌজিকমক্ মনিপুরদা শক্করিবা ঈশৈ ওাক্কনি। মশাগী চহী ৫০ দগী খরা হেন্না মতমদা নিংথৌগী মনা মথুম ফংজখি ১সু চহী ৩ ওয়রকপা ইংশোক ১৯৭১ দা শ্রী গোবিন্দগী লাই-ফম পালা পালাহনগী ঈশৈ হনবা ওইখি। মতম অসিদা "জয়পত্র" মনা ফংজখি। হায়খ্রিবা চহী অসিগী মতুংদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" গী ৩৫ সুবা চহিগী অধিবেষন শোক ১৯৭১-৭২ গী এপ্রিল থাদা শ্রী অবিনম বৃজবিহারি শর্ম্মানা সভাপতি ওইদুনা ফমখি, উপলক্ষ অসিদা ওঝা অসিবু "সঙ্গীত রত্ন" উপাধি পিনখিখি।

অসিদগী মতমগী নোংলৈনা লৈশিনখিদুনা ওঝা অসি মশাগী চহী ৭৭ সুবা শোক ১৯৭৫ ইংগী ইডেন্ থাগী ১০ নি পাম্বা থাংজা মুমীংকী মুংথিন্ পুং ২।। তারা মতমদা সংসারগী অয়া মুংভাই পুম্বা থাদোক্রমদুনা ঈশ্বরগী খুয়াদা আত্মা শান্তি ওইনা চংজখি।

# ওঝা শগোল্‌শেম্‌ কালিদমন্‌ সিংহ
## 'সঙ্গীতা চার্য্য'

ওঝা কালিদমন সিংহ থাংমৈবন্দ পোলেম্‌ লৈকাই ইম্ফালদা শকাব্দ ১৮২০ নভেম্বরগী তাং ৩০ দা পোকই। মশাগী চহি ৭ শুরক্‌পদা চিংমৈরোংগী লৈইংখোন্দা কালিদমন লীলা শান্নখি মতুদা মহাক্না কৃষ্ণ শাখিরম্মী, মতুদগী মহাক্কী মমিং অসি কালিদমন হায়না লৈপাক্না খংনখি। মথংদা গৌরলীলাদা নিত্যাইনন্দ শাবা, হরিদাশ শাবনচিংবা য়াওরক্‌ই। জগোই রাসদসু কৃষ্ণ শাতুনা য়াওরক্‌ই অমুম্না লাকপনা মশাগী চহি ১৬ শুরকপদগী পালা য়াওবা হৌবে। মশাগী চহি ১৮ শুরক্‌পদদি আদি গুরু স্নাথ্যা সুর্য্যবর সিংহদা লাইবিকক্না ঈশৈগা লোইননা অতুম্‌ তম্বা হৌই। অসিগী মতুংদগীদি ওঝা কালিদমন্‌ মমা মৈতৈলোন্‌ অসিদা নট সংকীর্ত্তনদা ঈশৈ শক্‌পা হৌখি। মনিপুরগী মুপি, নিপা, পকন্না মচা কয়াদা তম্বীখ্রুনা মৈতৈলোনদা ঈশৈ শক্‌পা অসি মহাক্না শন্দোক্লকখিরম্মী। অতুগা বেঙ্গলী, সংস্কৃতকী ঈশৈ অসিসু মহাক্না ওঝা গুরু কয়ামুক্তগী তমখী, তমখিবা ওঝাশিংগী মনুংদা ওঝা চিংশুবম্‌ ইবেমহান সিংহ, ওঝা নোংমাইথেম্‌ চাইগোই, ওঝা য়ুম্নাম্‌ চাওবা সিংহ, (নাতুম্‌ সিংহ) ওঝা কোনজেংবম্‌ অতোয়াইমা সিংহ, ওঝা থিংবাইজম্‌ তোম্বোই সিংহ অসিনচিংবনী. ওইরু ঢুংখাম্‌ থম্বাল অভৌবি সিংহদগী চোলোমসু তমখি।

অসুম্না চৎতুনা ইম্ফালবস্তু লেংদনা ওঝাদি স্বাথ্যা সুর্য্যাবর সিংহনি। সন ১৯৬১ ইংদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না শিন্দাংতুনা লৈখি-দ্রবা শ্রী থাংজম চন্দ্রমঙ্গোল সিংহ মেম্বরগী মাওপ্তা মৈতৈলোনগী নাসক সকখি। অসিগী মতুংদা সন ১৯৬২ ইংদা জুমিং ১৪ নি চুপ্পা পাঙ্গা মরি মৈতৈলোনদা ইশৈ ফাংনখি মতুংদসু শরুক য়াখি ঈশৈ হনবা অমা ওইনা অহানবগী শৈশক অমসুং অনিশুবগী শৈশককী ওইনা ওঝা কাশিদমনব "প্রমান পত্র" নচিংবা পিনখিখি। মথংদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না মৈতৈলোনগী ঈশৈ শকপদা ওঝা অথোইবা অমনি হায়না খংবিদুনা ওঝা কাশিদমনব "সঙ্গীত রত্ন" উপাধি পিখি। সন ১৯৫৩ ইংদা ইম্ফাল রেডিও ষ্টেসনদা ইমালোননা ঈশৈ শকখি, মৈতৈনা ইমালোনদা রেডিওদা ইশৈ শকপসি ওঝা অসিনা অহানবনি। হৌজিক ফাওবা হকতুনা রেডিওদা ঈশৈ শক্রী। সন ১৯৭৩ ইংদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না থাগৎ রাহৈ কয়ানা ইনা 'প্রমান পত্র' পিনখিখি অমসুং মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী 'এরার্ড' সু ফংখিবন্নী।

সন ১৯৬৬ ইংদা "অখিল মনিপুরী কলাকার" সম্মেলননা ওঝা অসিব ইমালোননা ঈশৈ শকপদা অথোইবা ওঝা অমনি হায়না খংবিদুনা "সঙ্গীত চাদ" উপাধিনা লৈতেংশিনদুনা ওঝা অসিবু ইকায় খুমন উৎপিখি।

মতুংদা সন ১৯৭৫ ইংগী আগষ্টগী তাং ১৭ তা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী পালা নহাগী ইশৈ হন্বা ওইজদুনা, খামেন চৎপা, খুজি ওন, 'জয়পত্র' না চিংবা নিংথৌগী মন, মথুংসু যংজখি। ওঝা অসি হৌজিক জবাহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফালগী ভিজিটিং গুরু অমা ওইনা থবক পৌরিরি।

## ওঝা থাংজম্ স্বরূপ চাঁদ সিংহ
## "সঙ্গীত রত্ন"

মনিপুরী সাহিত্য পরিষৎ ইম্ফালনা ইস্কায় খুম্নবা উত্তুনা "সঙ্গীত রত্ন" উপাধীনা লৈতেংবিরবা ওঝা স্বরূপচাঁদ সরদারবু নিংশিংলক্পদা "বড়জলা" খুনজাওগী রাস্তু লোয়নরকই। "বড়জলা" মৈতৈ খুনজাও লৈশেম্খিবা ধনসিংহ, দেবসিংহ, চন্দ্রসিংহ, মখোয়শিংগী মথং মথংগী ধারা নালাদা ওঝা নত্তনা অতৈ লৈত্রে হায়বা য়ায়। চহি ৮৮ রোম্ সুথ্রবা ওঝাগী মবুধৌ রামধন্ ১সুং শাগৈগী খরগা লোয়ননা আগরতলা নিংথৌ কোন্থুং মনাক মৈতৈ খুনজাও কাওয়াবনগী নোংপোক্ চিংলক্তা মনিপুরদগী লাক্তুনা লৈরখি। হৌজিক্কী আগরতলা অম্বাং নোংচুপ রাধানগরগী চিংলক্তা মতম অদুদা চাওরবা ঈশিং তুংফম্ (জলা)গী নোংচুপ্ থংবা কাওয়াবনদগী নিংথৌনা পুরকত্তুনা লৈহনখিবা মৈতৈশিংগী খুনজাও (জলা)গী মমিংদগী 'বড়জলা' মিংথোল্ ওয়রিবনী হায়। খর লৈরগদি বড়জলা মনাক্তা রাজধানীস্তু লাক্খি। নোংচুপতা আখাউরা, সিঙ্গারবিল, অরাংদা মমতলা হরিনাখোলা কাওবা মৈতৈ খুনজাও ৫০।৬০ রোম ওয়রক্খি। ১৮১৪-শকাব্দদা পোক্পা স্বরূপ চাঁদ রাখন তারবা মতমদা বাতক্কী লৈনানা অকম্বা থনক্ শুবা ওমদবা অমসুং য়াম্না থাপ্না চথোক্ চশিন্ তৌবা ওমদবা মথুড়া হেমচন্দ্রনা লৈকায়গী অহন, নহা, অঙাংশিংবু মৈতৈ লাইরিক তম্বীবা মতমদা

অঙাং ওইন, মখোয় ময়ামগী মরক্তা য়াওবা হৌখি। মতুংগী খোংথাংদা ওঝা গিনোদ, ওঝা হেমনচিংবা লৈকায় লৈকায়দা সংস্কৃতি ওঝা মযাম্ লৈরিবা মতমনি ওঝাশিং অসিদা ইশৈ তম্বা হৌখি। চহি ১২।১৩ মতমদগীদি আগরতলা ধলেশ্বরগী মোইরাংথেম ওঝা বাবুনীগী শঙ্গাযদা জগোই তম্বা হৌরে। মৈতৈগী সংকীর্তনগী মৈগৌরোলগী অরিবা পালা বঙ্গদেশ পালা পার্রী পুরী মতমদগী তৌরক্লবনী হায়না যোক্লা থম্মিবা লাইরিক্ য়েংবম কনাগুম্বনা কীর্তনীয়া, কীত্তাস্থ হায়নরিবা শাগে ময়ামসি বড়জলা-দগী হৌরক্লুনা নোংচুপতা সিঙ্গারবিল নূতননগর, অরাংদা ছনমুড়ী, সেনীমুড়া, বাঙ্গুলিয়া, গুচামুড়া, সোনাতোলা, পদবায়, তাগুরীমুড়া, হরিনখোলা, মনতলা ফটিকছড়া, বৃটিশ ১মুং স্বাধীনগী লমদা থংনা থননা লৈরিবনি। রাঙ্গুটিয়াগী গুনদত্ত (ঈশৈ) গুরুগী গৃহদা বঙ্গদেশ পালা ঈশৈ ১মুং তুহাড় চলোম্নচিংবগী গুরু বরন তৌদুন মনিপুরী সংস্কৃতিগী মরম পুন্নমক্কী জনার্দ্দন তৌবা হোংনখি। থোইদোক্লা জ্ঞান লৈবরা থাংজম্ স্বরূপচান্দবু খুন্ লৈকায়গী লুচিংবা 'সর্দ্দার' ফম্ থিনদোক্পিখি মহারাজ বীরবিক্রমনা। চহিগী তোক্পা য়াদ্রবা "রাধা-মাধব" কী মহাবাসোয়াসবকী কীর্তন্ ১মুং মহারাজকী থৌরম্ শিন্নবিখি ওঝা স্বরূপচান্দ সর্দ্দারদা মহারাজ বীরবিক্রমগী মতমদগী। হৌজিক্কী প্রগতিশীল প্রগতিবাদী মীওইশিংনা যানিংদ্রবস্থু থাজবরস্থু থাজদ্রবস্থু মৈতৈ অহনশিংগী মহৈ, মাইবা মাইবীগী মহৈ, মীওইবগী অফ য়াইফগী মরমদা মিংনা উবা, নাকোংনা তাবা ফংবন। মখোয়বু সমাজনা শ্রদ্ধাগী মশক ওইরম্মী। যেরুবনবু মতিক্ চাবা দগুি পিবা মন্ত্রগী সাধনানা অনাবা য়েংবনচিংবসি মৈতৈ মায়বশিংগী মহৈননি। অসিগুম্বা মগুন চেম্বা মাইবশিংগী মঙ্গুংদা বড়জলাগী লাবন্য মায়বগী মিং তাদবা মৈতৈ মনুংদা য়াওদে মতমদুদা। লাবন্য মায়বগী মগুন কাছাড়, মনিপুর ফাওনা থংনৈ হায়। সংস্কৃতি মাধক্ ওঝা থাজম্ স্বরূপচান্দদা কন্যাদান্ তৌবগা লোয়ননা লাবন্য মাযবগী মহৈস্থু ফংবন। "স্বরূপচান্দ মায়বা" হায়না হৌজিকস্থু লৈপাক্লা থংনরি।

# ওঝা শ্রী নাওরেম দামু সিংহঃ "সঙ্গীতরত্ন"

ইং ১৯০২ দা লেবাকৈথেল্, শাপম লৈবক্তা পোকই। অপোক-পগী মিং তোনা অমসু অপোকপা গীন চাউবী দেবী কৌই। অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা গৌরলীলাগী মদু অমসুং গোষ্ঠলীলাগী খোলা শাদুনা ইশৈ নোংমাইগী পুন্সিদা খোঙদাবা হৌখি। অঙাং ওইবিবৈদা ওঝা মিখু, হামোম ওঝা তোম্বা সিংহদগী ঈশৈ তমই। মথদা ওঝা গুখেল্লম্বম থম্বা ভৌবা সিংহন গুরুদেব ওইতুনা ওঝাগী মফমদগী ইশৈ তমই ওঝা থম্বা ঙৌনা মচা ওইনা খোক্লুন চংবা মখুমদা থমতুনা ঈশৈ শক্খি। মম ওইবদা চংনবস্ব অমনা ওইনা, ময়াং ইবুঙো ভুম্বা সিংহগী খোংথাংনি গাতুনা মাবৈবাক্ জগোই শাবা ওইনা লোইশঙ কায়ম্মী। জগোইবা কগোম্বা ওইনখু পোংদা ইশেত্তুনা জগোইবাসু কবাবক থাওখি। মসিদা মখোনা ওঝাবু 'গোপালাব' হায়না লৌরে। মতম অমা ওঝানা ঈশৈ হল্লগা স্বর্গীয় কোনথোনম অঙৌসিংহনা ইশবাজনা খুম্বা অসি যাম্না চংনরম্মী অমসুং কৈনাক্লা য়াম্না পাম্নবমই।

ঠাকুর কুঞ্জচন্দ্র, ওঝা তোলপিশক্, ওঝা অনাংচম লক্ষন, ওঝা নাম্বিন, কোঞ্জিন চন্দ্র সিংহ অসিনচিংনা ওঝাশিংগা মরুম তমবা ওইনা ইশৈ শকমিন্নবকই অমসুং ফাংনবকই। শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজগী

মতমদা থিংবাইজম ওঝা ঈশৈহনবগী মহুৎশিন্দুনা শ্রীগোবিন্দজীগী থৌগল তৌখি। নটকী ঈশৈ শকপগা লোইননা হৌজিক ফাওবা জগোই, গৌরলীলা, খুবাক ঈশৈনাচংবা তম্বীতুনা লৈবাক্কী মমিং চৎপা ওঝা অমা ওইনা লাক্লি।

ওঝানা মনিপুরী নট সংকীর্তনগী লমদা তৌবিরিবা দানবু শাংথানবা ওইনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "সঙ্গীতরত্ন" হায়বা উপাধি অসি পীবিখি।

## ওঝা মোইরাংময়ুম্ তন্নুসিংহ
## "লীলাগীতি সুধাকর,-কীর্ত্তনা চার্য্য শিরোমনি"

হিন্দু অমসুং মনিপুরী সমাজগী মনুংদা পদাবলী কীর্ত্তন্ শক্পদা ফাওরবা ওঝা মোইরাং ময়ুম তন্নুসিংহ আসাম কাছাড় জিলাগী মনুং মাছুঘাট্ হায়বা খুন অদুদা শকাব্দ ১৮২৬ গী কার্ত্তিক থাদা পোকখি। অপোক্পগী মিংনা মোইরাংময়ুম ৺লালবাবুসিংহ কৌই। ওঝা তন্নুসিংহ গী নহা মথোং কারক্পগী পুন্সিদা সন ১৯২৩ ইংদগী ১৯২৯ ইং ফাওবদি স্কুল্গী মাষ্টারীগী পুন্সিদা লেন্খিরম্মী। অসিগা লোইন লোইননা লৈপাক্কী ওঝা গুরু কয়াগী মফম্দগী কীর্ত্তনগী ঈশৈ শক্পা থোইদোক্লা পদাবলী কীর্ত্তনগী শৈশক্ অসিগী মরমদা মমুদ্ তানা তমশিন্খি। মনিপুবগী মহাবাজনা শিলচরদা লেংঙক্পা মতমদা ওঝা তন্নুসিংহনা মুমিং ৩/৪ নি চুপ্পা পদাবলী কীর্ত্তন্ শক্তুনা নিংথৌগী থৌগল তৌখি।

মহারাজনা পেনবিতুনা ওঝা তন্নুবু মনিপুরদা থোরক্পগী সনা য়াথং তাক্পিখি। মনিপুরদা চত্নুনা মৈতৈ লৈপাক্ শিনথুনা ওঝা অসিনা পদ কীর্ত্তন্ শকখিরম্মী। অমসুং মনিপুরী নিবাসি পুম্বনমক্ ওঝা তন্নুসিংহগী শৈশক্ শৈঙং অদু উবি তাবিরগা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎ-নখি। মনিপুরগী মহারানী ঙাংবীনম্ক্ নিংথৌগী মনা মথুম্ 'নমথাং' নচিংবা ওঝা তন্নুদ থিনদোক্পিখি।

মতুংদা ৺বোধচন্দ্র মহারাজগী পৌগল্ ওইনা কীর্ত্তন শকপস্তু শোয়না ফংজখিরম্মী। মতুদা মহারাজনা পেনবিখিত্নমা সনাথুংমক্না "সার্টিফিকেট" পিনবিখি। অদুগী মতুং ভাবকপদা তখেন্ লৈপাক্কী নিংথৌ মহারাজ বীর বিক্রমকিশোর মনিক্য বাহাদুর দেববর্মননা পালিংউ মতমদা তখেন লৈপাক্ (ত্রিপুরা) দগী তোয়না চৎত্তুনা কীর্ত্তন শকউই শোনলুই অমস্তুং রাজমাতানা পেনবিত্নমা মমল য়াম্লবা শান্ ফী মনা ওইনা পিনবিবকখি। অমস্তুং নিংথেম শাথৈ মখাপ্পা ওঝা তম্বু মেডেল্মচিংলস্তু পিনবিরকই।

শ্রীধাম নবদ্বীপতা থা ৩ লোম্ লৈদুনা নদিয়া জিলাগী মফম অয়াম্বদা কীর্ত্তন শকই মতুদা বৈষ্ণব সম্প্রদায় ১নং নদিয়া জিলাগী মফম ময়াম্দগী ওঝা তম্বসিংগী পাদকীর্ত্তন ঈশৈ ভাবদা পেনবিত্নমা সুম্না মেডেল্ ২৮ লোমস্তু মনা ওইনা ফংলকখি। বৃটিস্ সরকারনা পালিংউ মতমদা কাছাড জিলাগী হাইলাকান্দি শহরদা "জিলম্বর জুবিলি' পালন তৌবিরম্মী। হায়রিবা জুবিলি অসিদা ওঝা তম্বু সিংহনা পদাবলী কীর্ত্তন ঈশৈ শকখি। মতুদা একত্রা কমিশনারনা পেনবিত্নুনা "মানপত্র" নচিংবস্তু পিনবিখি। অসিগী মতুংদা কংগ্রেস জুবিলিস্তু আসাম যোরহাট শহরদা ওইখি, মাদসস্তু ওঝা অসিনা পদ কীর্ত্তন হুমিং ওখি চুপ্না শক্নুমা দেশকী নেতাশিং অমস্তুং অতম্ অথৌ পুম্বু থৌগল্ তৌখি। মতুদা পেনবিত্নুনা কংগ্রেস সেক্রেটারী মশামক্না থাগৎ রাগৈগী "মানপত্র" নচিংবা পিনবিত্নুনা ওঝা তম্বু ইকায় খুম্নবিখি।

মথৎদা আসামগী বাজাসত্র আউনিআটী দক্ষিন পাট বেগেনাটী সত্রদা হুমিং ৯।১০ নিংথোম পদকীর্ত্তন ঈশৈ শকই অমস্তুং আউনিয়াটী দক্ষিন্ পাট গী সত্রবিপাতি নিংথৌনা সনাগী মেডেল্ পিনবিরকখি। অস্তুম্ন ওঝা অসিনা গোয়াল পারা শিতলিগী 'বাজা' নিংথৌগী মচা হুপা যুবরাজ লৈখিদবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদস্তু কীর্ত্তন ঈশৈ শকখি। অদুগা আসামগী অহান্ব চীফ্ মিনিস্তর ৺গোপীনাথ বড়দলৈগী শ্রাদ্ধগী উৎসব

দসু ওঝা তম্বুনা কীর্ত্তন শকুউই। অসিগী মতুংদা শিলচর নর্ম্মাল্ স্কুলগী হোল্‌দা শিলং মহারাসকী অচৌবা উপলক্ষ পাংথোক্‌খিবা মতমদসু ওঝা অসিনা পদ কীর্ত্তন শক্‌খিরম্মী। অমসুং মথক্কী শিলং দল্ অসিগী উৎসব কয়ামুক্তসু ওঝা তম্বু সিংহবু য়াওহল্লখিরম্মী। মফম্ অসিগী পণ্ডিত মণ্ডলিনা "লীলাগীতি সুধাকর" হায়বা উপাধি ওঝা অসিদা পিনবিখি। পাঞ্জাবগী গভর্নর শ্রী মহিন্দ্রমোহন চৌধুরীনসু ওঝা অসিগী কীর্ত্তন শকপ তারগা য়াম্না পেন্নিখি অমসুং ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপিখি।

অসুম্না আসাম, গোলাঘাটগী নাম্‌ঘড় মন্দিরদসু তুমিং ৮ নি চুপ্না পদকীর্ত্তন শক্‌খি, মতুদা পেন্নিতুনা মহিলা সমিতিনা মেডেলসু পিনবিরকই। ওঝা অসিনা নদিয়া জিলা, তখেন লৈপাক্ সিলেট, কাছাড়, মনিপুর হাফলং, গৌহাটি, নওগাও, গোয়ালপাড়া, শিবসাগর, লক্ষীমপুর অসিন-চিংবা লমদম্ ময়াম্ থোইদোক্না আসামগী চা বাগান্ পুম্বদা লৈরিবা হিন্দু জাতি অমসুং মনিপুরী সমাজগী মনুংদা পদাবলী কীর্ত্তন অসি শক্ শন্দুনা মিং সিনথুংনা শন্দোকখি।

মহাক্কী অসিগুম্বা গুন্ মুহিমা কয়ামুক্ লৈবা অসি উবিরক্তুনা চৎখিবা চহি জানুয়ারী তাং ২৬, ১৯৭৭ ইংদা 'ভারত রাষ্ট্রীয় সংস্কৃতি সঙ্ঘ' লক্ষ্ণৌনা ওঝা তম্বু সিংহবু "কীর্ত্তনাচার্য্য শিরোমনি" উপাধিনা লৈতেংবিতুনা ইকায় খুম্নব উৎপিখি। ওঝা অসি হৌজিক্ মশাগী চহি ৭৬ সুরে সমাজগী মনুংদা নাম শোম্বা কোংনা চৎলি। ●

# ওঝা কোঙ্গেংবম্ বাবাচাঁন্দ সিংহ

ওঝা কোঙ্গেংবম বাবাচাঁন্দ সিংহ কাছাড জিলাগী মখুং লক্ষীপুর খুমন, হায়বা খুল অতুদা শকাব্দ ১৮২৮ গী জৈষ্ঠগী তারিক ৯ সুমখাকৈশা হুমিৎতা তাইবংপান্দা থোকখি। পাম্বৈগী মীংনা শ্রী কোঙ্গেংবম্ মনিচন্দ্র সিংহ অমসুং পোকপমগী মীংনা শ্রী মতী রোমাবলী দেবী কৌই। ওঝা অসি অঙাং ওইরিঙৈদা চহী ৫ দগীনা চহী ১০ ফাওবদি পাঠশালাদা লাইরিক তম্মী। অঙাং ওইনা ব্যাকরনদা থবা তৌনবা মরম্না ব্যাকরন মচা মচাগী লাইরিক কয়ামকম নৈনখি। অমুম্না য়ুমদা থরা তোঙানবগী মতুংদা পেল্লকত্রবা অমা থম্মোইনা ফাংদ্রকখি মপান্ গোক্তুনা দেশ ভ্রমন ওইনা চহী কয়া-মরুম লেংখি।

বাঙালগী ইশৈ হেনবা ওঝ শিংগী মরুদা ঈশৈগী ভাব বস, যাম্না থংনা অমসুং শাস্ত্র তৈবা ওঝাদি ওঝা বাবাচাঁন্দ সিংহ অসি লৈপাক্কী শিংথানববা ওঝা অমনি। ওঝা অসিনা অহাম্বদা পণ্ডিত ব্রজবিধু শর্ম্মা, অমসুং পণ্ডিত থামান্ধি মীশ্র, তোয়ননা ইম্ফাল ব্রাংথৈগী পণ্ডিত বেনীমাধব শর্ম্মাদা 'সরস্বত ব্যাবরন' গী মরমদা চৈবৈ মুন্না তমশিনখি। মথংদা শ্রীধাম নবদ্বীপ সংস্কৃত কলেজগী পণ্ডিত ভদ্র সিংহদা অষ্টকাল, স্বন্ধ মঞ্জুরি, সরল মঙ্গল, উজ্জলনীলমনি, গোবিন্দ লীলাম্মৃত, ভক্তি রসাম্মৃত

সিন্ধু কৃষ্ণাণ্ডিক কৌমুদি, রসমঞ্জুরি, হায়রিবা ময়াম অসি ঈশৈশী রসকঃ কোম্লনা তমশিনখিরম্মী।

ইম্ফাল্দা মতম চুপ্পদা ওঝাশিংগা লোয়ননা নৈনজখিবা বিদ্যাদি ১। শ্রী সন্যাকুমার সংহিতা ২। সঙ্গীত দর্পন ৩। সঙ্গীত রত্নাকর ৪। সঙ্গীত পারিজাত ৫। কালিদাস পদাবলী ৬। বলরাম দাস পদাবলী ৭। অষ্টকাল ৮। সোনাতন গীতা অসিনচিংবা অসিনি। অমুম্না চহী ১২।১৩ চুপ্পা দেশ ভ্রমন্ তৌতুনা বিদ্যা তম্মুরবা মতুংদা ওঝা বাবাচান্দ সিংহ মযুম্দা লৈরম্লুনা সংলসম্বী হৌনবি গুরুদি আশ্রমদা খোংদাবা হৌই।অওাং মুপী লৈরবগী মতুংদা ময়াঙ্ লৈপাকী ফাওরবা ১মুং লাই ওইরিবা পুথিখাল্গী ওঝা ওইনাম্ কোইরেং সিংহদা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তমখিরম্মী।

কাছাড় লৈপাক্তা ওঝা অসি ঈশৈগী ভাব, রস, খংবা অমসুং শাস্ত্র হৈবা ঈশৈশরি অমৌ মুনা খংহৈবগী তমক্ লৈপাক্না সিংথাবরবা ওঝা অমনি। রাংখৈগী ওঝা লাইরাম্ খম্বালঅভৌশিংহ, অমসুং কোং মপালগী ওঝা তখেল্লম্বম্ খম্বালঅভৌ সিংহ ওঝা অনি অসিগী অকমগী অহোরাত্র কীর্ত্তন, শ্রাদ্ধ কীর্ত্তন, অধিবাস, থাবল্, পূর্ব্বরাগ, চিত্রপট, মধ্যাযুদ্ধ মচিংবা তম্শিন্বী। মনিপুরী সঙ্গীত জগৎতা ওঝাগী মান্বু মশক্ খংনিরতুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ওঝা অসিবু "সঙ্গীত রত্ন" উপাধি থিমদোক্লিতুনা ইকায় খুম্নবা উৎশিখি। ●

# ওঝা পাওনম রাধামোহন সিংহ "সঙ্গীত রত্ন"

ওঝা পাওনম্ রাধামোহনসিংহ 'সঙ্গীত রত্ন' শকাব্দ ১৮৩০ মাঘগী তাং ১৪ য়ুমভৈকেশা সুমিত্তা কাছাড় লক্ষীপুর শহরগী সেল্ লৈকাইদা পোকই। অপোক্পগী মীংনা ময়াঙ লৈপাক্কী ফাওরবা ওঝা পাওনম চুড়াসিংহনি। অপোক্পিগী মীংনা শ্রীমতি হৈয়াই দেবী কৌই। ওঝা অসি অঙাং ওইরিঙৈদা লক্ষীপুর টাউনগী পাঠশালা স্কুলদা লাইরিক্ তম্বা হৌই। পাঠশালা পাশ তৌরবগী মতুংদা অমুক্ কম্থবগী খুদোং চানা ফংদবা মরম্না চহি ১১/১২ রোমত্তা ভাইরিনা মহাক্ অপোকপা মপাবুদা সঙ্গীত বিদ্যা ঈশৈ তম্বা হৌখি। অদুগা মশাগী চহি ১৪ ১৫ দগী হৌরদুনা মপা ইবুঙোগী তুংইন্দুনা লৈপাক্ কোয়না চংপস্থু হৌখি অমসুং শোভান্না ঈশৈ শকপস্থু হৌখিরম্মী।

চহি ১· ২ শুরক্পা মনমদা মনিপুরদা অমুক ঈশৈ তম্বা চংলি। অহানবদা ওঝা পুরেন গোস্বামীথেম্ চাইগোই, মথংদা য়ুম্নাম্ ওঝা নাতুম, অদুগী মথংদা কোঙ্গেংবম্ ওঝা অতোয়াইমা সিংহদা সঙ্গীত বিদ্যা ঈশৈগী মরম্দা মবম স্নুনা তম্সিন্খি। অপোকপা মপাইবুঙো না শ্রীধাম্ নবদ্বীপ্তা শ্রীযুৎ চুড়াচাঁন্দ মহারাজগী মমা সিজগী কীর্ত্তনদা ঈশৈ থোন্বদস্থু থৌগল্ তৌজকই, অদুগা শ্রীযুৎগী থৌগল্স্থু ফংজরক্খি। মথংদা (ত্রিপুরা) তখেল্ লৈপাক্কী কৈলাসহর হায়বা মফম্

অতুগসু অমুক ত্রিপুরেশ্বর মহারাজ শ্রীযুৎ বীরবিক্রম মনিক্য বাহাদুরগী ঈশৈশে খোৌগল্ ফংজখি। ত্রিপুরাগী নিংথেম্ শাগৈদা পোক্লবা অমসুং ওথেন লৈপাক্তা মী চৎলবা শ্রীযুৎ কামিজীৎ রাজকুমারনা সন্ ১৯৫৩ ইংদা ওঝা রাধামোহনবু ঈশৈগী মরমদা সনাখুজা, তান্, মনা ওইনা পিনবিখি অমসুং সন ১৯৭৫ ইংদা অমুক্ "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না ওঝা অসিবু ময়াঙ লৈপাক্কী থোইদোক্ হেনদোকপা ঈশৈগী ওঝা অমনি হায়না খংবিরক্লুনা ইন্ফালদা কৌখৎপিত্নুনা ঈশৈগী মরমদা "সঙ্গীত রত্ন" হায়বা উপাধি পিনবিত্নুনা ওঝা অসিবু মতিক চাবা সম্মান্ উৎপিখি। সন্ ১৯৭৭ ইংদা মনিপুরদা শ্রীগোবিন্দজীগী মন্দিরদা ৬৭ বস মুমিং ২৭ নি চুপ্পা শরুখি। শৈফম্ অসিদা ওঝা রাধামোহন্সু ওকেন্দ্রজীৎ মহারাজগী নিমন্ত্রন্ মতুং ইন্না শ্রীগোবিন্দগী থৌগল্ ফংজরুই, অতুদা মনিপুরগী রানী কোমলাবতী অমসুং মহারাজ ওকেন্দ্র-জীৎনা পেন্নিত্নুনা ওঝা অসিবু খামেন্ চৎপা নৈজোম, সনাখুজী নচিংবা মনা পীবিখি।

মথক্কী ওঝা গুরুশিংগী কৃপাদগী ওঝা অসিনা ঈশৈ কয়ামকমসু লেংথোক্খি অতুগা মৈতৈলোনদা হন্দোক্লুনা ঈশৈ কযাসু শরুী। ওঝা অসি গৌহাটিক কাছাড় শিলচরদা আসাম মনিপুরী কলা এাকেডেমীগী প্রিন্সিপল ওইবিত্নুনা সঙ্গীত কলাগী মাইকৈদা চাউথৎ পোৎসম কয়া মুক্তা শরুক য়াবিত্নুনা নৈপাক্কী সেনা লৌজবি। ❂

# ওঝা কোঙ্গেংবম্ সিঙ্গাবী সিংহ

মপান মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন্ জগৎতা (কোকিল্ কণ্ঠ) ওইনা ফাওবম্বা ৺ওঝা সিঙ্গাবী সিংহ কাছাড় জিলাগী লক্ষীপুরগী খুমন্ হায়রবা খুন অচুদা কোঙ্গেংবম শাগৈদা পোকপনি। ওঝা অসি ওঝা কোঙ্গেংবম শাবাচাঁন্দসিংহগী মনাও নিপানি, য়াম্না নাগা ওইনা মত্রিক মপা চাদনা সঙ্গীত জগৎতা ফাংখিবা ওঝা অমনি। ওঝা সিঙ্গাবীওম্বা খোনজেন্ ফবা মী অসি মপান মনিপুরদা মমাং থাবদসু ১সুং হৌজিক্কী মতমদসু খোবক্‌খিদ্রি হায়বদা খোয়না চিনন্নিংঙাই লৈবোই। ওঝা অসিগুম্বা মখোনজেন মেংবা হুংশিবা অসি সঙ্গীত সংসারদা অত্তাংব কলাকার অমনি। অচুব্ব যাম্না নিংঙমদবদি ওঝা অসি মহুং মতম্ চাদনা মশাগী চহি ৫০ রা হায়বক্‌পা মতমদা সংসারগী পুন্সিগী অরোইবা বিদায় লৌতুনা লৈইবমংন্দা হিন্‌খি।

# ওঝা থাঙেম্বম ৺গুলাপী সিংহ
## "সঙ্গীত রত্ন"

ওঝা ৺গুলাপী সিংহ, ইং ১৯১৯ গী আগষ্ট তাং ২২ দা এলাংবম লৈকাই কৈশামথোং ইম্ফালদা পোকই। অপোকপা মসুং অপোকপীগী মীংদি মথংশিংমা বোকুলসিংহ মসুং বিধুমুখী দেবী কৌই। মহাক অসি মচিন মনাও অহুমগী মনুংদা য়াইমবনী অহুগা মমাগী মখাদা মচলক্পী অনিসু লৈ। ওঝা অসিগী তালোইগী মমিংনা থোকচোম নিঙোল শুবদনী দেবী কৌই। মহাক্কী মচা তরুক্কী মনুংদা মঙাশুবা মচা অহুদি মুপানি।

ওঝানা অঙাং ওইরিঙৈদা কৈশামথোং এল, পি, স্কুলদা মতম চানা মহৈ মশিং তম্বা হৌখি। মতমচুদা মাবু পোকপা পলেম পম্মো অনীনা পুং ঈশৈ অসি য়াম্না পামজবা মরমনা লৌবনীনা, যগুশেশ্ব (গাষ্টলীলা) মুপামচা পালা অসিনচীংব য়াম্না লোইনা য়াঙরকখি। লোইননা মশামকম্মু স্কুলদা লাইরিক তম্বদগী পুং ঈশৈ অসিনা হেন্না অঙাং ওইরিঙৈদগী পামলকই। অসিনা মরম ওইদুনা এল, পি, স্কুল তমলগা মথা তমথখিদ্রে। অহুগা লাইবক থীবদি এল, পি, স্কুল তমলিঙৈদা মতম চাদনা পম্মো কাইনখি।

মহাক্না ইহান হান্না ঈশৈ তম্বা হৌজবদি কাংঙবম লৈকাইদা লৈরম্ব ওঝা কোংব্রাইলাৎপম কুলচন্দ্র শর্মাদনি। মতুংদা ওঝা য়ুম্নাম

মাতুম সিংহগী মফমদা চংজখি অদুগা চলোম নচিংবসু 'নটগুরু' চুংথাম ওঝা থম্বাল অঙৌ সিংহগী মফমদা তমজখি। ঈশৈ তম্ব অসিগা লোইন লোইননা মতম খরদি এঙাংবম লৈকাইদা লৈরম্ব শ্রী ছনজনম গৌরহরি শর্ম্মাগী মফমদা ধর্মগী শাইরিক অমসুং সংস্কৃত ব্যাকরণ নচিংবা তমজখি। মতুংদা মহাক্না গৌরলীলাদা মধুশাবা, তীর্থবাশী শাবা অমসুং ভার্থী শাবা অসিনচিংবগী থবক্তা য়াম্না থরায় য়াওরকখি। অতুগা উন্দুখোল অমসুং বিন্দুশাম অসিন চিংবদসু নারদ মুনী শাবা অসিসু য়াম্না থরাই য়াওরকখি।

ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফালনা থৌরম পরেং শন্দোকপ হৌরকপ মতমদগী 'এ' ক্লাশকী নট শৈশকপা অমা ওইনা লৈরম্মী। ওঝানা মনিপুরী কলচরেল ট্রুপকী মেম্বর অমা ওইনা ভারতকী মফম অয়াম্ব দিল্লী বোম্বেনচিংব মফম কয়াদা কোইনা চৎলুই। মহাকপু মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা মনিপুরী সঙ্গীত সংসারদা অথোইবা শৈশকপা অমনি খনবিদুনা 'সঙ্গীত রত্ন' উপাধি অসি ইং ১৯৭১ দা পিনবিদুনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি।

ওঝা অসিনা "শ্রীশ্রী গৌরগোবিন্দ থৌরম শৈরেং" কৌব নট ঈশৈগী শাইরিক অমসু ইবিরমই। লোযননা ঈশৈ নিপাল ধাওবা গ্রামোফোন রেকোর্দ মবীথকসু মশামক্ত শৈরে চুন সুর পান্দুনা মনিপুরী ঈশৈগী মুংনাইদ্রবা নন ওইনা খোঙ্গেল থম্বীরমই। জরাহরলাল নেহেরু মনিপুরী দেন্স একাদেমী, ইম্ফালদা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ শকপা দিপার্টমেণ্টগী মকোক ওইবা গুরু অমা ওইমাসু লৈরম্মী।

# ওঝা লৌরেম্বম্ ৺বাসন্তি সিংহ

ময়াঙ লৈপাক্কী নহা ওইনা মমিং চাওনা ফাওগৎলম্বা ওঝা লৌরেম্বম্ ৺বাসন্তি সিংহ আসাম্ কাছাড জিলাগী লক্ষীপুর থানাগী এলাকা তলেনখুন্ হায়বা মফম্ অদুদা সন ১৯১৮ ই.গী ফেব্রুবারী থাগী শ্রী পঞ্চমী কুমিৎতা পোকই। অপোক্পগী মিনো ওঝা শ্রী লৌরেম্বম্ শামু সিংহ কৌই। ওঝা শামু সিংহ মনিপুর অমসুং কাছাড়দা ঈশৈদা ফাওখিবা য়েংখোম্ ওঝাগী পরুবানি। অয়াম্ব মতম্দা তখেন্ লৈপাক্তা লৈদুনা সঙ্গীত কলাবু প্রচার তৌকই, তখেন লৈপাককী ফাওরুবা নৃত্যাচার্য্য গুরু ৺নবকুমার ঠাকুরগীসু মরুপ অমা ওইরম্মী। অমুম্না ওঝা বাসন্তি সিংহ অঙাং ওইরিঙৈদগী অপোক্পা মপা ইবুঙোগী মফম্দা ঈশৈ তম্বা হৌখি। মথংদা মনিপুরগী ওঝাশিং ময়াঙ লৈপাক্তা লাকপা মতমদসু সেবা তৌদুনা তম্মী।

অদুবু মপুং ওইনা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তমখিবা ওঝাদি লক্ষীপুরগী ওঝা পাওনম চূড়াসিংহনী ওঝা অমিগী মফম্দা চংজদুনা ওঝা বাসন্তি সিংহনা নট সংকীর্ত্তনগী শৈশকতা মওং মতৌ খোইদোক্পা নিতি লীলা, অহিং নিতি, রাসক, উপরস অমিনচিংবগী মরমদা বিদ্যা মপুং ফানা তমশিনখি। য়াম্না মহা ওইনা মনিপুরী সংকীর্ত্তন সমাজদা ঈশৈ শকপা হৌরক্খিরম্মী। ওঝা বাসন্তি সিংহ মপোককী ওইনা রাশি গুন্ কয়ামুক্সু

লৈরকখি, মহাক্কী অশিগুম্বা গুন্ কয়ামুক্ লৈরকখিবা অসিগীসু মথক্তা ওঝা পাওনম্ চুবা সিংহগী কুপা অমগা লৈবিখিবা মরমদগী লোংপা য়াদনা যাম্না নহ, ওইনা মতিক্ মপা চাদনা মহাক্কী মিং অসি ময়াগী ৈপাক্ অমসুং, তখেন লৈপাক যৌনা সংকীর্ত্তন ঈশৈ শকপদা মমিং ফাওখিবনী।

ওখেন লৈপাক্তা চত্তুনা মহাক্না লমদম্ অহুগী মৈতৈনা তাবা মফম অয়াম্বদা ঈশৈ শকউই। মতুদা তখেনগী নিংথেম্ শাগৈদা পোক্লবা মমিং চংলবা শ্রীযুৎ কামিনিজীৎ স্নানা পেম্বীত্নুনা ওঝা বাসন্তিবু 'মেডেল' মনা পিনবিবকখি।

অসিগী মতুংদা মনিপুবদসু ওঝাশিং ময়াম্না চাম্বীত্নুনা শ্রী গোবিন্দ দর্শন কবা ওইনা অমুক্ থোক্লম্মী। অমসুং ওঝাশিংনা মুংশিবিবদগী সংকীর্ত্তন কযাদা ঈশৈগী থৌগাল সু ফজরকখি। অমুম্না নহা ওইনা মনিপুরী সংকীর্ত্তন সমাজদা ঈশৈ শকপদা মমিং ফাওগংলক্লীবা ওঝা অসিবু যাম্না লুবনা লাইনা অমনা মশাগী চহি ৫০ তমক হাযরকপা মতম সন ১৯৬১ ই'গী কার্তিক্ থাগী কৃষ্ণা প্রতিবদ যুমশকৈশা মুমিংতা মমা সঙ্গীত কলাগী মশাক্ থাদোক্লমত্নুনা লাইবমলেনদা তিনখি।

মনিপুরী মৈতৈ সংকীর্ত্তন সংসাবনা লৈখিত্রবা নৌবিবা ওঝ অসিগী আত্মা শান্তিগী দমক্ শ্রী গোবিন্দগী চবন্দা থৌনিজখি। ●

# ওঝানি শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম থোৗরাণী শাবী দেবী।
## "রাসনৃত্য ভারতী, নর্ত্তনা চার্য্য"

শোক ১৯৩৬ ইংগী নভেম্বর তাং ৩ নিংথৌকাবা মুমিংতা ওঝানি অসি পোকখি। হৌজিক্কা য়ুম্নাম্ লৈকাইদা মপুরোইবা ওঝা নারাং সিংহগা লৈমিন্নরে। ওঝানি থোৗরানি শাবী অঙাং ওইরিঙৈদগী জগোই ঈশৈদা পুক্নীং লুপ্তুনা লাকখিবা কলাকার অমনি। মশাগী চাহি ৭ শুবদা গৌরলীলাদা নিত্যাইনন্দ শাখি। অসিনা মরম্ ওইহনুনা মহাক ঈশৈ নোংমাইদা মতম চংনা অতোপ অতোপ্পা ওঝা গুরুশিংগী মফমদা চংজহনা তম্বা হৌখি। খুদককী ঈশৈ নোংমাই যংশেম্বা, গৌরলীলা, ঝুলন যাত্রা, মহারাস, নিত্যরাস, দিবারাস, বসন্তরাস, অসিনচিংবা অয়াম্বদা য়াওরকুনা সঙ্গীত কলাগী মরমদা চাওরাকপা জ্ঞান্ কৌসনখিরম্মী।

অমসুং নটসংকীর্ত্তনগী মরম্দা গৌরাঙ্গ ভাঙি, রাধা কৃষ্ণগী অষ্টকাল, গোষ্ঠ, ফীরাগোষ্ঠ ১মসুং মুংথিন্দা শান্নবা লীলা কয়াগী ভাব, রসগী ঈশৈ শুনা তম্মী। অহিং নিত্তি, বাসক্, উৎকণ্ঠা, বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা, অসিনচিংবসু তম্মী। উপরাসগী মাইকৈদা নিমাই সন্ন্যাস, মাথুর বেশ, রামনন্দ সঙ্গ, নারিবেশ, যোগীবেশ, কলঙ্কভঞ্জন, মুকুলিহরণ, প্রভাস-মিলন, ত্তিনবাঙা পূর্ব্বরাগ, শেষ কুরুক্ষেত্র মিলন্, ত্তিনঃঙ্গা, ১মসুং গোবর্দ্ধন ধারন, অসিনচিংবা অশি তমশিন্নখী।

ওঝানি অসি সংস্থান কয়ানীস্থ এসোসিয়েট মেম্বর ওইখিরম্মী। 'মনিপুর নৃত্য আশ্রম' মনিপুর সঙ্গীত নাট্য সভা শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্তনালয়, ১স্থুং J. N. M. D Academy Imphal অসিনচিংবনি। মহাক অসিংমখুন পাল্লবী মচা মরি লুপা অনি, লুপী অনি, লৈরবী লুপী অমনি মপুরোইবনা ওঝা ক্ষেত্রি নারাংনি। ওঝানি অসিগী চহিগী অকক্কবা Income না লৱ,ইদগী লৌশিংগী কো ১স্থুং শেন থুম্ কায়কুই। মনিগী মথক্তা মহাক্না ওঝা ওইবগী থাগী Income স্থু ফংই। daily গী ওইনস্থু মহাক্না নট সংকীর্ত্তন, বাসক্, গৌরলীলা, বগশেখা ১স্থু রেডিওদা প্রোগ্রাম পিবগী শেনস্থু ফই। মথক্তা পানখিবা শিনক্মশিং অসিদা মহাক নুতি খুদিংবী থোইদোক্ হেনদোকপা Artist অমা ওইবা নাম শোথা চংলি। মহাক মনিপুরগী মপানদস্থু আসাম, লক্ষীপুর, কাছাড়, দস্থ ঈশৈ নোংমাই য়াওবা তোয়না চংলি। ত্রিপুরা দিল্লী, বোম্বে, গুজরাত বেঙ্গলগী শ্রীধাম নবদ্বীপ নচিংবদস্থু চংতুনা ঈশৈ শকলুই। মথক্তা পল্লিবা লমদমশিং অসিদগী মমল য়াম্নবা Certificate মীংচং ১স্থুং মনা মথুম্ কয়ানচিংবা ফংলকখি।

ওঝানি খোবানি শাবানা সঙ্গীত কলাগী ক্ষেত্রদা তালিম্ লৌখিবা গুরু মযামগী মিং ১। ওঝা জি, ইবোতোন শর্মাগী গৌরলীলাদা নিত্যাইনন্দ শাখি, ২। ওঝা সি,এইচ, অচৌসিংহগী গৌরলীলাদা হরিদাশ শাখি ৩। ওঝা জি, ইবোপিশক শর্ম্মগী জগোই রাসতা পুলিনী অহান্ন ওইনা গোপী য়াওরকখি, ৪। ওঝা এল, ইবোবী সিংহদগী ঝুলন, লুপী পালা, বাসক, উৎকণ্ঠা, নচিংবা তম্মী, ৫। ওঝা চন্নাই নাতুম সিংহদগী বিপ্রলব্ধা খণ্ডিতা তম্মী, ৬। ওঝা টি এইচ, তোম্বোই সিংহদগী খণ্ডিতা, কলহন্তরীগী ঈশৈ তম্মী, ৭। ওঝা রাজকুমার সনাজাওবা সিংহদগী রাস গোষ্ঠ, নিতি লীলা, নচিংবা তম্মী, ৮। ওঝা ভাঙোম্ যোগিন্দ্রসিংহদগী গৌরলীলা দুহুখোল, বাসক, বাঁশিহরন, তমথৈ, ৯। ওঝা টি, এইচ মুনাল সিংহদগী বাসক, শৈগো, শৈরোই, উৎকণ্ঠ, খুবাক ইশৈ, কোকিল প্রিয়তাল, কলঙ্ক ভঞ্জন, রামানন্দ সঙ্গ, অসি-

নচিংবা ভম্মী, ১০। ওঝা ওংবা কালিদমন সিংহগী প্রস্তাব খণ্ড, যোগী-বেশ, মুরলি হরণ, নিমাই সন্ন্যাস ভম্মী, ১১। ওঝা মাইবম ইবুংতোহল সিংহগী ঢোল, মোদ, (অভিনয়) ভম্মী, ১২। পদ্মশ্রী গুরু অমুবী সিংহ পদ্মশ্রী গুরু অমুদোন শর্মা, গুরু হাওবম্ তোম্বা সিংহ, গুরুশিং অসিগী মকমদগী জগোই রাসকী মরমদা মওম্ পুনা তমশিন্খী। মথঙ্গী পন্‌থ্রিবা ওঝা গুরু ময়াম অসিগী মকম্‌দগী সঙ্গীত কলাগী সংসারদা মী অমা ওইবা ভুমনবা মচাক মরাম অসি তমশিন্খী। অসিনা মরম্ ওইদুনা এক্বাশি খোৗরানি খাশী লোইপা থাদনা মণিপুরী সম্মানদা অক্বাওবী কলাকার অমা ওইরকখি।

এক্বাশি অসিনা কংখিবা মীংচৎ অমসুং মনাশিং ১। ১৯৪৮ ইংদা বাসকী শৈশক্ অমদা শ্রীরাজকুমার সনাজাওবা সিংহনা সুপাগী মেডেল ১সুং "জয়পত্র" মনা পিনখিখি। ১৯৪৯ ইংদা মণিপুরগী চীং ভক্কী অদ্রাব ফেস্টগী কুম্মৈদা মণিপুর সরকারনা সনাগী মেডেল মনা পিখি। ১৯৫১ ইংদা ভারতকী অদ্রাব Republic day New Delhi গী পালন যাউকখগী মনা কংখ্রখি। ১৯৫০ ইংদা আগরতলাগী মফিং চংলবা উকিল অমনা উত্তুখোল, মণশোস্বা অমসুং গৌরলীলাগী কুম্মৈদা সনাগী মেডেল খাবকৃখী। ১৯৫২ ইংদা মহারাজ গোখচন্দ্র ১সুং পুখাউ দুর্গা পূজা কমিটিনা সনাগী মেডেল অনিশু মনা ওইনা পিনশিনকৃখি। ১৯৫৬ ইংদা মা কোঙ্গুংদা মহাক্না লুচিংলুনা ঈশৈ কা নখিংদ কোঙ্গুংগী ফীগেৎ ১সুং অচৌবা তকমান অমগা শ্রীশ্রী গোবিন্দজী গোবিন্দজী চোক্লিংগম, খুদোন ওইনা পিখকৃখি। ১৯৬৫ ৬৬ ইংদা মহারাজ ওকেন্দ্রজিৎনা "রুম্থাং খুলাক, খামেনচৎপা, বেলম ফুরিং অমসুং সনাখুজাম্মচিংলা মনা পীবিখি। ১৯৬৯ ৭১ ইংগী চহি অনিগোম্ অসিদা মহাক্না পরিয়ন একাডেমি বোম্বেগী ফাওরিবি খিজিন খোৎচিনলিবী কুমারী সবিতা মৈহতাগা লোইনিনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজী মন্দিরদা হোলী লোন ইংগী ঈশৈ হৈথীগী শকক যাখি। ১৯৭৬ ইংগী আগষ্ট থাদা কুমারী সবিতা মেহতাগা মহাকপু পোরবন্দর গুজরাটকী মীখম মমাংদা শ্রীমৎ ভাগবত

সপ্তাহগী অরোইবা মুমিৎতা ভজন্ (প্রার্থনা) শকনবা বার্তোন্ তৌরকখিরম্মী।

ওঝানি অনিবু ইকাই খুম্নবা ওইনা মফম কয়ামুক্তগী উপাধি অমসুং Awards কয়ামুক্তা লৈতেংবিরকখি। Manipur State Kala Academy না State Academy 'Award' পীবিখি। অখিল গৌরিয়া বৈষ্ণব সাহিত্য সম্মেলন্ নবদ্বীপ্না 'রাসনৃত্য ভারতী' উপাধি লৈতেংবিরকখি। শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউ নর্তনালয় ইম্ফাল মনিপুরদগী জগোইগী মরমদা অরাংবা থাকী Degree পরিক্ষা "নর্ত্তনবিশারদ," নর্ত্তনাচার্য্যসু পাশ তৌখিরম্মী অমসুং "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না ওঝানি অসিগী কলাবিদ্যাগী খুদোল্ ময়াম অসি উবিরকুনা 'নৃত্য রত্ন' উপাধিনা লৈতেংবিখি। A.I.R. Imphal গী Radio Artist (B.H.) সু ওইবিদুনা প্রোগ্রামসু পিরি। হৌজিক ওঝানি অসি J.N. Manipur Dance Academy Imphal দা Asst visiting guru (Rash) কী ওইনা থবক তৌবিরি মতিক মগুন চাওরবি কলাকার অমনি। ওঝানি অসি হৌজিক মশাগী চহি ৫৫ শুরে মাম কন্না শোনলি।

# ওঝানি শ্রীমতি গম্ভীনি দেবী "নৃত্য রত্ন'

মৈতৈ চন্নুশি.গী মরক্তা নটকী শৈশক্তা লৈপাক্লা শক খংনরবা য়াইস্কুল গম্ভীনি দেবী ইম্ফাল শহরগী য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭ ইংদা পোকই। অপোকপা অহনগী মীংনা শ্রী য়ুমলেম্বম ৺গুলাপ সিংহ অমসুং অপোকপীনা শ্রীমতি য়ুমলেম্বম ওংবী ইবেচা দেবী কৌই। অহল লমন অনিমক্না নট কলাবু অসুক্কী মতীক পামজৈ। অপোকপা পম্বোদি শ্রীয়ুৎ চুড়াচাঁন্দ মহারাজনা সনা পালাদা য়াওহন্দুনা শ্রীশ্রী গোবীন্দগী ইতৎ তক্তনা থৌগল ফংজখি। অসিদ গক্তনা মতম অতুগী ধুলোপ য়ৈবগী ওঝা অমসু ওইখি। অসুম্না অহল-লমম্না কলা বিদ্যাবু পামজরকপনা মরম ওইদুনা ওঝা শ্রীমতী গম্ভীনি দেবী চহি মঙা শুরকপদা ওঝা লাইশ্রম ইবোবীদা আদি গুরু ওইনা বোরীতুনা নট সঙ্গীত তম্বা হৌই। অসুম্না তম্লকপনা মশাগী চহি তরেৎতগীনা তরা-নিপাল শুবা ফাওবা শ্রী গোবীন্দগী মণ শেম্বা য়াওরকখি। চহি তরা-দগীনা চাওরাক্লা চহি কুম্থ্রাহুমদোই, কুম্থ্রামরি ফাওবা শ্রী গোবিন্দগী রাস লীলাদা রাধা শাতুনা থৌগল্লকখি। লোইন লোইননা থুল্লকী বাসক, জগোই রাস, শোরাৎ, ফিরোই, লুহোংবা কয়াদা শেবা তৌই।

মহাক্না ইহান হাম্বা ওইনা ইন্টর মনিপুর খুবাক ঈশৈ Competition দা শোক ১৯৪৯ দা ফাষ্ট তাতুনা গোল্ড মেডল ফংখি।

শোক ১৯৫০ দা অমুকসু ফাষ্ট তাদুনা গোল্ড মেডেল ফংই। মথংদা ত্রিপুরাদা গৌরলীলা Competition দসু মহাক্না গোল্ড মেডেল ফংখি। শান্তি নিকেতনগী উপলক্ষ্যদা ভারতকী অতোপ অতোপ্পা মফম কয়াদা ঈশৈ শকখি। অমিদা নত্তুনা মনিপুর সাহিত্য পরিষদকী চহিগী কুমগুন পালনদসু ঈশৈ শত্তুনা শকক যাখি। শান্তি মেলাদা গন্ধীনি পারল ভেরাইটিনা ফাষ্ট তাদুনা চীফ কমিশনার "মেথুন" মেডেল পীবিখিবনী। মথংদা গোবিন্দগী নর্ত্তানালয়গী মখাদা বোম্বেদা অমদি ভারতকী অতৈ অতৈ মফম কয়াদা চত্তুন শরুক যাবিখি। মথংদা ভারতকী মফম অতৈ অতৈদা দান্স কলেজগী লীচিং মখাদা চৎখি। মথংদা কলিকতাদা চত্তুনা Commercel Record অনি লৌখি। চহি যাম্না নৌনা All India Radio গী প্রোগ্রাম পীবিরকখি। Aryan Theatre গী Artist অমা ওইনা মতম খরা যাওবিখিরম্নী। অসিদ নত্তুনা নুপামচা পালাদা যাম্না পীকল্লিবৈদা ফৈজোম শেত্তুনা নুপা পালা যাওখিরম্নী। মহাক্না ওঝাশিংদগী খংজ তমজরকপা পুম্নমক যুমদা অঙাংশিংবু ক্লাশ লৌদুনা নৌনা হৌরক্লিবা Artist শিংবু লমজিংবীরি।

হৌজিক হৌজিক শ্রীমতি গন্ধীনি Dance Academy দা বাসকী ঈশৈ ওঝা অমা ওইনা লৈবিবি, অসিগা লোইম লোইননা লৈবাক্কী ঈশৈ নোংমাই কযাদসু মপুং ফানা পেনা তৌবিবি। শিংথাবা যাবা অঙাং ওইরিবৈদগী তমজবকপা ওঝাশিংদি শ্রী ঙাঙোম যগীন্দ্র সিংহ খাডেম্বম্ গুলাপীসিংহ, কোঙ্গেংবম তোয়াইমা, যুম্নাম পারিজাত সিংহ, লাইশ্রম ইবোপী, শ্রী মোইরাংথেম্ মোইরাং নিংথৌ, শ্রীশগোল্‌শেম্ কালিদমন্ সিংহ, থাংজম্ চাওবা সিংহ, শ্রী মাইবম ইবোহল্ সিংহ, এঙ্গা অভিরাম্ শাবা শর্ম্মা, লাইশ্রম তোল্ল পিশক সিংহ, নামবম্ পঙ্কাসিংহ, লোইতোংবম্ কোইবেং সিংহ, শ্রীয়েনশেম্বম্ অঙৌসিংহ, ঙাংবম চাওবা সিংহ, শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী, শ্রীমতি লৌবেম্ তোম্বী দেবী, শ্রীমতি লাইশংবম্ ওংবী ইবেনি দেবী, শ্রীমতি থিঙ্গোম্ পিশক্, শ্রীমতি কুমারী অচৌবী দেবী, শ্রীমতি লৈরীক দেবী অমদি হিন্দুস্থানি

মিউজিকতা শ্রী গৌরহরি সিংহ অসিনচিংবা কয়াদগী সঙ্গীত মণ্ডান ফং-জরকখি। ওসিস্থ পুন্সিগী লোইবা নাইররোইদবা কলাবু মাগী তোঙ্বান্দা লেপ্পা ওয়বা অমদি গুরুশিংগী কৃপা ফংননবা লেপ্তুনা তমখরি মপুন্সি চুপ্পা। শোক ১৯৭৯ ইংদা ওথানি অসিবু "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না "নৃত্য রত্ন" উপাধিনা লৈতেংবিখি। ●

# ওঝা কুমারী রঞ্জনা দেবী

ওঝা কুমারী রঞ্জনা দেবী, মনিপুরী সংস্কৃতি জগৎতা মমীং লৈরবী শৈশকপী অমনি। মহাক অসি মনিপুরী চন্দ্রশিংগী জগোই ঈশৈ তৌবীশিংগী মন্নুংদা লাইরিক লাইগু হৈরবী মশক নাইরবী ওঝা অমসু ওইরবিনি। শিক্ষাগী মরমদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দগী বি, এ, পাশ তৌই। রাধা হিন্দি সমিতিদগী হিন্দিদা "কোবিধ" পাশ তৌই অমসুং সংস্কৃতসু 'প্রবেস' পরিক্ষা পাশ তৌই। জে. এন্, এম্, দান্স একাদেমীদগী মনিপুরী জগোইদা 'বিশারদ' পাশ তৌই। থোইদোক্ (নট সংকীর্ত্তন) ঈশৈদা একাদেমী অসিদগী পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ (এম, এ) কোর্সসু পাশ তৌখিরম্মী। ওঝা রঞ্জনা দেবী এ-গ্রেড সঙ্গীত কলাকার (নট সংকীর্ত্তন) এ. আই. আর. ইম্ফাল ফেলো (নট সংকীর্ত্তন), মনিপুরী ষ্টেট কলা একাদেমী (১৯৭৬) ফেলো এৱার্দ (নট সংকীর্ত্তন) দা চৎথরীবা দিপার্টমেণ্ট অফ কলচার নিউ দিল্লী (১৯৭৯) অসিনচিংবনি।

ওঝা রঞ্জনা দেবী য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই (পুলিস লেন) ইম্ফালদা জানুৱারী তাং ১৭, ১৯৪৭, খৃঃ কুমজাদা পোকপনি। অপোকপগী মীংনা ৺য়ুমলেম্বম গুলাপ সিংহ কৌই, ধুলোপকী ওঝানি। শ্রী গোবিন্দগী সনা পালাগী অখন্ন পালানি,। মতমতুগী মনিপুরগী মমিং য়াম্না চৎপ 'কবুন পালাগী' অফাওবা কলাকারনি। অপোকপিগী

মীংনা অহল্লেম নিঙোল ইং.বেমচা কৌই। ঈশৈদা য়াম্না থরায় য়াওজবী অমনি মশাম্মকস্থু ঈশৈ শকই।

ওঝা কুমারী রঞ্জনা দেবী, মশাগী চহী ৫ হেক স্বরূপা মতমদগী ঈশৈ তৌব হৌখি। মহাক্কী ঈশৈগী আদি গুরুদি গুরু গুলাপী সিংহ, থাঙেম্বমনি।

●

# "ওঝা পুরেন্ নোংথোম্বম্ "দেবসিংহ অমসুং নোংথোম্বম্ "জীবন সিংহ"

ময়াং লৈপাক্কী সঙ্গীতকী ইতিহাসতা ফাওখিবা ওঝা পূরেন্ মচিন্ মনাও নোংথোম্বম্ দেবসিংহ অমসুং জীবনসিংহ হৌজিক্ ফাওবদা ময়াঙ্ লৈপাক্, তথেল্ লৈপাক্, বাঙ্গালাদেশ্ ফাওবদা ওঝা অনি অসিগী কোলোয়্ মীংলেন্ শোন্নবা তোক্ত্রি। ওঝা পুরেন্ অনি অসি কাছাড় জিলাগী মনুং ললাং কৌব' খুলেন্দা খৃঃ ১৮৬৬ ইংদা ওঝা দেব সিংহ অমসুং খৃঃ ১৮৭০ ইংদা ওঝা জীবন্সিংহ পোক্খি। ওঝা পুরেন্ অনিবু পোক্পা মপাবুংনা নোংথোম্বম্ শাজৌসিংহ কৌই অমসুং অপোক্পীগী মিংনা শ্রীমতি সংলৈ দেবী কৌই।

মনিপুরগী মপান্দা ময়াং লৈপাক্ লমদা পুংয়ৈবদা ফাওখিবা ওঝা-শিংগী মনুংদা ওঝা পুরেন্ দেবাসিংহ অমসুং জীবন্ সিংহ মচিন্ মনাওনা অথোয়বনি হায়বদা হায়মন্না ওইরোই। ওঝা অনি অসিগী পুংয়ৈদি অঙকপনি কাছাড়দতা নত্তেনা মৈতৈ লৈপাক্ মনিপুর য়ৌনা ফাওখিরম্মী। ওঝা অনি অসিগী পুজিদা থোদোক্ কয়াম্মু থোক্খিরম্মী কাছাড়গী ঝাপিরবন্দ খুন্দা পুংয়ৈবা চংপদা মমশিল্লকপনা হান্খিবনা লমখাংদা তুরারবন্দ চীংদা লৈবা জালাজা হায়নবা খুন্ অচুদা অহিং লেম্বা তাখি। মতম্না চাত্রবদা কনানসু য়ারেকক্ষম্ পিবিত্রবদা মাঙ্গোল্ অমদা কাখতুনা ওঝা অনি অসিগী হৈশিংবা পুংয়ৈ অচু

পুথোক্তুনা। মৈনা তৌগৎলক্লবদা। থুনা অতুগী মীথাম পুন্নমক্ লম্বাং ওঝা পুরেন্নি হায়বা খংনরতুনা চেন্নরক্খি। ময়ান্না য়ান্না লুনা সেবা শৌদুনা অহিং অতু লেল্লগা নোংডাল্লগা। ঝাপিরনন্দ লৌখি হায়না হৌজিক্ ফাওবা লৈপাক্কী। য়ারীনরি অমসুং ওঝা অনি অসি পাথারকান্দি, ভানুঘাস্, দামাই, হিংলা প্রতাপ্নগর, অখেনচিংবা ফাওবদা লৈখিবা মনিপুরী সমাজগী মনুংদা কোইনা পুং য়ৈদুনা নামশোন্বা চংলম্মী। মতম অতুদা ওঝা অনি অনিগী বার্তম্ সংপ্রবন্দি কীর্তন ফাওবা য়ৈথোক্নরম্মী।।

অমুম্না ওঝা অনি অসিগী পুংয়ৈ অসি মৈতৈ লৈপাক্কী ওঝাশিং পুন্নমক্না শোন্নখিরম্মী। মৈতৈ লৈপাক (মনিপুর) গী ওঝাশিংনা প্রেমান্ লৌনখি কাছাড়গী চৌড়খোংদা লৈবা ইরোই লাবা অনি অতু সান্বা পাগে থল্লুগল্লু অমুম্না পাউরৌনখি। লৌদোক্ অমনা ভানুঘাস্ তা ওঝা মচীন মনাও অনিন। কীর্তন্দা পুং য়ৈবদা চোলোম্ তৌরক্ পদা ওঝা পুরেন্ দেব্সিংহ ফৈজোম কুঞ্জানা লৌদুনা তুপ্রবদা চোলোম্ অতু কাইদননা হায়ত্তুনা মনাওনিপা ওঝা জীবন্সিংহসু চপ্ মান্নবা তুমিন্নখি। ভাঝোক্ ময়াম্না পেনগ্রদুনা অদুক্পা ফংনা শেন্ (পৈশা) পারক্খি অমসুং মৈতৈ লৈপাক্কী পুংয়ৈবদা ফাংবনা ওঝা সমদেন ওঝা নৈশাংথেম তেনবা, ওঝা থাডম শেল্ল হায়রিবা ওঝা কয়াশিং অসি ওঝা পুরেন্ অনিনিসিগা পুংয়ৈমিন্নলদা লোইনা মাইথিবা ফংংবনী। অমুম্না লৈপাক কোইনা নাম্ শোনবা চংলমাগ মশাগী চহি ৬ তং শুরকপদা ওঝা পুরেন দেবসিংহ খৃ. ১৯২৬ ইংদা নোবম্ম কুঞ্জগী থুয়াদা পুন্সিগী অরোইবা য়াত্তিপ তানখি।

মপাংগী খোংথাংদা খৃঃ ১৯৩৬ ইংদা সার চুংাচাঁদ মহারাজনা ললাং থুলেন্দা মপাবুংগী তমক্ মহাসংকীর্তন পাওথোক্খি; অমসুং ওঝা পুরেন্ দেবসিংহদি কীর্তনগী মমাঙ্ডা লেখিদননা মনসং ইবুংঙা ওঝা জীবন্ সিংহন ওঝা পুরেন্ ওইদুনা (শ্রীরাজবুসেন্) থৌগল ফংদুনা নিংথৌগী কীর্তন পাওথোক্খি। চুড়াচাঁদ মহারাজনা মনা

পুঙ্গীং পেনশিন্নুনা ওস্তাদোন্দা শিংথো মনা মথুম্ খামেনচৎপা, খৈজোম্, সনাখুঞ্জি, তাল নচিংবা পীবিখি।

ওস্তাদোন জীবন্সিংহস্তু মতম্ শাংনা নাম্ শোল্লমলগা মশাগী চহি ৭৩ অমসুং খৃঃ ১৯৪৩ ইংগী মে থাদা 'বাদ্য কলা' গী জগৎতগী পুন্সিগী অরোইবা বিদ্যায় লৌখি।

# ওঝা থিংবাইজম অতোয়াইমা সিংহ

ওঝা অতোযাইমা সিংহ কাছাড় লৈপাক্কী অকাওব পুংথৈবা ওঝাশিংগী মরুংদা মশক্ নাইব ওঝা অমনি। মমিং চংলবা খাক্কিবন্দ (হাইলাকান্দি) গী ওঝা মৌরোসিংহ অমসুং লালাংগী ওঝা দেবসিংহ অনিমক্ ওঝা অতোযাইমাগী মরেংনি ১সুং কীর্ত্তন কযাদা পুং য়ৈমিন্নখি। ওঝা অসি ১৮৭০ ইংদা কাছাড় জিলাগী মৈতৈনা মপু ওইনা তাবা লম্ বানিপুর হাযবা খুন অতুদা পোক্পনি। ওঝা অসি পুং ঈশৈদা পুক্নিং লুপ্লবা ইমুং অমদগী হৌবক্পনি। পন্থৌগী কোলোইনা শ্রীথিংবাইজম নিংথৌ সিংহ অমসুং মপুথৌগী কোলোইনা শ্রীথিংবাইজম কপানন্দসিংহ কৌই। লৈপাক্তা শিংথানরবা ঈশৈ শকপা ওঝা ডাক্তানি। মমৈথংদা ওঝাবু পোক্পা নিংথৌসিংহ মমিং তাঙ্খিবমী অনি নবম ওইতুনা ওঝা অতোযাইমাগী পুন্সিদা অরা অন কযা নথিবম্মী। ওঝা অসিগী মনাওন্নুপা অনি শ্রী গুলামজাত সিংহ, শ্রীলাফোইসিংহ মথোয অনি অসিসু গুরু অমমমগী মফমদা অঙাং ওইবিউৈদগী হৌনা পুং তমহনলি। গুরুশিংগী মরুংদা বাসকান্দিগী শ্রীক্ষেত্রিমযুম ওঝাসু অমনি। ওঝা অতোযাইমা সিংহ নহা ওইনা থম্থেংনা ফাওগংনকপা মতম ১সুং মশাগী চহি ৪৭ তা শুবক্পা মতমদা মরুং মতম চাদনা নোঙ্গাখি। কাছাড়গী সঙ্গীত সমাজদা ওঝা অসিগী কোলোই মিলেন্ ঙসি ফাওবা মুংত্রি।

# গুরু লসমন সিংহ 'হঞ্জবা'

গুরু লসমন সিংহ অসি স্যার চুড়াচাঁন্দ মহারাজ স্না হাক্তকুগী য়াম্না অৎাং ওইনা পালা লোইশঙ কাছ্না গুরুশিংগী তুং ইগ্গরকুবা তাল শাস্ত্রগী মরমদা থরাম্ন হকচাং লুপ্পবা থিবদা হনবা লৈত্রবা মীশক্ অমনি। পুংলতস্তু নত্তনা নট চলোমস্তু নিংথিনা হৈ। ক্রমেলগী মরমদা য়াম্না নিংথিনা শঙ্ ই। মনিপুরগী অমত্তা ওাইরবা পালা লোইশঙ্ হায়বা খ্বাইদগী হেন্না লিরবা শঙ্ অসিদা লৈবিন্থুনা ওঝা অসিনা য়াম্না রানা নিংথিনা শ্রীশ্রী ৺গোবিন্দজীগী থৌগল্ তৌবদা পেনবিন্থুনা স্বর্গীয় বোধচন্দ্র সিংহ মহারাজনা চুম্নগী পালাহনগী 'হঞ্জবা' হাপ্পীবদা নত্তনা পুংগী 'জয়পত্র'স্তু পীনবিন্থুন মতিক চাবা সন্মান্ উৎপিখিরম্মী। মখাগী ওঝাশিং অসি গুরু অসিবু তম্বীরক্পনি। থিংবাইজম ওঝা চাউবা, গুরু কঞ্ছাই শর্ম্মা, শ্রী গোবিন্দগী জগোই ওঝা, লোইরেম্বম্ ওঝা থাবল সিংহ, হিদং অমস্তং পুজ্যপদ সনা চন্দ্রহাস সিংহ "হঞ্জবা" অসিনচিংবনি।

গুরু অসি ৺শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজনা লীংখৎপিরম্বা কোম্নংগী শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউগী নর্ত্তনালয়াদস্তু পুংগী ওঝারেন্ ওইবিন্থুনা থবক তৌখিরম্মী।

# ওঝা শগোলশেম ৺অতোয়াইমা সিংহ

ওঝা শ্রীযুক্ত শগোলশেম্ ৺অতোয়াইমা সিংহ ওঝা অসি ওঝা গোকুলচান্দ হুড়াড়গী হেক্ পোকমিন্নবা মরান্বা অহনি। ওঝা অতোয়াইমা সিংহ লক্ষ্মীপুরগী অরাং লম্দা লৈবা কোংঙ্খেংলৈকাই হায়বা খুন্ অমদা পোক্পনী। নটকী খুদোল্দা পুংগী ওঝা অমা ওইনা লৈরম্মী অমসুং পুং ঈশৈগী অরুবা রা চাংন নৈনবা মতম্দা হীরম্ অয়াম্বদা ওঝা নাইবগী গুন্ কয়ায়োম ওঝাদগী লৈপাক্লা উনা ফংখি। মৈতৈ বৈষ্ণব সমাজগী পুন্সিগী শোয়দনা চংদবা য়াত্রবা নট পালানি। নট্ পালাগী মরি মথোঙ্ অমসুং হৌজিক্মক্ চংলিবা ঈশৈ, রাগ, তাল, অয়াম্বগী মরম্দা থোইদোক্ হেন্দোক্লা খংহৈরবা ওঝা অমনি।

ওঝা অসি মনিপুরগী খিংবাইজম ওঝা চাওবদা পুংগী মরমদা ওঝা খনখি। হায়রিবা ওঝা অসি পুংগী মরমদা মনিপুরগী মনুংদা খিংবাই চাওবা হায়তুনা মমিং ফাওখিবা ওঝা অমনি। ওঝা শগোলশেম্ অতোয়াইমা সিংহ কাছাড়গী মনুংদা থোইদোক হেনদোক্লা মমিং চংলম্বা ওঝা অমনি। ওঝা অসি ইংশোক্ ১৯৪৭ দা স্বর্গতি ওইখি।

## ওঝা মৈস্নাম কুমারধন সিংহ 'বাদ্যবিশারদ'

ময়াং লৈপাক্কী নট সংকীর্ত্তন্ জগৎতা পুংযৈবদা ফাওখিবা ওঝা কুমারধন সিংহ কাছাড় জিলাগী মনুং লক্ষ্মীপুর খুমন হায়না মফম অতুদা ইং কুমজ। ১১৮৭ খৃষ্টাব্দদা পোকপনি ওঝা অসি নহা ওইরিঙৈদা কাছাড় অমসুং মনিপুরগী ওঝা গুরু কয়াগী মফমদগী (বাদ্যযন্ত্র) য়েংবগী মরম অসিদা মরম শুনা তম্মী। তমশিনখিবা বিদ্যাগী মন্থুংদা মৈতৈ পুং যৈবা খোল যৈবা, ধুলপ য়ৈবা, অসিনচিংবনি। অসিগা লোইননা তাল মখল মখা ময়ামগী পুংলোন অমসুং পুং চলোমগী অঙ্গীক অভিনয় অসিনচিংবসু লম্মী। থোইদোক্না মনিপুরগী মপান লম্দা পুংগী জগৎতা ওঝা অসিগুম্বা অতোংবনি। ওঝা অসি নট, পুং, ইশৈগী মাইবৈদা য়াম্না থরাই য়াওবনা লোৎপা য়াদনা কাছাড, আসাম, ত্রখেন্ লৈপাক, বাংলাদেশ ফাওবদা মসিং য়াম্না চাওনা ফাওখি। মনিপুরেশ্বর স্যার চুরাচান্দসিংহ বাহাদুর কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই, ভক্ত চূড়ামনি শ্রীকুণ্ডসেবা বিনোদ 'গৌড়ভক্তি বসর্নাব" ইবুংঙোনা কাছাড় জিলাগী মনু লালাং হাযবা খুন অতুদা মপাইবুংঙোগী মহাসংকীর্ত্তন কৎপদা মৈতৈ নটকী ওঝা মকোক ওইবশিংন শক শোনখি। হায়রিবা মহাসংকীর্ত্তন অসিদা ওঝা মৈস্নাম্ কুমারধন সিংহনা পুং থোনখি। ওঝা অসিগী থৌগনদা পেন্‌খিহুনা শ্রীযুৎ মহারাজগী

খুৎমক্কা মন্না মথুম খামেন্ চৎপা ফৈজোম, মনাগী লাইয়েন খুজি, খ্বাংয়েৎ পালা কৈজোমনচিংবা থিন্‌দোক্‌পিখি।

অসিগী মতুংদা মৈতৈ লৈপাক মনিপুরদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না ওঝা অসিবু নিমন্ত্রন তৌবিরকুনা পরিষদকী ৩২ শুবা অধিবেশন তাং ১০/৩/৬৮ ইংদা কাছাড়গী অথোইবা ওঝা অমা ওইনা শরুক য়াক্লই। অধিবেশন্ অসিদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না ওঝা কুমারধনসিংহবু ময়াং লৈপাক্কী নট সংকীর্ত্তনদা (মনিপুরী বাদ্য) পুংগী কলা অসি চাওখৎনবা হোৎনবগীদমক্তা অথোইবা ওঝা অমনি হায়না শক্ খঙবিদুনা "বাদ্যবিশারদ" হায়বা উপাধি অসি লৈতেং-নিদুনা ওঝা অসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপিরকখি।

ময়াং লৈপাক্কী সংকীর্ত্তন সংসারদা মশক নাইবা কীর্ত্তন খুদিংদা ওঝা অসিনা পুং থোনদবা য়াওখিদে। তখেন লৈপাক্ অমসুং বাংলাদেশ ফাওবদা লৈরিবা মনিপুরী সমাজগী মনুংদা ওঝা অসিনা কোইনা চতুনা নাম শোল্লম্মী। মতুংদা অমুককা হন্না 'মনিপুর সাহিত্য পরিষদ'গী ৩৩ শুবা কনফারেন্স ইম্ফালদা ফম্বা মতমদা ওঝা অসিবু য়াওরিনবা 'পরিষদ'না নিমন্ত্রন কৎলকখি। 'পরিষদ'গী কনফারেন্স য়াওরুবগী মতুং মতম খরা লৈরম্লগা সন ১৯৭০ ইংদা মশাগী চহি ৮৩ শুবদা ওঝা কুমারধন সিংহ মহা নট সংকীর্ত্তন্ জগৎতগী পুন্সিগী অরোইবা বিদায় লৌদুনা লাইরমলেন্দা তিনখি। হৌজিক ওঝা অসি লৈখিদ্রবসু মনিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায় অমসুং নট সংকীর্ত্তন্ সংসারদা ওঝা অসিগী তৌবিমশিংদি মুৎপা য়াদনা লৈগৌবি।

●

# ওঝা ৺লৈচোম্বম্ কোইরেং সিংহ

মৈতৈ লৈপাক্কী ইকাই খুম্মনদা মত্রিক চাবা ওঝা ৺ লৈচোম্বম কোইরেং সিংহ ইংশোক ১৮ ৭ ইংদা ইম্ফাল শহরগী থা মৈবন যুম্মাম লৈকাইদ পোকখি। ওঝা অসি মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন পুংগী মাইকৈদা যাম্না খঙহৈরবা সমাজনা শক খঙনরবা মীশক অমনি। ওঝা কোইরেং সিংহ অঙাং ওইরিঙৈ মশাগী চহি ~ গুরুবকপদগী পুং যৈবগী বিদ্যা অসি শম্না তৌখি হস্ব খিবা ওঝা হরুশি দি ওঝা কোন্সম নোংগাই সিংহ, ওঝা লৈচোম্বম নিথৌসিংহ, ওঝা বাখেম চাইথাসিংহ অহুম অসিদগী বিদ্যা মপুং ফানা লমশিংখি।

অসিগী মতুংদা ওঝা অসি পাখং মপুং ফাবরবা মংমদা স্না কোম্নগী থৌগল কাবস্থ তৌখি। চহি মংম শান শ্রীগোবিন্দগী থৌগল লৌবকপা ফবমদগী স্না বোন্নংগী পালা লোইশংগী পালাহনগী "হঙ্কন" হায়বা অমস্থ মনিপুরগী পুং, ইশৈগী জগৎও খ্যাইদগী য়াংবা থাক্কী যমলোন অহু শ্রীযুৎ মহারাজনা হিনদোক্পিবম্মী। মথংদা "জয়পত্র" নচিংবস্থ পিনর্নিখি। মনিপুরী সঙ্গীত থোইদোক্না পুং, ইশৈগী জগৎপু মপুং ফানা চাংখৎনবা হোৎনবদা অর্বাবা কষ্টা খাংজুনা শক যাশিখিবা ওঝা অমনি। হীরম অসিদা থবায় যাংনা থিজিন খোৎচিনবিনা অসি উন্নিবক্তুনা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না ওঝা অসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপিখি।

ওঝা অসিনা মনিপুরগী নট সংকীর্তনগী পুংগী মথমদা অল্লাই যাওবা অমদি খঙহৈবা অসিদা মতিক্ চাববা ওঝা অমনি হাযবসি ভারত সরকারনা থ বিরকুনা শ্রী ওঝা বোইরেং সিংহবু সন ১৯৭৩ ই.দা "সঙ্গীত নাটক একাডেমী" এৱাড পিনবিখুন, ইকাই খুমনিখি। মতাং অসিদা ওঝা অসিনা যাম্না থুপ্না অমদি শমজহৌববা "রাস পরে" হাযবা পুংলোন অসি পুথোকখিবনী। ওঝা অসি জওরাহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফালদা ভিজিটিং গুরু অমা ওইনা পোষ্ট গ্রেজুযেট ক্লাশকী ওঝাসু ওইখি। ওঝা অসিনা চিংলিঙৈ মতমদা মহাক্, হৈহৌবিবা পুংগী বিদ্যা মযাম অমদি পুংলোনশিং মা খিদনবা রাখলম্নু গৌবনী। অসুম্না ওঝা অসিনা খংহৌবা পুংলোন অমদি সংকীর্তনগী মরম পুম্নমক অসি সেবক্ অচাম্বা শোগাইজম শ্রীথানিনসিংহদা তাকপি তম্বীখুনা শিন্নবিরমগা মশাগী চহি ৮৪ শুরকপদা ইংশোক ১৩৭৮ গী জন্মরাবী তাং ১৭ অমসুং রাকচাং থাগী ৯ (মাপন্নী) পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী নুংথিল পুং ৪ রোম তাবা মতমদা লাইরমলেন্দা তিনখি। ●

# ওঝা থোঙাম্ ৺থোইরেন সিংহ

পুংগী জগৎতা ময়াঙ লৈপাক্তা ফাওরম্বা ওঝা থোঙাম্ ৺থোইরেনসিংহ ওঝা অসি কাছাড় জি.াগী অরাং নোংপোক্ ভগথৈদা মৈথৈনা হাবা লমদম জয়পুর হায়বা খুন্ অমুদা পোকপনি। মহা ৎক্টরিঙৈদা ওঝা অহিংনা ময়াঙ লৈপাক্কী মশক নাইবা ওঝা গুরু কয়াগী মফম্দগী পুংগী বিদ্যা অসিদা মপু ফানা তম্শিনখিরম্মী। মশাগী চহি ২৫ গুরক্পদগী লৈপাক্ কোইনা পুংযৈবা তৌরকই। ওঝা অসিগী পুংয়েদি অচ্ছ্ব পরিচ. লৈবনী, থুং মাগ্ন শেংবা মস্থু মেন্ মপু যৈবদা ওঝা অসিংম্বা ময়াঙ লৈপ ওা অনা বনী, কাছাড়গী অফাওবা। ওঝা মৈস্নাম নুম.বধনসিংহ ওঝা অসিগী লম্বনী।

ওঝা থোইরেন সিংহদগী চহি ... রোমগী মমাংদা মশাগী চহি ৭৫ দা থাইরংচেংদা হিনগ্রনস্থ ওঝা অনিগী পুংগী খুদোল্দি মৈতৈ সংকীর্তনগী ইতিহাসতা মুৎপা যাদনা লৈগনি, ওঝা অসিগী আত্মা শান্তিগী তমক্ শ্রীগোবিন্দগী চরণদা মচা মনাই ওইবা ঐথোয়না থৌনিজরি।

# ওঝা নিংথৌজম মধুমঙ্গল সিংহ 'বাদ্য ভূষন'

ওঝা নিংথৌজম্ মধুমঙ্গলসিংহ ১৮৯৮ ইংগী কেক্রুগাবী তাবিক্ ১৩ দা য়াইস্কুল সৌগাইজম্ মমাংলৈকাই ইম্ফালদা পোক্ই। ওঝা অসিবু পোক্পা পাম্থোগী মিংনা শ্রীনিংথৌজম গোকুল সিংহ মসু অপোক্পীগী মিংনা অকোইজম নিঙোল ইবেমচাওবী দেবী কৌই। ওঝা অসি যাম্না পিক্লিঙৈ থা অনিমথাইদা ঙাইরিঙৈদা জন্ম মাতা ইবেম চাওবী দেবী স্বর্গগামী ওইখি অমসুং মমাবু পোক্পা মবুধৌ শ্রীঅকোইজম কৃষ্ণগোপাল সিংহনা পুবক্লুনা চাওহনবা নাওকোনখি। মমানা লৈখি দন্দা মমাগী পোক্মিন্নবা মাম্মা অকোইজম ইবুঙো চাওবা সিংহনা লৈনাপোক্পা কৈকংবগী মচানুপী গোস্বামীমচাবু লুহোংলদুনা লৌই মসুং মচা পোক্লবদগী ওঝা মধুমঙ্গল অসি মচা শরুক্না পুবক্লুনা চাওহনা মাতুং ইন্দা লৈখি। চহি মঙাদগী মতৌ মশাং ওম্বা হৌই। অহান্নদা সাপম্ লৈরক্তা লৈরম্বা ওঝা থুরাইজম হলধরসিংহদা নিত্যাচার মসুং বলদেব তীর্থ যাত্রা নচিংবা তম্মী। মতুংদা লোরা কৈথেলগী ২ নং স্কুলদা তম্খি, অমসুং মশাগী চহি ১১ শুরকপদগী শ্রীযুক্ত পৌক্রাকপম্ ওঝা নিংথৌসিংহদা পুং শম্বা হৌখি ওঝা অসিগী কৃপাদগী খুনাক্ ইশৈ নচিংদদা ওঝাগী তুংইন্দুনা থৌগল তৌবা হ জবক্খি মতুং থারক্পদা ওঝা নিংথৌসিংহনা তেরা কৈথেল লোরম্ লৈকাইদা লৈরম্বা ওঝা

মীংথাইজম চাওবাসিংহদা শিন্নবিদুনা পুগী বিদ্যাদা 'মমুদ' নাম তম খিবন্মী। পুং মকোক্ চতুর্ণী গৌবলীলাদা যৈজবা হৌবকই, মথংদা শাপম্ লৈবক্কী মোইবা থেম ওঝা পাংসিংহ, ওঝা রাথম্ জন্মসিংহ, ওঝা খাজম শলসিংহ ওঝাশিং মথংশিংনা ওম্জবকখি ১স্নং মবক্ অহাংবী যেংদুনা ঈশৈস্সু যুন্নীম ওঝা নাতুনসিংহদা মথংশিংনা নিতি লীলা, নিতি বাসক্, নৈমিত্তিক বাসর, দুর্জ্জয় মান্নচিবা মথং শিংনা শজবকই। অচাং ওইনা ঝুলন নিপামচা পালা, খুবাক ঈশৈ নচিবদা পু হৈজন্দগী স্যাব চূড়াচান্দ মহাবাজনা চাম্নখি। হোনীগী মাপালাদা খঞ্জুবি ১স্নং পঙ্কজ, যৈবা তমহনখি। বামন লৈকাইগী ওঝা ঠাকুব কাহ্নায শর্ম্মাদা শিন্নবিদুনা পুনচিবা তমহনখি অমস্নং মযাঙ্গ ইবুংঙো হৈনৌ মণোঙ তাবগী মচা খোমদোন স্না ইলেম্মাগীদা খুবাক্ ঈশৈ পুংযৈবা তইখিবন্মী। পুদ নত্তনা ঈশৈ, জগোই বাস নচিবস্নু তমখি ১স্নং জগোযগী ওঝানা শ্রীযুক্ত ফুবাইনাংপম গৌবচন্দ্র শর্ম্মাদা তম্মী। ওঝা মধুমঙ্গলসিংহ মশাগী চতি ২৫ শুবক্-পদা ত্রিপুবা ১স্নু দক্ষিন শ্রীহট্ট জিলা, জিলা অসি তুনা পু, ঈশৈ, জগোই নচিবা সন্দোকউই অমস্নং দক্ষিন শ্রীহট্টনা পুনা মপু ওইনা চংশি ১স্নু ত্রিপুবা, বিষ্ণগাঁও নচিবা মফম কযাদনা জগোই বাস মহাবাস বসন্তবাস, নর্তবাস, দিবাবাস ১স্নং গৌবলীলা বাখাললীলা কযামক্সি সন্দোক্উই। মতু শাবক্পদা ওঝা অসি পোম্বেদা শ্রীহখেনচংবম বাস বিহাব শর্ম্মানা পুদুনা "পরিমল একাদেমী" গী মেম্বব অমা ওইনা হৌজিক্ ফাওবা লৈবি। অবেপ্পা লৈজদে ওঝা অসি হৌজিক পুংগী মবমদা নটপালাগী তাল ৭৫ বাগ ৩০ ১স্নং বাগ অচৌবা মচা সঞ্চাব ৩০/৪০ তিন্তাল ৩০ মুক্ বাজমেন ৪০/৫০ চৌষট্টি বাজমেন্ তানচপ ৪০/৫০ মেনকুপ ৪০/৫০ নচিংবা অসি তাল মাত্রা খাইনা ইবা তোংনবি। ঝালগী ধপ্ পালাগী শৈশক্ ১০ মুক্কী ইবা লোইদুনা হৌজিক্ ঈশৈগী মবমদা নিত্তিলীলা, মথক

কয়া, বাসকী মরমদা মখল্ কয়া নৈমিত্তক্ বাসক্ খণ্ডিতা মুর্চ্ছা মানগী প্রেং, বেশ ১২ নচিংবা অতৈসু কয়া ইরি, বৃন্দাবন্ লীলা মথুরা ১সুং কুরুক্ষেত্র মিলন্ নচিংবসু ইরি, হাইরিবশিং অসি য়াম্না ক্রোম্মং শ্রীগোবিন্দগী পালা নহাগী 'হঞ্জবা' ওইচুনা নৈজচুনা শ্রীগোবিন্দগী থোংগানস্থ তৌজবা মতুং অসিদা ওঝা মধুমঙ্গল্ সিংহনা ইজথিবা ঙাক্তনি।

# ওঝা খ্বাইরাক্‌পম্ ইবোমচা সিংহ

মৈতৈ লৈপাক্কী পুং য়ৈবদা ফাওখিবা ওঝা ইবোম্‌চা সিংহ মার্চ্চকী তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ ১৯০১ ইংদা তাইবংদা খোংদারক্‌খি। ওঝাবু পোক্‌পা পম্হৌগী মিংনা শ্রী খ্বাইরাক্‌পম্ চাঁওবা সিংহ ১স্নুং অপোক্‌পীনা শ্রীমতী খোম্বী দেবী কৌই। ওঝা ইবোমচা সিংহ য়াম্না নহা ওইনা পুংগী জগৎতা ফাওখিরম্মী। কাছাড়, ত্রিপুরা. কলিকাতা, দিল্লী অমস্নুং আসাম্‌গী মফম্ অয়াম্বদা চৎতুনা পুং চোলোমগী শো উৎলুই। ওঝা অসিগী চোলোম্ শো অডু উবদা মপাল লমগী মশক্ নাইবা মীওই কয়ানা সার্টিফিকেট অমদি মেডেল্‌নচিংবা খুদোন্ কয়া পিনবিরক্‌খী। অসিতস্নু নত্তনা কাছাড়, ত্রিপুরানচিংবদা চত্তুনা মৈতৈ সমাজগী মনুংদা কীর্ত্তন্‌নচিংবা কয়াদা পুং য়ৈত্নুনা নাম্ সোন্‌লুই অমস্নুং শ্রীগোবিন্দজীউগী স্না পালা অমদি বৃন্দাবন চন্দ্রগী পালাগী 'হঞ্জবা' ফম্ কাত্নুনা থৌগনস্নু ফংজখি। ওঝা অসি মনিপুর Dance College গীস্নু মেম্বর অমা ওইরম্মী। অসি পুন্নমক্কী মথক্তা "ললিত কলাভবন'গী প্রেসিডেন্ট ১স্নুং সেক্রেটারিনা ওঝা অসিবু পুং চোলোম্‌গী মরম্‌দা অহান্না 'গুরু' অমনি হায়না শিংথাবিরক্‌খিরম্মী। অসিগা লোইননা 'হঞ্জবা' মিংথোন্ ফংখি। লৈখিদ্রবা গুরু অসিনা ইংশোক্ ১৯৫১ দা

কলিকাতাগী 'নিউ এম্পিয়াব' হোলদা মহাক্কী সেবক্ মচা কয়াগা লোইনদুনা পুংগী জগোই (চোলোম) পাংথোক্খি। থৌবম অদু ঙসি ফাওবদা কলিকাতাগী সঙ্গীত সমাজনা শিংথানবি ১সুং কাউনদ্রি।

ওঝা অসি ঙসি স্বর্গতি ওইখ্রবসু ওঝাগী কাঁ ত্তু মিংচৎতি সঙ্গীত কলাগী সংসাবদা মুৎপা য়াদনা লৈহৌরি। ●

# গুরু লাইশ্রম্ ইবুংঙোহল অপাবী সিংহ
# "বাদ্য বিশারদ"

মনিপুরগী পুংগী জগৎতা লৈপাক্না শকখংনরবা গুরু লাইশ্রম ইবুংঙোহল অপাবী সিংহ নভেম্বর থা ইংশোক্ ১৯০০ পোইন্নুগী পূর্নিমা মতুং নোংমা কোম্বা থাংজ মুমিংতা ইম্ফাল শহরগী মনুংদা লৈবা উরিপোক্ নাওরেম-থোং লাইশ্রম লৈকায়দা পোকখি। গুরুবু পোকপা শ্রী লাইশ্রম্ গৌরাং সিংহ (মমা মীয়েং নিংথৌগী শঙ্কাই শংবা) মশক্ নাইবা নিপা অমা ওইবম্মী। গুরুবু পোকপি শ্রী মতি রাজকুমারী তোমুম্না দেবী (নরসিংহ মহারাজগী মচুন্নুপীনি) মশাগী চহি ৪০ শুরবপা মতমদা গুরুবু পোকখি।

অঙাং ওইবিবৈদগী তৌনা পুং ঈশৈদা থরায় য়াম্না যাওনা হৌবকই। চহি মঙা তরুক্ শুবক্পদা জগোই বাসকী কৃষ্ণ শাই। মথং মথং ওইনা ময়াম্না মহাক্পু বাসকী কৃষ্ণ শানবা কৌবিতুনা মাগী পুন্সিদা মনিবক কৃষ্ণ শাখি। মশাগী চহি ৭ শুরকপা মতমদা বিদ্যা পুং তম্বা হৌখি। পুন্সিগী অহানবা ওইনা পুংগী বিদ্যা অসি ওঝা লাইশ্রম্ চাওতোন সিংহদগী পুং তম্বা হৌখি।

মশাগী চহি ১২ শুরক্পা মতমদা গুরুগী অপোক্পা লৈখিদ্রে। অপোকপা লৈখিদ্রবা তুংদদি গুরুগী পুন্সি অরাবা কয়া নখি। মীগী মমুমদা অযুককী পু ? দগী মুংথিলগী পুং ৪ ফাওবা থবক্ শুতুনা শেল তানলগা ইমুং মনুংগী চান থক্কবা হোৎনরম্মী। মমা মপানা মতোমতা পোকপনা গুরুনা কনাদগীসু মতেং ফংলমদে। মুংথিলগী

পুং ৫ দগীনা ‍ঝুমিদাংগী পুং ৮ ফাওবা ওঝাগী মখুমদা পুং তম্লম্মী। অসিগুম্বা খুদোং চাদবা কয়া অসিনা মরম ওইদুনা গুরুগী বিদ্যা তম্বদা অকায়বা কয়া থোকখিদবা নত্তে। শেংনবা ফিরোল অমদি পুংনচিংবা লৈবা উম্খিদে। ওঝা অমদি মকপ মপাংশিংনা খুংশিবীদুনা মাঙোন্দা মতেং খর খর পিবীদুনা বিদ্যা তম্বদি লেপখিদে। মশাগী চহি ২৬ গুরকপা অতুরাইদা মাগী ওঝা চাংতোন্না পুংনচিংবা লৈবিদুনা মাগী বিদ্যাগী মরমদা অনেক্না চিনোং অল্লা ক্লাপ্পীখি। মথ দা ঈশ্বরগী কৃপাদগী ওঝাগী থৌগল্ ওইনা সংকীর্তন কয়া চৎপা ফংজখি।

মমা চৈদসু চুড়াচাঁন্দ মহারাজগী মা হাকৃতত্তসু মহারানীগী পালা কয়াদ অমদি মহারানীনা কৎপা জগোই খুদিংদসু শ্রীযুক্ত মাইস্নাম্ গুরু অমুবীসিংহগা লোয়ননা জগোই পুং যৈমিন্নরকই। অসুম্না মন্ডপ কয়া চৌপ্রদা মতুংদা গুরুবু লৈপাক্লা শকুখংঅরবা মীশক অমা ওইরক্খি।

শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী মা হাত্তত্তসু বোমুংগী মা পালাগী পুংযৈবা 'হজ্জবা' ওইদুনা শ্রী গোবিন্দগী সেবা ফংজরম্মী। মথংদা মনিপুর এড্মিনিষ্ট্রেসন্না খন্বীদুনা মনিপুরগী মীহুৎ ওইনা পুংগী শো উৎনবা I cll ১ দা ইংশোক্ ১৯৫৭ গী 'রিপাব্লিক ডে'দা চৎলুই। মতুদা Central government না গুরুবু ইকাই খুম্নবা ওইনা Silver Medel অমদি gold Medel মনা কয়া পিনবিবকখি। মসিদসু নত্তনা অতোপ্পা মফম কয়াদসু (কাছাড়, ত্রিপুরা, হোজাই)দা বাউন ফংদুনা পুংযৈবা কয়াসু চৎলুই। পুংগী ওঝা অমা ওইনসু যুমদা ছাত্র কয়া পুং তম্বীরম্মী। ইংশোক ১৯৬০ দা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "বাদ্য বিশারদ" হায়বা উপাধি অসি পিবিখি। ইংশোক ১৯৬৫ দা পুংকোন "মহাধুমেন" অমদি ১৯৬৮ ইংদা 'শ্রী চৈতন্য সনাতন উন্নবা" (সনাতন শঙ্গ) হায়বা লাইরিক্শিং অসি ফোংদুনা তুংদা হৌরক্লিবা কলাসিংবু পামজবা ইচিন-ইমাচশিংগী মতেং ওইননবা থম্বীরম্মী।

হৌজিক হৌজিকমকসু মনিপুর গোভর্নমেন্টকী জবাহরলাল নেহরু মনিপুরী ডান্স একাদেমীগী ওঝা ওইনা লৈরি।

# ওঝা খোগেন্দ্রাম দেব সিংহ

লৈবাক্কী মনাই ওইতুনা লৈরিবা কাছাড়গী ওঝাশিংগী মনুংদা ইচা খোগেন্দ্রাম লৈকাইগী দেবসিংহ থাইনা শিংথানদবা য়াদ্রবা ওঝা অমনি।

ওঝা অসি শকাব্দ ১৮৩৭ গী রাকচিং থাদা আসাম লৈপাক্কী মনুং চনবা কাছাড় জিলাগী ইচা হায়বা খুন্ অদুদা পোকপনি। অপোকপগী মিংনা শ্রী বল্লভ সিংহ অমসুং অপোকপিগী মিংনা শ্রী মতি অঙাংবেমা কৌই। লাইরিক লাইগুদা থরাই যাওনরমদবা মরম্না ওঝা অসি খুলক্কী স্কুলদা লাইরিক ইবা পাবা থরা থরা ওন্বা ফাওব তমক তমখৌরি। লাইরিক তম্লিবৈদা লাইরিক্লোম্দা ওঝা অসি মায় কয়া ওনশিন্দে পুংলোমদা থরাম্ন য়াম্না য়াওরম্মী। অদুনা কবিগুরুদা পুং য়েবা ওঝাশিংনা পুংয়েবা উরগা পুং অদুদা মুন্থিদুনা চাওনি থক্কনি ফাওবা কাউথোক্তুনা মুঙাইনা নৈথোকপা ওন্মী। অদুগা মহাকসু অসিগুম্না অমুত্তং য়েজববদি ওাযনা রাখন অসি মতম পুন্নমক্তা থনখি। পুক্রিনা পাম্বা পোংশক অমা ওইথিবনা ওঝাশিনা য়েথ্রিবা পুংলোন অমদি পুং চোলোম্শিংদু থংবদা থোইদোক্লা। রাকদে, য়াম্না থুনা থংজিনবা ওমখি। অদুনা লাইবিক তম্বা তোব্লগা চহি ১৪'১৫ ওবা মতমদা মথুনগী পুংয়েবা ওঝা রাজেংবম্ শ্রীযুক্ত গোলামজাত সিংহদা ওঝা

বরিশ্তুনা পুং ওস্থা হৌখি। অতুগী মথদা মথংশিংনা কাছাড় ভরাপুরগী ওঝা হাংবেরম্ মদনবাবু, লক্ষীপুরগী মৈস্নাম ওঝা কুমারধন সিংহ, মথংদা মনিপুরগী পুংগী জগত্তা ফাওখিবা ওঝা, লৈশাংথেম তোম্বা, থাংজম্ লৈকাই ইম্ফাল অসিনচিংবা ওঝা গুরুশিংগী মফমদা তম্লম্মী। অতুদগী ওঝাশিংগী থৌজান্দগী খ্বাইনা শক্ থংবিবা হৌবকৃথি অমস্তুং খরা থবা যৈজবকৃপা হৌখি। পনওবাপুরদা লৈবাক্না চানশিন্তুনা মাওপ তোংবগী শৈফম অমদা ওঝা দেবসিঙ্গনা পুং শোম্লম্ ফংখি। মতুদা লৈবাক্না পেন্‌খিতুনা ওঝা অসিদা মেডেল অমা মন ওইনা থাগিখি।

মথংদা শিলচরগী "কলচরেল ফাংসন" অমদা মযাম্না মেডেল অমগা থাবিবকৃথি। অস্তুম্না খ্বাইনা চানশিন্তুনা মথম মফম্ থুদিংদা পুং যৈরকৃপদগী ইকোন কোননদা অমুক্না শৈফম্ অমদা নিংথেম মচাশিনা "স্না খুজি" অমা মনা ওইনা পিনবকৃখি। অতুব লৈবাক্কী শক্‌যেং মীংশেল ওইতুনা লৈবিবা ওঝা অসিগী পুন্সিদা খুদো থিবা চৈথেং ইফং ফংদে হায়বদি য়াবোই। নোংজু মুংশা মবক্তা অরাবা কোঙ্গায থাংতুনা পুং হমজরকৃপনি। সংসারগী লান অসিদা কনখিবনা ওঝা অসিনা অয়াম্বদা কৈথেল কাতুনা লালওম্ পজেং ফিবাল থেংনবা হোৎনখি। অরাবা পুম্নমক্ অসিবু খোংগাওনবদুন ওঝা অমি মিত্তা প্যুংতবু উতুনা লৈখিনা মবম্না ওসি খ্বাইগী পোৎগল ওঝা শিনা ফংজবি অতুগা লৈবাক্কস্তু ওঝা অসিবু ফীবাল মমায ওইনবি। হৌজিক ওঝা অসি আসাম মনিপুরী কলা একাদেমীগী সিনিযর ফেলো ওইনা লৈগিবি অমস্তু লৈপাক্ ঝোইনা নাম শোয়া চৎলি।

১ ১৩ ইংশোক্কা জুনগী তা, ২৮ নিথৌকাবা কুমিংডা লামারগ্রাম থৌবা কাছাড়গী লৌমী খুনজ, অমদা খুমুকচম শাগৈদা ওঝা কামিনী-বাবু পোকখি। মহাকপু পোকপা পল্তৌগী মীনা শ্রী কমল সিংহ অসুং অপোকপী পলেমগী মিনা মাইতোন দেবী কৌই। নিপাদা মতোমতা পোকপদগী মহাক্কী অঙাং ওইবিডৈ মতমগী পুন্সি পলেম পখৌ অনিমক্কী কুশি চৈবাক ঙংদা লেনখি। লাইবিক লাইগু থাক অরানা থৌনা তমহৌদ্রবসু মাগী পুন্সিবু লেনবা যানবা মহৈদি তমজখি। অঙাং ওইবিডৈদগী পুং-ঈশৈদা থরাই যাওবা উংদা মপাবুংনা খুনজাগী ওঝা অমদা পু তমহনখি। কাছাড় অমসুং মনিপুরগী অফাও অযাংবা ওঝাশিং কযাগী মফমদসু মৃদঙ্গ কলাগী শক্তমক বাকোন পথাপদা লোযননা ওমজ হেজখি।

গুরুশিংনা শাকপি তিকপিখিবা মৃদঙ্গ কলাবু মহাক্কী পুক্নিংদা অনৌ অনৌবা ঈহন, মবন্নাইগী ওইনা নহা ওইবিডৈ পুন্সিদগী হেন থোযবকলবনি। চম্না পু যৈবদা মী চৎ লৈখিবতা নক্তনা ঈশৈগী মবিদসু বাস জগোই, খুবাক ঈশৈ অমসুং নট কীর্তনগী মাইগৈদসু মীং চৎপা ওঝা অমা ওইবমই কাছাড় খুনজ লৈচাদা লৈখিবা কীর্তন কলাগী বনব থাক রানা লৌবিবিবা অথক অহৈবিংগী থম্মোয়দ ইথৌ লাখিবা থোম্নোকপগী ওঝা শ্রী বামিনাথব সিংহন মাগী অমি শামলুবগা মৃদঙ্গ কলা। অমুক হন্না মৈতৈ লমাজগী থম্মোয়দা কমথৈ থৌনা কুডাইবগী ইপক নৌনা হৌহনখি।

ওঝা কামিনী বাবুগী অহোযশা শিল্পা অমা ওইগনা পুন্সি ইচেলবু মৈতৈ ঐথোয়গী মফমদগা ইকাগিবা শক্তি ভাবতা অতোপ অতোপ্পা জাতিশিংনসু পুং যৈবগী পুন্সি কুথৈবু মশক মুন্না খংজখি। বাঙ্গালী জাতিগী যুরুপ কযাগী মফমদসু মনিপুরী সংকীর্তনগী শকতম অসি পথাপকা লোযননা পুগিথীরখ্রা। সঙ্গীত হবাও মীতিন কযা কযাদসু শকক লৌনিখি। ১৯৬৭ ইংশোকর্ক আগস্ট তাং ১৬ দা ভারত নিংতম্বগী সঙ্গীত হবাও মীতিন অমদা কাছাড় কেশবা

শ্রীসনৎ কুমার দাস অমসুং সতীন্দ্র মোহন দেবকী আমন্ত্রণ মতুং ইন্না শরুক য়াজখি। ১৯৫০ ইংশোককী প্রজাতন্ত্র দিবসতা শিলচর গান্ধী-বাগতা উংখিবা মনিপুরী কীর্তনগী কুম্মৈদা ওঝা কামিনী বাবু সিংহগী পুংগী চলোমনা মপান নাইদনা তিনথবা মীতিল অহুগী মীপুম পুম্মককী থম্মোয়দা হৌরাও নুঙাইবগী ইথক হৌহনখি। মখল মখাগী মনা, খুদোল পোৎনা মহাকপু ইকায় খুম্নখি। ১৯৫৩ ইংশোককী জানুয়ারীগী তাং ১৬ দা ভারতীয় গননাট্য সংঘনা থৌরাংদুনা 'অখিল ভারত সংগীত প্রতিযোগীতা' কলিকতাদা ওইখিবা অনুষ্ঠানদসু নিমন্ত্রণ ফংদুনা শরুক য়াজখি। ১৯৬৭ ইংশোককী অক্টোবরদা শিলচরদা পাংথোক-খিবা 'অখিল অসম সঙ্গীত নাটক প্রতিযোগীতা' থৌরম অসিগী নিমন্ত্রন ফংবিদুনা শরুক য়াজখি। মতম অহুগী শিক্ষামন্ত্রী জয়ভদ্র হাজেরনা মহাককী মৃদঙ্গ নৃত্য উবদা অচৌবা শিল্পী অমগী মতৌদা থাংগৎপিখি অমসু থাগৎ চেন্নককা লোয়ননা অয়াম্বা মনা সপেলনসু ইকায় খুম্নখি। কাছাড়, ত্রিপুরা, বাংলাদেশ, তেখাও লৈপাক্তা লৈবা মৃদঙ্গ প্রেমিক ছাত্র মচা কয়া কয়ানা গুরু গৃহদা লৈদুনা মপুং ফানা মহৈ তমজখি অমসুং গুরুগী মঙ্গলবু মায়কৈ শিন থুংনা শন্দোকখি।

এখোয় মৈতৈ সমাজগী ওইনা অঙম অথৌ কয়া কয়ানা খামেন চৎপা অমসুং সনাখুজিনাচংবা মনা সথেংনা শিল্পী মহাক্কী পুন্সিবু ইকায় খুম্নখি। ওঝা শ্রী কামিনী বাবু সিংহনা মনিপুরী সমাজগী কীর্তনবু বয়ামুক মতিক পুক্লিং লুপ্পা থৌগৎ বিখিবগে হায়রবগী খুদম মহাক্কী পুন্সিগী বিদ্যায কুম্মৈ অসিনা থংনখি। ১৯৮০ ইংশোক্কী লমদাগী চনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎমা কাছাড়গী শিঙ্গোয কৌবা খুনজা অমগী শ্রীহরি মন্দির ময়ায়দা কৎখিবা হরি সংকীর্তনগী মনুংদা শিন কাল্লগী অকুংবা পাল্লকতা শিল্লীগী পুন্সি থৌরমদগী বিদ্যায় লৌখি।

হৌখিবা ১৯৮০ ইংশোককী মার্চকী তাং ২৫ রামনবমী লৈবাক-পোকপা নুমিৎত কাছাড় মনিপুরী সমাজকী পুক্নিংদা কায়না মৈচাক শিবি-রম্লগা হরি ধ্বনিগী ইনিল্লগ লোয়ননা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি ●

# ওঝা গাগুম সিংহ

ওঝা গাগুমসিংহ মপোককী কোলোয় মিংদি ( অরাম্বম ইবোচাসিংহ ) কৌই। অহুবু লৈপাক্লদি গাগুম হায়না শক্খঙনখি। ওঝা অসি কাছাড় জিলাগী লক্ষীপুর থানা-না কোম্বা লমদম্ সিঙ্গেরবন্দ হায়বা খুন্ অতুদা পোকপনি। অপোকপগী মিংনা অরাম্বম্ চন্দ্রবদন সিংহ কৌই, অপোক্পিগী মিংনা খেমাময়ুম্ নিঙোল্ শ্রীমণী তোম্বী দেবী কৌই। ওঝা অসিনা বিদ্যা তমখৎলক্পদি মখুনগী মমিং চৎলবা ওঝা লাইরেনলাকপম্ অঙৌপাম্বা সিংহগী মফমদগী পুংগী বিদ্যাদা মপুং ফানা তমশিনখি। ওঝা অসি মনিপুরদা চৎতুনা ওঝাশিং কয়াগী থৌগনসু ফংজরুই। কাছাড় লৈপাক্তা নগারোল য়াইহোনবা ওঝাশিংগী মনুংদা ওঝা অসি মমিং ফাওখিবা ওঝা অমনি। রাজমেন য়েংবদা ওঝা অসি খ্বাইনা তানঙমদ্রবা মাগী তোপ তোপ্পা গুন অমা লৈখি। কাছাড়গী ডলুগাঁও কীর্তন অমুরা মনুংগী কীর্তনদা ওঝা অসিন পুংগী থৌগন্ তৌখি। ১৯৫৫ ইংদা গৌহাটীদা পাংথোকখিবা "ভারতীয় গন নাট্য শঙ্ঘ"গী অধিবেশনদা ওঝা অসিনা নৃত্য গুরু কামিনী সিংহগী পাটিগা লোইনদুনা Cultural programme উংলুই, ওঝা অসিগী পুং চোলোম উবদা ভারতকী মফম অয়াম্বদগী লাক্লিবা কালাকার পুম্নমক্না অঙকপা ফংনা ওঝা অসিবু থাগৎনখি।

ওঝা অসি মশাগী চহি ৫০ মুককী অদোরাইদ T B অনাবা তৌদুনা মমা সঙ্গীত কালাগী মফমদগী পুন্সিগী অরোইবা বিদ্যায় লৌখি। ●

# শ্রী মুতুম নিংথৌজাউ সিংহ

শ্রীমুতুম নিংথৌজাউ সিংহ ইং কুমজা ১৯২১ গী এপ্রিল থাদা কাছাড়গী লিঙ্গেরবন্দদা পোকই। অপোকপগী মীং ৺মুতুম অঙাংতোন অমসুং অপোকপীনা ৺মুতুম ওংবী কুমারী দেবী কৌই।

শ্রীনিংথৌজাউ সিংহ কাছাড় ( আসাম ) লমদমগী অথন্নবা পুং য়ৈবা ওঝানি। মশাগী চহি ১৮ দগী পুঙগী লমদা মহৈতম্বা হৌরকই অমসুং নহা ওইনা লমদিদা লৈবাককী সেবা তৌদুনা লাকই অমসুং ঙসি ফাউবা চৎথরি। মহৈ অসি মপুং ফানা হৈনবা হোৎনবদা ওঝা গুরু রুযাগী মফমদা চঙজখি। অহানবদা কাছাড়গী অথন্নবা ওঝাসিং মরু ওইনা ৺লৈরেন্দ্রোবম রূপসিংহ ( লিঙ্গেরবন্দ ) ৺মুতুম কোইরেং অমসু ৺নাগময়ুম কামেং ( চান্দপুর ) দগী পুঙ চোলে মসিং তমখি। মতুংদা ইম্ফালদা চহি কয়া চুপ্পা লৈদুনা মনিপুরগী সরুাইবা ওঝাসিং ৺নাওরেম ধ্বজ ( চিঙামখা ), শ্রীশাবাংথেম তোম্বা ( বামোন লৈকায় ), অমদি ৺ওঝা কোইরেং, ৺নিংথেমজাউ, লৈরেনজাউমচিংবা ওঝাসিং অসিগী কৃপাদগী ঙসিদি শ্রী নিংথৌজাউ সিংহ কাছাড়দতা নত্তনা আসামগী তোজাই, ডারিবোন নচিংবা মফম মফমদা পুঙ য়ৈবগী বাক্তন ফংদুনা লৈবাককী সেবা তৌদুনা লাকই। ঙসিসু কাছাড়গী অথন্নবা থৌরমসিং কয়াদা মরুক মরুকনা থৌগল তৌরি।

# ওঝা য়েনজেমম্ চাউরেন সিংহ

ওঝা য়েনজেমম্ চাউরেন সিংহ, খৃঃ কুম ১৯১৫ নভেম্বর তাং ২৭, নৈপাকপোকপা মুমিৎতা কাছাড় জিলাগী সোনাই থানাদা কোন্ব লমদম লামারগ্রাম খুঙ্গংগী মমাংলৈকাইদ য়েনজেমম্ শাগৈদা পোকই। অপোকপা পাম্বৌগী মীংনা য়েনজেমম্ ৺তোলেন সিংহ ১সুং অপোকপী পালেমগী মীংনা শ্রীমতী ৺চাইজোন দেবী কৌই। ওঝা অসি পুগী বিদ্যাদা য়াম্না পামজবা অমসুং হৌজিক্কী মতমদা লৈপাক্কী ওঝাবেন ওইনা লৈবীরি। পাম্বৌগী অমত্তা পোকচবা মচা মুপানি। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক লাইশুদা খোইনা থরায চংলমদে। মরিশুবা ক্লাস ফাওবা-তমক তমগৈই, অপোকপা পাম্বৌনা লাইরিক লাইশুদা থরায চংদবা উবদগী পুংযৈবা তমহন্ব হৌখি। মশাগী চহী ১১ শুবক্তদ পুগী বিদ্যাদা খোং থাংজিন্দুনা কাছাড়গী ওঝা গুরু কযাগী মফমদা চংতূনা চহী ৪৫ রোম চংনা তমশিনখী। মতুংদা মশাগী চহী ১৭ শুবকপ মতমদা মনিপুরদা তোংজৈ মরীন লম্বীদা খোংশান্দুনা মনিপুরগী মমিং চৎলবা ওঝা নৈশাংথেম ৺ভেম্বা সিংহগী মনাওা থুংখিরম্মী। ওঝা অসিনা থরায় হকচাং য়াওনা চাউরেন সিংহবু পুং হম্বীখি। চহী ২ গী মতুংদা পোক্ফম লমদম কাছাড় মাইকৈ পাংলকখি। শ্রাদ্ধ কীর্তন নচীংব শৈফম কয়াদা পুং য়ৈবা হৌখি। কাছাড়, আসাম, ত্রিপুরা নচীংবা

মফম কয়াদা চৎতুনা হরিসংকীর্ত্তনদা পুং য়ৈবা হৌখি। পুং য়ৈবা কোইনা চৎপনা মশাগীদমক্ ওইবা থবক অমা ওইখি, মৈতৈগী কলচারেল প্রোগ্রাম কয়া কয়াদসু পুং চোলোম উৎতুনা লোয়ননা মনা মথুম কয়াসু ফংলকখি।

খৃঃ কুমঃ ১৯৪৪ দা শ্রী মতি মোইনা দেবীগা পুন্সি লৈপুন ওইমিন্নখি। ওঝা চাউরেন সিংহ মচানুপা ২ অমসুং নিঙোল ৪ নি। কাছাড় অমসুং আসামগী মফম কয়াদগী শিয্য কয়া কয়া লাকুনা ওঝাগী শঙ্গায়দা পুংগী বিদ্যা অসি তম্বিরি। হৌজিক, ওঝাগী চহী ৭৭ শুরক্লফাওবা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী পুং য়ৈবগী থুদোল লেপ্পা লৈতনা তৌবিবি ●

## ওঝা লাইশ্রম লক্ষন সিংহ "বাদ্য বিশারদ"
## বাদ্য ভূষন (গোল্ড মেডেলিস)

মনিপুরগী সঙ্গীত জগৎতা (বাদ্য যন্ত্র) যেংগী মরমদা খোইদোক্না শিংথানিংঙাই ওইবনা যাংখিবা ওঝা লাইশ্রম লক্ষনসিংহ ইশোক ১৯১১ দা ইম্ফাল শহরগী মরুং চক্পা কৈশামথোং মিনাম লৈকাইদা পোকখি। অপোক্পা পাম্বোগী মিনা শ্রীলাইশ্রম চাওবা সিংহ কৌই অমসুং অপোক্পা পালেমগী মিনা শ্রীমতি লৈখাম দেবী কৌই। ওঝা অনি অচাং ওইরিবা চহি ৫ শুবকপদা কৈশামথোং এল, পি, স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌই। অহুম্বা ক্লাসদা চংলগা মিলেপ্পু নখুংদা পুং শংওনা ওঙ্গা লে অমসুং সিংলেপ থুগাইবন খানা ওমদভুন মশানা পামজনা পুং অসি তমহনগে হায়দুনা অপোকপা পাম্বোগী মমাংদা থংখিবনি। মশাগী চহি ৭ সুবকপদা খিলাইজম ওঝা পামংদা নিংদা পুং তম্বা হৌরম্মি। চহি ১০ চালকপা মতমদা খুরাক হইশেং, গোবর্ধনলা নচিংবদা পুং যৈবা তমলে, চহি ১২ সুবকপদা জগোই বাস, বাশক, ফানবদা মগান্নবগা পুং ফানবা যৈবা হৌই। অহুম্বা মশাগী চহি ১৮ সুবক্পদা লৈহাও থাবমগী ওঝা বেরলী শর্ম্মাদা পখাজ তমজবা হৌখি। ওঝা নীলমনি শর্ম্মাদগী খোল যৈবসু তম্শিনখি। মথংদা ওঝা মেঙ্গোবদা তবলা যৈনা অমসুং ওঝা তোলতৌসিংহদা জগোইসু তমশিনলি। ওঝা সঙ্গাই, ওঝা কালা, ওঝা ব্রজবিধু, মৈতৈ নৈপাক্কী

অফাওবা ওস্তা গুরু কয়াগী মফমদগী মথল মথল্গী বিদ্যা তমশিন-খিরম্মী। মতম অসিদা পুং, খোল, পখ্বাজ, তবলা, খঞ্জুরি, ধুলোক্ অসিনচিংবা অসি নিংথিনা য়ৈবা ওমখিরম্মী ১স্মুং মশাগী চহি ২৫ বোম স্থুরবপদা সংসারগী হৌনবি গৃহস্থী আশ্রমদা খোংদাবা হৌই। মতম অসি ফাওবা অসিদা নোংমগী ওস্তাশিংগী মফমদগী পুংলোন অমা তম্বদনা লেম্না মযুমদা হনজিনদে ১স্মুং মমানবশিংগা কোয়তুনা অবেম্বদা মতম মাংতম্বা অসি মহাক্না থক তৌখিদে।

ন্যার চুড়াচাঁন্দ মহারাজনা মৈতৈ লৈপাক্তা পুং মথল স্মুনা য়ৈবা ওম্বা অসি কনা লৈবগে হায়দুনা থিরকৃথি ১স্মুং লৈপাক্কী ওস্তাশিং পুম্বা তিন্দুনা খল্লবদা লৈরকখিদ্রবা মতমদা লাইশ্রম মচা লক্ষনসিংহ হায়না নহা অমদি লৈ হায়না ওস্তাশিংনা শ্রীযুৎতা হংগৎখি ১স্মুং নিংথৌনা কোম্নুদা কৌখৎতুনা শকখংবিখি ১স্মুং ইনি থৌগী সনা য়াথং মতুং ইন্না পুংয়ৈবা ওইনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চহি ১ লৈকই। অতুদগী শোরক্পা কলিকাতাগী 'নৃত্য কলা' স্কুলদা ওস্তা ওইতুনা মুক চহি ৬ রোম লৈ, মতম অসিদা কলিকতাগী নিউ এম্পিয়ার হোলদা মৈতৈ পুংগী চোলোম অসি ওস্তা লক্ষনসিংহনা ভারতকী রঙ্গ মঞ্চতা অহান্না ওইনা ইংশোক্ ১৯৩৮ দা উংখি ১স্মুং তৌদোকৃখি। মথংদা 'নাদ মালা' হাইবা তবলা গী যৈব আইটেম্ অমসু মথংগী চহিদা 'নিউ এম্পিয়ার' হোলদা অসিদা উৎলি। অসিগুম্বা অওকপা থৌরমগী কলা মথল অসি উবদা মতম অতুগী "দেশ পেপাব গী এডিটরনা ইণ্ডিয়াদা অমুক্তা উদ্রিবা অনৌবা কলা মথল অমবু পুথোক্তুনা উৎপা ওস্তাদ অমনি হায়না থাগৎপিখি ১স্মুং 'দেশ পেপাব' দা থাগৎ ৱাটৈ কয়ানচিংবসু ফোংদোকৃখি। শ্রীধাম্ নবদ্বীপ্তা মাঘগী ধুলুখেল্দা পু যৈবদা বিষ্ণুপ্রিয়া সমিতিনা পেম্বীতুনা (Gold Medel) অমা নবদ্বীপ চন্দ্রগী মাঙ্গপাতা মনা ওইনা পিনবিখি। মথংদা যন্ত্র ময়াম য়ৈবা উবদা "বঙ্গবিবুধ জননি সভা" গী পণ্ডিত ময়াম্না 'বাদ্যবিশারদ" হায়বা উপাধি অসি পিনবিরকৃখি।

ইংশোক্ ১৯৫১ দা ওল ইণ্ডিয়া কলচরেল কনফারেন্স নিউ দিল্লীদা "নাদ মালা" যৈবদা ১স্থুং যৈবগী মরমদা ওঝা লক্ষনসিংহনা ফার্সনি হায়না থাগৎপিখি। মথংদা কলিকতাগী Conference দা উৎলি। বোম্বেগী রিজ্জল্ হোলদস্যু উৎলুই, গৌহাটিগী Cafe.ence যোরহাট Conference অসিনচিংবা ইণ্ডিয়াগী মফম কযামকম্দা উৎলবগী মতুদা শোক ১৯৫১ গী লোইরমদাইদা নিউ দিল্লীদগী মনিপুরদা হলক্পগা পিনদনমক্ ওঝা লক্ষনসিংহ ফোবেনদা মনিপুরগী কলা বিদ্যা অসি সন্দোক্উনবগী দমক্তা থোংশান্খি। ওঝা লক্ষনসিংহনা পৃথিবীগী লম্দম্ কযামুক্তা চৎলুবগী মতুংদা অষ্ট্রেলিয়া, নিউজিলেণ্ড' জাপান, রেঙ্গুন, অসিনচিংবা মফমশিংদা মনিপুরী কলচর অসি সন্দোক্লুই ১স্থুং উৎলুই, মফম অতুগী সরকারনস্যু ওঝা লক্ষনসিংহবু ইকাই খুম্নবা ওইনা Certific te নচিংবা পিননিডুনা সম্মান উৎপিখি। মনিপুরদা হলক্লগা মনিপুর Dance College দা হাযবিবা থৌরমশিং অসি যৈতুনা উৎপদা মনিপুরগী চীফ কমিশনারনা পেন্নীডুনা 'গোল্ড মেডেল ১স্থুং 'মানপত্র নচিংস্যু পিননিখি। শোক ১৯৭০ ইংদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ' না নাদ্যভূষন' হায়বা উপাধি অসি থিনদোকপিখি।

অস্থুম্না ওঝা লাইশ্রম লক্ষনসিংহগী পুন্সি অসি কলাবিদ্যাগী ক্ষেত্রদা মশাগী চহি ২। দগীনা চহি ৫৫ সুরক্পা ফাওবা অসি মনিপুরগী সপান্দংগা মতম অয়াম্বা লৌনডুনা কলাবিদ্যা অসি সন্দোক্পদা অযাম্বা শকক্ যারক্খি। চহি ১৬ সুরকপদ মনিপুরদা লৌডুনা, ওখেল লক্ষম লৈকাই থিদিম্ রোড ইম্ফালদা "মনিপুর সঙ্গীত নাট্য মহাবিদ্যালয় হায়বা কলেজ অমা লিংখৎতুনা সংস্থা অসিগী Principal ফম্দা লৈবিডুনা কলাবিদ্যা অসিগী সেবা তৌদা অয়াম্বা শকক্ য়ানিবি। শ্রীশ্রী গোবিন্দজী ধোপ্ চৈতন্য সম্প্রদায়গী পুংগী হজুবা ওইডুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগলস্যু ফংজরি। পুন্সি অসিদা অরাবা মুংডাইবা কয়া থাংডুনা কলাবিদ্যা অসিগী মাইকৈদা চাওখৎনবা হোৎনবদা নিংহন্ লক্ত্রিবা কলা প্রেমী ওইনা মীশক্ অমনি।

ওঝা অসিনা চহি মতম শাংনা কলাবিদ্যা অসি সাধনা তৌজরকপগী মহৈনা পুংলোন অমসুং Dance Drama কয়ামুকস্ত রচনা তৌদুনা পুথোকখি। অদুশিংগী মনুংদা মরু ওইবা মরম খরতং মখাদা উৎচরি।

পুংগী মরমদা পুথোক্খিবা—

১। 'নাদমালা' তবলা ৯ য়েবা 'নাদমালা' হায়বা অমা তাল তেরারা য়েবা।

২। অঙ্গনাদ— খঞ্জুরি ২ য়েবা লৈপাক অমসু হকচাংদগী মখোন্না মবোন্ ওইবা।

৩। সরভূজ মৃদঙ্গ— পুং ৩ য়েবা মাংদা অমা, তুংদা অমা, মশাদা অমা য়েবা।

৪। বাদ্য তরঙ্গ- পুং মখল খরনা পুন্না পুং ১৫ য়েবা অমসুং Stage দা পুথোকখিবা।

৫। তবলা তরঙ্গ— তবলা ১২ দা মালকোস রাগিনি য়েবা মসি রাংখৈগী দৃর্গা পূজাদা পুথোক্লুনা য়েখি।

জগোই ( Dance Drama ) পুথোক্খিবা।

১। সমুদ্র মন্থন ( Dance Drama ) পুথোক্পা।

২। মনিপুরগী বাস -- মধুপুরদা শানবা রাসকী মণ্ডপদা Drama ওইনা পুথোক্লুনা উৎপা।

৩। মৈতৈ পুযাগী— রাংবরেন খুন্থোক্পা, জাপান্ কাংবুগী ওইনা Dance Drama পুথোক্লুনা উৎখিবা।

৪। উদ্দাস্তা জগোই— 'ছন্দ মালা' মন্দিলা মরি অঙৌবা পাইদুনা মন্দিলা য়েদুনা জগোই শাবা উৎখিবা।

৫। 'নপুর পালা' হায়বা অমা শ্রীজগনাথগী থৌগল্গী ওইনা কাংদা পুথোক্খিবা।

৬। 'যন্ত্র পালা' হোলি— শ্রীগোবিন্দগী থৌগল্ তৌখিবা। হায়রিবা জগোই মখলশিং অসি মহাক্না নৌনা পুথোক্নবগী মরমদা কন্না

হোংনজখি ১মুং ওঝাশিং কয়াগী মফম্‌দগী তম্‌জত্থনা পুথোকখিবা ঙাক্কনি। তৌজিক ওঝা অসি মশাগী চহি ৭০ মুরক্কব ফাওবা অসিদা পুংলোন্‌ ১মুং জগোই মথল কয়ামুক্‌ পুথোক্কবা কন্না হোংনরি। ১মুং মশাগী মহাবিদ্যালয় কলেজ অসিদা নিতিগী ওইনা ছাত্র ছাত্রী অয়াম্বদা কলাবিদ্যা অসি তম্বীত্থনা পুন্সি লেনলি। ●

# ওঝা অরাম্বম বাবাহন সিংহ

খৃঃ কুমঃ ১৮১৮ দা, কাছাড়গী লাইকোল থুঙ্গংদা ওঝা অসি পোইন্নু থাদা পোকই। অপোকপগী মীংনা অবাম্বম ৺তোম্বিবৈ সিংহ অমস্তুং গপোকপীনা ফুবিশাখম নিঙোল ৺চাওবী দেবী কৌই।

স্কুলগী মতৌ ভম্বদি শুপংগী পাঠশালা পাশ তৌখি অদুবু মশাগী চহি ১২ চংলকপা অড়রাইদা মনিপুরী নট সংকীর্তনগী পুং ওস্তাংবগী রাখল পোকখি। ইহান হান্না বড়িহুনা তমখিনা ওঝাদি সিঙ্গেবন্দগী ওঝা অবাম্বম ৺নাওম সিংহনি অস্তুম্না পোনতেবাপুবগী ওঝা হাওরোংবম ৺মদনবাব সিংহ, থাংজম লৈকাযগা ওঝা ৺কমাবধন সিংহ, নিন্নাকান্দি মযায লৈকাইগী ওঝা মেয়ান ৺সেঙ্গোই সিংহ অমস্তুং নিন্নাকান্দি মথক লৈকাইগী ওঝা সাগংপম ৺হবড়ো সিংহনচীনা ওঝা কযাদগী পুংগী জ্ঞান অসি ফংলন্দস্ত্র খৌবাংনা অস্তুম তেঞ্জিল্লকত্তনা মনিপুরদা চংত্তনা অচৌথ্র কবী লৈবিনগে হাযত্তনা শকনাইবনা ওঝাশিংদা চংজখি। নাওবেম খোংগী ওঝা নাইশ্রম ৺ইবুঙোহল, অপাবা সিংহ, খোমন বামোন লৈকাইগী ওঝা ৺লৈবেনজাও সিংহ, ওঝা হাওবম ৺চাংবী, উবিপোক ১স্থং ভূহাব চোলোমস্তু খুবাইগী ওঝা থাংজম ৺চাওবা সিংহনচীংবদা চংজখি অস্তুম্না মনিপুরদা চহী ৬ বোম লৈত্তুনা পুংযেবগী জ্ঞান অসি তানশিনখি। অতুগা কাছাড, লক্ষীপুরদা ওঝা ৺কামিনী সিংহদগী কোর্তান মবোলনচীংবস্তু তমশিনজখি।

ওঝানা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী পুঙ অসি শিলচবগী গান্ধীবাগতা লামারগ্রামগী ওঝা কামিনী সিংহ, কৃষ্ণপুরগী লৈরেন সিংহ অমসুং ইচারগী খোমত্রাম দেব সিংহগা লোয়ননা পুন্না চোলোম উৎপখি।

মনিপুরী সঙ্গীত কালা একাদেমী, সিঙ্গেরবন্দগী ট্রুপ অমা ওঝা নোংথোম্বম ৺গৌর সিংহ (এক্স প্রিন্সীপাল) গা লোইননা চহী থরগী মমাংদা চিলারায়গী চহীগী থৌরমদা মনিপুরী সংস্কৃতীগী থৌরমসু শকক য়াবিরুই। গৌহাটি, হোজাইনচীংবা মফম কয়াদা পুংগী চোলোম কয়াসু উৎপিরুই।

ত্রিপুরাদা চহী অমরোম লৈদুনা মনিপুরী পুঙ অসিগী চোলোম কয়াস্ম উৎপিখি; বিশালগর, বৈদাদিগী, লালশিংমুরা, ধাগাবাড়ী, গোলাবাড়ী, ভাস্নুতিয়া, নারনখামা নচীংবা মফমদা লৈদুনা পুঙগী ওঝা ওইদুনা লৈবীরম্মী।

জীরীবামদা লাইবেন ধুমেন্ দেবী ইমাবেম্মাগী ইরাং থৌনিবদা পুঙয়েবা ১৪গী কুম্মৈ উৎপদা ওঝা অসিনা চহী থরগী মমাংদসু মকোক চীংবিখি।

হৌজিক্ ওঝাগী চহী ৭৩ সুবক্লে, মনিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী পুংয়েদুনা হনবা লৈতনা সেবা তৌবিরি লোযন লোয়ননা মনিপুরী সঙ্গীত কালা একাদেমী, সিঙ্গেরবন্দগী প্রিন্সীপাল ওইনা চহী ২ গী মমাংদগী থৌদাং অসি পুবিরক্লী। ●

# স্বর্গীয় ওঝা সাপম চাওব সিংহ

মৈদিঙু স্যার্ চুড়াচাঁন্দ মহারাজ কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই না ই শোক্ ১৮৯১ দগী ১৮৭১ কাওবদা মনিপুর মনা লৈপাক্তা লৈঙাক্লুনা পাল্লিঙৈ মতমদা 'নট' সংকীর্ত্তনগী জগৎতা ফাওখিবা অমসুং লৈপাক্লা শক খংনরবা ওঝা সাপম চাওবসিংহ ভুহাড় হায়না খংনরবা ওঝা অসি কৈশামপাৎ অহৈবন্ লৈরক্লা লৈরম্মী। ওঝা অসিন মনিপুরগী লমদম কয়ামুক্তা নট্ চোলোম্ তম্বীবা কোইনা চৎলম্মী মত্তুদি য়েলাংখাং পোকপী, ফুবালা, ওইনাম খুনৌ, নম্বোল্, লম্শা, ফুমলৌ অনিনচিংবা লম্দমশিং অসিনি। ইম্ফাল্গী শিংলুপ্ পালা অমসুং কৈশাম পাৎ, কৈশাম্ লৈকাই নাচিংব লৈকাই কয়াদা শিংলুপ পালাসু তম্বীরম্মী। মনিপুরগী রাজ্যম ময়াং লৈপাক্ লম্দম্দসু চত্তুনা ওঝা অসিনা নট্ চোলোম্গী কলাবিদ্যা অসিবু মচা মনাও কয়াদা তম্বীরুই, মসিগী মন্থদা কাছাড়গী সেবক্শিংগী মরক্তা লক্ষীপুরগী গুরু কবস্বম্ কামিনী সিংহ হায়বা ওঝা অসিনা অথোইবা সেবক্নি। গুরু কামিনী তৌজিক্কী মতমদা ভারতকী সঙ্গীত সমাজতা শিংথানরবা মশক নাইরবা কলাকার অমনি। অসিত নত্তনা মনিপুরগী কৈশাম্ থোঙ য়েলাং লৈকাইদা লৈরম্বা 'নট গুরু' চুংথাম্ ৺ থম্বাল অঙোবী সিংহ মৈতৈ লৈবাক্কী অফাওবা (ভুহাড়) অমসুং নট্ চোলোম্গী ওঝা অমনি ওঝা অসি

মনিপুর Dance Callege গী মশক্‌ নাইবা ওঝা অমম্ম ওইখিবম্মী। শাপম ওঝা চাওব গী সেবক্‌শিংগী মন্নুংদা মনিপুর গী ওইনা থৌদা ভাবোক লৈকাইদা লৈবম্বা ওঝা হাওমোম তোম্বা সিংহ খুরাই থাংজম লৈকাইদা লৈরিবা নট গুরু থাংজম চাউব সিংহ অযাওবা ওঝা ওক্তনি ওঝাসিং অসি Dance College তম্মু লোইনা ঝো ওইনিতুনা থবক তৌখিবম্মী। ওঝা চাওবনা মহাক্কী সেবক্‌ সাখাশিং দা তম্বীবম্বা কলাগী মচাক্‌ মযাম্‌গী মন্নুংদা বাগ অচৌবা, বাগ মচা, গৌরচন্দ্র তালগী মন্নুংদা জযদিক্‌ তাল, মেন তাড়িবৈদা (ভূষনা মেল্ল চোংলোম) তাল মেন শাগৎপা, বাজমেন্‌ (মেন মপু) তানচপ, মেনকুপ, অমম্ম ফমতুনা শকপগী মপাদা বপলাবনি চোলোম, মথংদা পাল যৈবা তালশিংগী মমী, ধবো (দশকুশ) লাখোবান (দশকুশ) শৈশক্কী মতুং ইন্না মোং শাথেক্‌ তোঙাম্বা যাই, নৃত্যন্তি বৃম্মাপান (বসন্ত) অসি পুম্বা অসি ওঝা চাওবসিংহনা মচা মনাই খুদি মক্ত তাক্‌পি তম্বীবম্মী। ওঝা অসি শ্রীশ্রী গোবিন্দগী সনা পালা যাওবম্মী তৌইগুম্বম্ম তুহাডদি চৎখিদে মবমদি অনেম অরাং নাইনা লেখিবনা ওঝা অসি 'মী' পীক্‌পা মবমদগী পালাদা খোমদোন লংখিবম্মী।

শ্রীগোবিন্দগী সনা পালাগী মবমদা চৈতন্য শমপ্রদায় (ধব) হাযনা খনবা ১ম্মুং ফজেৎনা ফুবিং অপাবা পুমযাৎকী মণ্ডপ পরববন্দী ঙিৎলগা বাল পাইতুনা কোযেৎ মচা যেত্তুন, শক্‌পা অমম্মু সনাতন্‌ সঙ্গা অপিপা কোযেৎ মচা যেৎলগা ঝাল পাইদুনা শক্‌পা অসিগুম্বা শৈশক্‌ শৈঙং কয়া অসি সেবক্‌ মচাশিং দা তম্বীবম্মী। শ্রীগোবিন্দগী সনা পালা তুহাড ওইখিদ্রবম্মু ববিগুম্বা মতম্‌দা গোবিন্দগী মন্দিরদা তুহাড ওইতুনা মীগা ফাওনবদি যাওখি। মতুদি গোবিন্দগী মন্দিরদা কাঙবম্‌ লেকাইদা লৈবা কাঙবম্‌ ওঝা ভনাত্রসিংহগা তুহাড ফানখি। মথংদা কৈশাম থাংজম মেম্বরগী মাণ্ডপতম্মু ঝুলোন লোইবা মুমিত্তা মথক্তা পনগ্রিবা মনিপুরগী সেবক্‌ মচা ময়াম অসিগা লোইননা অমম্মুং সেবক্‌ অচন্‌ চুংথাম্‌ থম্বাল অঙোবী সিংহনা মথ চঙুনা ওঝা নাত্র সিংহগা তুহাড ফানখি।

স্যার চুড়াচান্দ মহারাজ নৃপচুরামনি বহাদুর শ্রীযুৎনা শকাব্দ ১৮৫৮ ইংদা মপাদ্‌গী তমক্ কাছাড় জিলাগী ললা হাযবা খুন অদুদা কীর্তন্ কংখি। হাযবিবা কীর্তন্ অসিগী লুমিদাং অবিনাস হৌবগী ডুহাড়না ওঝা চাওবসিংহগী সেবক্ কাছাড়গী ওঝা বব্রুবম কানিমী সিংহনা চংলি ওঝা কামিনীসিংহগী চোলোমগী শাজং মোদ যজবা অদু উবদা শ্রীযুৎনা পেনীচুনা খামেন চৎপা, যৈজোম স্না খুজি, তালনচিংবা মনা মথুম থিনদোকপিখি। মথং লুম্মিংকী চৈশে শৈশক্তা ওঝা চাওবনা ডুহাড চংখি, চৈশেনা শিংজমে থোক্‌চোম লৈকাইদা লৈব চোথাম ওঝা ৮দেঙ্গুন্না শবখি অমস্তুং পুডনা যাইস্কুল চিডাগম লৈবক্তা নৌবা ওঝা হাওবম্ সুরেদাব মেঞ্জবনা লৈখি। অস্তুন্না শ্রীযুংকী থৌবম পুন্বা লোইচুনা মনিপুবদা হন্নবল্লবা মতুংদা চহি অনিবোম লৈবাক কোইনা নাম শোন্বা অমস্তু ডুহাড ওস্বীবা বোযনা চৎলম্মী। মতুং তাবকপদা ওঝা অসি অহল মংম ওইশিল্লকপনা চহি ২ বোম মশা শোন্দুনা লৈখিবম্মী। ওঝা আসিনা শোন্তুনা লৈবিতে মতম অসিদা হিযাঙ্গৈগী ১৭ নি পান্বা শগোলশেন লুমিং অমস্তুং নভেম্বর থাগী ৬/১১৫১ ইংগী লুমিদাং পু ১২০ তাবা মতমদা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজ নৃপ চুরামনি বহাদুর শ্রীধাম নবদ্বীপতা স্বর্গতি ওইখি। মতম খবা ৈ বগা সাপম ওঝা চাওব সিংহস্থ মশাগী চহি ৭৫ শুবা মতম ইংশোক ১৯৫২ ইঙা থাগী ১৩ নি পান্বা শগোলশেন লুমিংবা অবুক পুং ১১ ৩০ লবদা শ্রী শ্রী গৌরচন্দ্রগী কৃপাদগী লেশ অদুনা পুন্সিগী অবোইবা যাহিপ তানখি।

# ওঝা ক্ষেত্রি ময়ুম ৺অচৌ সিংহ

নট সংকীর্ত্তনগী জগৎতা তুহাড়দা ফাওখিবা ওঝা ক্ষেত্রি অচৌ হায়না লৈপাক্লা খংনরবা ওঝা অসিগুম্বদি অতাংবনি। ওঝা অসি মশা মউ য়াম্না ফবা ফুট্ ৬ কা ইঞ্চি ৪ রোম রাংবা মী৩ইনি। ওঝা অসিগী মুক্তি ফীরেপ ফজবা চুং ফীবান চাবা মৈতৈ লৈপাক্তা অতাংবনি, শোক ১৮৮০ গী জুন থাগী তাং ১৫ দা ইম্ফাল্গী মন্নুং চম্বা খোংমন্ হায়বা মকম অসিদা ওঝা অসি মালেম্দা খোংদারক্খি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক অসিদা খোইদোক্ হেনদোকপা গুন কয়া লৈরকখী অমসুং মনিপুরগী শানবগী হিরমদা হাযবদি মুক্লা, কা জৈ কাং শানবনচিংবদা মীংচৎ কয়াসু লৈরক্খি। মসিগী মথক্তা মমানা পাম্জবগী মতুং ইন্না মহাক্ মতম অতুগী মমিং চৎলবা গুরু অমগী মখাদা নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা চলোম অভিনয় তুহাড় তম্বা হৌখি। মসিনা মরম্ ওইদুনা মশাগী চহি ৩০ সুরকপা মতমদা ওঝা অচৌ সিংহ মমিং চৎপা অমসুং শিংথাবা যারবা নট সংকীর্ত্তনগী অফাওবা তুহাড় অমা ওইরকখি। স্যার চুড়াচান্দ মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন্দা সনা পাল্লাগী তুহাড় ওইনা খন্নীখি। মসিনা মরম ওইদুনা লৈপাক্লা মহাককী চলোম অভিনয় অসি পাম্নবদগী মনিপুরগী লম্দম্ অয়াম্বদা নাম্ শোনবা চৎপনা ময়ুমদা নিংথিনা পোৎথাদুনা লৈবা ঙম্খিদে।

মপান মনিপুর কাছাড়দগীসু কীর্তনগী নিমন্ত্রন্ কয়া তৌরক্লখি ১সুং কাছাড় চৎতুনা সেবক মচা কয়াদসু তম্বিরুই। মশাগী চহি ৪৫ সুবদা ওঝা অসি মনিপুর মহারাজগী মজাই ইবুংঙো অঙোমনিংথৌ গীদা তুহাড়গী থৌগন ফংখি অমসুং রাজা ডুমব্র সিংহগীদসু তুহাড়গী থৌগন্ ফজৈ। স্যার চুড়াচাঁন্দ মহারাজনা কাছাড় লালাং খুন্দা কীর্ত্তন কৎপা মতমদা ওঝা অচৌ সিংহবু কীর্ত্তনগী থৌগন ফংহনখি। কীর্ত্তন অতু লোইরগা কাছাড়গী মৈতৈনা তাবা খুন্ কয়াদা থা অনিরোম্ লৈনিত্তুনা নট চলোম তম্বিরম্মী।

মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতমদা পালা ১৩ গী পালা মকোক্ ওইবিত্তুনা শ্রী গোবিন্দগী পালা লোইশংদা পাঙ্গাইনগী থৌগন পুরক্লখি। মহাক্লা থৌরম্শিং অসি মপুন্সি চুম্না মহাক্লা হেক্ শিত্রি ফাওব পাংথোক্লখি। ওঝা অচৌ সিংহ নট সংকীর্ত্তনগী জগৎতা থোইদোক হেনদোক্পা গুন লৈবা মশক্ মতৌ ফজবা চুং ফীরান চাবা ডুহাব অমনি। মহাক কুম্না সংকীর্ত্তনদা ঘাট্, রাজমেন, তানচপ মপুং, মেনকুপ মপুং শাবা (অভিনয়) তৌবগী মতৌ তম্বা কনা মত্তুনা ওম্লখিদে অমসুং মীয়াম্ পুম্নমক্লা মহাক্কী চোলোম অভিনয়দা পুক্লিং লুপ্পুনা পেন্নৈ। হৌজিক্ ফাওব লৈপাক্লা রাজমেন্ চলোম্দি লৈখিদ্রবা ওঝা অচৌ তুহাড়গীনি হায়না সোন্নরি।

মনিপুরদা তাল ৩০ মুকলোম্ লৈরম্মী মতুদি ধর, লাখবান, জয়দিক, কোকিল প্রিয়তাল অসিনচিংবনী। মথক্তা হায়রিবা তালশিং অসিগী মন্নুংদা খরদি ওঝা অসিনা শেম্বনী ওঝা অচৌ সিংহ 'নর্ত্তনাচার্য্য' হায়বা মী থোন্ অসিগা লোইননা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী কোন্নুংগী মনা সনাখুজী, তাল, খামেনচৎপা নচিংবা নি থৌনা পিননিখী। ওঝা অসি মশাগী চহি ৭৫ দা স্বর্গবাস ওইখি। ●

## 'নট গুরু' চুংখাম থম্বাল অঙৌ সিংহ

মনিপুর স্না লৈপাক্তা হবি সংকীর্ত্তনগী নট চলোম্ জগৎতা ফাওখিবা ৺নটগুরু চুংখাম থম্বাল অঙৌসিংহ ইংশোক ১৮৮০ গী আগষ্ট থাগী তাং ৭ ইরাই সুমিত্রা ব্রহ্মপুর চুংখাম্ লৈকাই ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপগী মিংনা শ্রীচুংখাম্ গুলাপসিংহ কৌই অমসুং অপোক-পীগী মমিংনা শ্রীমতি থরোস্না দেবী কৌই। অচৌ অশাং কোন্দা পোকপনা য়াম্না কেথোক্ মৌথোক্লা যোক্লকই। অঙাং ওইবিউঙৈগী মতমদা বেশম্ ফুরিৎ, সনা খুজি, শিরগা শগোল তোংদুনা মনাই নিপা অমনা শগোল অদু চিংদুনা হিরাংথা কামাখ্যা খুবম্বা চৎলি। পিক্লা মপাবুং কাইনখিবনা মমাসিজনা মচানিপাবু এলাংবম্ লৈকাইদা পুবকুনা ১সুং শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজগী অচাম্বা মনাই শিনা য়েংবিদুনা মযেংবম কোলুপতা চাওখি। পিক্লা লাইবিক তমখি ১সু পাথং ফাবল্লবা কান্দা ওঝা খোংলেনদা ধুলপ্ য়ৈবা তমদুনা থাবম্ লাকপগী হোলীগী ধুলপ্ য়ৈবদা মৈতৈ লৈপাক্ পুম্বনা 'নটগুরু' থম্বাল অঙৌসিংহবু শক্ খংনবকখি।

অদুদগী নটগুরু অসিনা ওঝা সবোকথাইবম্ শাজৌবীদা চজদুনা নট চলোম্ অসি তম্বা হৌখি। মমৈথংদা মৈতৈ লৈপাক্কী ফাংলবা কৈশাম পাটতা লৈবা ওঝা সাপম চাওবা সিংহদা তংদুনা নট চলোম মপুং ফাহনখি।

মাইস্নাম্ লুরাং নিংথৌগী মচা নুপী শ্রী মতী অঙা জাওবী (অমুবৈমা) লুহোংহুনা গৃহস্থ্রশ্রমদা নৌনা খোংদাখিরম্মী। নহা ওইরিবৈদা শগোল্ তোংবা হৈবনা অহংলুপ পানা, নহারূপ পানা, খাংম পানা অমসুং লাইফম্ পানা, পানা মরিগী শগোল্ কা জৈ শানবদা শরুক্ য়াখি।

স্যার চুড়াচাঁন্দ মহারাজগী মনা হাক্তক্তা অথম্বা পালা য়াওখি। মঙায় মতুংদা ওঝাশিং ময়াম্ থিম্নবগী মমাংদা রাজমেন্ চলোম্ অরৈবী নচিংবা চলোম হৌহুনা উংখি। অদুবু মনা পুক্নিং তাববসু মনা য়াথং হায়দোক্রক্তবনা চলোম্ অরৈবী অসি চংনবমদে।

অরেপ্পা লৈতবা নহা ওয়বগী রাখলনা ললোন ইতিক তৌবা য়াম্না পামলম্মী। অপোক্পনা থনম্বা লন্থুম্ অমদি লৌ ইংখোল্ ফাওবা যোনহুনা ললোন-ইতিক্ তৌরম্মী, অদুবু লাইবক থিবনা শেল্ থুম্ পুম্নমক্ মাংহুনা মতম খরা ননা লেন্খি। মহারাজ বুধচন্দ্রগী মনা হাক্তক্তা অথম্বা পালাগী তুহাড় হাপ্লনা খামেন্ চৎপা, মনা খুজি অমসুং মনাগী তাল্ মনা মথুম্ ফংহুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউগী থৌগন্ ফংখি। মমৈ থংদা মেনকুপকী চলোম্ কয়াসু পুথোক্খিরম্মী।

পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যা রত্ন গবেষনা শিরোমনি অমসুং 'পদ্মশ্রী গুরু' মাইস্নাম অমুবী সিংহগী মতেংদগী জগৎন খংনরবা 'দশবতার' মুদ্রাগা কোন্নবা চলোম জগোই পুথোক্পিরম্মী। হায়রিবা কথন্ অসি দেশগী মৈতৈ জগোইদা নমিং চংলবী কুমারী সবিতা মেহতাদা তম্বীখি। নট গুরু অসিনা নট পালা চলোম্গী লাইরিক্ খবসু হৈরম্মী অদুবু মপুং ফাখিদে। শোক ১৯৭৭, ৫৭,৫৫ ইংগী মতুংদা মনিপুরগী সংস্থান কয়াদগী গোল্ড মেডেল, সিল্ভর মেডেলনচিংবসু ফংখিরম্মী। অসিদা নত্তনা দিল্লীগী গনতন্ত্র দিবস পালন্দা শোক্ ১৯৫৪ ইংদা নট চলোম্গী উপলক্ষদ মেডেল অমসু মনা পিনবিরক্খি। মনিপুর Dance College গী নট চলোম্গী ওঝারেন অমা ওইনা মশাগী চহি ৭৬ সন্ ১৯৫৬ ইংগী সেপ্টেম্বর তাং ২০ নিংথৌকাবা মুমিত্তা দেহ ত্যাগ তৌখি। লৈখিগ্রবা মতুং এপ্রিল্গী তাং ২০ সন ১৯৬৫ ইংদা 'নটগুরু' হায়বা উপাধি অসি থিংদোক্পিহুনা ইকাই খুম্নবা উংপিখি। ●

# ওঝা তোনাম্বম চাওবা সিংহ

মনিপুরী নট সংকীর্তনগী জগৎতা কোয়েং যেংপদা ফাওখিবা ওঝা সাপম্ চাউ সিংহ অমসুং লৈপাক্লদি তোনাম্বম চাউবাসিংহ হায়না খংনববা ওঝা অসি সক ১৮৯০ ইগী জুলাই থাদা শেগারোড থোংদা ভাবক লৈকাই ইম্ফালদা পোক্‌ই। ওঝা অসিব পোক্‌পা পম্নৌগী মিনা শ্রীসাপম্ সনাবোক্‌সিংহ ১ম্ব অপোক্‌পীগী মিন, শ্রীমতি খোইমুদেবী কৌই। ওঝা চাউবা অঙা ওইবিদুদগী হৌনা কোয়েং যেংপা অসি মশানা যাম্না পাম্লকৃখি। পীরিবৈদো শান্নবা মতমদা মমান্নবা মযামগী খুদৈ মযাম্ পুনসিল্লগা কোয়েং যেংতুনা শান্নবকই। নহা মথোং কাবকপা মতমদা ওঝা কৈশিমযুম গন্ডসিংহদা কোয়েং যেংপা তম্‌শিন্‌খী, লোযননা মাখ্যা বলরাম শাব। অমদি ওঝ পোৎসংবম্ গোকুলসিংহদা ঈশৈ অমদি নট চলোম (ডুহাড) তম্লকৃখি। মতুংদদি কোয়েং যেংপদা থুনা অমসু খুংনাম্না ফজবগা লোইননা নট সংকীর্তনদা মমিং চংলকৃখি। মসিগী মতুংদা রাজা ডুগ্র (মযাঙুং অহন) গী পালা লোযশঙদা থোগন্ যাওখি।

১,দা মহাবাজ চুড়াচান্দগী কোন্নুংগী অথনবা পালা লোযশঙদা ডুহাড় ওইনা লৌশিন্নখি। শ্রীয়ুংনা শেংনুবা ফম্ পীনবিদুনা সনা খুজী, তাল অমদি খানেন্ চৎপা নচিংবা মনা পীনবিখী। চুড়াচাঁন্দ

মহারাজগী স্না হাত্তুক্তগীনা বোধচন্দ্র মহারাজগী স্নাহাত্তক্ ফাওবা কোম্লুংগী শেলুংবা ওইরম্মী।

চুড়াচাঁন্দ মহারাজগী থৌগল্ ওইনা ময়াঙ্ লৈপাকতা কীর্ত্তন তৌবা চৎলম্মী। কাছাড় জিলাগী লোলাং কীর্ত্তন্দা পালা নিঙ্ লেপ্কদবা পালাশিংগী কোয়েৎ ময়াম্শিং অহু পুং ২ রোম্গী মল্লুংদা নংননবা য়েৎনগা কীর্ত্তন্গী তুহাড়স্থু চৎখি।

মতুংদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী স্না হাক্তকৃতা শেলুংবা ওইরিবৈদা হিয়াংথাং লাইরেম্বীগীদা মহারাজনা পুং য়েবদা ওঝা চাউবাবু তুং ইন্গদবনি হায়হুনা স্নায়াথং পীবদগী ময়ুমদা নোংম নিনি পুং য়েবা তম্লগা শ্রীযুৎকী তুংইন্খি। অমুক্তা নত্তনা ময়াম্না মুংঙাই হায়রে অমুক্কস্থু ইবা তারে হায়তুনা নিংথৌনা তাক্পিবদা অমুক্কস্থু হন্না য়েখি।

ওঝা চাউবাগী কোযেৎ য়েৎপা অমস্থুং তুহাড়গী পকরা মচা কয়ানা লৈপাক্কী সেবা তৌহুনা লৈহৌরি। মখোয়গী মন্নুংদা ওঝা কোঙ্গেংবম্ ধনসিংহ অমস্থুং ওঝা ওইনাম্ ইবোহলসিংহ নচিংবা কোয়েৎ য়েৎপা অমস্থুং তুহাড়গী ওঝা ওইবি। মনিপুরদতা নত্তুনা কাছাড, আসাম্, ত্রিপুরা বাংলাদেশ ফাওবা ওঝা অসিগী মচা মনাও কয়া লৈহৌরি। ওঝা চাউবাসিংহ মশাগী চহি ৬০ ১স্থুং শক ১৯৫০ ইংগী জুলাই থাদা সঙ্গীত কলাগী সংসাবদগী পুন্সিগী অরোইবা বিদ্যায় লৌখি। ●

# নট গুরু হামোম ৎতোম্ব সিংহ

নট চলোমদা মনিপুরব ১স্নুং মযাঙ লৈপাক স্নুনা ফাওখিবা নট গুরু হামোম ৎোম্বা সিংহ, শেগাবোড থৌদা ভাবক লৈকাই ইম্ফাল দা শকাব্দ ১৮১১ দা পোকখি। পাম্হৌগী কোলোই মিংনা হামোম শ্রীপানান্দ সিংহ অপোকপিগী কোলোইনা শ্রীমতি পাঙথোম্বী দেবী কৌই। নটগুরু অসি অঙাং ওইবিউৈদগী তৌনা স্না। কোম্বংগী জগোই শাবী লোইশংদা জগোই তম্বা অমদি জগোই শাবনচিংবদা যাওববকখি। মাইকৈ অসোমদতা নত্তনা মুপামচা পান্না, থুবাক ঈশৈনচিংবদা যাওত্তনা কলাবিদ্যাদা থরায হকচাং লুপ্পুনা লাকখিবা মীশক অমনি। মৈতৈ লৈপাক্কী চৎনবী মতুং ইন্না ভাষা মযেককী ব্যাকরন, স্ববাস নচিংবদা লাইবিক কযাম্ভু ওঝা গুরু কযাদগী তমশিনখি। অহানবদা ওঝা পোৎসংবম বোকুলসিংহদা ববিত্তুনা নট ঈশৈগী ভাব, রস, অমদি ঈশৈ শকপা হৈননবা তম্মী। মতুংদা নট চলোমগী ফাওববা ওঝাবেন শ্রীসাপম চাওবা সিংহদা চংজত্তুনা চলোম অভিনযগী মবমদা মুন্না তম্মী। অসিত্ত নত্তনা মনিপুবগী মশক নাইববা পুংয়েবা, ঈশৈ শকপা, হুহাড় ওঝা পুন্নমক্তা খংদবা, হৈতবা কয়ামরুম নৈনতুনা তমজন্নকখি। অহুবু পুন্সিগী মপুং ওইনা হোৎনবকপা বিদ্যাদি হুহাড় চলোম অসিনি। মরম অহুনা লৈপাককী অফাওবা ওঝা অমা ওইখিবনি। ওঝা অসিনা

চলোম তৌবা মতমদা হকচাংগী ফিতুপ ১মুং কৈ পুবদা ফজংগী পান্দমদি য়েন্না লাবনা মফৈ থাংগৎতুনা চৎপদা ফজবা অতুগুম্না ফজৈ হায়নাময়াঙ লৈপাককী ওঝাশিংনা ঙসি ফাওবদা প্রমান তৌনরি।

ওঝা তোম্বগী সেন্দক্ মচা মনিপুর, আসাম, কাছাড়, ত্রিপুরা, বাংলাদেশ নচিংবা মৈতৈনা তাব লমদম খুদিংদা হৌজিক ফাওবা লৈরি অমসুং নাম শোল্লি। ওঝা অসি পুংসু তমলক্লুনা কনাগুম্বগী কর্মদা পুংসু থোনখি; জওহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাডেমীদা মতম কুইনা নট চলোমগী প্রোফেসার ওইতুনা থবক তৌরম্মী। নট চলোমগী মরমদা ওঝা অসিগী খুদোন্ অসি অতাঙবনি। মসি পুম্না অসি উবিরক্লুনা ইংশোক ১৯৬০ দা মনিপুর সাহিত্য পরিষদনা ২৯ শুবা অধিবেশনগী উপলক্ষদা ওঝা তোম্বাসিংহ 'নটগুরু' হায়বা উপাধি অসি থিনদোকপিখি। নটগুরু অসি ইংশোক ১৯৬৮ গী অক্তোবর থাগী তারিখ ১১ ইবাই সুমিত্রা মরূপ মপাং অমদি ইমুং মনুং অমসুং মরি মতা পুম্নমক থাদোক্লমতুনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। ●

# ওঝা শগোলশেম ৺গোকুলচাঁন্দ সিংহ

ওঝা ৺গোকুলচান্দ সিংহ মযাঙ লৈপাক্তা ফাওখিবা তুংহাঙগী ওখাশিংগী মনুংদা যাম্না যেংটে লৈবা অমসুং ঠৈশে তাল যাম্না খং-হৈবা ওঝা অমনি। ওঝা অসিগী পোক্কফম লমদম্না কাছাড জিলা লক্ষীপুর টাউনগী লোকা কোংপং লৈকাই হায়রা খুন অতুদা পোকপনি। নহা (অঙাং) ওইবিডুদা লক্ষীপুর খুনৌগী ওঝা নাইশ্রম ৺গুলামজাং সিংহদা নট্ ইশৈ তম্বা হৌখি। মতুংদ মনিপুরদা চংতুনা মমিং চংলবা ওঝা সোরোকখাইবম ইবোচা ওপানিংহদা নট চাগোল তুংহাঙ ৺মখিবম্মী। তাল যাম্না পুরা ১সু ঈশৈ অবিবা যাম্না হেবদা ওঝা অসিগুম্বা কাছাডদা অতা বনি। ওঝা অসি কাছাড ১সু ওথেন লৈপাক্ যাওবদা মমিং চংলম্বা ওঝা অমনি। ৺খেন্ নিংথৌ শ্রীবিক্রমগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা ওঝা অসিনা তুংহাঙ থোক্লখি। মনিকা বাহাদুর ১সু, ওঝা অসিগী মচা মনাও হুজিকসু মযাঙ লৈপাক্ ওথেন লৈপাক্ লমদা যাম্না লৈবি ১সু, নাম্ কন্না শোল্লি। ওঝা গোকুলচান্দসিংহ মশাগী চহি ৬৩ সুবদা সন ১৯৫২ ইদা তাইবংগী অরা নুঙাই পুম্বা থাদোক্লমদুনা স্বর্গলোকতা খোঙদাখি।

# 'নট গুরু' থাংজম চাউবা সিংহ

নটগুরু থাংজম্ চাউবাসিংহ শকাব্দ ১৮১৬ পোইন্নু থাগী নিনিপাম্বা ইবাই মুমিংগী খুবাই থাংজম্ লৈকাইদা পোক্খি। অপোক্পগী মীনা শ্রীথাংজম গোন্দোনসিংহ কৌই। অপোকপাগী মীনা শ্রীমতি মুক্তিনী দেবী কৌই। মশাগী চহি ৭ সুবক্প কান্দা খুবাই পাঠশালা দা লাইরিক্ তম্বা হৌই। উচ্চ প্রাইমারী ফাওবা তম্লগা, খুলক্তা ব্যাকরন নচিংবা ভাষা লাইরিক তমই। মতম অদুরাইদা চহি ১২/১৩ সুবা কান্দা গৌরলীলা, রাখাল, ঘনশেম্বা, লীলা অসিনচিংবা যাওরক্ই। চহি ১৭/১৮ সুবা কান্দা শাগোল কাংজৈ, হোকী, ফুটবল, শানবাজার চুডাচান্দ মহারাজগী থৌগলদা হৌরক্ই। মশাগী চহি ২৫/২৬ সুবদা লাইরিক্য়েংবম লৈকাইদা লৈবা স্বর্গীয় লাইরিক্য়েংবম্ ওঝা মনিদা ওঝা নডিদুনা ইশৈ তম্বা হৌই।

অসিগী মতুং তারক্পদা মতম অদুগী মনিপুর সনা লৈপাক্তা তুংগাওদা ফাওবা শাপম্ ওঝাগী মফমদা চংজদুনা তুংগাউ চলোম্ তম্বসু হৌখি। অমসুং শাপম্ ওঝানা লৈখিদ্রবা মতুংদা অমুক্ 'নটগুরু' চুংথাম্ ওঝা থম্বাল অঙৌ সিংহদা চংজদুনা চলোম ১সুং হক্চাগী অভিনয় শাথেক্ শাওন্ করতাল্ খিংবা অসিনচিংবা কুপ্পা তম্খিনখি। "নট গুরু" চাউবাসিংহ হৌজিক মশাগী চহি ৮৪ সুরে। মাকোন্দা

শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউগী স্না পালা নহাগী তুহাউগী ফমথোকদসু লৈরিদুনা গোবিন্দগী থৌগল ফজথি। জবাহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাডেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাসকী চলোমগী প্রোফেসরসু ওইরিথি। গৌজিক অহল মতম ওইবক্পনা থাক্তুগী পোথাবে অতুবু ভিজিটিং গুরু অমা ওইনা 'নটগুরু' গী চিংযেদি অতুম লৈরিবি। অল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফালগী সঙ্গীত (ঈশৈ) গী মীথনদা জজ সু ওইবিখিবম্মী। অসিগুম্না থোইদোক্ হেন্দোকপা সংকীর্তন অমসু সঙ্গীত কলাগী মাইকৈদা মরুক্ কয়া য়াবিবক্থিবা অসি উবিদুনা অহান্নদা 'মনিপুর সাহিত্য পরিষদ' না 'নটগুরু' হায়না উপাধিনা লৈংনরিবিদুনা থাংজম ওঝা চাউবাসিংহবু ইকাই খুম্নবা উৎপিখি।

মৈতৈ সংকীর্ত্তনগী মরম অমসু, নট পালা তুহাউ চলোম্গী মরমদা হয়েঙ্রু ফাউবা মুৎহৌদনবা হায়দুনা "মৈতৈনা পালা চলোম্" হায়বা লাইরিক অমসু 'নট গুরু' গী মনা খুৎমক্না ইরিদুনা ফোংদোক্পিখি। দিল্লী সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা মৈতৈ নট সংকীর্তনগী মরমদা থোইদোক্ হেনদোকপা গুরু অমনি হায়না শরুখৎরিদুনা 'এরাড' কা লোইননা লুপা ৫০০০, পিবিদুনা গুরু অসিগী তৌবিমনা উৎচোরপিখি।

মহাকী দল্ পালা ১২ গা লোইননা দিল্লীদা মৈতৈ সংকীর্তনগী চলোম জগোই উৎখি। মনিপুরগী ফাওবা লামৈরেন যাইমা সিংহ, ডাক্তর যাইম সিংহ, হায়বা ওঝা অনি অসিনা পুরৈদুনা "নট গুরু' না পালা ১০ গা লোইননা 'ভুষনা মেন চলোম" উৎখি। দিল্লী নিবাসী অপুম্বনা "নট গুরু' অমসুং মহাকী দল অতুবু ঙম্থৈ লৈতনা থাগৎনজুম্না অমসুং মনিপুরীগী সংকীর্ত্তনবু মশক্ খংজবে হায়না দিল্লী অপুম্বনা অমত্তা ওইনা লাওথোকখি।

ফীলম (সিনেমা) কোম্পানিনসু "নট গুরু" গী সংকীর্তন কলাবিদ্যাগী ফজবা থৌরম পুম্বা অতু উবদা ফীলম নমখিবম্মী। লুপা ৫০০, "নটগুরু'গী অরামন ওইনা পিবিদুনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। "নট গুরু' অসিগী পবর মচা মনিপুর, আসাম, ত্রিপুরা, বাংলাদেশকী

মন্নুংদা ভানুগাছ, দামাই, বিশগাঁও, সিলেটনচিংবা ফাউবদা শিন্‌ থুংনা লৈখি।

লেখকনস্তু "নট গুরু" গী চরন্দা চংজতুনা মৈতৈ সংকীর্ত্তনগী নট-পালা, তুহাড় চোলোম অমস্তুং হকচাংগী অঙ্গিকাভিনয়, শাথেক শাওং, তাল ময়াম্‌, করতাল চোলোমগী মখল মখা ময়াম, করতাল খিংলগী মওং থোইদোক্লা সংকীর্ত্তনগী রাগী রাখোং অরিবা কয়ানচিংবা তমশিনজরকখি।

# ওঝা ৺মুতুম বাবু সিংহ

ওঝা ৺মুতুম বাবু সিংহ ইংরেজী শোক ১৮৮১ থরান থাগী শগোলশেন মুমিং কাছাড় জিলাগী চাঁন্দপুর কোবা লমদমদা পোক্-খিরম্মী। মহাক্কী অপোকপগী মীংনা মুতুম ঝলোসিংহ অতুগা পলেম্-অপোক্পিগী মিংনা চাউবীহন কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক লাইরিক লাইশুদা য়াম্না পুক্নিং চংলম্মী। মহাক্না লাইরিক্তা য়াম্না পরায় য়াওবদো উবদা অহল-লমনশিংনা স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক তমহনখি। মহাক্কী হোৎনমনগী মহৈ ওইনা পাঠশালাদা বৃত্তি ফংখি অমস্ত নরসিংহপুর মধ্যবঙ্গ স্কুলদগী মধ্যবঙ্গ পাশ তৌখি। ইংরেজী তম্মগা মাংঙি হায়বা শরুকতগী মহাক মখা তমথবা হোক্তুনা পাঠশালা স্কুলগী ওঝা ওইখি। ওঝাগী শিনফম্ ওইরবস্তু হরি সংকীর্ত্তনদা পুক্নিং লুপ্পা মরম্না মহাক মুতুমগী ওঝা কালাদা গুরুবরন তৌদুনা তুহার তমখি। মতুংদা মহাক মনিপুরগী শোরোক খাইবমগী ওঝা সাজোবীদা অমুক মখা তমথখি। মহাক্না সংকীর্ত্তনদা থরায় য়াওবদো উবদা ওঝা সাজোবীনা শংজবা বিদ্যা মখৈ তম্বীরম্মী। মহাক্কী গুরুভক্তি, গুরু সেবাদা ওঝাগী পুক্নিংবু শেলহনখি। খরনিগী মতুংদা ৺ওঝাসে সনা লৈবাক মনিপুর লমদম তাম্না খোংদাখি। মতৌ অমুম তৌদুনা চহিগী হেক হেক ওঝা সাজোবী কাছাড়দা খোংদারকতুনা

হরি সংকীর্তন শোলম্মি। বাবু সিংহ হরি সংকীর্তনদা কয়াগী মতিক থল্লায় যাওই হায়বদা অমাংশংদগী থোরকপদা. চোলোম তৌ তৌহুনা থোরকই অমসুং অউবা মীনা য়েংলগা নোকই হায়। অদুগুম্ চপ্ খুংবা থম্মোয়না সংকীর্তনদা লুপ্ খিবনা মীনা নোকবিবদো করিমতা নাচুংগ্মদে। ভুম্ব। হিপ্পা, চাব-থকপা হায়বদি মতম লৈবা খিবিক্কা সংকীর্তনদা তাওহুনা লৈরম্মী। অমরোমদনা স্কুলগী ওঝা ওইবনা থোয়না সংকীর্তনদা য়াওবগী খুদোং চাবা ফংলমদে। স্কুলগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা ওঝাবু অঙাওবা অমগুম্না লৌরম্মী। মরমদি, ক্লাশকী অশংবা মতমদা সংকীর্তনগী ঈশৈ অমসুং চোলোমগী খুথেক, শাথেক্কা মতেং ওইহুনা মতম লেলম্মি। অসোমদনা শোরোক খাইবমগী ওঝা সাজৌবী নোংম নোংমগী রাথরকপনা লাইরশিংদা চল্লে। পুন্সিগী হিংনবগী লানথেংনবদা রানা পুন্সি লেলম্মী অমসুং নোংমগী গোবিন্দ সেবাগীদমক শোযদনবা হোৎনবদা চরা মুঙোন্নরক্লে। মতৌ অদুম্না শিষ্য অনিগী মরক্তা মতম কুইনা ফাওনরক্লে হায়বদি তাইবংগী হিংনবা লানথমদা মাগী মাগী শোয়দনবা হোৎনবদা ওঝাগী লাইরিক তাইবংদা মতেং পিব ঙম্মখিদে। বাবুসিংহ ওঝাগী চাকরিদগী পেনশন ওইরক্লে, নাম শোনবগী খুদোং চাবা ফংলনি হায়দুনা মুঙাংবদা মপান লৈখিদে মহাক্না থনখি ওঝাদুবু কমদৌবিগবা ? মীগী মীপাওতনা তাবদি ফখি মাগী ওঝাগী খুদোং থিরবা ফিবম। চি লোন মাপন তাম্না লৈবদুনা ওঝাদা লুপা খবা থাখি। অসোমদনা ওঝা সাজৌবী কযাগী মতিক খুদোং থিরে হায়বদা, নোংমা অযুক্কী আহ্নিক ক্রিয়া লোয়বগা মহাককী অযুককী চানবা পুথোকরক্লো হায়রুবদা মাগী তালোয়না অসুম্না পাওথুমজনকই "ননাইনুপীনা ঙসিগী ওইনা পিজনিঙায় করিসু লৈজদে মীৎলুগী পিরাংতনা পাম্বৈ ওইজরে"। রাফম অসে তাবদা ওঝাগী কোক্থক্তা শনজিংনা নম্বগুম থোক্খি অমসুং মহাক্না থনখি হৌজিক তৌগদবসে করিনো হায়না মতম অসিদা ভাকপুনা নিপা অমনা ওঝাগী য়ুম্বু হংলম্মি। ওঝানা খুমখি

করিগীনো ইবুঙো ? য়ুমশিমক্লি। অদোম্বু ওঝা সাজৌবিরা ? হোয় ইবুঙো। অত্থু ওইরবদি অসিদা সহী অমুক্তং তৌবিয়ু। করিগীনিনা ? ওঝাগী মীংদা কাছাড়দগী বাবুসিংহ কৌবা মীওই অমনা শেলফম খর মানি ওরদার তৌতুনা থারকই। রাফম অসে হেক্ তাবদ ওঝা সাজৌবী পেন্মন্খিত্নুনা মীৎলুগী পিরাংগ লোয়ননা কাছাড় মায়গৈ তম্না মায় ওন্শিল্লগা অস্থুম হায়না কৃপা পিবিরকই – "ইবুঙো ইপা পেল্লে ঙসি কৌবা মুমিংতগী নহাক ফাওজবা ওইরোকো। অসোমদা মুমিং অতুমক্তদা ওঝা বাবুসিংহ শৈকম্ অমদা তুহাড় চৎতুনা নাম্ শোল্লি। মুমিং অতুগী কর্ম্মদা য়াওরিবা ভাবোক্না ওঝা বাবুসিংহবু থাগৎ রাহৈ কয়ানা থাগৎপিখি অমস্থুং লম্দম্ তাম্নদগী লাক্পা ভাবোক্ ময়াম-শিংনা মহাককী মমিং মথানা চিংবা হংনখি। তৌইগুম্বস্থুং মুমিং অতুদগী ওঝা বাবুসিংহ ময়াও লৈপাককী নোট সংকীর্ত্তন জগৎতা তুহাড় অমা ওইনা মীংচং শন্দোক্খি। চহি মতম খরগী মতুংদা ওঝা অসি থোইদোক্ হেন্দোকপা তুহাড় অমা ওইনা কাছাড়, তেখাও লৈপাক্, তখেল লৈপাকনচিংবা মফম্ খুদিংদা মাগী মীংচৎ শন্দোক্খিরম্মী। মশাগী চহিনা ৬৫ শুবদা ময়াম্বু কায়না মৈচাক্ থম্বিরম্মগা ঈশ্বরগী খুয়া তান্খি অমস্থুং ওঝা অসিগী কোলোই মীংলেন্ ঙসি ফাওবদা নট সংকীর্ত্তন জগৎতা লৈপাক্লা শোন্নবা তোকৃত্রি।

# গুরু নবুম্বম কামিনি সিংহ

নৃত্যগুরু কামিনি সিংহ শকাব্দ ১৮১৭ দা আসাম কাছাড় জিলাগী লক্ষীপুর শহরদা পোকই। মশাগী চহি ৮ শুবক্তপদা ওঝা ওইনাম বাবুরাম সিংহ পু ষৈবদা ওঝা ওরিহুনা পুং তম্বা হৌই। চহি ১৩ শুরক্পা মতম যাওবা ওখা অসিদা পুং তম্মী। অসিগী মতুং তারক্পদা মনিপুরগী জগোই, ইশৈগী ওঝা রাইখোম্ হেরো সিংহ অমসুং ওঝা শেন্জম অঙৌতন সিংহ অনিগী মফম্দা চংজহনা জগোই, ঈশৈনচিংবা তম্মী মতুং তারক্পদা গুরু কামিনি সিংহ মনিপুরগী ফাওরবা ওঝা শাপম্ চাওবা সিংহগী মফমদা চংজহনা সংকীর্ত্তনগী নটপালা দোহাড় চোলোমগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণ রারী বাখোং কয়াগা লোয়ননা তম্বা হৌই। অদুবু গুরু অনিগী নাইবক খিবদি শাপম্ ঝোনা অহন্ মতম ওইখিদনা মতম শাথন ওবা অনিগী লৌগা শৌবা ফংজহৌদ্রে। শাপম্ ওঝানা খুপ খানা মতুংদা গুরু কামিনি সিদা তম্বগী লম্বীদা অপন্না থরা ওইখিরম্মী। মতুংগী খোংথৈদা মৈতৈ লৈপাক্ মনিপুরগী ফাওরবা 'নট গুরু' চুংখাম্ ওঝা থম্বাল অঙৌবী সিংহগী মফমদা চংজখি অমসুং ওঝা সিদা গুরু বরিহুনা গুরু কামিনি সিংহ চহি মতম শাংনা ওঝা সিগী মফমদা মহৈ তমজে। তম্শিনখিবা বিদ্যাদি দোহাড় চোলোম্, হকচাংগী অভিনয়, ফীভম, করতাল মবোন, সংকীর্ত্তনগী তাল ময়াম, করতাল চোলোম্গী মখল মথা কয়ানি।

মচুদি খম্বা থোইবী, দোহাড় চোলোম, খুবাক ঈশৈ, চোলোম, পুং চোলোম, পুং চোলোম, হাও জগোই, রাসকী জগোই অমিনচিংবনি। গুরু অসিগী পার্টিবা উৎখিবা জগোই অখল মখা কয়া'দু উবদা মপান্ লমদগী লাকখিবা কলাকার পুম্বনা গুরু কামিনি সিংহবু খোল্লাও অমত্তা ওইনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎনখি।

গুরু অসিগী গুন অমনা পুং, ঈশৈ, জগোইগী মাইকৈদতা নত্তনা খুৎশা হৈবগী মরম্দসু য়াম্না মমিং চৎলি। শিলংদা "আসাম সঙ্গীত নাটক একাদেমী"না শিল্লাংতুনা খুৎশা হৈবা (হস্তকলা শিল্প কলা) গী অথোই অহেন তান্নবগী অচৌবা প্রতিযোগিতা অমা তৌখি। হায়রিবা প্রতিযোগিতা অসিদা গুরু কামিনিনা তুবা জগোইগী পোৎলোইসু থাগৎখি। পোৎলোই অদুনা পুম্নমক্কগী অহেনবা ওইদুনা অহানবা মনা ফংখি।

আসাম সঙ্গীত নাটক একাডেমীগী কর্ত্তপক্ষনা গুরুজী অসিবু "মেরিট সার্টিফিকেট" পিনবিদুনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। মহাক্কী অসিগুম্বা নৃত্যকলা, সঙ্গীত কলা, হস্তকলাগী মাইকৈদা চাওখৎ থৌরম্ কয়াদা শরুক য়াবিদুনা শেবা তৌরকপা অসি উবিরক্তুনা ভারত সরকারনা সন ১৯৬৬ ইংদা মচানিপা অতোম্বা শ্রীমান্ যতিন্দ্র সিংহবু চহি অনিগী ওইনা থাদা লুপা ২৫০ ছাত্র বৃত্তি পিবিদুনা জওহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফাল, বিশ্বভারতী শান্তিনিকেতনদা মনিপুরী জগোইগী কোর্স মপু ফানা ট্রেনিং লৌহনখিরম্মী। শ্রীমান্ যতিন্দ্র সিংহ হৌজিক শান্তিনিকেতন্ "সঙ্গীত ভবন" মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইবিরি।

সন ১৯৬৩ ইংদা গুরু কামিনিসিংহনা মহাক্কী পোক্লফম্ লমদম্ লক্ষ্মীপুরদা "মনিপুরী কলা একাডেমী" হায়বা সংস্থান অমা লিংখৎখি। গুরু অসিগী আশার্দ একাডেমী অসিদা মৈতৈ ঐখোয়গী পুং, ঈশৈ, জগোই, গী মায়কৈ অসোমদা অরাংবা থাক্কী ট্রেনিং পিননবা থবক্ থৌরম কয়া চৎথগে থন্দুনা লিংখৎচখিবনি। অদুবু

অরাবদি একাডেমী অসিগী ম্যানেজিং কামিটিগী মহুৎদা পুক্চেন মাম্নরক্কবা অমস্তুং আসাম সরকারদা মতেং নিরুবদা পিশিরকখিদবা, অসিগুম্বা খুদোং চাদবা কয়াদগী একাদেমী অসি ময়া তানা থবক্ চত্থবা ঙম্দহনা নন্দ তৌবদা তাখিরম্মী।

গুরু কামিনি সিংহ মশাগী চহি ৮৪ সুমদা মচা মনাই ময়াম্ থম্বিরমহুনা সংসারগী অরোইবা কৃষ্ণ থুয়া তানখি। ●

# ওঝা য়েঙখোম্ অঙাংতোন সিংহ

ওঝা য়েঙখোম অঙাংতোন সিংহ ১৮৮৫ ইংদা কাছাড় জিলাগী মৈতৈনা মপুং ওইনা ভাবা লম্ সিঙ্গেরবন্দ হায়বা খুন অত্তদা পোকপনি। অপোকপগী মিংনা শ্রী খোৈজাও সিংহ অমসুং অপোকপিগী মিংনা শ্রী মতী তোমচা দেবী কৌই। ওঝা অসিগী অহান্বা আদি গুরুদি মযাম্ব শ্রী হেরা সিংহদা নট চোলোম, ঈশৈ তম্বা হৌই। মথংদা মনিপুরদা চত্তুনা ওঝা নৌরাং শর্ম্মা (ওঝা ঠাকুর) হায়ন খংনরবা অমসুং ওঝা হাওমোম তোম্বা সিংহদা নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা তুহাড় তম্মী। মসিগী মতুংদগী ওঝা অসি কাছাড় লৈপাক্তা নট সংকীর্ত্তনদা তুহাড় চংপা হৌখি। জালোন্তোলাগী কীর্ত্তন্দা মনিপুরগী ফাওরবা ওঝা চুঙথাম থম্বাল অঙৌবী সিংহগ ওঝা অঙাংতোন সিংহগা তুহাড় চংমিন্নখি। মসিদা লৈপাক্লা ওঝা অঙাংতোনগী মতৌ ওন্বা গুন মোহিমাবু শোন্নখিরম্মী। মতুংদা লক্ষীপুরগী ওইনা বলদেব সিংহ মমাগী শ্রাদ্ধদা মনিপুরগী ওঝা শম্বান তুরানা ঈশৈ শকলগা ওঝা অসিনা তুহাড় খোনখি। ওঝা অসিগী বিদ্যাদা মনিপুরগী ওঝা অসি অঙকপা ফংখি অমসুং ডলুগাঁও কীর্ত্তনদা যুম্বনা পামজনা ওঝাবু তুহাড় চংহনখি। সন ১৯৩৬ ইংদা চুড়াচাঁন্দ মহারাজনা ললাংদা পাঙথোকখিবা মহা সংকীর্ত্তন্দা ওঝা অসিনা নাইরেন্ মথেক জগোয় শাবগী মকোক চিংখিরম্মী। শ্রী যুৎ মহারাজনা

জগোয় অতুদা পেনখিতুনা গুরু অসিগী মরি মখোং হংবিখি অমসুং সিঙ্গেরবন্দা পাংথোক্‌খিবা শৈশক অমদা গুরু অসিগী কুম্মৈদা পেম্বীতুনা নিঙথেমমচা শ্রী সনাজাও সিংহ অমসুং শ্রী তোম্বীসনা সিংহ অনিনা সনা খুজি অমা মনা ওইনা পিনবিখি। গুরু অসিগী মচা মনাও কয়াময়াঙ লৈপাক্কী মফম কয়াদা মক ওইনা সিঙ্গেরবন্দ, বড়খালা, বনতারাপুর নচিংবদা শন্দোকতুনা লৈরি। মথোয়শিংগী মন্নুংদা সিঙ্গেরবন্দগী গুরু নোংথোম্বম গৌরসিংহ বড়খালাগী গুরু ধর্ম্ম সিংহ থোয়দোক্না পম্বা য়াই। গুরু অসি মশাগী চহি ৬১ শুবা অমসুং শোক ১৯৪৬ ইংদা স্বর্গতি ওইখি।

# নটগুরু মাইষম ইবুঙোহল সিংহ

নটগুরু মাইষম্ ইবুঙোহল সিংহ খৃঃ কুমজা ১৮৯৭ তা ইম্ফাল তুবেল মপাল নিঙোম থোঙজাও মখোংদা পোকই। নটগুরু অসি পাখং মপুং ফারকপদা মুক্না কাংজৈ শানবদা যাত্রা ফংলকই। অদুবু নটগুরু অসিবু পোকপী ইমা ইবেম্মা স্নানা মুক্না কাংজৈ শান্নবা অসি পামদবদগী মতুংদা মুক্না কাংজৈ অদি তোক্লুনা য়েংখোম ওঝা মঙ্গল সিংহগী মফমদা ববিদুনা দুহার তম্বা হৌই, মথংদা ওঝা ক্ষেত্রি আচৌ, ওঝা সোবোকখাইবম ইবোচাউবা অমসুং নটগুরু চুংখাম থম্বাল অঙৌবী সিংহগী মফমদা চংজদুনা দুহারগী মরমদা মন্না নিংথিনা তমশিনখি।

মশাগী চহী ২০ গুরকপদগী হৌনা মৈতৈ লৈবাক্কী সংকীর্ত্তনগী সমাজদা মশানা পামজবা অমা ওইনা দুহার চংপা হৌবকই, মনিপুর সনা কোনুংগী শ্রীশ্রী গোবীন্দগী স্না পালা অথম্বগী দুহারসু ওইখি-বম্মী। মথংদা পালা অহনগী দুহার কারকপা ফংজবকপদগী ওঝাগী পুন্সি লোমদ্রিফাওবা লেংদনা শ্রীগোবীন্দগী থৌগল তৌখিরম্মী।

বোম্বেগী মনিপুরী জগোইদা মমিং চৎলবী কুমারী সোবিতা মেহতা গী চোলোম তম্বীবা গুরু অমা ওইনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা চত্তুনা শক্তম উৎলুবা গুরু অমনি। মহাক্কী অসিগুম্বা নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা চাওখৎ থৌরম কয়াদা শরুক য়াবিদুনা সেবা তৌবিরকপা অসি

উপিবক্লুনা। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা ওঝা ইবুঙোহলবু 'নট গুরু' উপাধিনা ৈ কেংবিহুনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনস্থু 'নটগুরু অসিবু এৱার্দ পিবিহুনা। মতিক চাবা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি।

খৃঃ কুম ১৯৭৬ তা ভারৎ সরকারনা নটগুরু মাইবম ইবুঙোহল সিংবু মনিপুরী নট সংকীর্তন জগৎতা অথোইবা তুহাব চোলোমগী গুরু অমনি হায়না খ বিবক্লুনা সঙ্গীত নাটক একাদেমী এৱার্দ পিবিহুনা নটগুরু অসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপিখি।

খৃ. কুমজা ১৯৯১ গী জুন থা ৭ তা, চহী ৯৫ শুরকপদা তাইবংপান থাদোকখি।

# "নটগুরু" ময়াংলম্বম ইবোবী সিংহ

ইংশোক ১৮৯৯ গী মেরা থাগী তরানি পাম্বা নিংথৌকাবা নুমিৎতা শগোলবন্দ মাইস্নাম্ লোংথোম্বম লৈকাই ইম্ফালদা 'নট গুরু' ময়াংলম্বম ইবোবী সিংহ পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রী ময়াংলম্বম্ মনিক সিংহ অমসুং অপোক্পিগী মিংনা শ্রী মতী থরো দেবী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুল শিক্ষা উচ্চ প্রাইমারী ফাওবা তম্বগা লোইননা যন্‌শেম্বা অমসুং জগোই রাসদা কৃষ্ণ শাবা গৌরলীলাদা হরিদাশ শাবা অসিনচিংবা কয়া য়াওরক্‌খি। মতুং তারকপদা য়ুম্‌নাম ওঝা নাতুম সিংহ শেলুংবদা ঈশৈ তম্বা হৌই। মথংদা কোঞ্জেংবম ওঝা অতোয়াইমা সিংহ 'সঙ্গীত চার্য্য' দা মৈতৈলোন্‌গী ঈশৈ অমদি রস শাস্ত্রনচিংবা কয়া তম্‌শিন্‌খি। চোলোম্ করতাল্ মরোন পাম্‌জবদগী ওঝা চুংখাম্ থম্বাল অতোম্বী সিংহদা চংজতুনা নট চোলোম্ তম্‌খিরম্মী অমসুং মৈতৈ লোনগী ঈশৈ শক্‌পদা নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভানা খৃঃ ১৯৩৫ ইংদা মেডেল অমা মনা পিনখিখি। মসা কোন্নুংদগীসু ঈশৈ শকপগী দমক্ মসা খুজি খামেন্ চৎপা অমসুং তাল্‌নচিংবা নিংথৌগী মনা মথুম্ ফংজখি।

মহারাজ বোধচন্দ্রগী মসা হাকৃতক্তা অথম্বা পালাগী দুহাড় ওইখি। খৃঃ ১৯৫৪ দা নিউ দিল্লীদা রিপাব্লিক্‌দেগী উপলক্ষদা নট চোলোম্ উৎলুবগীদমক্ মেডেল মনা ফংখিরম্মী। মহারাজ ওকেন্দ্রজীৎগী মসা

হাক্তক্তুসু মৈতৈ লোন্গী অথবা পাংলোগী থুহাড়সু খঙখিরম্মী অমসুং খুঃ ১৯৫৮-৫৯ ইংদা জরাহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাদেমীদগী নট চোলোম্গী বিষয়দা বিশারদ (Diploma) পরিক্ষাসু পাশ তৌখি। ওঝা অসিনা নট সংকীর্তনগী মাইকৈদা পুন্সি চুপ্পা সেবা তৌরকপসি উবিরক্তুনা সক ১৯৭১ ইংদা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ" না "নট গুরু" হায়বা উপাধি অসি লৈতেংবিখি। ওঝা ইবোবী সিংহ ইংশোক ১৯৭৭ গী মেরা থাগী তরাতরুক্কী পাম্বা শগোলসেন নুমিৎতা মালেম থাইবং থাদোক্তুনা স্বর্গধাম্দা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি। ●

# "নট গুরু" থাংজম অঙাংহল সিংহ

নটগুরু সোরাম (খ্বাইনা থাংজম) অঙাংহল সিংহ হায়না শক খংনবরা নট সংকীর্ত্তনগী গুঝা অসি সেগা রোড তখেল্লম্বম লৈকাই ইম্ফাল মনিপুরদা পোইন্নগী ১৬ নি পাম্বা শগোলশেন্ তাং ২৬।১২।১৯০১ ইংদা পোকখি। নট গুরুবু পোকপা পম্বৌগী কোনোযনা সোরাম অংগোনসিংহ কৌই। পুংবৈবদা খ্বাইনা শক খংনবরা কোন্নুগী অরিবা পালাগী হিদং চৈখিবা গুরু অমনি। অপোবপৌগী মিংনা অমুবী দেবী কৌই। নটগুরু অসি পোবপদগী অঙাং ওইনা মীবোল তারকপদগী নট সংকীর্ত্তনগী সংগাবদা খোংদাবকপা হৌরকখি অমস্রুং অঙাং ওইরিঙেদা নিপামচা পালা, গৌরলীলা, শাঙেনবনচিংবা বয়া য়াওবকখিরম্মী। নটগুরুগী অহান্বা আদি গুরুদি খোমদ্রাম ৺গুনামজাংসিংহ, সেগা রোড লৈমখুজম লৈকাই ইম্ফালদা লৈবা গুঝা অসিদগী বিদ্যা তম্বা হৌখি। নট চোলোমগী গুঝানা সেগা রোড থৌদা ভারক লৈকাইদা লৈবা গুঝা হাওমোম ৺তোম্বা সিংহগী মফমদগী চোলোমগী অভিনয় পুম্বা তমশিনখি অমস্রুং শগোলবন্দ নেপ্রাম মেগুর পুখ্রী মপান্দা লৈবা সঙ্গীত চার্য্য কোঞ্জেংবম ৺অংগোযাইমা সিংহগী মফমদগী মৈতৈলোনগী ঈশৈ শৈশক পুম্বা মংং শুনা তমখিরম্মী। মথক্তা পঞ্জশ্রিনা গুঝা গুরু ময়ামগী থৌজান্না নট গুরু অসি ঈশৈহন্বা, ঢুহাড়

অমসুং পুংবৈবো শিনফম অ২ম তুনা হৈখিরম্মী। লৈপাক্লা শোন্নরবা ইশৈহন্বা অমসু, তুহাড শিনফম অনিমক্কী অথোইবা কলাকার অমনি। ওঝা অসি তুহাড চোলোমগী নিংথিজবা শাথেক্কী মথক্তা খোঞ্জেন মু শিনগী তাংলবা গুন অমগা পুন্না য়াওতুনা লৈপাক্কী ওঝা অমা ওইখি। মনিপুর অমদি মনিপুবগী মপান্দা মফম কযাদা চত্তুনা নাম শোনখি অমসু, লৈপাক্লা শোন্নবা থুংলোইবা শিনফমদি তুহাড়নি। ওঝা অসি ১০৮ স্বর্গীয় শ্রীযুক্ত রাজা ভূম্বু সিংহ (মনিপুর) গী বৃন্দাবন চন্দ্রগী পালা, শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী ধবকী পালা, মথংদা তুহাড় ওই‧খিবম্মী। ১০৮ শ্রীযুক্ত ৺বোধচন্দ্র মহারাজ (মনিপুব) না খামেনচৎপা ফৈজোম, সনা খুজী, তালনচিংবা মনা মথুমসু থিনদোকপিখি। সন ১৯৩৫ ইংদা মৈতৈ ইশৈ কমিটিনা কৈতেলোন্দা ইশৈ শকপা হৌদোক লাকপগী নিংশিং থুদম ওইনা লুপাগী মেডেল মনা পীনবিখী অমসুং তাং ১০৷৩৷১৯৬৮ ইংদা 'মনিপুব সাহিত্য পরিষদ' মা ইকাই খুম্নবা ওইনা ওঝা থাংজম অঙাংহল সিংহবু নটগুব‧ উপাধি অসি লৈতেংনিখি।

ওঝা অসিনা অনুরাগদা "এক তাল" মচা হাযবা তাল অমা শেমতুনা কংলম্মী। ঈশৈ মযেক্লা "প্রিয সজনী" হায়না হৌই। অসুম্না নট গুরু অসিনা তখেল লৈপাক্, দিল্লী, কাছাড অমসুং আসাম্ নচিং মফম্ মনিপুরগী রাজমদা নাম শোন্দুনা নট সংকীর্তন কলা অসি শন্দোকপদা অয়াম্বা শরুক য়াখি। মনিপুব অমসুং মনিপুবগী মপান্দা সেবক মচা কয়া থনম্মী অমসুং শেম্বাবম্মী। হৌজিক্ হৌজিক্মক্ মনিপুব গী মফম্ কয়াদা চত্তুনা নাম্ শোল্লিবা লেপাক্লা শক্ খনরবা (১) শ্রী গুরুমযুম কেশ্বো শর্মা, (২) শ্রী কোন্থৌজম সনাতন সিংহ (৩) শ্রী মুতুম্ বিজয় সিংহ, নট্ গুরু অসিগী সেবক্নী। ভানুঘচি অমসুং ঢাকা নচিংবা লম্দম্সিংদসু সেবক্ মচা কয়া থনম্মী।

নট গুরু'সিগী মপুসু ১০৮ শ্রীযুক্ত ৺চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাত্তকৃতগী শ্রীশ্রী গোবিন্দগী অরিবা পালাগী পুবৈবা ইশ্লবা ওইখি। থাংজম খোমদোন্ হায়না লৈপাক্লা শক্ খংনখি অমসুং পুংগী ওঝা অমনি।

মহারাজ অসিগী মনা হাক্তকতগী সোরামবু থাংজম হায়না খংনখি। মহারাজনা থোনখিবনি।

অসুম্না নট গুরু অসি লৈপাক কোইনা নাম শক শোল্লমলগা মশাগী চহিনা ৬৮ শুরকপা মতম ফাইরেন থাগী শ্রীপঞ্চমী থাংজা তাং ৩।২।১৯৬৯ ইংদা ইমা নট সংকীর্ত্তনগী মতম্বাক্তা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি।

# ওঝা ঙারিয়াম্বম ৺রুপানন্দ সিংহ

আসাম্ লৈপাক্তা নট্ চোলোম্ ডুহাড়দা ফাওখিবা ওঝা ঙারিয়াম্বম রুপানন্দ সিংহ কাছাড় জিলাগী ফালেববন্দ খুনগী অৱাং লৈকাইদা পোক্পনি। ওঝা অসি অহাম্বদা ঈশৈ তমম্মী অমসুং ঈশৈগী ওঝাদি মখুনগী ওঝা পাচযবতী ময়ুম্ তোম্বা শর্ম্মাদা তম্বা হৌখি অমসুং মতুং তারক্পদা মনিপুরদা চত্তুনা শাপম্ ওঝা চাওব সিংহদা নট সংকীর্ত্তনগী ডুহাড তমখি। কাছাড়দা নহারোল য়াইভোংবদা মশক নাইবা ডুহাড় অমা ওইনা চংখৎলক্পদগী মশাগী চহি ৫৫ শুবকপদা নাওয়াগাঁও জিলানা কোম্বা লম হোজাই মনাক্তা লৈবা উদয়পুর হায়বা খুন্ অত্তুদা খুন্ হোংখিরম্মী। আসামগী মৈতৈনা তাব লম খুদিংদা চত্তুনা ওঝা অসিনা নাম শোনখিদবা য়াওদে। ওঝা অসি মনিপুরগী মপান লমদা নট সংকীর্ত্তন্দা ফাওখিবা ওঝা ময়ামশিংগী মনুংদা ওঝা রুপানন্দ সিংহসু লৈপাক্লা শিংথানৱিবা ওঝা অমনি। ওঝা অসি মশাগী চহি ৭৭ লোম শুরকপ অমসুং ইংশোক ১৯৭৮ দা স্বর্গতি ওইখি। ●

# ডা. কোঙ্গেংবম ধন সিংহ

ডাক্টা কোঙ্গেংবম্ ধনসিংহ শকাব্দ ১৮২৫ গী এপ্রিলগী তা. ১২ দা আসাম্ কাছাড় জিলা লক্ষীপুর থানাগী মনুং চন্দ্র কোঙ্গে লৈকাই হায়বা খুন্ অদুদা পোক্খি। মহাক অসি শ্রী কোঙ্গেংবম বাপুচান্দ সিংহ অমদি শ্রীমতি সেনজুবম্ নিঙোল কামিনি দেবীগী মচানিপা অমলনি। ডাক্টা অসিনা ইম্ফাল্ পানোইগী শ্রীমতি নাওরেম নিঙোল মইলখানি দেবীদা লুহোংলুনা লৌখি অমসুং মচানিঙোল অমত পোক্খি মমিনা শ্রীমতি কোঙ্গেংবম বিনোদিনী দেবী লৌই।

ডাক্টা অসি মহারাজ চূড়াচান্দ মহারাজনা পাল্লিবৈ মতমদগী মনিপুর দা চংখিদুনা কৈশাম্ পাটি নাইসোম্ লৈবক্ ইম্ফালদা য়ুমলিংদুনা লৈখিবনী। ডাক্টা ধনসিংহনা অপোকপা মপাবুদগী মঙ্গাল দিদা অমদি অটেং অটেং সক্তিগী তৈনিবা অমসুং থিজিন্ খোংচিন্নবগী রাখল অদু পোকখি, মসিনা মহাক্কী তুংগী পুন্সিগী শিংক্রম্ ওইখিরম্মী।

স্কুলগী শিক্ষানা ক্লাস VI (মাইনর) ফাওবা তমক্ তমখি। অদুবু মপাবু লৈখিদ্রবদগী মথা চংথখিদ্রে। মশাগী চহি ১৭ চংলকপদা মহাক্না হৌনলকপা স্কুল মতম অদুগী এল, পি, স্কুল কোঙ্গেং লৈকাইদা ওঝা ওইদুনা চংখিরম্মী।

অমসু চহি ১৮ দগী হৌনা মহাক্না লৈখিদ্রবা চিংঙামথংগী ওঝা

সোরোক্খাইবম অঙাংশোন্ সিংহ ঃস্মুং এলাংবম্ মৈকাইগী লৈখিদ্রবা ওঝা চংখাম্ থম্বাল অতোৌবী সিংহ নচিবা ওঝা গুরু মামদগী ঈশৈ, চোলোম্, ঃদি তাল মখল মখা অমাম্ব তম্বা হৌখি। মথংদা ইম্ফালগী জৱাহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাডেমীগী চহি ৬ ট্রেনিং কোর্স ফংলবা মতুংদা চোলোম অমদি মনিপুরী নট সংকীর্তনদা "সার্টিফিকেট অফ মেরিৎ' একাডেমী অসিদগী ফখি।

ওঝা অসিনা 'কোযেৎ যেৎপা' সিদ্যা অসিস্থু থৌদা ভাবোক্ লৈকাইদা লৈবা ফাওববা ওঝা শোনাম্বম চাওবা হাযন খংনববা (লৈখিদ্রবা শ্রীসাপম চাওবাসিংহ) ওঝাদগী তম্শিন্জখি।

ওঝা অসি মনিপুরী সংকীর্তনগী মমিং চংলবা তুহাড অমনি, অতুগা কোযেৎ যেৎপদস্থ মনিপুর সনা লৈপাক্তা মপা চেংনা হৈবনা মশক নাইবা ওঝা অমনি। মসিনা মবম ওইতুন মহাক অসি পালা কাংবু অমদি ওঝা গুরুশিংগা যাম্না নক্কনা মবি লৈনখি। ওঝা অসিনা পুথোক্পা লুহোংবা মডগী 'কোযেৎ মচা'গী ফজবা মেমুনাগী দমক লৈপাক্তা মহাকপু থাগৎনৈ। মনিপুরী জগোইগী চংদ্রবা যাদ্রবা ফিজেৎকী মন্নুংদা কোযেং হাযবসিস্থ অমনি অতুনা ওঝা এনগী খুদোং অসিগু মনিপুরী কন্নচবদা অচৌবা খুদোল্ অমনি।

মনিপুর সনা লৈপাক্কী লৈখিদ্রবা স্যার চুড়াচান্দ মহারাজ কে, সি. এস, আই, না পাম্লিঙৈদগী হৌনা ওঝা ধন সিংহনা মহারাজ অমদি শ্রী গোবিন্দজীগী সেবা ফংজরকই। অতৈ অতৈ সেবাগী মতংতা মহাক্না শ্রী গোবিন্দজী অমস্থুং মহারাজগী 'কোযেৎ যেৎপা গী থৌগল অসি ফংজরকখি।

শ্রী যুৎ মহারাজ বোধচন্দ্রগী সনা হাওক্রগী 'শেলুংবা' সনা কোন্নুংগী ক্রমথোন কাখি অমস্থুং মহাক্কী নচা হাক্তক্ শ্রী যুৎ ৎকেন্দ্রজীৎকী মতম ফাওবা চৎথখি। ওঝা অসি কোন্নুংগী পালা যাইমাগী তুহাড় অমস্থনি। নিথৌগী মনা মথুম সনা খুজি, তাল, খামেন্ চৎপা, বেশম ফুরিৎ, নচিংবা মখল্ মথেল্ অযাম্ব মনা ফংলবা ওঝা অমনি। ইশৈ

অমদি জগোইগী মরমদা। মতুনা ওঝা ধন সিংহ 'কল্চর গী হিরমদা খিজিন্ খোৎচিন্নদা অরাবা খক্ পোক্খিদে।

ওঝা অসিনা হৌজিক্ হৌজিক্ ফাওবদা লাইরিক্ মঙা ইবিহুনা ফোংখরে, অতুগা লাইরিক অমনা ফোংগদবগী প্রেসতা লৈরি।

লাইরিকশিং অতুদি :-

১। শ্রীশ্রী হরি সংকীর্তন :- শোক্ ১৯৬৭ ইংদা ফোংই। লাইরিক অসিনা মখল্ মখা অয়াম্ব রাগ, রাগীনি, তাল্শিং অমসুং মাওব মপু, ইশৈ হন্বা, ছুহাড়, পুং য়েৰা নচিংবা সংকীর্তন বিচারশিং নৈনৈ।

২। সংকীর্তন মহাত্মাম :- লাইরিক অসি শোক ১৯৭১ ইংদা ফোংই। মসিনা জগোই অমদি পুংলোন্গী রাগ, বাগীনি,গী হিরমদা নৈনৈ।

৩। মৈতৈ পুয়া রারী মচং :- লাইরিক অসিদা য়াওরিবা রারীশিং অসি পণ্ডিত খুমন্লম্বম্ য়াইমা অমসুং পণ্ডিত অচৌবা মোইরাংথেম্ চন্দ্রসিংহদগী খোম্জিন্জবা রারীশিংনী। লাইরিক অসিদা ফি শাবা হৌখিবা, পোলো, কাং শান্নবা, হিয়াং তান্নবা, য়েক্ শলাই ময়াম্গী মচু মখেল্শিং অসিনচিংবা হিরম্ কয়ামরুম্ নৈনৈ।

৪। মনিপুরী সংকীর্তন : লাইরিক অসি শোক ১৯৭৬ ইংদা ফোংখি। লাইরিক অসিনা নটপালা, ত্রিনতাল্, বাজমেল, মেনকুপ, রাগ, নচিংবা হৌরক্ফম ১দি লৈফমনচিংবা নৈনৈ।

৫। শ্রীগোবিন্দজী রাসলীলা :- লাইবিক অসিনা মখল মখা অয়াম্ব রাসলীলাশিং — কুঞ্জরাস, মহারাজ, নিত্যরাস, দিবারাস, বসন্তরাস নচিংবগী মরমদা নৈনৈ।

ওঝা অসি হৌজিক লৈখিদ্রে অতুবু সংকীর্তন জগৎতা ওঝা অসিগী দান্দি মুৎপা য়াদনা লৈহৌরি। ●

# ওঝা রাহেংবম দেবেন্দ্র সিংহ

ওঝা রাহেংবম দেবেন্দ্র সিংহ ইংরেজী শোক ১৮৯৯ সেবা থাগী শগোন্‌শেল মুমিৎ কাছাড জিলাগী ঝন্ডাগোল খুনৌদা পোক্খিবনী। মহাকপু পোকপা পম্বোগী মিংনা রাহেংবম তিলো সিংহ অমসুং পলেমগী মীংনা রাংগোন কৌই। মতম অতুগী মৈতৈ সমাজদা লাইরিক লাইগুগী মওংতা হরি সংকীর্ত্তন্না হেন্না মমল লৈরা অমসুং মওন্ লৈবা ওইনা থন্নবনী। অসিনা মরম ওইদুনা মহাক্কী পলেম পম্বো অনিন। ওঝা নেনা সিংহদা গুরু ররন তৌদুনা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তম্বা হৌথি। মহাক্কী পালেম পম্বো অনিমক সংকীর্ত্তনদা থরাম্ন লুপ্পা পামলম্মি অমসুং ঈশ্বর ভক্তিদা যাম্না পুক্নিং চংলম্মি। মোইরা থেম ওঝানা লোংপাওবদা মানা সনা লৈবাক মনিপুরদা চত্তুনা ক্ষেত্রিময়ুম ওঝা অচৌ সিংহদা গুরু খন্দুনা নোট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ মথা তমথখি। মহাক যাম্না অত্তাং ওইনা নোট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তমখিলা মরম্মা মশাগী চহিনা ১৭ (তরাতরেং) শুবদগী হৌদুনা মনিপুরদা নৈতুনা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ অমসুং হুঙ্কার অনিমক তমখি। মহাক্কী শাওং শাদা, চাও শাংবা অমসুং ঙাংঙ্ম্নবা কুচুনা অযাম্বা শ্রোতাগী পুক্নিংবু হুবন্নী। মশাগী পোক্পদা লোয়নরকপা মওননা লৈতেং ওইবনা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ অমসুং হুহাড়গী খুথেক শাথেক্তা মাগী ওঝাগী পুক্নিংবু জয় তৌবা মরম্না ওঝা অচৌনা মতম

পুম্নমক্কা মনাইবু মনিপুরগী সংকীর্ত্তন খুদিংমক্কা থৌগল ফংনবগী খুদোং চাবদো পিবিরম্মী। মহাক মবিদ্যাদা থরায় য়াওব, হোৎনবা কনবা খাংবা কনবা অমসুং হৈশিংবা শবকতগী মাগী ওঝানা মাবু শৈফম খুদিদা খোনবাংহৌন ওইনা থৌগন তৌবগী খুদোং চাবা পিবিরম্মী। অসিগী মতুংদা শৈফম কয়াদা মাগী ওঝাগী থৌজান্দগী মানা তুহ'র ওইনা মপু মনাই পাংথোক্‌মিনবগী খুদোং চাবসু ফখি। অঙাং ওইরিবা দ্রেবেন্দ্র সিংহ মতম থরনিগী মতুংদা মনিপুরদা মাগী মীচং শন্দোক্‌খি। অসুম হৌদুনা চহি ৮ (নিপান) চুপ্পা ওঝাগী থৌগল তৌবনা মতুংদা মহাক পোক্কফম লমদম কাছাড়দা অমুক হল্লকখি। গুরু কৃপানা পান্থে ওইদুনা দ্রেবেন্দ্র সিংহ কাছাড়, আসাম অমসুং ত্রিপুরানচিংবা লমদম পুম্নমক্কা মাগী মীংচং শন্দোকখি। শম্না হায়রবদা শামুনা ময়া থিন্দোক্‌-লক্‌পদা মঙ্গে থেঙ্গনা যৈশনবা য়াদবগুম মহমতুদা দ্রেবেন্দ্রসিংহ হরি সংকীর্ত্তনদা মীচংকী উরো য়ুংখি। অদুবু লাইবক থিবদি মতম থরনিগী মতুংদা মহাক্কী মখোন য়াদবা শকক্তদগী মহাক তুহার ওইনা নাম শোনখি। ঈশ্বরগী কৃপাদগী মহাক তুহার ওইনা নাম শোনবদা অমুক হেন্না মীচং শন্দোকখি অমসুং মনা ফংখি।

তখেন মি থৌগী রাবফাগু পাগা তুহার ওইনা থৌগল ফংখি অমসুং মহাক্কী মুদ্রা চুম্না শাবা খুথেক শাথেক্তা ত্রিপুরেশ্বর বীরবিক্রমগী পুক্কি পেলহনবা ওম্ব শবকতগী ইনিংথৌনা সানাগী খুজী অমসুং এক-মান্নচিংবা মনা ওইনা পিখি। অসুম হায়না চহি ৮০ (মরিফু) রোম হরি সংকীর্তনগী নাম শোল্লিডৈ মহমদা চান্দপুরদা "চান্দপুর অমুথোয় সঙ্গীত বিদ্যালয়" লিংখৎলম্মী। হায়রিবা সঙ্গীত বিদ্যালয় অসিগী প্রিন্সিপাল ওইবিদুনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা ধর্ম্মগী ওইবা সংকীর্ত্তনদা পুক্কি চংহন্নবা কন্না হোৎনরম্মী। মহম্না বনাবুসু ঙায়দে নোংমা নোংম গৌথিবনা ওঝা দ্রেবেন্দ্র সিংহ মশাগী চহি ৮৫ শুবদা তাইব থাদোক্নুনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। ●

# ওঝা ওইনাম খেনৌবা সিংহ

কাছাড় লৈপাক্কী মৈতৈ সংকীর্ত্তন সমাজতা তুহাডদা ফাওখিবা ওঝা ওইনাম খেনৌবা সিংহ কাছাড জিলাগী মন্তু লক্ষীপুর খুনৌদা ওইনাম্ শাগৈদা পোকপনি। অঙাং ওইবিডৈদা লক্ষীপুরদা যুমলিংতুনা লৈরম্বা মনিপুরগী ওঝা আজ্ঞা তোম্বাবু শর্ম্মাগী মফম্দা ববিতুনা ওঝা খেনৌবা সিংহ পালা তুহাড তম্বা হৌই। মসিগী মতুংদা মনিপুরদা চত্তুনা মংম অতুগী মনিপুর স্না লৈপাক্তা ফাওখিবা ওঝা সোরোক্ খাইবম্ তোম্বা সিংহগী মফমদা চংজতুনা তুহাড চোলোমগী মবমদা মুন্ন মমুদ তানা তমশিনখি। ইম্ফাল ক্বাক্ কৈথেলদা লৈবা ওঝা হাওবম্ তোম্বা সিংহ তুহাড়গী মফমদস্থ চংজতুনা করতাল চোলোমগা কোননা হংস্তোক্ হাযবা ১স্থং তুহাড়না ঈশৈ অরাই অখুম তৌনবগী মবম পুম্বা শুনা তমশিনজখি।

ময়াঙ লৈবাক্কী ফাওবনা গুরু কনুম্বম্ বামিনি সিংহগী মফমদস্থ চংজতুনা তাল মথন মথা ময়াম্ চোলোমগী ভাব নিকাব পুম্বস্থ নিংথিনা তম্মী। ওঝা পাওনম চুবা সিংহ অমস্থ, রাংখেম্ ওঝা অনিগী মফমদস্থ ইশৈ তম্মী।

তুহাড অমা ওইনমক ওঝা অসি ইশৈস্থ য়াম্না হৈ, খঙি। খোলৈ খোন্দা য়াম্না থুংশিবা মরম্দগী সংকীর্ত্তনদা তুহাড় চৎপা মতম

অয়াম্বদা ঈশৈ নাইতোম হায়না অসি কাছাড়দা ওঝা অসিনা অখোইবনি। ওঝা অসি আসাম, কাছাড়, ত্রিপুরা, লৈপাক থোইদোক্না বাংলাদেশকী মন্নুং ফাওবদা লৈরিবা মনিপুরী সংকীর্ত্তন সমাজগী মন্নুংদা কোইনা চত্তুনা নাম শোনবা অমসুং হুহাড় চৎলম্বা ওঝা অমনি। ওঝা অসি লৈখিদ্রবসু ময়াম্ভ লৈপাক হরি সংকীর্ত্তন সমাজগী মন্নুংদা ওঝা অসিগী কীর্ত্তি মিংচৎ ময়েক্ লানা লৈহৌরি। ●

## ওঝা শ্রী নোংথোম্বম ৺গৌর সিংহ
## ' নট ভুষন '

ওঝা ৺গৌর সিংহ, খৃ: কুম ১৯০৮, ইঙেনগী ১১ নি পানবা যুমশাকৈশা হুমিত্তা কাছাড সিঙ্গেরবন্দ মযায লৈকায, আসামদা পোকই। অপোকপগী মি শ্রী গুলামজাং সিংহ অমস্থু অপোকপীনা শ্রীমতী বামিনী দেবী কৌই। শ্রী ৺গৌর সিংহ নত্তা ওইবিঙৈদগী মীযামগী যাইফ থৌবম অমদি কলাদা পুক্নিং চঙলকই। মনিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ অমস্থুং তুহাডগী চোলোম ওমদুনা কাছাড অমসুং আসামগী মৈ মৈ খুঙ্গং কযাদা জাতিগী সেবা তৌবিবম্মী। শ্রী ৺গৌর সিংহনা ঈশৈ অমসুং চোলোম্নচিংব তমজখিবা গুরুশিংদি শ্রী অবান্দন ৺চন্দ্রবদন সিংহ, কৈশাম ৺পঙ্গোই সিংহ, সেবাম ৺তোনবু সিংহ, ওইনাম ৺বোইবেং, যংখোম ৺অঙাংতোন, কবুম্বম ৺কামিনী নৃত্য গুরু, থাজম ৺চাউবা অমস্থু সাপম ৺চাউবা সিংহ, ইম্ফাল অসিদা নত্তুনা ত্রিপুরান-চিংবা মফমদস্থু চৎতুনা নৈনখি। ওঝানা মনিপুরী কলা একাদেমী লক্ষীপুরগী তুহাডগী ওঝা অমসুং মনিপুরী সঙ্গীত কলা একাদেমী সিঙ্গেরবন্দ কাছাডগী ভাইস প্রিন্সিপাল মথ দা প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুবিবম্মী। ওঝানা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন তুহাডগী লমদা থোইদোক্ন শীংথানিঙাই ওইবা দান তৌবিবম্বগী দমক ইকায খুম্নবা উৎপিদুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৫০ শুবা চহীগী থৌরমগা মরী লৈননা নট ভুষন হাযবা উপাধি অসি পীবিখি।

# ওঝা ক্ষেত্রি ময়ুম নারাং সিংহ

ওঝা ক্ষেত্রিময়ুম নারা সিংহ লৈখিদ্রবা ওঝা ক্ষেত্রি অচৌ সিংহ 'নর্ত্তন। চায়াগী মচানুপানী। ওঝা অসি ইংশোক্ ১৯২১ গী সেপ্তেম্বর তারিক ১৫ দা পোকখি। হৌডিঙ্গা য়ুম্নাম লৈকাই ইম্ফালদা লৈবি। ওঝা অসি মশাগী চহি ২০ শুবকপা মতমদা School গী লাইরিক লাইশু তম্বা থাদোক্খি। অদুগা ওইবিবৈদগী হৌনা ইবোয়না খোং-কাংজৈ কং শানবা ১স্ত মুক্ত শানবা য়াম্না পামলকই, মরম অসিনা মহাক অসি শানবশিংগী মরুদা থোইদোক্ হেনদোক্পা শন্নরোই অমা ওইরকখি। ওঝা অসি হোকী শান্নবা, ফুটবোল শান্নবস্তু যাম্না নিংথিনা লৈ। মপা ইনাঙ্গো ওঝা অচৌনা মতিক চাবা শগোল্ লোইরম্বী, অসিনা মরম ওইদুনা মহাক অসি শগোল ফজনা থৌবা ওইবা মসুং শগোল কাংজৈ শন্নদা মশিংনা ওইরকখি।

পৃথিবীগী অনিশুবা লানচাওবগী মতমদা জাপানিজশিংনা ১৯৪২ ইংগী মেংগী তাং ১০ দা বোম্ থাদখী মসুং Imphal শহর অসি লানফম্ ওইথিরম্বী অসিনা মরম ওইদুনা মহাক ১৯৪২ ইংগী August থাদা Military Engineering Carps দা মোহরির অমা ওইনা থাগী তলব লুপা ৭৫, দা ইংরেজ সরকারগী মখাদা থবক্ চখিরম্বী। মতম্ থরগী মতুংদা মহাক অসি Section officer ওইনা কম্ হাইগংলকখি।

১৯৪৩ ইংদা ওঝা নারা Sub Divisional officer ওইরকখি। অমুম্না officer গী থাক্তা থবক্ তৌজবা মহাক্কী পুন্সিদা ফংজখি, মহাক্কী থবক্ তৌফম্ ১মুং থবকৃতি মনিপুরগী খা থংবা ওমথৈগী লম্বী থোং গাড়ী চংপা য়াননবা পলেম্দগীনা ভারত বৃহ্মাগী লম্বি তুম্মু ফাওবগী লম্বী থোং অসি নিথিনা শেম শাবা অসিনি। মতম অদুদা Military officer শিংনা মহাকপু মাগী পুকচেল্ শেংবা ১মুং যাম্না থুন। থবক্কী মরমদা খংজন্ উশঙ্বা ১মুং হৈগঙ্বা অদুগী তমক্ মহাকপু স্নুশিবিখী। করিগুম্বা মংমদা মহাক্না অবানবস্মু কয়া য়াওখি মতু পুঙ্বা অদু মথক্কী সরকারনা ভাকপিখি। শোক ১৯৪৫ ইংদা মহাক্ থবক্ নিংথিনা তৌবগী ওমক্ Certificate নচিবা কযাগা লোইননা মযুমদা হল্লকখিরম্মী।

১৯৪৭ ইংদা ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা মতুংদা মহাক কংগ্রেস ১মুং Socialist Party Asst secy. অমসুং Executiv eMember মথং শিংনা ওইখিরম্মী। ওঝা নারাং Politics গী মাইকৈদস্মু অচৌবা থৌদাং কয়া যাতুনা দিল্লী, বোম্বে ১মুং আসামনচিংবদা মনিপুরগী প্রতিনিধি অমা ওইনা মীতিং কযাদা থৌ যাকই। Engineer গী রাখল লৈবা মীওই অমা ওইবা মবম্না মহাকপু ১৯৫৬ ইংদগী মনিপুর PWD গী মখাদা special Registered Contrclar অমা ওইনা লৌশিনবিখি। Post অসিদা লৈদুনা মহাক তৌজিক্ ফাওবা থবক চংথবি। অসিগা লোইননা থরাই হকচাং যাংনা মনিপুর পুম্বগী ঠিকাদারগী president স্মু ওইবিদুনা মনিপুর সরকার অমসুং ঠিকাদার পুম্বগী অফবা অশেংবা থৌরম কয়াদা মরি লৈনবস্মু হোংনবিরি। সমাজ সেবা তৌবগা লোইননা মহাক অসি School College কয়া লিংখৎপগী থৌবুস্মু ওইখিরম্মী। সমাজকী ওইনা মহাক্না লম্বী থোং কয়ানচিংবা শেম্ শাদুনা প্রজাশিংগী য়াইফনবা হোৎনবদা অয়াম্বা শকক্ য়াবকৃখি। তৌজিক ফাওবা College, High School কয়া নিথিনা মপুং ফানা চংথনবা হোৎনরি।

যেস্না নাবাং সিংহ শ্রীশ্রী গোবিন্দজী মন্দিরদা শোক ১৯৬৬ ইংদগী Cashier ওইদুনা মন্দিরালয় অসি চাংখনবা হৌখিদা অমস্ত শরুক য়ারিবকই অমস্ত মহাক Imphal Urban Co-Operative Bank LTD, গী Funder, member, Vice Chairman অমস্ত Board কী member অসিনচিংবা মথং মথং ওইবকখিবনি।

ওঝা নাবাং নট সংকীর্তন জগংতম্ত অঙাং ওইবিউদেগী হৌনা ইচং থৌবা, যাম্ন ফাগন্না, হৈগন্না, থুনা খংগন্না অসি গুণ্‌না গুনশিং অসি অপোকপা হকন উবা ফংখি। অসিনা মরম ওইদুনা অপোকপা ওঝা অচৌবি ‘নর্তমাচার্য্য’ না ওঝা নাবাংবু তুহাড় কবতাল চোলোমগী অভিনয় পুম্না শিখিবনী অমস্ত গৌরলীলাগী নিপা পালাদা মশাগী ৫৯ ১১ সুবকপদা তুহাড় চংলি। অমস্তনা অপোকপা গুরুনা ওঝা অনিব নট সংকীর্তনগী মাইকৈদা পুশিনখি।

পুরিনগী অমিস্তবা লাননাওয়ে লোইববা মতমদা মহাকপু অপোকপা গুরুনা অমুক হন্না চোলোমগী মরমদা মুন্না শিখখি। অসিদগী হৌবদুনা হৱন লৈপাক্ কোইনা নাম থোম্না চংপদা ওঝা নাবাংবুস্ত থৌগনলোই ওইন লোইনখি, লৈপাক শক্ খংনবকখি। অদুবু মহাক হিবম অসিদা পুন্সিগী অবেঙ্গ শিনফমদি চৌজিক্ যাওবা নইখিদে। শোক ১৯৫৫ ইদা অপোকপা গুরুনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্না অমুক্ হন্না অপোকপনা শ্রীরধা নট সংকীর্তনগী কলাবিদ্যা অনিবু চাওখৎনবদি বন্না হোংনখিবনি। অসিনা মরম ওইদুনা ওঝা নাবাং লৈপাক কোইনা তুহাড় চংলকখি, মহাক্না তুহাড় চংপা মতমদা মথক থোংনা গুরুশিংনা মহাকপু লৈখিদ্রবা অপোকপা ওঝা অচৌ মাল্লি ১মুং থোইদোক্ হেনদোকপা ওনশিংগা লোইননা উবদা থাগৎনখি।

লৈখিদ্রবা ওঝা অচৌসিংহগী থোইদোক্ হেনদোকপা পরুরান মচা ১মুং ‘সঙ্গীত নাটক একাদেমী’ এৱার্ড মন ফংথরবা ‘নটগুরু’ মাইবম্ ইবু ভোহন সিংহগী মফমদা যগ্লগা লোইননা গুরু বরিদুনা নটগুরু অসিগী মফমদা অমুক্ চংজদুনা নট চোলোম্ তমখিবনি।

পুবিনাগী অনিশুবা লাংজাওগী মতুংদা মনিপুরগী পোলো শান্নবা অনি নিশ্মনা শিংথানবা থখি। অসিনা মরম্ ওইদুনা ১৯৫২ ইংদা মতম অদুগী মনিপুরগী Chief Commissionar শ্রী জে, এম, রাইনা (I.A.S) না মনিপুরগী পোলো এসোসিয়েশন শেমদুনা অমুক্ হৌদোকখি। চহি অসিমক্তদা মহাক্ মীযামদা উৎপা পোলো শান্নবা অমদা শানরোই ওইনা শকক যাখি। ১৯৬১ দগী ৬৪ ফাওবা Republic day উপলক্ষদা থোংগাল ( gate ) শাবগী তমক্ মবিবক্ হন্না মনা ১মুং Certificate নচিংব ফংখি ১মুং Manipur State Kala Academy গী Councellar Member মু ওইবিদুনা মক ওইবা মবি লৈনবা মীফম্ কযাদমু শকক যাখি। ১৯৬২-৬৩ ইংদা মহাক মনিপুরগী অহাম্বা বেজ home guard training দা যাওখি অমসুং নোং মৈ কাপ্পগী অনিশুবা পোজিশনদা লাকখি। ১৯৫৫ দা মহাক Manipur Rifles Association গী নোং মৈ কাপ্পদা অহুমশুবা মনাসু ফংখিবমখা। অমসুং Committee Member মু ওইখি।

১৯৫৫ ইংদা মতম অদুগী মনিপুরগী মহারাজ বোধচন্দ্রজিং সিংহনা নারাংবু সনা পালাগী দুহাড যম থিনদোক্পিখি অমসুং হৌজিক ফাওবা সনা পালাগী দুহাড ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবান পা থোকনি। শোক ১৯৬৬ ইংদগী ৭৩ ইং ফাওবা মহাক "মনিপুর সঙ্গীত নাট্য সভা ' গী general secy ওইনা থবক্ পুবক্খি। মহাক্না কন্না হোৎনবদগী "সঙ্গীত নাট্য সভা" অমসুং শ্রীশ্রীগোবিন্দজী পালা লোইশংগী মবক্তা খেৎনবা লৈবিব অদু যান্নবা ওয় অচুম্বা মওদা পুবক্খি।

Sangit Natak Academy New Delhi না শিনলাদুনা ১৯৭৭ ইংগী April তাং ৯ দা ওঝা বারাবু Manager Cum Artist ওইহনবিদুনা 'নটগুরু' মাইবম্ ইবুঙোহনসিংহনা লুচিং বা পার্টি অমা নট সংকীর্তনগী মরমদা ' Rabindra Bhawan ' New Delhi দা শো উৎহন্খি। হায়বিবা শো অসি ফীলমমু লৌখিবমখী।

থৌদোক অনিদা ওঝা নাহা সু অথোইবা কলাকার অমা ওইনা শরুক য়াখি।

১৯৭১ ইংগী ডিসেম্বর তাং ১৪ দগী ৩০ ফাওবা J N M.D, Academy গী Hall দা মনিপুরী পুং, ইশৈ, জগোই, নট চলোমগী মরমদা অবিবেষন অমা ফমখি, হায়রিবা অবিবেষন অসি মনিপুরগী ইতিহাসতা থোইদোকপা মনিপুরী সংস্কৃতিগী মাইকৈদা য়াম্না মরু ওইবা পোৎলম্ কয়া পুথোকখ্রুবা নৈনখিবা অবিবেষননি মসিগুম্বা ওঝা নাহাসু শরুক য়াখি অমসুং মনিপুরী সঙ্গীত কলাগী জগৎতা ফাওরিবা ওঝানি শ্রীমতি থৌরানি শাবী দেবী ওঝা নাহাগী তালোই অতোপ্পীনি মরম অদুনা মনিপুরী সংস্কৃতি জগৎতা ওঝা অনি অসিগী যোগদান য়াম্না চাওনা য়াওরি।

## ওঝা রাংখেম প্রহ্লাদ সিংহ, নট ভূষন

খৃঃ কুম ১৯১৪ দা আসামগী লক্ষ্মীপুর খুন্নৌ, কাছাড়দা পোকই। অপোকপগী মিংনা রাখেম ৺নীমাইচান্দ সিংহ, তপে কর্পগী মিংনা ৺পশোতলৈ দেবী কৌই।

পাঠশালা স্কুল তম্বা লোয়শনবপা অতুবাহদগী মনিপুরী নট সংকীর্তনগী লমদা থরায যাওবকপ হৌরকখি [illegible] ওঝাগী ইপাগী চহী ১৫ সুবকপা মতমদা গুরু ৺কামিনি সিংহ আসাম, লক্ষ্মীপুর খুন্নৌ কাছাড়গী মযামদা ইহান হাপ্পা ওইনা নট চোলোম (ঢুহাড) তমজগনা হৌই অমসুং চহী ২০ চংলকপ মতমদগী মনিপুরী নট সংকীর্তনগী লমদা চাং নাইনা শরুক যাতুনা লৈবাক্কী সেবা তৌবা হৌই।

অহেন্ব জ্ঞান ফংনিংব শরুক্কী ওঝাগী ইশাগী চহী ৩৫ সুবকপদ মনিপুরগী কৈশামপাততা লৈবা ওঝা সাপম ৺চাওবা সিংহ অমসুং এলাংবম লৈকাযদা লৈবা নট গুরু চুংথাম ওঝা ৺থম্বাল অঙৌবি সিংহগী মফমদা চংজখি।

অহান্ন গুরু ৺কামিনি সিংহনা নোঙ্গাকপ্রল তুংদ অমুক মনিপুর চংতুনা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তনতা নংতনা লাইহবাওব, বাশলীলানচীংব খুবাইদ লৈব ওঝা থাংজম ৺চাওবা সিংহদগী তমজখি।

মনিপুরদগী হল্লকলব তুংদ মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন, রাশলীলা অমসুং লাইহরাওবনচীংব শোষ্ণে, কলিকতা অমসুং গৌহাটিনচীংব মফমদা উংশিরুই।

ওস্তানা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী লমদা তৌবিবিব। দানবু শকখঙবা ওইনা খৃঃ কুম ১৯৮৮ দা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসামনা 'নট ভুষন' হায়ব উপাধী পীবিখ্রে অতুগা লোয়নন। হৌজিক ফাওবদসু আসাম মনিপুরী কালা একাদেমী শিলচর ইটখোলাগী ভাইস প্রিন্সীপাল ওইনা খৃঃ কুম ১৯৭৬ তগী থোদাং লৌহুনা অশেঙ্গা দান তৌবিরি। ●

# ওঝা থাইদেম গন্ধার সিংহ

ওঝা অসি কাছাড় ববনিল খুনদা শকাব্দ ১৮৪৬ তা পোকপনি অমস্তুং অঙাং ওইরিঙৈদা খুনগী পাঠশালাদা লাইরিক তম্বা হৌই। মশাগী চহি ১৮ শুরকপ অমস্তুং শকাব্দ ১৮৬৪ দা কোজেংলৈকাইদা লৈবা ওঝা নোংথোম্বম শমদেন সিংহদা ঈশৈ তমজনা হৌই। অদুগ মখোন কয়া পাঙদানা নট চোলোম লমদা মাই পনশিল্লকখি। লৈপাক্কী ওঝা লংগোলশেম গোকুলচান্দ সিংহদা নবিজুনা ঢুহাড পালা ঈশৈনচিংবা চহি ৫ বোম তমখি। অদুগা অরাংনদি ১৮৫২ ইংদা ওঝা গোকুলচান্দনা নোংগাব্রবদা লক্ষ্মীপুর খুনৌগী ওইনাম ওঝা থোনৌব সিংহদা চংজখি। ওঝা অসিদা চহি ৭ থৌগন ফংজনা নট চোলোমগী মরমদা অরুম্বা তমজহুনা সংকীর্ত্তনদা ঢুহাড় থরা থরা চংচবা হৌরকই অমস্তুং ওঝা থোনৌবনা নোংগাথ্রবা মতুংদা মনিপুরগী ওঝা চুংথাম থম্বাল অঙৌ সিংহদা চহি অমম্বুক থৌগন ফংজে।

অসিগী মতুং তারকপদা কাছাড়গী ফাওরবা ওঝা নৃত্য গুরু কবুম্বম কামিনী সিংহদা চংজহুনা চোলোমগী ভাব বিকার পুম্বা তমজখিরম্মী অমস্তুং ওঝা পাউনম রাধামোহন সিংহদস্তু ঈশৈ তমজে! মৈতৈ লৈপাক্কা ফাওরিবা ওঝা নট গুরু থাংজম চাউবা সিংহগী মফমদস্তু চংজহুনা নট

চোংলোমগী ময়াংদা কুপা ···ভংবকখি। ওঝা অসিন শিনবিড়ুনা শ্রী গোবিন্দগী পাঙ্গা লোইশংদা তুমিং ও নি গোবিন্দগী থৌগল ফ হনখি। ইংলোক ১৯৭২ সেপ্টেম্বর থাদগী শিলচরগী "ভাগ্যচন্দ্র' কলা ঠীর্থ ( Music School ) দা নট চোংলোমগী ওঝা অমা ওইনা থনখি। মফম অসিদা ওঝা ওইনা ১৯৭৬ ইংদা Deputation দা ওঝা অসি I.N.M.D Academy Imphal দা Training Caurse ওম্মুনবা থাশিখি। Academy অসিদগী নট চোংলোমদা Post graduat কী Deploma caurse ১৯৭৮ ইংদা 1st Division দা Pass তৌড়ুনা থোবকখিবনী। মনিপুরগী মপান্দা হায়রিবা নট চোংলোমদা digree অসি ফংবা ওঝা অসিনা অহানবনি ১৯৭৭ ইংদা Training দা লৈনা লৈনা মশাগী পাটি শেমড়ুনা Jiribam দা Manipur গী folk fasti val দা শো উৎখিবনী। অমসুং ঈশৈগী শৈরেংনা ওঝা পাউনম রাধামোহনসিংহনা লেংবিখি। অসিগী মতুংদা অমুক মহাক্কী পার্টিনা শিলচরগী শ্রী জগন্নাথ সিংহবগীদা Show অমসু উৎলুই। ১৯৭৯ ইংদা Cultural show অমসু ওঝা অসিগী পার্টিনা পা থোকখি। ওঝা অসি মনিপুরগী মপান কাছাড় লমদা কলা বিদ্যা অসি চাউখৎনবা হোৎনবদা অযাম্বা শৱক যাজখি। কলাকার অমনি।

# গুরু দেওয়ান্ সিংহ

মনিপুরী নট সংকীর্তনগী ভগৎতা ফাওরবা গুরু দেওয়ান্ সিংহ কাছাড় জিলাগী যাত্রাপুর এরিয়াগী কোম্বা লম্দম্ 'দুধপুর' হায়বা খুন্ অদুদা পোকপনি। অপোকপা পম্বৌগী কোলোয়না শ্রী থোংলেন্ সিংহ অমসুং অপোকপীগী কোলোয়না শ্রীমতী মালিকা দেবী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা প্রাথমিক্ বাংলা পাঠশালাদা লাইরিক লাইগু তম্বা হৌই। মোয়নন্না শানা খোংনবা অমসুং জগোই রাস্দা কৃষ্ণ শাবনচিংবদা য়াম্না খৌনা ফবা অমা ওইনা হৌরকখি। মশাগী চহি ১৫ সুরকপদা থাং অমসুং লাঠিখেলানচিবসু তম্বা হৌই। মনিপুরগী ফাওরবা থাংগী ওঝা শ্রী সনাচাউবা সিংহগী মফমদগী থাংলোনগী বিদ্যা তম্নি মপুং ফানা শিক্ষা ফংখিরম্মী। মতুং হারকপদা মনিপুরী 'মৃদঙ্গ বাদক' ওঝা কারাওবা সিংহ, ওঝা গৌবধনি সিংহগী মফমদগী পুং যৈনবা তমশিনখি। হৌঠ অমসুং গুরু দেওয়ান্ সিংহগী থম্মোয়দা খোইদোক্না পামজবা কলাদি নট সংকীর্তনগী ভুহাড় হায়বা বিদ্যা অসিনী, পুক্নীংদা নিংজবা আশা অদুনা ফমুক্তি ওইদুনা মতাক অসি মনিপুর সনা হৈপাক্না খোংশানখি। অমসুং নিংথৌখোংদা লৈবা ফাওরবা ওঝা মুক্তা সিংহগী মফমদা গুরু ওবন হৌদুনা ভুহাড় তম্বা হৌখি। মতুংদা মনিপুরগী ফাওরবা ওঝা "নট গুরু" থাংজম চাউবা সিংহগী মফমদা চংজদুনা নট চোলোম ভুহাড়গী

অভিনয়দা অল্লাং অপা থৌওনা তমশিনখি। মাতৃভূমি কাছাড় লৈপাক্তা হন্‌লক্লগা অমুক কাছাড়গী অকাবো ওঝাশিং নবীন সিংহ, ওঝা পুস্পালী, ওঝা ঝলন সিংহগী মফমদগী শাস্ত্র মথং মথা বয়ানচিংবসু তমশিনজে। অমুক মহাক অসি জাতি সমাজগী মশুদা যাওনা লহা ওইনা ভুগাড়দা মিং থিনদোকনবা লৈপাক্তা শক্ খনবা অমা ওইরকখি।

মহাকগী খোংথৈদা হিংলাগী অমবথাল খুন্দা লৈবা রাজকুমার তম্বাল সিংহগী অংঙ্বা পোকচনী রাজকুমারী মণিহেমো দেবীবু লুহোঙদুনা পন্সিগী লৈপুন ওইমিন্নখি। গুরু দেওয়ান সিংহ ভুগাড়দা কেবা, লৌমাশাং শাসনদা হাইবিদুই নেতৃবা কলাবাব তমনি। কাছাড় আসাম, ত্রিপুরা, যাংনা মীচং লেবা ওঝা অমনি। মহাক্কী শিষ্য শিংগী মরুংদা শ্রী অমুকা সিংহ, শ্রী বাবাইহন সিংহ, (জিরিবাম মনিপুর) নবায়ন্ সিংহ, শ্রী চিনিগ সিংহ, শ্রী ইনসাই সিংহ (ধর্মনগর ত্রিপুরা) শ্রী বাবাগ সিংহ, শ্রী দীনমনি সিংহ, খজিন সিংহ অসিনচিবা অসি মিং পথা যায়।

নিংশিংখ্যাত অমসু কালিদাস নন নবা গুরু বিপিন সিংহ মসু মহাক্কা শিষ্য শ্রীমতি নগন ঝাবেরী, নয়নী দর্শন ঝাবেরী, নন গুরু দেওয়ান সিংহবু নট সঙ্কীর্তনগী ভুগাড চোলন অসি উৎনখি। নিমন্ত্রন লৌদুনা লোগেদা পুখিবম্ভা ভাবংবা, অংলোপ অংলোগ্ধ দেস দিল্লী, মাদ্রাজ, বোম্বে, কলাক্তক, লখ্নৌ, ব কিংং, শীলঙ্গ, অমা মনচিনা লৈপাক্শিংদ করবা চোংম ভুগাদো মথং মথা নাইনা 'রঙ্গমঞ্চ' দা উৎতুনা মহাক্কী কীর্তি মিচং থমখি।

কৌজিক অহল মতম ওইরক্লবদা পোক্‌কম তানদম ভুবপুর (কাছাড়) দা লৈদুনা নট সংকীর্তন জগৎতা পোৎথাবা লৈতনা লৈপাক কোয়না নাম শোশ্না চংলি। মনিপুরী নট সংকীর্তনগী চোংম (জগোই) অসি ভাবংকী 'রঙ্গমঞ্চ' দা পুখৎতুনা উৎলু্বা অহান্না খুংগমাবনি হায়রদা লোইদোক্লা হায়মন্না ওইবোই দেওয়ানগী অবদান অসি।

অমম্তুং থাগী চেফো, ওইনা ভাগ্যবতি মাসিক্ পত্রিকা' ফোংলম্মী।

মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসপু শেমগৎ শাগংপদা যাম্না মক ওইনা শরক যাগিখি অমম্তু কংগ্রেনকী অহানবা অধিবেশন পণ্ডিত রাজমকী শঙ্গাইদা ফমখি। শোক্ ১৯৪৫ দা "মনিপুর সাহিত্য পরিষদ"না 'গবেষনা শিরোমনি' হায়বা উপাধি অসি পণ্ডিং রাজদা পীনখিখি। 'পন্দিত রাজ' হায়না কৈ পাক্না খনবিবা উপাধি অসিনা বলিকতাগী সংস্কৃ• কলেজ অমনা শোক্ ১৯৫৮ দা পীখিবা মীংথোলনি।

ভারত সরকা'রনা শরখ মাইথ িজুনা মংং পীবনা মনিপুরী জগোইগী খওহৈবরা গুরুশিংগী মরুংদা পণ্ডিত রাজম্তু শোক্ ১৯৫৬ •গী মেম্বর অমা ওইনা লৈখিবমই। ভারতীয সংস্কৃতি সঙ্গমগী মেম্বরম্তু ওইখিবম্মী। পণ্ডিত রাজ অসি জ্যোতিষ শাস্ত্রদা যাম্না অফাওবা অমনি অমম্তু চহি খুদিগী মনিপুরী পাঞ্জিকা ফোংলম্মী। শোক্ ১৯৬০-৬১ ই দা "মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ'কী প্রেসিডেণ্টম্তু ওইবমই। ধর্ম্ম, ইতিহাস, সাহিত্য, জগোই অসিনচিংগী লাইবিকশিং অসি পন্দিং রাজগী ছাপাখান মরুদ ফোংদোক্লমই। শ্রী মদ্ভাগবত, গীতা, স্মৃতি শাস্ত্র, বন্দ অসিনচিংবা হিন্দুশিংগী ধর্ম্ম গ্রন্থ কয় লাইবিক্ লাইশু হৈবম ওইশিনা যাম্না থাগৎনখি। স্বর্গদেবম্তু মনিপুরদা হংগোকিনা ফোংদোক্না পৌখিবমই।

আগষ্ট তা, ১২, ১৯৬৯ ই দা ভারতর্ক বাষ্ট্রপতিনা সংস্কৃতকী "সার্টিফিকেট অফ অনর" পীবমই। থোইদোক্না মনিপুরী ডান্স কলেজগী ইকাই খুম্ননিঙাই ওইবনা গবেষনা পণ্ডিতনি। ভারত সরকারন পন্দিত রাজদা শোক ১৯৬২-৬৩ গী ওইনা মনিপুরী জগোইগীদমক্ "একাদেমী এৱার্ড পীবিগনি হায়না লাওথোকখিখি। অদুবু অবাবদি পন্দিং রাজ মশাগী চহি ৭৫ শুবা সেপ্টেম্বরগী তা ১ (অমা) ১৯৬৩ ই গী নোংমাইজিং লাইরু থাদোক্লুনা লাইবক্লেন্দা চিনখি। পন্দিত রাজ লৈখিদ্রবা মতুংদা নভেম্বর থা ১৯৬৩ ই দা "এৱাড," অসি সভা অমদা পীনখিজুনা স্বর্গতি ওইখ্রবা পণ্ডিত রাজবু ভারত সরকারনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি।

# ৺পণ্ডিত অচৌবা' মোইরাংথেম্ চন্দ্র সিংহ
## "সাহিত্য ভূষন" "সাহিত্য রত্ন"

৺পণ্ডিত অচৌবা মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ সন ১৮৯৫ ইংগী মার্চ্চ থাদা (ফাইরেন্ থাগী পানখৎলকপা তরাহুমদোইনি পান্বা) থাঙজ্ঞ কুমিণ্ড। খোংমন্ মোইরাং পণ্ডিত লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা মোইরাং থাবল সিংহ কৌই, মেপাক্কা শক্লাইবা মাইচৌনি। মনম অমদা মোইরাং নিংথৌ ওইরম্মী। অপোক্পীগী মিংনা নাওরেম্ নিংথোনা রূপবতি কৌই।

অঙাং ওইবিদৈদা খুমক্কা ওন্না অমদা কোব্বাক্তা ইত্থুনা মচৈ মশিং তম্বা হৌই। ময়েক চংলবা মতুংদা খোংমনগী নিম্ন প্রাইমারী স্কুলদা তমহুনা প্রি প্রাইমারী পাশ তৌখি। মথংদা জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস IX পাশ তৌবগা শিলোংগী Govt. High School দা সন ১৯১২ ইংদা Calcutta university গী মেট্রিক পরিক্ষাদা লেটব মরিগা লোয়ননা First Division দা পাশ তৌখি। সন ১৯১৬ তগী মৈতৈ ময়েক তম্বা হৌখি। মতুদগী মনা কোন্থং পণ্ডিত লোই শঙদা অপোক্পা পণ্ডিত অচৌবগী মতেং পাংবা ওইনা লৈরকই। মতম অদুদা অরিবম ওঝা ব্রজবিহারী শর্ম্মাদা সংস্কৃত তমহুনা কাব্য আদা পাশ তৌখি। মসিগী মতুংদদি মৈতৈ লাইবিক তম্বা অমসুং

বিসার্চকা মরি লৈনবা পোংশিবা নদনা মখোয়গী শরুক থোকখি। মৈতৈ লাইবিক মখোয়গী শ্বাদি মপুঙ ওইনা পণ্ডিত মৈরাকপম্ অমুখোম্বা, পণ্ডিত থোংজম গোপাল সিংহ, পণ্ডিত খুমনলম্বম অচাংজাও পণ্ডিত অতোম অসিদগী নখি। মোযনবা পণ্ডিত মোইরাংথেম চৌবা মতম মতুংগী ওঝাশিং চাংশেখ্রম চাওবা তঞ্জবা, রাইখা থোমোন হৰবা অসিনচিবা ওঝাশিংগী মফমদগী লৈখি। মৈতৈগী অশিবা লাইবিক লাইশুশিং অয়াম্বা ওঝা অসিদা চাংশেখ্রম্ চাওবা তঞ্জবনা পীবখিনি। থিজিন তমজিনবগী থবক্তা (রিসার্চ ৱার্ক) লৈখিদ্রবা অহংবা শেষুমডাও রাহেং বগীদা চহি অমা, মতম অতুদগী মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেব মি. হিগীন্স কাদা চহি অহুম শরুক যাখি। মখেক্তা মৱমদা বাম্মা, নাগৰী, বাঙ্গলা, উৰিয়া, বান্মাগী মখেক্তচিৱগী খোন্তোক্লচিংবা শিজুনা লৈনখি। ১৯২৭ গী ১৯৩২ ফাওবা মনিপুর ইতিহাসকা মৱমদা লৈনবা থিজিনৱা দৱবাৱনা শেম্বা, পণ্ডিত অচৌবদা থৌৱম মপু (President) ওইবা "মনিপুর বিবোধ জননী সভা" গী অরাং পুৰেল (Secretary) ওইনা থবক থৌৱম পুখি। 'মনিপুৰী গৌৰধৰ্ম্ম মহাসভাগী" অৱা পুৰেল ওইখি। মতম থৰা Ramlalpal High School গী ওঝাম্ব ওইবখী। মতুংদা কাঞ্চিপুর (Politechnic) পোলিটেক্নিক High School দা চহি অনি ওঝা ওইখি। গভর্নমেন্টকী সার্ভিস লৌবকে। সন ১৯৫১ ইংদা পানা পণ্ডিত ওইদুনা ম্না কোন্নং পণ্ডিত মোইরাংগী থবক হৌখি। ১৯৫২ ইংদা মন্নং চৈবাপকী খাবম লাকপা ওইদুনা থবক পুখি। সন ১৯৫৬ ইংদা ম্না কোন্নুদা পণ্ডিত অচৌবা (মাইচৌ) গী ফমথোন্ কাখি। 'মনিপুর সাহিত্য পরিষদ' কী (President) মনিপুর কলেজ গভর্নিং বোডিগা (Member), মহারাজ বোধচন্দ্র কলেজগী (President), Hindi High School গী (President), মনিপুর মহাবোল সাহিত্য সভাগী (President) Eastern girl high School গী (President), All Manipur Laiharaoba Committe গী (Presi-

dent), মালেমগী ( President ), অতুগা শিংজমৈ নাট্য মন্দির, ব্রহ্মপুর কলা কেন্দ্র, সেবা সমিতি খোংমন্ শাখা অসিনচিংবা সংস্থান্ শিংগী ( President ) সু ওইবিখি। মনিপুরগী চীফ কমিশনার হিম্মৎ সিংহগী এড্ভাইজরি কাউন্সিল্গী ওনরেরি মেম্বরসু ওইখিরম্মী। সন ১৯৬২ দগী ১৯৬৯ ইং ফাওবা জওরাহরলাল নেহেরু মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফালগী রিসার্চ স্কোনার ওইরম্মী। অতুগা মনিপুরদা ফোংবা চেফোঙ কয়াদা অরিবা মৈতৈগী পুদিন্ নাৎ লৈপাক্ খুন্নাইগী শক্তমগা মরি লৈনবা রারেং কযাসু ইখি। মক ওইনা অরিবা মৈতৈগী রারী লাইরিক্ থিজিন হুম্জিন্বদা মশাগী মক ওইবা থৌদাং অমা চাওনা লৌতুনা লাকখি। মনিপুরগী মপান্দা মৈতৈশিংনা তাবা লমদা কাছাড জিলাগী শ্রীবার নাওগাঁও জিলাগী হোজাই, বালুহন্দর অসিনচিংবা মফম্শিংদা চত্তুনা "মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ" কী ব্রাঞ্চনচিংবা লিংবদা অমদি মৈতৈ ময়েক্কী মরিদা থন্নন নৈনবগী থৌরম কয়াদা অচৌবা শরুক্ য়াকুই। নেহেরু ডান্স একাডেমীদা লৈরিঙৈদা হায়দ্রাবাদ তা মনিপুরী জগোইগী মীতুং ওইনা ডান্স সেমিনার শরুক য়াকুই।

ওঝা অসি মোইরাং নিংথৌসু ওইখি। মহাকবী অসিগুম্বা মপান্ নাইদ্রবা মৈতৈ লৈপাককী কৃষ্টি, সংস্কৃতি, কলাগী মাইকৈদা চাওখৎ থৌরম কয়াদা শরুক য়াতুনা লাক্‌খিবা অসি উবিরক্তুনা ইহান্ হাম্বদা 'মনিপুর সাহিত্য পবিষদ" না পণ্ডিত অচৌবা চন্দ্রসিংহবু শিংথানবা ওইনা "সাহিত্য ভূষন" "সাহিত্য রত্ন' উপাধিনা লৈতেংবিতুনা ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। মথংদা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা সন ১৯৭৪ ইদা ফেলোসিপ পীনবিখী পণ্ডিত অসি মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসনগী (President) সু ওইবিরম্মী। পণ্ডিত অচৌবনা সম্পাদান তৌরম্বা লাইরিক ২৪ নি। মসিগী মসু দা ১১দি (তরামাথোইদি) ছাপা তৌতুনা ফোংথ্রে। পণ্ডিত অচৌবা মশাগী চহি ৮১ শুবদা সন ১৯৭৬ ইংগী জুন থাগী তারিখ ১৮ দা পুন্সিগী অরোইবা বিদায় লৌতুদা স্বর্গধামদা য়াহিপ তানখি। ●